# মণিপুরী উপন্যাস
# অমদি
# সামাজিক চেতনা



ডাঃ ব্রাঃ কুঃ মঞ্জিলা দেবী

ফোঙবা : রাজকুমার গৌতম সিংহ অমদি
রাজকুমার মুনিন্দ্র সিংহ
উরিপোক খ্বাই ব্রহ্মপুর ইম্ফাল,

থোংনম : অহানবা, ১৯৯৭

কোপী মশীং : ৫০০

নমথম : সুচেতা প্রিন্টিং ৱর্ক্স, মোইরাংখোম লোক্লাওবুং ইম্ফাল।

মমল : লুপা ৭৫

Manipuri Upanyas Amadi Samajik Chetna— A work of Literary criticism by Dr Rajkumari Manisana Devi, 1st ed. 1997; 500 copies, pub. by RK. Gautam Singh and RK. Munindra Singh, printed at Sucheta Printing Works, Moirangkhom Loklaobung Imphal, Price Rs 75.

# ৱাহৌদোক

মনিপুরী উপন্যাসতি মণিপুরী সমাজদা য়ুমফম ওইবনিনা সমাজগী ওইবা মচল মপুঙ ওইনা য়াওই হায়না থাজজতুনা কয়া য়াম্না কদায় ফাওবা য়াওবগে হায়বসি লনাইগী ওইবা অপাম্বা অমদগী খঙনীংলকখি। থম্ন-নৈনরবা মতুংদা মণিপুর তাইবঙ মহৈকোলদা পি.এইচ, দি, গী ওইনা 'সামাজিক চেতনাগী মীংথেংদা মণিপুরী উপন্যাস' হায়না মিংথোনবা থেসিস অমা ইজরুই। প্রোফেসাব এলাংবম দীনমনি সিংহনা গাইদ ওইবিখি। কৃপাদগী মহৈ য়ানখি।

মতুং অসিদা নৈনজরুবা থরসি ময়ামগী ওইনা অমুক্কসু থম্ন-নৈননবা পুথোকচনীংবদগী লানথংচখিবা থেসিস অদুগী য়ুমফমদা ককথোক-কক-শিন তৌদুনা অমদি অনৌবা থরা অমগা হাপচিঞ্জরগা লাইরিক ওইনা পুথোকচরি। হান্নগী থেসিস অদুদগী য়ারিবমথৈ শেমদোকচরগা পুথোক-চবনি। শেমদোকপগী মতাংদসু গাইদ ওইবিখিবা প্রোফেসার দীনমনি সিংহনা চাউরবা মতেং পীবিখি। মসিগীদমক ওঝাবু ঙমথৈ লৈতনা থাগৎচরি। অনৌবা কয়া হাপচিনবা অমদি নৈনবগী মতাংদা অখঙ-অহৈ ওঝা-গুরু অমদি অইবা কয়াদগী মতেং ফংজখি। পুন্নমকপু পুকচেল শেংনা থাগৎচরি।

অহানবা ওইনা হোৎনবনিনা অশোয়-অঙাম য়াম্না য়াওরমগনি। মথংগী খুৎনমদা তাকপিরকপা পুন্নমক লৌশিঙনবা থোরাং তৌজরি।

ইম্ফাল ডাঃ রাজকুমারী মনিসনা দেবী

জুলাই ২০, ১৯৯৭

# হীরম লামায়

অহানবা শরুক

# সামাজিক উপন্যাসকী থোঙহৌ অমসুং ঈচেল

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাস হায়বা মচল হায়বদি বিধা অসি বাঙ্গলা সাহিত্যদগী লাকখিবনি। বাঙ্গলা সাহিত্যদনা ইংলিশ সাহিত্যদগী লাকখিবনি। "উপন্যাস ইংরাজী সাহিত্যনা বাঙ্গলা সাহিত্যদা পীনবনি। অদুগুম বাঙ্গলা সাহিত্যনা অমুক মণিপুরগী সাহিত্যদা পীনবনি।'[১]

উপন্যাস ইংলিশতা নোভেল কৌই। নোভেল ইংরাজী সাহিত্যদা ভর্জিনিয়াগুম্বা শতাব্দীদা পোকপনি। নোভেল খাখলনা লেখা য়াবানি, অমদি যুগ্মারাবানা তৌবগুম কল্পনাগী খুৎলেমনি। যুগ্মাবানা তৌবগুম কল্পনানা মনীংতম্বা লাই-তীন যাঙবা পুক্নিংনবা ঙম্হাদ্রে। অদুগুম এঙেঙক্লবদা ওইবদা য়াবা, ওইখোঙবা মীওং অমসুং থৌওং কয়া কল্পনানা মনীংতম্বা য়েবনিংবা য়েকশিনবগী নাত্তে। নোভেলদি মাওইগী অওইবা আশেংবা শরুকমচাক য়েকপনি।[২]

অম্মা হায়রবদা, নোভেল মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎ অওইবা[৩] অমংবা শগাক য়াথংগী মওংদা য়েকপনি। মপুংদি শুপা মুপা শং অদুগী পুন্সি খোঙফমদা খঙ্মোয়গী ঈথিল অননা চাবা, ঈশৎ অমনা চেনখ্রগী তাক্লবা, শাতাংহৃদা পোকপা থৌওং য়েকপনি।

১। অশাংবম মীনকেতন সিংহ, "মৈতৈ উপন্যাস", সৌমাবম অশাংবম, না খুৎনম, ১৯৮৩, লাঃ ৭

২ Allen 'introduction', The English Novel Penguin Books, Reprinted 1970, p 16

৩ Chamber's Twentieth Century Dictionary p. 732

মতাং অসিদা সাহিত্যগী ইতিহাস ইবা লংগী মোত অমম্তু পনবা য়াই। মহাক্কী "ইংলিস লিটরেচর ইটস হিষ্টরী এন্দ ইটস সিগ্নি-ফিকেনস", কৌবা সাহিত্যগী ইতিহাসতা ইরি:

অশেংবা উপন্যাস কল্পনাগী খুংফম অমনি, চুম্নগীনি। করিগুম্বা থৌরম থৌওং অপিকপা খংদে, অচৌবা খংদে অ গী ঈখিল চারুবদগী নত্তবা, মীওই-বগী মপোক্তা চাফম খোকপা অংইবা অশেংবগী ঈযৈ চাহুনা লাকপা থমোয়গী ঈভল মতুংইন্না থাংবা পুন্সি খোংফমবু ইতিং তিংবা লীবদনি ১

১৭ শুবা চহীচাদা সেমুয়েল রিচার্ডস (১৬৮৯-১৭৬১) গী 'পমেলা ওর ভরচু রিরাডেদ' যোংলকপদগী ইংলিশপা উপন্যাসকী খোংচৎ অসি হৌরকই। উপন্যাসকার অসিগী খুংইদি মতম পুন্নমক্তা থমোয়গী ঈবিংনা মকওই, হায়বদি সেন্টিমেন্টেল ওইনা লৈ। ফোংদোকলি

"... Richardson, the first in the field and in some respect the most original and modern in technique, owed his real destination and strength to his identification with popular sentimental trend ২

---

১ "By a true novel we mean simply a work of fiction which relates the story of a plain human life, under stress of emotion which depends for its interest not on incident or adventure but in its truth to nature."
William J. Long: English Literature, Its History and its Significance. 4th Edition, 1973. p. 344

২ Dr. Johnson, The literature of the restoration and the eighteenth century,—Lois I. Bredvold vol. III in 'A History of English Literature, Collin Books, Collin Macmillan Ltd. London.

মতুংদা তবানিপালগুবা চহী চাদা হেনরি ফিল্ডিং ( ১৭০৭-৫৪), লোবেনস ষ্টাবন ( ১৭১০-৬৮ , টবিয়া স্মলেল ( ১৭ ১-৭১ ), ওলিভর গোলডস্মিট ( ১৭৩০-৭৪ ), নচিংবা উপন্যাসকাবশিং থোক্ল না উপন্যাসপু অনৌবা খোঙথাং অমা শীবকই। হেনরি ফিলডিংনা যথার্থবাদী অমগী মীৎয়েংদা উপন্যাস ইবকপা মতুংদা ষ্টাবন লোবেনসনা তম অতৃগী শীংথানবা যাবা মওংদা মশক নাইবা উপন্যাস কয়া ইবকই। টবিয়া স্মলেলনা ফিল্ডিংগী মতৌ তমজুনা যথার্থবাদী অমা ওইনা চংনবীবু ঙারা উপন্যাসকী লমদা খোঙদাবকই। মাগী ডি ভাইকব ওফ ওয়েকফিলড' ( ১৭৬৬) হায়বিবা উ ন াস অসি এংগ্লো সেকসনগী োনচং কাযদনা যথার্থবাদীগী মওংদা ইনা নীংজিবা উ ন্যাসনি। মতুংনা আহৌবগী মতাং ওইববস্মু গোলডস্মিটকা মতম কাওবদা লৈবিবা উপন্যাসশিং অসি ইংলিশকী উপন্যাসপু ম ক নীংথিনা তাক্লবা মচল ৎাক্তনি। খুফোঙদোক্তি চংনবকগী ( ট্রেডিশনেল ) হায়না খঙনবা অতু ঙাক্তনি হায়বা যাই।

১৯ শুবা শতাব্দীগী অহানবা তঙখায অসি রোমান্টিসিজমগী যুগ ( ১৮০০-৫০ ) হায়না খঙৈ।

'The first half of the nineteenth century records the triumph of Romanticism in Literature.' ১

( ১৯ শুবা চহীচাগী অহানবা তঙখায়দা সাহিত্যদা রোমান্টিসিজম মাযপাক্লবা শক্তম মযেক শেংনা উংখি। )

যুগ অসিদা ব্রার্ডসওার্থ, কোলেরিজনচিংবা কবি কয়া পোকখি। মখোযন' নীংতম্বগী মগুণবু হন্না হন্না শৈশাখি। যুগ অসি মীওইবগী প্রাকৃতিক অধিকাব ( নেচবেল রাইট্স ) পোকখিবা অমদি অচৌ-পিশক্কী রাখল

1 William J. Long, English Literature, Its History and Its Significance, 4 th edn., 1973, p. 369

মুংলকপা মতমনি। কবিশিং অসিগী থৌইনশিন্দগী মুপী-মুপা থায়দনা মীপুম খুদিংমক্কী থমোয়দা ইনৌত-নৌত্থনা লৈবগী রাখল অমা লাকখি। ফল ওইনা এনী রেডক্লিফ (১৭৬৪-১৮২৩), জেন ওষ্টিন, মেরিয়া এডবার্ড, হ্যনে মুর, জেন পোর্টর অসিনচিংবা মুপী উপন্যাসকারশিং চোংথোরকখি। অইনীশিংনা মুপীগী থমোয় অমদি রাখলবু ময়েক শেংনা য়েংনবা অমদি উৎনবা লাক্কখি।

উপন্যাসকারশিং অসিগী উপন্যাসশিং অসি মীচম মীয়াম্না পায়বত্তা নত্তনা মশক নাইবা স্কোট, বাইরনগুম্বা মগুণ লৈবা কবিশিং ফাওদনা পামনবনি।

মঙ্গাং অসিদা পনবা য়াবা রাফম অমনা,

"জেন ওষ্টিননা মহাক্কী নোভেলদা নোংমগী পুন্সি খোঙফম তাকপদা ফজমনখিবা, মেরিয়া এডবার্ডনা এয়ারিসকী পুন্সি খোঙফম য়েকপদা ফজমনখিবা অনী অসিমক্না বাল্টর স্কোটনা স্কোটিস রোমান্সনা হৌহনা স্কোটলেণ্ড, ইংলেণ্ড অমসুং ফ্রান্স লৈবাক অত্তমগী রোমান্স পরেং ইখিবনি।" ১

হ্যনে মুরদি কবিনি, নাটাকারনি, অতৃগা উপন্যাসকারনি। জেন পোর্টরগী 'স্কোটিস চিফ' 'থার্দিউস ওফ রাসো' অনী অসিদি হৌজিক ফাওবা মীয়াম্না লাইব্রেরীগী থিন্নরিবনি। অসিদসু নত্তনা উপন্যাস ইবা অতৈ কয়াসু মাগী মাগী মফম কন্না লৈরিবনি। 'মিষ্টরিজ ওফ উদলফো' মশক নাইবা নোভেলনি।

---

1 "Jane Austin, with her charming description of everyday life, and of Maria Edgeworth, whose wonderful picture of Irish life suggested to Walter Scott the idea of writing his Scottish romances."

William J. Long, English Literature, 'Its history and its significance, 4 th edn., 1973, p. 375.

যুগ অসিদা ৱাল্টর স্কোট (১৭৭১-১৮৩২), উইলিয়ম মেকপিস থেকরে (১৮১১-১৮৬৩), চার্লস ডিকেন্স (১৮১২-১৮৭০), জর্জ ইলিয়েত (১৮১৯-১৮৮০) নচিংবা পৃথিবীগী মরু ওইবা উপন্যাসকার কয়া চোংথোরকই। উপন্যাসকারশিং অসিনা ১৯ শুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তঙখায়দা উপন্যাসতা অনৌবা থৱায় অমা হাপ্পবা মায়পাক্লা হোৎনখি। ৱাল্টর স্কোটকী ঐতিহাসিক উপন্যাসশিং,[১] চার্লস ডিকেন্সগী সলস্যানা মরু ওইবা উপন্যাসশিং, থেকরেগী যথার্থদা মুক্ষম ওইবা, ময়ামগা মান্নবা লোনচংশিং উংবা উপন্যাসশিং অসি ফাওবদা ইংলিশকী উপন্যাসতদা নত্তনা পৃথিবী পুম্বগী উপন্যাসকী লমদা তোপ তোপ্পা মফম অমা কন্দুনা লৈজরি। উপন্যাসকার জর্জ ইলিয়েতনা মুপীজা থামোয়গী ওইবা হীরম অমদি খুৎ-ফাঙদোক কয়াগী মতেংনা উপন্যাসপু নৌহৌননা অনৌবা থৱায় অমা হাপ্পবা লাক্লরকখি। মুপীবু নৌনা খঙনবা লাক্লরকপনি।

২০ শুবা শতাব্দী চঙলকপদা সাহিত্যগী অনৌবা মায়ওল, অনৌবা লম্বেল অমদি অনৌবা মহাওগী শাফু অমা কল্লা চঙলকখি। ২০ শুবা শতব্দীগী পৃথিবী অসি য়াম্নমক চনৈ-খনৈবা মতম অমা ওই। যুগ অসিগী থৌইনশিল্লা, যুগ অসিমক্কী মমুংগী পুন্সি য়েকপা সাহিত্যকারশিং পরেং পরেং থোরকই। উপন্যাসকারশিংগী মমুংদা ডি, ঐইচ লোরেনস (১৮৮৫-১৯৩০), ই, এম, ফোষ্টর (১৮৭৯-১৮৭০), ভর্জিনিয়া উল্ফ (১৮৮২-১৯৪১), এডলস হকস্লে (১৮৯৪-১৯৬৮) নচিংবা অসি মশা মশাগী তোপ তোপ্পা মতৌ পুক্লনা লাকখি। ডি, এইচ, লোরেন্সনা কামগী ইথক ইরাং অমদি তাইবঙ মীদা য়াওরিবা শারমচংকী ওইবা কুপ্পবা রাখল কয়াগী

১ Ifor Evans, A Short History of English Literature, Fourth Revised and Enlarged Edition, Penguin Books, 1976, p. 230.

য়ুদ্ধমদা মাগী উপন্যাসশিং শাগৎলকখি। কামবৃত্তিবু অনৌ অনৌবা ব্যাখ্যাশিংগা লোয়ননা অপাবশিংদা লানথোকই। লোয়ননা মীরমচৎপু প্রবৃত্তি অসিগী পাম্বনা মশক খণ্ডনবা অমদি তাকুবা লাক্লরকই। ডি, এইচ, লোরেনসনা অসিগুম্বা সমস্যাশিং অসিবু নৈনরতুনা লায়না কয়ানা নারবা ওসিগী সমাজনি; লায়নাশিং অসি লাইরিক লাইশু হৈবগী গুণনা কোকহনবা ওয়েদ্রবা তমথীরবা লায়নানি হায়বসি উৎলি। অনৌবা জগৎ অসিদা লোরেনসনা উরক্লিবা শক্তম অসিদি মীওইবগী পুক্লিং ঈল্ললগী নমথাকশিং অতুনি। [1]

ই. এম, ফোষ্টরনা সিম্বোলিজমগী মতেংনা মীওইবগী লীচৎ অমদি মীওইবগী মরীশিংবু মাগী উপন্যাসশিংদা কুপ্না নৈনখি। মাগী মশক নাইরবা উপন্যাস 'এ পেসেজ টু ইন্দিয়া'দা সিম্বোলিজম শীজিন্নতুনা ভারতবাসীশিং অমদি ইংলিশশিংগী মরক্তা লৈবা মরীগী সমস্যা নৈনৈ। উপন্যাস অসিমক্তদা মেসোরী কেন্‌স টেম্পলনচিংবা অসি সিম্বোলিজম ওইবা ৱাক্তনি। উপন্যাসশিংগী য়েক্লিবা চরিত্রশিং অসিসু করিগুম্বা ৱাখলগী মহুৎ শিনবা সিম্বোল ওইনা শীজিন্নৈ। তশেংনমক মহাক ২০ শুবা শতাব্দীগী শীংথানবা য়ারবা উপন্যাসকর অমনি। মহাককী উপন্যাসশিংদা মতম অতুগী সমাজগী মমি ময়েক শেংনা তাই।

ভর্জিনিয়া রুল্‌ভনা নুপা মুপীগী মুংগী লিচৎপু কুপথনা য়েংতুনা চাওথোক্লা য়েক্লবা লাক্লরকই। স্ত্রিম ওফ কনসিয়সনেস হায়না খণ্ডনবা উপন্যাসকী খুংলানথোক অমবু অয়োবী থাক্তা পুখৎলম্বা উপন্যাসকারনি

1 The disease was one which admitted no intellectual cure for the modern world seemed to Lawrence to have corrupted man's emotionel life.
Dickens, "A short History of English Literature" I for Ivans, 1981, p, 277.

হায়না লৌনৈ। মনোবিজ্ঞানগী ওইবা হীরম অমসুং খুংলাম্মোক হৈনজবা উপন্যাসকারনি। যথার্থবাদপু লুনা তৌজবী অইবী অমা ওইবগা লোয়ননা ফজববু পামজবা অমদি লুনা তৌজবা সাহিত্যকার অমসু ওইখি। মাম্না তেক্লিকেল ওইবা খুৎইদা স্ত্রিম ওফ কনসিয়সনেসপু খুৎপায় চেৎনা পায়তুনা পুন্সি অমদি সমাজগী পাকচাউরবা থৌদোকপু তেল্লবা পুংজা খরদা উৎথোকপদা মপা লৈত্রবী অইবীনি হায়না লৌবা সাহিত্যকারনি। মাগী খুংলাম্মোক্তা কংগী ওইবা মগুণ ময়েক শেংনা উবা ফংই।

জেমস জোয়সসু[1] ভর্জিনিয়া বুল্ভকী মতৌগুম স্ত্রিম ওফ কনসিয়সনেসকী উপন্যাস ইবা মীওইনি। মনোবিজ্ঞানগী য়ুক্ষমদা তাই-বঙগী লীচৎ নৈনবনা মরু ওইবা খুৎইদা হৈনজবা উপন্যাসকারনি। জেমস জোয়সতি ট্রেজিদিদগী কোমেদিনা হেন্না পান্না লৌজবা উপন্যাসকারনি। মহাক্না চাংলেম্বা মীৎয়েংদা য়েংবনা পুন্সিবু নক্না য়েংনবা লাক্লৈ। যথার্থবাদকা শীংথাবা য়াবা উপন্যাসকারনি। অতুবু মহাক্কী লুরবা দর্শন অসিবু তেক্লিকক্কা খল মান্ননা থম্বা ঙমখিদে। তেক্লিকক্কী মায়কৈদা বুল্ভকুম খুৎপায় চেৎনা পায়বা ঙমখিদে। তেক্লিক্তা বুল্ভনা মাঙজিন থংপ্রবসু দর্শনগী লমদদি জোয়স মাঙজিন থংখি। যুগ অসিদা সমাজ অমদি পুন্সিবু যথার্থগী মীংয়েংদা য়েংবা উপন্যাসকার অমসু থোরকই এডল্স হকস্লে। মহাক মীওইবগী লন্নাইগী অমদি সমাজগী পুন্সিদা পামদবা থৌদোক ম্রাথোক কয়া ময়েক শেংনা উংপা উপন্যাসকারনি। মহাক্না সমস্যা কয়া পুখৎলকই অমদি নৈনৈ। অয়াম্বা মতাংদা পুখৎ-লক্লিবা সমস্যাশিং অতুবু সমাধান তৌবগী মওং অমা অপান্নবা নক্রবসু নাকোইননা লাম্মোক্লম্মী। হকস্লেনা পামদবা থৌদোক কয়া উত্নুনা

1 Joseph Warren Beach, English Literature of the Nineteenth and the early Twentieth Centuries 1798 to the First World War. Hardin Craig General Editor, 1966, p. 248.

আত্মা অমদি আধ্যাত্মিককী ওইবা মঙাল কয়া নাকোইননা পীনবা কন্না লাক্লে। উপন্যাস অসিনা মীওইববু মপান্দগী য়েংবগী মহুত্তা মন্নুংলোমদগী য়েংনবা কন্না লাক্লরি। অরাবদি মহাক্না ময়েক শেংনা উৎপা ওমখিদ্রে।

য়ুগ অসিগী উপন্যাসকারশিংনা মীওইবগী পুন্সিবু য়াম্না কুপ্পা মশা পীক্লা পীক্লা খায়দুনা য়েংই। অফবা কয়া অমদি অপাম্বা কয়া হাকথেংননা উৎলকই। অসিগা লোয়ননা পাংদবা, হৈনদবা অমদি মুংঙাইতবা মচল কয়া অমসু য়াওন্নদুনা লৈরম্বা থেংনৈ। মপাম্থোংদদি চাওখৎপা মানবা অদুগা মন্নুংদদি হামচৎনরবা তাইবঙ পুন্সিগী মচল কয়াসু থেংনরকই। শেল থুমগী অমদি হকচাং কায়াংকী ওইবা মন্নুংঙাইদা পেন্থোকপা ওন্নক্কবা নোংচুপ লৈবাকশিংগী পুন্সি ময়েক শেংনা উৎপা উপন্যাস-কারশিংগী খুৎইনি, য়ুগ অসিদা থোকলকই। পুন্সিগী মমল হন্থরকপা অদুগা যথার্থগী ওইবা ফিভমনা হেনগৎলকপা মওংসি য়ুগ অসিদা মখোয়না উই। অমরোমদা অমুক পুন্সিবু অনৌবা মীৎয়েংদা মমল লেপকে হায়না লাক্লরকপা সাহিত্যকারসু থোক্লক্কবা নত্তে। সমাজগী সমস্যা য়াম্না কুপ্পা নৈনরকপা য়ুগনি। য়ুগ অসিমক্তদা প্রতিভা য়াম্না পাক চাউনা কোনবা এইচ, জি, রেল্স (১৮৬৬-১৯৪৬) থোরকখি। মহাক্না বিজ্ঞানগী ওইবা লমদাংবু থরায় য়াওনা কোনশিল্লকই। বিজ্ঞানগী ওইবা কনথা হৈথানরবা হীরধু কল্পনাগী মতেংনা নীংথিনা ফজবা মওং অমদি মহাও হাপ্তুনা উপন্যাস ইরকই। বিজ্ঞানগী ওইবা উপন্যাসকী লম অসিমক মহাক্না চাওনা লম য়াল্লমই হায়না থাজে। কেথরাইন (১৮৮৮-১৯২৩) কৌবী উপন্যাসকার অসিনা মুণীজা ওইবীশিংগী হৌন-লোনচৎ, মখোয়গী মুংগী রাখল অমদি মথোয়গী মতাং মতাংগী ওইবা তাংখক নাইরবা ঈথিলশিং য়াম্না চীংলেম্না অমদি লিরি খোইরিবা খুংফোঙদোক্তা উপন্যাস কন্না লাম্থোক্লমী।

অসুম্না ২০ শুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তংখায় লোইশিল্লকপা অসি-রাইদদি নোংচুপলোমগী উপন্যাসনা মপুংফাবদগী হেন্দোক্লুনা মশা মরেং নীংতম্না ফন্দোকপা হৌরক্লবনি। উপন্যাসকী হৌরকখিবা মওং অমদি ওসি ফাওবদা চেস্থরক্লিবা শক্তম নোংচুপকী ওইনদি মপুং মরৈ চপ চানা ফারবনি।

খৃঃ ১৭৫৬ তা পলাশীগী লানফমদা শিরাজউদ্দৌলাবু মায়থীবা পীত্তুনা বৃটিশনা বাঙ্গলা লৌখি। মখোয়গা শম্নরকপা, য়াম্না নকশিন্নরক-পদগী ১৯ শুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক্কী অতুরাইদদি নোংচুপকী কৃষ্টি অসি বাঙ্গলা লৈবাক অসিদা নহারোল অয়াম্বনা চাওখৎপনি হায়না লৌনরকখি। অতুবু লুরিবা অমনা সাসন পুন্নিবা মীওইশিং অতুদি অয়াম্বনা ককঙাওনবা লাম্মী-নুংমীনা মপুঙ ওইবনা তুংইল্লিবা নহারোল-শিংদি ওক্ত-শীংদবনা মপুং ওইখি। মখোয় অয়াম্বনা বাবু শাদোকপা অতুগা মশাগী কৃষ্টিবুনা য়াম্না নোন্না উবা মওং অমা লাকখি। অতুবু মশানা মজাতিগী কৃষ্টিবু নুংশিবা জ্ঞান লৈবা কাঙবুনদি মজাতি কন্নবগা অনৌবা মতমগা য়াওল অসিদা ধর্ম্ম ক্ষেত্রদা খঙদে, সমাজগী ক্ষেত্রদানি খঙদে, মজাতি মরৈবাক্কী শেমগৎনবা, ফননবা মতমগা চুম্না শেম্নবা হোৎনখি। লম্বী ওন্নখ্রবা নহারোলশিং অসিগী মমীৎ পাঙনবা ভাবানী চরণগী 'নব বাবু বিলাশ' (১৮২৫) পোকখি। অতুনা উপন্যাস অসিমক্তি কাঙলম চাদবা নহারোলশিংগী অরানবা এৌৎয়েংবু চুমথোক্নদা হোৎনবদগী থোকখিবনি হায়বা য়াই। অতুবু থাক্লেংশেংবা উপন্যাসনিদি হায়বা য়াদে। অদুগী মতুংদা ম্যুলেসকী 'ফুলমণি ও করুনার বিবরণ' (১৮৫২) লাকখি। খৃষ্ট ধর্ম্ম লৌখিবা বেঙ্গলী ইমুং অনীগা ওন্নকপা ফীভম অমদি অওনবনা লৈত-লাইরব, অরাক্সনংগী অরাবা কোন্থায় অমা ফংই হায়বগী চেতনাগী রাকম উত্তুনা ইবনি।

মথংদা প্যারী মিত্রগী 'আললের ঘরের তুলাল' (১৮৫৮) লাকই। বেঙ্গলীগী ইহান হানবা ঐতিহাসিক উপন্যাস ওইনা ইখি। সামাজিক

উপন্যাস ওইনা য়েংবা তারবদি মিত্রগী" আলালের ঘরের দুলাল' অসিনা অহানবনি হায়না লৌবা য়াই।

"Alaler Gharer Dulal (Pampered son of a first-rank Family) is the first specimen of original fiction that appeared first in monthly magazine in 1855-57 and in book form in 1858" ১

উপন্যাস অসিদা মমা মপানা য়াম্না কেথোক মৌথোক্লা য়োকমনবদগী মাওলবা অডাং অমগী পুন্সিগী রারী লিচ্চুনা সমাজগী মনুংদা তত্তুনা থোক্লবিবা সমস্যা অসিগী কোক্লবা শন্বী থীবনি। চায়োক নাওয়োক্লা শোয়বা মুংশিমনবদগী হেন্না মনীং তমহনব। অমদি তুংগী পোমিং উবা শমদবদগী সমাজগী মনুংদা অসিগুম্বা মাওলবা পুন্সি কয়ানা চন্নফম খওদনা মাওবং অইবনা মাগী উপন্যাস অসিদা অডাং অমগী পুন্সিনা খুদম ওইনা উৎপনি।

থাঙ্গেশেংবা উপন্যাস হায়বসিনা পোকপদি চেতনাগী মথক্তা পোকপনি। মতম অসিদা নোংচুপ্তা উপন্যাসকী মওং তারে। বঙ্কিমচন্দ্রনা উপন্যাসকী মওংদা "দুর্গেশ নন্দিনী" (১৮৬৫) নি। অতুগা থাঙ্গেশেংবমক সাহিত্যাদা উপন্যাসকী লাইরিক মথল অসি নোংচুপকী অবদাননি হায়না লৌবা য়াই। বঙ্কিমগী উপন্যাস তরানিপালগী মনুংদা ঐতিহাসিক উপন্যাসশিংদনা পাঠাননা পানংদা সমাজদা পোকথিবা অরাবা, অনংবা, মুংচাইতনচিংবদা ইবনি হায়বতু অদুম মখওনৈ। সমাজগী মমি নাংথিনা তাবা উপন্যাসশিংনি। মিত্রনা হৌরম্বা সামাজিক উপন্যাস অসি বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় (১৮৩৮-১৮৯৪) না মপুঙ মরৈ ফাহনখিবনি। মাগী 'কৃষ্ণকান্তের উইল' (১৮৭৮), 'বিষবৃক্ষ' (১৮৭৩)

১ Sukumar Sen. "History of Bengali Literature" Sahitya Akademi, New Delhi, Third Edition, 1979, p. 209.

নচিংবা উপন্যাসশিংদা সমাজগী শক্তম চপচানা য়েকই। মহাকপু উপন্যাসকার অমা ওইবগী অরাংবা খুভম ফংহনখিবদি "কৃষ্ণকান্তের উইল" অমসুং "বিষবৃক্ষ" অনী অসিনি। অনী অসিদা মতম অহুগী সমাজগী শক্তম মতিকচানা য়েকপা ঙমখি, অমদি কাচিন কোয়া থুংনা শন্দোক্লিবা পুন্সিগী সমস্যাশিংবু উংথোকপা ঙমখি।

"Vish Briksha" and "Krishna kanter Will" deal with contemporary society and therfore start with an advantage. It is in these two novels that Bankim reaches the height of his achievement as a novelist. ১

'কৃষ্ণকান্তগী উইল' দা মপুরোইববু থমবন্না নুংশিজবী নুপীগী শক্তম, নুংশিমনবদগী শোয়খিবা খোঙফম, মতুদগী অমাঙবা থোকখিবা কীবম, ভ্রমরগী চরিত্রদা নীংখিনা য়েকই। য়ুমগী মপু ওইবা কৃষ্ণকানতগী অহল ওইবগী হৌনবা, মচা-মশু নুংশিবদগী, রারক মীংয়েং রাংখিবদগী মতুংদা অঃহাবা কয়া লাকখিবনা অপুনবা ইমুংগী মাঙনবা মচল ওইরকই হায়বসি নীংথিনা উৎনবা লাক্লি।

"বিষবৃক্ষ" দা মতম অসিগী সমাজদা নুপী লোনবা অহুগা নুপী লোনবদা নুংঙাইবদগী নুংঙাইতবনা হেন্না থোকপগী মওং কয়া উংলি। নুপা-নুপীগী মরীদা নুংঙাইতবনা হেন্না থোকপা অসিনচিংবা চেতনা উত্তুনা ইবনি।' আনন্দমঠ' নচিংবা উপন্যাসশিংদা মতম অহুগী ময়ামগী ওইবা ঈহৌ ময়েক শেংনা য়েকই। ভারতনা মীখা পোনবা অসি করি করম

১ Humayun Kabir, "The Bengali Novel" ,Firma K. L. Mukhopadhyay, Calcutta, First Edition, 1968.p,22

তৌরগা মীনাই য়োংহিং কোক্কদগে হায়বা অসিনচিংবগী মথক্তা 'আনন্দমঠ' ইবনি। ভারতকী সেবাদি ত্যাগকী মথক্তা তৌগদবনি হায়বগী মরমদা "দেবী চৌধুরাণী" ইবনি।

বঙ্কিম লৈমা নিংথৌ কোনগী অচৌ-অশাং অমদি অরাংবা থাককী মীওইশিংগী পুন্সিদতা, পুন্সিগী মমল লৈবগুম থন্নবা মতমদা পোকপনি। অতনা মহাককী লাইরিকশিং অসি সমাজগী অরাংবা থাককী কাওবুদগী ওইনা তৌবনি। অতুবু মহাককী উপন্যাসশিংসি সাহিত্যগী মথক্তা নীংথিজবা অরাংবা পাক্তা লৈখিবনা চন্নগী লাইরিক নত্তনা মহাককী প্রতিভানা যুগকী মশক নাইবা অমা ওইনা উপন্যাসকী জগত্তা লেপখি।

মথংদা "রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর" (১৮৬১-১৯৪১) লাকই। রবীন্দ্রনাথ, সাহিত্য জগৎতা তোমপিন খানবা মীওইনি। মহাককী কলমনা শোত্তবা বিষয় অমত্তা যাওদে হায়বদা লান্নবনি। উপন্যাসকী জগত্তসু মহাককী কলমদগী থোকপা মচন কয়া লৈরি। মহাককী 'রাজর্ষি" (১৮৮৭), মশক নাইবা ঐতিহাসিক উপন্যাসনি। 'চোখের বলি' (১৯০২), 'গোরা' (১৯১০) নচিংবা সামাজিক উপন্যাস ওাক্কি।

উপন্যাস হায়বসিদকুবু সমাজগী চেতনা অমদগী অমগী সমস্যা পোকপনিনা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী লাইরিকশিংদসু হায়বিবা চেতনাশিংসি লৈরবদসু মহাক অসিদি সাধারণ কবি অমা ওইনা লাকপনিনা মাগী উপন্যাসকী খুৎইদা অপুনবা মীওইবা জাতিগী, খুন্নাইগী ওইবা মীৎয়েংনা পুথুনা মপুঙ ওইনা চংলি।

Tagore judged men and women from the standpoint of humanism and allowed free play of emotions in his characters" ১

---

১ Humayun Kabir, "The Bengali Novel", Firma K.L Mukhopadhyay, Calcutta, First Edition, 1968, p,65

বঙ্কিম যুগনা কয়া চংলিরৈ সরতচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় পোক্খি। মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না মীওইবগী রাখল-ফীদম, মীংয়েং-পান্দম অমসুং পুন্সিগী অর্থ মরৌ তত্তনা হোংই। নোংমা সমাজগী অরাংবা থাক্কী মীওইশিংদগী পুন্সি মমল লৈবদৌনা তৌরম্বা থুনমক হোংলকখি। মতমগী কবিশিং অমসুং গুরুশিংগী শিক্ষা দীক্ষা মতুংইন্না সমাজগী খ্বাই থুন্নাইগী অনেম্বা থাক্কী মীওইশিংগী পুন্সিগী মমল লাকপগুম তৌখি।

সামাজিক উপন্যাসকার অমা ওইনা মায়পাকপা হায়বসি যথার্থ-বাদীশিংগী ফংকম থোক্পা খুভমনি। মস অসিদা শরতচন্দ্রনা অশেংবা শীংথাকম থোক্লবা খুভম অদো ফংবা ওয়খি। মহাক্কী কল্পনাগী পাঙ্গলনা হৌথবা ইতিহাসকী ফম্বাক্তা কলাগী মউ লিংনবা হোৎনবগী মহুৎ মহাক্কী মতমগী সমাজ অমদি পুন্সিগী মকোয়বদা থোকলিবা সমস্যা কয়াবু পুথোক্না মহাক্কী উপনাসকী মউ লিংখি। বেঙ্গল সমাজগী মনুংদা থোক্লিবা সমস্যা কয়াবু মহাক্কা কুপশিন্না য়েংখি। মরু হুক্রবা সমস্যা কয়াবু মহাক্কী কলাগী খুৎথাদা য়েকথোকখি। রবীন্দ্রনাথনা কলাগী পান্দম ওইনা ফজববু পুথোকনবা ওইনববু শরতকী মফমদদি সমাজগীদমক অচৌবা থৌদাং অমা হাকথেংননা পাঙথোকপনা ওইনখি।

"Tagore is the first and foremost an artist and his main object is the creation of beauty. Chatterji is also an artist but he also believed that the artist has a direct social obligation. ১

মহাক্কী উপন্যাস "শ্রীকান্ত" গী মনুংদা অরিবা চৎনবীনা কুপ্পুনা থমলবা সমাজগী তমথীরবা লায়না ওইরিবা চমদবা নীতিশিংগী মায়োক্না লালহৌ অমা পামজখিবত্ত য়ায়া শেংনা উংলি। পুন্সিগী মমল অচম্বা

১ Humayun Kabir, "The Bengali Novel", Firma K. L. Mukhopadhyay, Calcutta. First Edition, 1965. P. 73.

অমদি মীয়ুংশিংগী য়াংলবা মমলবু শীংথাদুনা, ফত্তবা চৎনবীনা অচুম্ববু খোঙগাওনরিবা মহাক্কী মতমগী সমাজবু মহাক্না য়ানিংখিদে। উপন্যাস-কার অসিনা অচৌবা সংস্কার অমগী মতুংদা শাগৎলকপা য়াবা সমাজ অমবু পামজবত্থু উৎপি। অদুম ওইনমক শরত ধর্মগী মায়োক্তা লেপখিবদি নত্তে, সমাজ অসিনা হিন্দু ধর্মগী মিংদা লৌশিল্লিবা ফত্তবা চৎনবী মপৈ অসিতবু, লাকুনা হুন্দোক্কে থনখিবনি। মরুওইনা নুপী ওইবী-শিংগী পুন্সিগী অশেংবা মশক, মীওইনা হিংজবগী অধিকার, সমাজ অসিদা থমজনিংবত্থু শরতনা উৎখিবনি। সমাজগী সমস্যা কয়াবু য়েকলবস্থু অইবা অসিনা মীয়ুংশিংগী য়ুম্ফমদগী পূম্নমক য়েংখি। শরতচন্দ্রনা খুঙ্গংগী থুন্নংগী, চৎলিবা শাজৎ-মুংজৎ অরা-অনা, মীওইবা খুনাইগী মীৎয়েং, য়াখল পান্দম পূম্নমক য়েংদুনা য়েকখিবনি। অদুনা মশাগী স্কুল অমা নাইনা চংপনি। অশেংবা সমাজগী লীচং য়েক্নবা লারুখিবা উপন্যাসকারনি হায়না লৌবা য়াই।

অসিদস্থু নত্তনা শরতচন্দ্র (১৮৫৭-১৮৮৯) মহাক্কী খুৎইশিংদা প্রতিভাগী মঙাল নীংথিনা তাই। প্যারী চাঁদ মিত্র (প্রতাপচাঁদ) (১৮৮১) মতম অদুগী অচৌ অশাংশিংগী মমি নিংথিনা তাবা, লন-থুমগীদমক্তা ইমুং মনুং কায়নবনা মপুঙ ওইবা উপন্যাসনি। তারকানাথ গঙ্গোপাধ্যায় (১৮৪৩-১৮৯১) ইহান হানবা যথার্থবাদ থরা চৎনা সমাজগী শক্তম য়েকপা উপন্যাসকারনি। মহাক্কী 'স্বর্ণলতা' (১৮৭৩) অফাওবা উপন্যাসনি। মহাক্কী চরিত্র পূর্ণক তশেংনা পুন্সিগী অশেংবা মমি ঙাক্নি। প্রতাপচন্দ্র ঘোষ (১৮২০) কী 'বঙ্গাধিপ পরাজয়' বঙ্গগী 'শেষবীর' হায়না খঙনবা প্রতাপাদিত্য আকবরগী সেনাপতি মানসিংগা অনীগী য়ারীনি। অসিদস্থু নত্তনা নুপী উপন্যাসকার কয়ামরুম চোংথোরকই। নিরুপমাদেবী (১৮৮৩-১৯৫১) বঙ্গ সাহিত্যগী য়াম্না মরিং চৎপী উপন্যাসীকনি। নহা ওইনা লুখ্রা ওইবদগী সাহিত্য সেবাদা পুমলুপ লুপখি। শরত-চন্দ্রনা মহাকপু গদ্য সাহিত্য ইনবা থৌগৎপনি। 'অন্নপূর্ণার মন্দির' (১৯১৩),

দিদি ( ১৯১৫ ), আলেয়া ( ১৯১৭ ), বিবিলিপি ( ১৯১৯ ) অসিনচিংবা লাইরিক কয়া ইরমই। কলাবিদ্যা নীংথিনা হৈবী, মনতত্ত্ব নীংথিনা খঙবী লেখিকানি। মহাক্কী উপন্যাসতা প্রেম অমসুং দাম্পত্য-জীবন ( কনজুগেল লাইফ ) হায়বদি যুম্বানবা মুপা-মুপী অনীগী মরুংদা লৈনবা ইনথোক-ইনশীন শাওনবা, মুংঙাইনবা, রারো পুকলৌনচিংবা পুম্নমকসি য়াম্না কুপ্না ই।

কলকতা বিশ্ববিদ্যালয়না ভুবন মোহিনী গোল্ড মেদল অমদি জগৎ তারিনী গোল্ড মেডল পীগনা ইকাইখুম্নৈ। সাহিত্য পরিষদনসু ইকাইখুম্নখিবা অইবনি।

২০ শুবা চহীচা য়োরকপা মতমদা উপন্যাসকী খোঙয়াং অসি বেঙ্গলী সাহিত্যদা য়াম্না য়াঙই। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী খুৎই অমসুং খুৎফোঙদোক্কী মঙালনা তুংদা লাকপা উপন্যাসকারশিংনা য়াম্না শাক-শন্না ইরকই। হীরমগী ওইনা য়েংবা তাররবু চহীচা অসিগী অহৌবা মতাংদা অসুম অসুম শাক চাউরকই। সমাজগী ওইবা সমস্যাশিং শিংথাহুনা হৈবা উপন্যাসকারশিংগী ঈচেলদা অনৌ অনৌবা ঈহৌ লাকখি। ঈনোৎ কয়ামরুম হাপচিল্লকপা ওনবা য়াবা উপন্যাসকারশিংগী মরুংদা শশীচন্দ্র মজুমদার, গোকুলচন্দনাথ ( [illegible]-১৯২৫ ), সেলজানন্দ মুখর্জি ( ১৯০০-১৯৭৬ ), বীভুতি ভুষন বেনার্জি ( [illegible]-১৯০০ ), বুদ্ধদেব বোস, আন্নন্দ সঙ্করলোয় ( [illegible] ৪ ; তরাশঙ্কর বেনর্জি ( [illegible]-১৯৭১ ), অসিনচিংবা উপন্যাসকারশিং অসিনি। ২০ শুবা চহীচা অসিগী খাইদগী শীংথাবা য়াবা উপন্যাসকী ময়োল অমনা খুমাং চাওশিনবা ( প্রগতি ) হায়বা মীংয়েং অমা লৈরক্লিবা অসিনি। কাল মার্কসকী লম্বেলদা চেংনা থাজবা অমদি হীরম খুদিংদা রাখলগী অমদি থবক্কী অওনবা পুরকপা অহুগা মসিগীদমক্তা লালহৌ নক্রগা ঈহৌ নিঙাইবা লৈতনা শীজিন্নবা অসিনচিংবগী মওং অসি শতাব্দী অসিগী সাহিত্যগী লম্বেলদা

ময়েক হেন্না শেংলকই। বেঙ্গলীগী উপন্যাসকী মতুং অসিদগী মণিপুরগী সাহিত্যদা উপন্যাস হায়বা বিধা অসি পোক্লকখি হায়বসি থাজবা য়াবা ৱাফমনি।

ইহান হানবা ওইনা মণিপুরদা 'মাধবী' (১৯৩০) উপন্যাস থোক-লকখি; অইবা লমাবম কমল সিংহনি। উপন্যাস অসিমক মচল অসিগী অহানবা পোংথোক ওইবতা নত্তনা সামাজিক চেতনাগী য়ুফমদা ইবা ইহান হানবা উপন্যাসনি হায়না লৌবা য়াই।

অসিগা মনাঙদা অশেংবা উপন্যাসকী মশক উবা ফংদ্রি। ময়াইচনবা য়ুগতা লৈরম্বা রারগী মপুংওইনা য়াওবা লাইরিক খরস্তু পণ্ডিত নন্দলাল শর্মানা উপন্যাসনি হায়না কন্না থাজৈ।[১] লাইরিকশিং অসিদি অনৌবা য়ুগকী সাহিত্যদা উপন্যাস হায়না খঙনবা বিধা অসি ওইবা য়ারোই। মরমদি লাইরিকশিং অসিদি অয়াম্বনা লাইরোন, য়েলহৌ জগংকা কৃষ্টি, পুরানগী মতাং, ইতিহাসকী থৌদোকশিং অমদি লন অসিগী লৈহাওগা চান্নবা সংস্কৃতিগী য়ুফমদা পাক্তক্না ইবা ৱারীগী মওংনি। "পাখোইবী খোঙ্গুল" ৱারেংগী ৱারীনি। তৌইগুম্বসুং উপন্যাসতি ওইরোই। অসুমনা, "পোইরৈতোন খুন্থোকপা", "নুংপান পোম্পী লুৱাউপা", "চোথে থাঙরায় পাখঙপা" অহুম অসিসু শ্রব্যকাব্য ওইনা লৌবা য়াই, উপন্যাসতি ওইবা য়ারোই। উপন্যাস বিধাগা খরা নকশিন্নবা, "নাও-থিংখোং ফম্বাল কাবা" অমদি "অরেং নন্দকুমার" নচিংবা খরস্তু লৈ। অহুমকপু হায়রিবা লাইরিকশিং অসিসু মওং তারবা নাংথিজনা শেম শারবা নোংচুপলোমগী সাহিত্যদা ফিক্সন হায়না খঙনবা উপন্যাসকী মতুং অতুদি নত্তে। অতুনা ময়াইচনবা য়ুগকী ৱারী লাইরিকশিং অসিদা সমাজগী মমি তারবা ফাওবদা নৈনবগী য়ুফমগী কায়াং ওইনা লৌবা য়ারোই।

---

১। নন্দলাল শর্মা, "মৈত্রবাক", উপন্যাস, ত্ত কে. ছোর, অহানবা ফোঙবা, ১৯৬০, লাঃ XXII

মাধবী উপন্যাসনা অহানবা মৌলিক উপন্যাস ওইবা তাবনি। উপন্যাস অসিদা মপুঙ ওইনা মুংশিবগী শক্তম অনী — মুংশিবতনা লম্বেল অমদি পনথুং ওইবা, থাদোকপনা পনথুং ওইবা মুংশিবা অসি ময়েকশেংনা উৎলি। মসিগা ইরোয়ননা মতম অদুগী সমাজগী মশেক মঙাল নীংখিজনা উবা ফংই। লাইরিক লাইশু নীংথিনা হৈত্রবী খুঙ্গংদা পোকপী অমদি খুঙ্গংদা চাউবী মাধবীগী থোংলবা মুপীজা থমোয়দা অতোপ্পগীদমক্তা মুংশিবা অমদি ওইজবা থাদোকপগী চাউরবা ঈথিল অমা উপন্যাসকারনা হাপই। মুংশিবা লনাইগী ওইবা মুংঙাইবা অমদি অপেনবগী শক্তমনি। থমোয়গী ওইবা মুংশিবা অসি মুপীজা থমোয়গী চাউরবা লম্বেল অমমুং পনথুং ওইনবা লিচংনি। লিচং অসিবু পুংথা থাদোকপগী মহুত্তা তাইবং পুক্লিংগী ঈথিল অসিবু অপুনবগী ওইবা কান্নবরোমদা ঈথৈ পিথিবা মাধবীগী থৌরাং অমদি থৌওং অইবনা পান্না শেমজরিবা মাধবীমককী মচিন্দগী অমুমনা ফোঙদোক্লি .. "ঐগী মুংশিবা রাখল অসি মী অমত্তদা লেপতদুনা তাইবংপানবা পুন্নমকতা চাইথোকপা ঙম্নবদি অরাবা পুন্নমক কোক্কদবনিকো।"[১] নুংশিবদি থাদোকপগা ঈরোয়নগদবনি হায়বসি অইবনা উৎলি।

নীঙমদ্রবা তাইবং ঈথিলবু ঈথৈ পীদুনা (রিদিরেকসন) ময়ানগী সেবা তৌবগী রাখল অসি উপন্যাস অসিগী চাউরবা সমাজগী চেতনা অমনি। লনাইগী ওইবা হিংবগী মহুত্তা পুন্নমকী ওইনা লৈবগী মুংঙাইবা অদু ফংহুন্নবগী অচৌবা থৌইনশিন অমনি। উপন্যাসকী লমথুংনি। লমথুং

১। লমাবম কমল, 'মাধবী' মণিপুর ষ্টেট লাইব্রেরী চওুবা ফোঙবা, ১৯৬৭, লা: ৫০

অমিগী মহেন্দ্র মণ্ডল উপন্যাস অসিমক্কী পাত্র মচা ওইনা পুশিল্লকপা রাজেন কবিরাজনসু হাপ্পি। অমাবা য়েংহনা পৈশা তানবত্তা নত্তুমা পুকচেল য়াজরবা লৈবাক্কী মাইবা রাজেন্দ্র সিংহনা মশাক্কী ওইজবা থাদোকুম্মা ওং-নৈবা অমদি লাইরবগী চৈন্না শিরপদবী থম্বালদা চুমজবা মতুংদা লাইকয়হনা অচৌবা পুনসি অমা হাপ্পদা মাই পাকই। রাজেন কবিরাজগী মরমদা অইবগী মতনি "অরা অনাশিংগী ইমুংদা কনাগুম্বা অমা নারবদি শেল লৌদনা লাইয়েংবি, অহিং নোংলোইবা লেককুন্না অনাবা লাইকনৈ। অসিগুম্বা থৌজাল অসি জাং অতৈগী কবিরাজশিংগী মরক্তা খয়া তাঙই।"[১] সমাজগী অশেংবা সেবানি। দেশ সেবানি।

মতৌ অসুমনা উপন্যাসকার খ্বাইরাকপম চাউবনা মাগী উপন্যাস 'লবঙ্গ-লতা' (১৯৫০, ২শুবা খুংনম) দা লনাইগী ওইবা মুংশিবগী থৌইনশিনদগী সমাজ অমদি জীব পুন্নমক্কী সেবা তৌনবা রাখল অমা উৎলি। উপন্যাস অসিমক্তি ইতিহাসকী মক্তুং চনবনি। অতুমকপু ওল্লকইবা মণিপুরী সমাজগী শক্তম অমা চাউবনা উৎনবা লাক্লরি। হৌথিবা মতমগী মণিপুরী সমাজদা মুংশিবা অমদি অচুম্বগী মমল লৈরম্মী। অইবা চাউবনা লবঙ্গগী মচিন্দগী হায়হনখি "পৃথীবী অপুম্বা পাতালদা নমথসমু প্রেমদি মাংগনি নিংদে। পুন্নমক অরেম্বনি-প্রেমনা জয় ওইবা অসি মহৌশানি"[২]

অদুবু অনৌবা মতমগী মণিপুরগী সমাজদা মী অমগা অমগা মুংশিনদবা অমনা অমবু থাজদবা অমদি মতম পুম্নমক্তা নিংঙাই লংঙামম্বগী রাক্রম অমা লাকই। মুপী হায়ন-শিংনবা অমদি লুহোং

---

১। "মাববী" লা: ৬৮

২। খ্বাইরাকপম চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা', গৌরহরী খ্বাইরাকপা ২শুবা খুংনম, ১৯৫০, লা: ৬৩-৬৪

খোঙদোংবগী সমস্যা অমা চাউবনা মাগী উপন্যাসতা উৎনবা লাক্নৈ। মুংশিনরগা লুহোংবা অমদি হায়ন-শিংনরগা লুহোংবা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা খেন্নবসি অহৈবনা ময়েক শেংনা উংলি। অহৈবনা মুপী অমগী মকমদদি মুংশিববুদি পামজবনা শেন্নবীবা মপুরোইববু অশেংবা মপুরোই-বনি হায়না লৌবা তাই হায়বসি ফোঙদোকই। হিংবা অমদি শিবা ফিভম অনীমক্তা মুংশিজবা মপুরোইববু লাচচবা তাই হায়বসি অহৈবগী থাজবা রাফমনি। লতাসনাগী মচিন্দগী হায়হনথি - "লাইবক থীবনা ননাই ঐহাক লুপ্রা হায়বত্ ওইরে, মপাগী মফমদা লানবগী দণ্ডি ফংলে। তৌইগুম্সুং পাবুং ইবুংঙো ননাই ঐহাক্কি মুপীগী জাত্তা পোক্লকনিনা মুংশিবা মমা মপামকপুম্ব মপুরোইবনা হেনফম থোক্লে, অতুগা সনা চরণনা কৃপা তৌবিয়ু— ননাই ঐবুদি ইপুরোইবনা মণিপুরদা থোকউ হায়বা পীরমগে অতুনা মপোক অসিমা লোইদ্রিবা ফাওবা ননাই ঐহাক রাজনগর অসিদা ইপুরোইবা ঙাইবা তারে।"[১] অচেৎপা রাশক অমদি অক্লীংবগী মওং উংপা রাফমনি।

অসিগা ঈরোইননা জাতি অমগী য়াইফবা পুন্সিদা মী অমনা কদায় ফাওবা অমদি কয়া য়াম্না মশাগী থৌদাং লৌবা তাবগে হায়বত্ চাউবনা উৎনবা লাক্লরি। মখল খুদিংমক্কী সমাজ পুম্নমক য়াওরবা লৈবাক্কী সেবা তৌবনা অশেংবা ধর্ম্মনি হায়না খমথিবা অইবনি। ননাইগী রাফম পুম্নমক্কগী লৈবাক্কী রাফম্না খ্বাইদগী মরু ওইবনি অমসুং খ্বাইদগী ফরবা ধর্ম্মনি হায়না অহৈবনা পাউজেল্লি। খ্বাইরাকপগী মচিন্দগী অহৈবনা মরৈবাক অমদি মজাতিবু মুংশিবা লদঙ্গদা অশুম্না খঙহল্লি -

"ঐনা মৈতৈ ওইবগী অশেংবা গঙ্গাজলনা স্নান তৌজবা হেক ফংবা, লানফম অশেংবা তীর্থদা লৈতাহনা ক্ষত্রিয়মচা ওইবগী সনাতন ধর্ম্ম ফংবা হেক উবমক্তদা স্বর্গদগী হেল্লবা জন্মভূমি অসিবু শিন্নফম

১ খ্বাইরাকপম চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা", গৌহাটি, ১৯৫০,

লৈরোইগত্রা হায়রূনা রাববু হৌজিক্তি নঙাকুম্বা মরৈবাক ঙংশিবা থাজবা য়াবা ইনাও অমস্ু ষংজরবা অসিদদি কোক্লে।"[১]

অসুম্না য়াইফবা সমাজ অমা শেম্নবা লাক্নবদা লনাই মীওই অমদি অপূনবগী থৌদাং উপন্যাসকার চাউবনা উৎলি।

মতুংদা সমাজগী চেতনা শোক্লা ইবা উপন্যাস, য়েংখোম ভাগ্যগী 'চাওবী'[২] (১৯৬৭) অসি লাকই। উপন্যাস অসিদা মতম অহুদা য়াম্না কন্না চংনরম্বা মণিপুরী সমাজগী লৌনবা য়াবা য়াদবা, অমাং-অশেং অমদি জাৎ তাবগী রাফম পাক শন্না, ময়েক শেংনা শিংথাই। মতম অহুগী সমাজদা পামদবা চংনবী ওইনা জাৎ তাবা অমদি মাংবা শেংবগী ঈচেল অসি কন্না নৈনবা উপন্যাসনি। উপন্যাস অসিগী মতাং মতাংদা মাংবা শেংবগী রাখলবু চুমদবা অমদি মাঙননবগী মশক ওইবা রাখল্লি হায়না শিংথারি। হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্লবা মতুংদা মণিপুরগী সমাজদা জাৎ খায়বা, অমাং-অশেং অমদি লৌনবা য়াবা য়াদবগী রাফম অসি কন্না চংনরকখি। লৈবাক অসিদা লৈরিবা জাতি খুদিংমক মমা অমত্তগী মচাগুম চপ মান্নৈ, অমাং-অশেং অমদি অনেম-অরাংগী পাদম ওন্দুনা জাতিশিংগী মরক্তা খেন্নবা থম্বা চুমদে হায়বসি অইবগী রাখলনি। অইবনা থাজনা ফোঙদোক্লি—

"কোমোলনা কুঞ্জগীদা লইবা মতমবু মীতৈগী মতুংদা মাংবা-শেংবগী ঈচেল অমা কন্না চেল্লি। মানা বাঙ্গালী য়ুমদা লৈরমদাইদা মমাগী

---

১। "লবঙ্গলতা" লাঃ ২১

২। শোক ১৫০ দা ফোংলবস্ু উপন্যাস অসি ১৯২০ গী অহুরাইদা ইবা হৌখিবনি অমদি চংহি খরা লেংনা ইখি হায়না অইবা মশানা তাং ১৬। ৪। ১৯৮৫ গী অয়ুক্কা উন্নহুনা রারী শান্নবদা ফোঙদোরকই। অসিনা য়ুম্নম ওইরগা 'মাধবী'গী মতুংদা উপন্যাস অসি থমজে।

য়াথং লওখি। মহাক্কী রাখলদা তাইবঙপানসি ইমাগী থৌজালদা হিং-লিবনি, পৃথিবীসিস্সু ইমাগী মওংদা ঈশ্বরনা শেম্বীরমই, তাইবংপানবা মপুবু খঙজগে হায়রবদি, ইমাবু মগক খঙদনা খঙবা ঙম্লোই থনখি।" [১]

মহাত্মা গান্ধীগী রাখলগী মমি তাবা অইবগী রাখলনি হায়বা য়াই। মহাত্মা গান্ধীনা মমাগী য়াথংনা অরোইবা ওইনা লৌবদৌনা কমলস্সু মমাগী য়াথংনা অরোইবনি হায়না লৌবদনি। বিলাত চৎলমদাইদা মমানা পাম্বা মতুংইন্না (১) শা চারোই (২) য়ু থকওই, (৩) মেম নুপী লৌরোই হায়বা রাশক অহুনসি ঙাকখিবগুম[২] মমাগী য়াথংনা অরোইবনি হায়না চৎখিবগুম কমলস্সু অদুম চৎখিবনি। মতুংদা হিজম অঙাং-হল্সিংহগী 'জহেরা' (১৯৬৪) পনবা য়াই। উপন্যাস অসিদস্সু মতম অদুদা লৈরম্বা মাঙনবগী মগক ওইবা সমাজগী চৎনবীবু পামদবা অমদি য়ানিংদবা ফোঙদোকপগী ঈহৌ অমা উবা ফংই। লম অসিগী লোন অমত্তদা লোন্দুনা চপ মান্নবা নাক-য়েৎ অমত্তদা লৈমিন্নরক্লবা মৈতৈ অমদি পাঙল অনীগী মরক্তা লৈবা অমাং-অশেং অমদি চারৌ মৌরৌনবা য়াদবগী চৎনবীবু মরু ফংনা মুথৎপা পামখিবা অঙাংহলনি। মৈতৈ পাথং অমগা, মৈতৈর্মা মাংই হায়না লৌবা পাঙল লৈশাবী অমগা অনীবু মানবতাগী য়ুম্ফমদা চাম্নহন্দুনা মপান্থোংগী ওইবা ধর্ম অমদি চৎনবীগী পামদবা চৈথলবু লৌথোক্কে থৌরাংবা উপন্যাসকনি। ধর্ম খুদিংমক মপান্দা থেম্নজবত্তনি; মী ওইবগী ঈথিল অমদি লোনচত্তি পুম্নমক্কী ওইনা মান্নৈ হায়বসিদা অইবনা থাজৈ। ন্নুংশিনা অমদি থম্মোইগী মরীদা মপানগী চৎনবীনা নমহৎপা ঙম্মোই হায়বা রাযম উৎলি। অঙাংহলনা মফম অমত্তদা

---

১। শ্রীভাগ্য সিংহ, য়েংথোইবা, 'চাওবা' বিধুবাবু থুৎনম ১ বা, ১৯৫৭, লাঃ ৫৫

২। এস, কৃষ্ণমোহন, 'মহাত্মা গান্ধী অমসুং গান্ধী তত্ত্ব', অহানবা পন্দুপ গান্ধীনা অঙাং ওইরিঙৈ লাঃ ৫

লৈমিল্লরগা, সমাজ অমত্তগী মীওই ওইবনি। তুং-তুং ওনশিনহনা লৈবগুম থৌরিবা মৈতৈ অমসুং পাঙল অনীবু চান্ন-চীন্ননা অমত্তা ওইনা লৈমিল্লবগী শেংলবা অমদি মুংঙাইরবা মুমিং অওগী আশা তৌজে। অইবগী লোন্দাদা— "যামিনীনা হান্না চান্নরকপনি হায়না গোপালবু তোম্বী বিবি-গীদা থনয়গা ইস্ফালদ। লাক্নুনা মখোগা উনখরে। মুখী কপ্তে নোকস্নু নোক্তে মুসুক মুশিনখরে গী অমত্তদা হায়রুবা লৈতনা যামিনীতগা তারখরে। (থৌবান্দা পুং ১২।)" তাবদা মুখী থুঙংও পাঙলগী ফজবা উবদা মুখী জাতি তোগানবা, ওনথোকপনি হায়না খল্লি। মৈতৈগা পাঙনগা মুংশিনবগী মুমিং অসিনা থুদম ওইনা লৌবা হৌরকই।[১] অসুন্না উপন্যাসকার অঙাংহলনা ধর্ম্ম অমসুং থাজনবগী রাখলদগী লাপ-থোকনা লৈনখ্রবা মৈতৈ অমসুং পাঙন অনীবু অমত্তা ওইনা চান্ন-চিন্ননা লৈহল্লিংবগী অপাম্বা অসি ময়েক শেংনা লানা ফোঙদোকই। সমাজগী মুংঙাইতবা পৌদোক অমদি রাথোকশিংবু যাম্না ঈংনা মওং চুম্না মুথংনবা লাক্নবা থুংইনি। হিজন অঙাংহলগী অনিংবা অসিমক পুহুনা রাজকুমার শীতলজিৎসু লাকই। অইনা অসিগী 'থাদোকপা' (১৯৪২) উপন্যাসতা হিন্দু ধর্ম্মগী মপাম্থোংগী ওইবা চংনবাদা লৈরিবা মাংবা-শেংবা, জাৎ তাবা, ইনথোকপা অমদি শেল-থুম খরা তিংলগা প্রায়শ্চিত তৌত্রনা লৌখংপা অসিনচিংবা যাম্না চনৈ খনৈবা অমদি মীচঙ মীথায় নাইবগী চৎনবী অসি শীংথাই। অশেংবা ধর্ম্মগী মীংয়েংদা মী পুম্নমক অসি চপ মান্নে হায়বা অইনা থাজে। উপন্যাস অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু রাংনা থাজনপা পামই তত্নুগা তৌবদবু ওইদবা অমদি পামদবা মপাম্থোংগী চৎনবীদি অইবনা যাবা ভমদে। 'থাদোকপা'গী অভোম্বা পাওজেল অমনা পুকচেল শেংনা ওইজবা থাদোকপা অমদি সমাজগী সেবা তৌবা অসিনি। উপন্যাসকী মিংথোলনা কোল্লিবা 'থাদোকপা' হায়বসি চুমদবা লীচং অমদি মশাগী ওইজবা থাদোকপবুনি। হৌইবা অসিমকী 'ইমা' (১৯৪৭)দা

১। অঙাংহল, 'জহেরা' নপুর সিংহ তহানবা, ফোঙবা, ১৯৬৪, লাঃ ৩১০

মতম অদুগী সমাজদা লৈরম্বা অচৌ অশাংশিংগী ওক্ত-লীচং অমদি অঙম্বশিংগী শেনজা থুমজাদা হাদেংবা লৈতবা মওং অসি উৎম্বা লাক্লে। মওং অসি চুমদবা অমদি মাঙনাংঙাই ওইবা লীচংনি হায়বা উৎলি। মপুরোইবা লৈবা নুপীশংদা মিতাবা অমদি ওহাক্কী ওইবা অরাম-খৌরাং কোক্লবগাদমক্তা লুনা চায়া তৌজরিবা মপুরোইবনু হাং-তোকপা, মীহাৎপা অমবু আইন মথুংনা পাম্নরিবা অঙম্বনা মীচঙ চঙহুনা কনবা অদুগা প্রজাদনা শেল থুমনা উৎ চাইবা পূন্নমক অসি মতম অদুগী অচৌ-অশাং খরদা য়ায়া লাইনা থোকই। পামদবা লীচং শাজং অসি য়ানিংদবগী অমদি মসি শেমদোকপা পাম্বগী থৌইনশিন অমা অইবনা পীরি। মতুংদা অইবা অসিনক্কী 'রোহিনী' (১৯৪৮) থোরকই। মসিমসু 'ইমা'গী মতৌগুম থম্মোই অমদি মানবতাগী ওইবা য়ারী লীশাং অমনা মপুং ওই। অদুবু মরক মবক্তা য়েক্লকপা থৌদোক য়াথোকশিংদা মতম অদুগী সমাজগী মশেক-মদাল ১পুং ফানা উৎলকই। উপন্যাস অসিনা কোল্লিবা মতমগী মণিপুরী সমাজদা শেল-থুমগী ফিভম ফত্তবনা মতমদুগী মণিপুরীশিংনা অসামগী অয়াম্বা মফমদা চা বাগানচিংবদা চংনবীগী রাফম উৎলি। মখোয়না লৈরিবা মফম অদুদা য়ুম-কৈ শাহুনা কুপি নুপীনচিংবা লৌহুনা মপুনসি লেনখিবা কয়া য়াওবগী রাফম উপন্যাস অসিদা থেংনৈ। অতোপ্পা রাফম অমনা মণিপুরীশিংনা মণিপুর অমদি অসামচিংবা মরৈবাক্তা জগোই ঈশৈগী কারবার তৌবগী রাফম অমা পল্লি—... "ইবেম্মসি অদোম্ন পুবিরকপরা ?... ওসিদি জগোই শাবী পুবিরকপগী ঐথোয়গীদা লৈখিবা ভারে"।[১] কলা অমদি কলা-কারশু লাম্না শীঞ্জিন্নবা সমাজ অমগী মওং উৎপনি।

অম্মমনা মতম অদুদা চংনরম্বা শেজনা-থুমজা অমদি মীতোপ মীম্বাল ওইবী নুপীনা য়ুম অমদা লৈরবা মতমদা অনকপা নাক-য়েংবী সমাজনা

১। শীতলজিৎ, 'রোহিনী', কোইজম ইবোবী, ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৪, লাঃ ২৩-

লান্না থাজবা অমদি তোকঙাগী মতেংনা বদনাম শন্দোকপগী মতাং-নচিংবসি ময়েক শেংনা উৎনবা লাক্লে। অসিগী মতুংদা অইবা অসিমবী 'মুংশি রাখৈবা' (১৯৬১) থোরকই। উপন্যাস অসিদা মতম অহুদা ড্রাম' মাওবা অমসুং য়াওবীশিংবু হুনথরপ তৌবা মীৎয়েংদা য়েংবগী অরানবা চৎনবীহু মানাংদে হায়বা উৎলি। মসিগা লোয়ননা ড্রামাগী লমদা থেংনরিবা লীলা য়াওবা অমসুং য়াওবাশিংগী পামদবা লীচংপুম্ব অইবনা যথার্থগী মীৎয়েংদা য়েংনবা লাক্লে। শেল থুমগী ফীভম ফত্তবা মণিপুরগী ফিভম পাক শন্না শাংথাই। লালানচিংবা কলাশিংবু থৌগত্তুনা ইবা উপন্যাসনি। মাগী লীচৎপু শেমদোকপা পাম্বগী রাখল অমা ময়েক শেংনা উৎলি।

১৯৭২ দা আর, কে, এলাংবমগী 'মরুপ অনী' থোরকই। উপন্যাস অসিদা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মন্নুংদা থোকখিবা মণিপুরগী ফিভম ময়েক শেংনা উৎনবা লাক্লে। লান নংলবা মণিপুরী সমাজদা লাকখিবা অরাবা কয়া শিংথানবা লাক্লে। লানগী অমাঙবা কয়া অমদি লাঞ্জাওনা নৈহৎলবা খুঙ্গং অমদি সহরগী মাঙ তাকহৌবা ফিভম কয়া উৎলি। লাননা মমা-মপা হাৎতোকপিগ্রবা অঙাং অনীনা মওং চাদ্রবা পুন্সি লেনখিবগী রারীনা মপুঙ ওইবা উপন্যাসনি। লৈতানথেম রামসিংগী 'জাৎ ওনবা' (১৯৫৪) উপন্যাস মণিপুরী সাহিত্যদা চংনবাগী হাংমদা হেবা অকনবা লালহৌ অমগা লোয়ননা মণিপুরী সমাজদা কন্না চৎনরিবা বামনগা মৈতৈগা লৌনা-লৈনবা যাদবা হায়বা চৎনবী অসি অইবনা শীংনরকই। মানবতাগী মীৎয়েংদা মুংশিবা হায়বসি মীওইবগী লীচৎনি, মসিবু মপানগী ওইবা ওইদবা চৎনবীনা থিংবা অমদি থিংহনবা য়ারোই হায়বগী অকনবা খোল্লাউ পুরকপা উপন্যাসনি। মীওইবনা শেম্বা, পামদবা চৎনবীনা থল্লবা সমাজ অসিবু থাদোক্কুনা চংখিবা পাম্বগী রাখল অমা অইবনা পীরি। থিংওমগ্রবা মীওইবগী থোৎলবা মরীবু থিংনবা লাক্লবা

লৌনবা য়াদে হায়বা পল অসিবু নমখায়রম্লগা অমদি ইনথোরক্কদবা সমাজবু হাঃনা ইনথোরম্লগা অপনবা লৈত্রবা চীংলগদমদা খুন্দা লেত্তাদুনা লৈখিবা নায়ক অমখুং নায়িকা অনীগী অরাবা পুন্সি মরেল অমা উংপা উপন্যাসনি। অরাবা পুন্সি অসিবু হুরাও হুরাওনা মায়োক য়াখিবা নায়ক নায়িকাগী মীচঙ চঙনা অইবনা চংনবা অসিবু শীংনগে লাক্লে। মতুংদা হিজম গুণ 'সংহনা মাণি ইহান হানবা উপন্যাস 'লমন' (১৯৫৮) দা ইতিহাসকা ওইবা য়ুম্ফম অমদা মীনাই অমসুং নাইথাংগী চংনবী অমদি চীং অমসুং তমগী মরক্তা লৈবা য়েংথিনবগী মওংবু মরূ ফংনা মুংথংপগী অপাম্বা অমা ময়েক শেংনা উংলি মীনাই কুঙ্গা লিংবগী চংনবী অসি মুপাংপগী মতাংদা অইবনা মরু-ওইবা নুপী পাত্র ওইরবা তমুবীগী মচিন্না শেংনা য়াহৈ অসুমনা ফোঙদোকই — "মীনাই ওইদুনা লাক্ লুথাক চাদুনা পুন্সি লেনগদবগী শরুক্তা চীংদা কাদুনা নখোয় থাইগী মরক্তা লৈজবনা ঐ লাইবক ফবনি খন্দুনা লাকচবনি নমোম্না, ইরোন ইরান তাক্লবানি। হপুরোইবগা কায়নরবানি ঐবু চঙজফম পীবায়ু।"[১]

মতম কুইনা য়েক্লদুনা লাক্লবা চীংমী অমদি তম্মীবু নৌহৈানা চান্ন-চিন্ননা অমত্তা ওইবগী য়াখলগা লোয়নবা লৈমিন্নহন্নবগী লংলা লংজিন অমা অইবনা কাঙলি। লৈতাক্লোনগী চুপলা পায়রিবা অচৌ-অশাংনা প্রজাবু অমদি অপাম মাহো লাংদা খুদুনা নুপীবু শাম্পোৎ ওনা লৌরকপগী পামদবা ফীভম অসিবু অইবনা ময়েক শেংনা উংলি। শেল থুমগী থুয়া তুশিল্লবা ফীভমনা প্রজাবু য়ানা পুন্সি লেনহনবগী থৌদোক য়াথোক কয়া উংনবা লাক্লরি। মণিপুরী সমাজদা চংনখিবা অমদি চংনরিবা তোল্ল-তারবশিংবু অচেং অচেংদা পায়দুনা তুহংপগী মওং

১। গুণ 'লমন' হিজম চন্দ্র সুরধবনা, ৫শুবা ফোঙবা, ১৯৮১, লাঃ ৪।

অসি অইবনা কন্না য়াম্মিন্দে। মীদি মা ওইনা হিংবা তাবনি অমদি হিংমিন্নবা তাবনি হায়বসি অইবগী খোল্লাউনি। মান্নবা অমদি অমত্তা ওইবগী য়াখল লানথোক্লবা হোংনবিবা উপন্যাসনি।

খুমনথেম ইবোহলনা মাগী উপন্যাস অনী 'ইমানা ঐবু মাওহনবনি' (১৯৬১), অমদি 'ঐদি ওক্তবীনি' (১৯৬৩) পুথোরকই। অহানবগীসিদা লন-থুম মীহৌবদগী লমচৎ নাইবা মরম ওকপী লুপী অমবু নমহনা ওক্তবী ওইহনখিবগী য়থার্থদা য়ুম্ফম ওইবা য়ারী অমা য়াওই। লুপীবু অহনব লময়া শেন্দান লম্বীগী পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নরকপা অমদি চন্নবা য়ুম অমগী মবেম্মা ওইগদবী মহাকপু শান্নপোৎ ওইনা শীজিন্নবগী থৌদোক অমা তম্মী। সমাজদা লৈরিবা ওক্তবীগী লীচৎ অসিবু অইবনা মীনুংশিগা লোয়ননা য়েংই অদুগা লোয়ননা থিংনবা লাকনৈ। অনীশুবগী 'ঐদি ওক্তবীনি' (১৯৬৩) হায়বা উপন্যাস অসিদা অহানবদা তৌখিবগুম ওক্তবীশিংগী পুন্সিবু মনুং হঙ্জিন্না য়েংনবা লাকনৈ। উপন্যাস অনীমক্তা অইবনা থাজবদি ফত্তে হায়রিবা ওক্তবীশিং অসি মপানথোংদদি ফবা মাল্লিবা সমাজনা নমহনা ওইহনবনি অমদি নাকোয়ননা য়োক্লিবনি হায়বা য়াফমসিনি। মিহৌবা অমদি ইরাংদা তাউগ্রবা সমাজনা লুপীবু সেরান্নবা লম্বেলদা নমহনা চৎহনবগী ফীভম অসি লৈরি হায়বসি অইবনা উৎলবা লাক্লরি। অসুমনা ওক্তবীশিংগী ফত্তবা মতৌ অমদি মপোয়গী মরমদা নিংথিনা উৎলবা মতুংদা সমস্যা অসি কমদৌনা কোকদগে হায়বগী লম্বেল অমসু নাকোয়ননা পীরকই। উপন্যাস অনী অসিদা খুমনথেম ইবোহলনা লৌখৎলিবা ওক্তবীগী সমস্যাবু নাকোয়ননা সমাধান তৌনবা হায়বদি কোক্লবা উপাই মতাং খরদা পুথোক্লম্মী। মীওইবগী লমচৎপু শেমদোক্লবা অমদিময়াইবক্ক থীরবী চন্নুশিংবু মৌহৌমনা সমাজনা অফবা ইমুং মনুংদা পুশিন্দুনা থম্নবগী লমবেল অমা উৎলম্মী। সমস্যানা নরু ওইবা উপন্যাসনি। সমস্যাগী সমাধান থিরিবা উপন্যাসশিংনি হায়বা য়াই।

মথংগী চহীদা হায়রবদি ১৯৬৪ দা গুণগী 'খুদোল' কোক্লকই। মণিপুর অমদি ভারতকী অতৈ লমশিংদা অনী শুবা লাম্লাওবা পীবা পামদবা ফল কয়া উৎনবা লাক্কে। মুংশিবা অসদি অপাম্বা অনীগী মরক্তা লৈরিবা মুক্লবা অমদি শেন-থুমগী ফীভম কত্তবনা সমাজদা তোপ্পনা হিংলিবা মীওইশিংগী অরাবা মহিং উপন্যাস অসিদা উবা ফংই। মুংশিবা হায়বসি মপান্থোংদা লৈতে, অদুনা মুংগী ওইবা লীচদনা জাৎ-বিজৎ লাইর-ইনাক খুনবা অমদি লোন খল্লবা অসিমচিংবগী মাল্লবা কয়াগী মরক্তা অমগা অমগা পুক্চেল তিন্নবা হিংমিন্নগদবনি হায়বা মখল অমা উপন্যাস অসিনা পুরি। মশাগী পুন্সিবু অতোপ্পদা খুদোল ওইনা থম্বী অমগী খুদোলবু হৈরাওনা তাইবং অসিগী চৎনরোল অমনি হায়না অইবনা লৌই। সমাজ সেবা তৌবগী অমদি লৈমিন্নরিবা মীওইবগী সেবা তৌবগী কান্নবা মুংঙাইহগী পাউজেল অমসু গুণনা পী। মথংগী মখাককী উপন্যাস 'অরোইবা পাওদম' (১৯৬৫) দা অমুকন্তু হন্না অনী শুবা লাম্লাওগী তমথীন্নবা চৈনাখোননা মণিপুরগী প্রজাশিংবু মথোং মরম থক্তদবা পুন্সি লেলহনবগী মতাং অদু ময়েক শেংনা উৎলি। লাননা শোকহন্নবা মণিপুরগী সমাজবু মমুং অমসুং মপান্দগী য়েংনবা লাক্লবা উপন্যাসনি। লাননা পুরকপা লাইরক-অনংগী পুন্সিনা সমাজগী মীওইববু কয়াগী মতিক রাহনবা হায়বদু মথা তানা উপন্যাস-কারনা উৎলি। মরক অসিদা মিহৌলাংনা তুপ্পীবু শান্নপোংনি থন্দনবা তাশেংনা মুংশিনরবা মীওইশিংনা অমনা অমগীদমক অমদা কংথোক্লবা, মমৈদা অচুম্বা অমদি অক্রবা মীনা মায় পাকপা উৎলগা সমাজ অসিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক্তা মানবতাগী মুক্তমদা শেমগৎপা তাইবঙ লমচৎ অমা পাউজেল ওইনা পীনবা লাক্কে। অপুনবগী ওইবা সন্দ্যানা মপুং ওইবা উপন্যাসনি। ১৯৬৬ তা ফোংবা গুণমককী 'ঐথোক তাদা' হায়বা উপন্যাসতা খুঙ্গংগী লবুক্তা চমনা লেপ্লিবা পুন্সিদা থেংনরকপা অচৌ অশাংবা ওংপা অমদি শেপ্পা খুন্নজানচিংবা তৌহুনা অতোপ্পগী

খল্লদবা মশাগীতা যেংবা লৈফাক চুপ্পি পায়বা মীওইশিংগী লিচংপু মক্লুং হনজিন্না যেংনবা লাক্লে। চমজরিবা মীচম প্রজাবু লোইশঙ পুবা অওম্বশিংনা ওইদবা রাফমনা থাজহল্লগা অচেং অচেংবদা পায়বা, নমদুনা চাবা অসি য়ানিংদে হায়বা উংলি। অইবনা রাকংলি —

"কনানা কনাদা পীগদোরিবা: ভাংনবনা অমা, ইনবনা অমা, করম্বনা চুমলিবা? মানা ফজ্রবদা আইম্না ফহনবা ওম্বা, শেমদোকপা য়াত্রা? মখোয় অসিগী মমাংদনিবো ঐখোয়না থুং লোননদুনা থুকউ লৈপাক তানা ভক্তি কতুনা অচুম্বা পীজখিবা"

মণিপুরী সমাজদা চংনরিবা অনেম অরাংগী রাখল অমাং আশেং অমদি চারৌ মৌরৌনদবা চাকতিন ফাদিন্নদবা অসিনচিংবা অসিগী মায়োক্তা গুণনা লানখংলি রাকং কয়া। লাল হৌবমক্তি নত্তে। গুণনা হৈনজবা মানবতাগী য়ুমফমদা শেমজবা মীনুংশি অতোপ্পগী ফনবা তৌবা পুকচেল চাউবা অমদি এযামগী সেবা তৌবা হায়বা লিচংশিং অসিনা পাকশন্না শৌগংহল্লি। মী অমা শেম্বা হায়বসি ইমুং অমা শেম্বনি ইমুং অমা শেম্বদি লৈকায় অমা শেম্বনি লৈকায় অমা শেম্বদি লৈপাক অমা শেমগা মান্নৈ হায়বগী থাজবদা তোল্ল তারবা মীবু শেমগংলিনবা অমদি শেম্বীনবা থৌইনশিল অমা নাকোয়ননা পীরি গুণগী 'ঐখোয় তাদা'দা।

এ, চিত্রেশ্বর শর্ম্মগী 'লৈপাকলৈ' (১৯৬৮) ফোঙলকই। মুপী অনী অমদি মুপা অমগী মরক্তা লৈবা মুংশিবগী শক্তমবু পাক শন্না উংপা উপন্যাসনি। মুপা অমদা মুপী অনীনা অমনা ফোংনা অমনা লোন্না মুংশিবগী মতাংদা ফোংনা মুংশিরিবী মুপীদুনা লোন্না মুংশিরিবী মুপী অতুগীদমক্তা মানা মুংশিরিবা মুপা অদুবু করিগুম্বা মখলগী আশাওবা অমদি মিহৌবগী রাখল মাওদনা থাদোকখিবগী রাফম উংপনা

১। হিজম ওপ 'ঐখোয় তাদা' ইম্ফাল বুক হাউস, অহানবা খুংনম ১৯৬৬, লাঃ৮১

উপন্যাস অসিগী পোলোইনি। পুন্না হিংমিন্নরিবা সমাজদা মীগা মীগা, মরূপকা মরূপকা য়েরূবগা মরূপকা থেংজিন্নবা অমদি মায়োন তিন্নরূবা মতাংদা থেঙাম্বনরকপা য়াবা হীরম কয়ামুক লৈ হায়বগী রাকম উংলি। মতাং অসিদা উপন্যাসকারনা পুকচেল চাওবা অমদি অতোপ্পগী ফনবা তৌবা হায়বা অফবা লৌচং অসি সমাজদা তঙাইফদবা মচল অমা ওইনা পুশিল্লকপা পামই। থাদোকপদসু লৌশিনবদা ফংলিবা মুংঙাইবা অমদি অপেনবচ শোয়দনা ফংই হায়বসি চিত্রেশ্বরগ পাউজেলনি। মতুংদা থোরকই থোইবী দেবীগী 'মুংশি ঈচেল' (১৯৬৭)। উপন্যাস অসিদা নহারোল মুপী মচা অমদি মুপামচা কয়া মহে মশিং তম্বরোমদা থরাই য়াওদবা কোয়-লংদুনা মতম মাঙহনবা অমদি মশাদা নত্তুনা লম্বেলদসু অপনবা ওইবা য়াবা থৌদোক-রাথোক কয়াবু যথার্থগী মীৎয়েংদা উৎনবা লাক্লে। লাইরিক লাইশু তম্বা তাংকক অমা লেইরবা মতুংদা সরকারগী থবক তৌবা পাম্নবা অতুগা থবক্কদি অকরুবা মফিংদা লৈবনিনা পুন্নমক ফংনবদি ঙমদবা, অসিদগী অমুক থবক ফংদবগী সমস্যা অসি য়ারিবথৈ কোকনবা উপাইসু উপন্যাসকারনা খিনবা লাক্লে। অহৈবগী মত মতুংইন্না চাকরী তৌবা ঙাক্তনা পুন্সিদা মায়পাক্কদবা নত্রি লনাইগী ওইবা লম্বেলদা লৌশিং অমদি পাঙ্গল শীজিন্নদুনা মশাগী অমদি ময়ামগী কান্নবা তৌবা য়াবা থবক মশীং লাকওমদনা লৈরি হায়বসিনি। লৈজবা খজিক্তংনা পুকচেল শেংনা হোংনদুনা কল কারখানানচিংবা লিংবদা লনাইগী অমদি অপুনবগী ওইনা য়াইফবা পূরকপা ঙমগনি হায়বসি উপন্যাসকারনা থাজজৈ। থবক খুদিংমক চপ মান্নে। অনেম্বা অমদি অরাংবগী রা থোইনা লৈতে। থবক খুদিংমক মশা মশাগী ওইবা মগুণ পুদুনা চংলি। অদুনা থবক অমা হেক্তা পায়বা যাই। পুকচেল শেংনা নীংথিজনা থাজবা পম্মং অমগী আশা তৌরবদি থবক অমনা লনাই অমদি অপুনবগী পুন্সিদা অফবা মহৈ পুরক্কনি হায়বসি উপন্যাস অসিদা উংলি। তঙাই ফনদা চঙদবা য়াদবা শেল থুম্ব হেন্না ফিকশিন্দুনা অমদি পৈশিন্দুনা থম্বা অসিমক লন-থুম মাঙনবগী মচাক্লি।

অহুমা মার্ক-য়েংতা লৈরিবা মীওইশিংগী কান্নবগীদমক অফবা থবক থৌরম ফবাদা অরাবা অমদি অওবা মওংদা দাননচিংবা তৌথোকপদা নিংতাইবা লৈরাইদবনি হায়রগসি উপন্যাসকারনা উংপা পামজে পুন্না ছিংমিন-নবা হীয়ম অমদি থবক খুদিংমক্তা পুন্না চংগিন্নবগী তাপাক্তা অমা ময়েক শেংনা উংলি। চহি অনিমক্তদা (১৯৬৭ তা) পাচা মীতৈগী 'হুয়াদ বেগম' থোরকই। উপন্যাস অসিদা মণিপুরগী তঙাইফদবা প্রজা ওইনা লৈরিবা মুসলিম সমাজদা চংনরিবা নুপী লোনবা, মপুরোইবা লৈবী নুপীবু মমলা হুমলগা লৌবা য়াবা লোয়ননা নুপা অমদি নুপীগী মরক্তা লৈবা অকুপ্পা মরীশিং পাচানা উংনবা পাক্লে। সমাজ অসিদা মতমগা চুনদনা থোকপা চংনবী অমদি থাজনবা থরম্মু অতুমক উংলি। নুংশিবা অমদি মীনুংশি মীওইবগী পুক্নিংদা চঙই। হিন্দু হায়বা লৈতে, মুসলিম হায়বা লৈতে, চপ মান্নে হায়না অইপনা থাজরি। ১৯৬৯ দা ফোঙলকপা পাচাগী 'মা তাথীবা অহল অমা' হায়বা উপন্যাসতা সমাজদা চংনরিবা পামনবা থৌদোক রাথোক কয়াবু অনৌবা খুংলাম্লোক অমদা লাম্থোক্লবা লাক্লে। নুপা-নুপীগী কোমথোক্লবা মরী, মন্ত্র-যন্ত্রগী মতেংনা অমদি পোৎশেম যাত্নুগী মতেংনা অতোপ্পা নুপা মত্রগা নুপীগী মাঙনবা তৌবা, মপান-থোংদগি নেতা মানবা অতুগা মনুংদদি নৈবাক নুংশিবগী রাথল চেন্দবা, রাথেক লাম্থোক্তী মতাংদা অঙম অখোশিংনা শেঙ্গা থুমজা তৌদনা অশেংবা বিচার তৌদবা, চিনগা খুংকা মান্নদবা অসিনচিংবা থোকহল্লিংদবা থৌদোক কয় সমাজ অসিদা থোক্লি হায়বা উপনাসকারনা পাকশন্না উংনবা লাক্লে। সমস্যা থরা লৈরে হায়বা থঙহন্না উংললম্মু সমস্যাশিংবু কয়া কোকহনগদগে হায়বগী উপাইদি উপন্যাসকারনা থোটনা পুথোক্লম্বা লৈতে। খুংইদা চাংয়েং খুংই অমা উবা ফংই। অইবা অসিমক্তী ১৯৭১ দা ফোঙবা 'ইপাগী অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিংকী ফিভম' উপন্যাসতা ইথাল মনুংদা লৈরিবা সমাজগী লোন্না অমদি ফোংনা চংনরিবা য়াম্না য়েন্না পামলবা থৌদোক রাথোক কয়া উংলক্না লাক্লে।

সোসিয়েল পার্টি অমদা হুপ্পীনা ফোঙনা য়ু থকপা, হোটেলদা ইরথংলক্লিবী হুপী কয়া অমস্তুং হুপা কক্কানা নঙ্গবা শাজং চংপা অসিনচিংবা কয়া উপন্যাস অসিদা উংনবা লাক্লে। অপুনবগী ওইনা মাঙ তাক্লবগী মঙাক ওইরবা শেঙ্গা-থুমঙ্গা, নিশা চাবা, লমচং নাইরক্লবা, ওক্লবীশিঙগা লোনশেম্নবা লমচং নাইদবা অমদি নাইদবীশিংবু মতাং মতাংগী ওইনা উংলি। উপন্যাস অসিদা অনৌবা মখলগী থুংফোঙদোক অমা শীজিন্নবা লাক্লে। মসিগী হীরোইননা লোন্দা পদাদস্থু লোনশেমগী ওক্লবা লাইহৈনচিংবা শীজিন্নে। চহি অসিক্লদা থোইবী দেবীগী 'চাংদা শাংপী হীওক্লে' (১৯৭১) থোরকই। সমাজ অসিদা ধর্ম লৈরক্লপা রাজনীতিদা মোঙ্খলিবা তমাং-অশেংগী তমথীরবা শক্তম অসিনচিংববু উত্নুনা সমাজমকী অশেংবা মমি উংনবা লাক্লবা উপন্যাসনি। মপাম্লোংগী ওইবা জাতি খেন্নবগী মঁংয়েং থোইবী দেবীনা য়ানিংদে। সমাজগী অমোংপা কয়া অমি চাউরবা সমস্যা অমা ওইনা পুখংলক্লপা মতুংদা সমস্যা অসি কোক্লবা উপাই উপন্যাসকারনা থিরম্মী। ওইবা নহারোলশিংবু লমহুনবশিংগী বিচার লোইনঙ জুবেনাইল কোর্ট লিংতুনা লমচং শেমদোক্লবা অস্কল অহৈনীনা থিরম্মী। মপাম্লোংদা অরং-অয়াক থরনা সমাজ অসি চাওখংহনবা নাত্তে, অশাংবা চাওথংপদি তাকবঙ লৌচংকী মহুক্না লৈরিবা মচাকশিং অদু নংহল্লগতা ফংলকনি হায়বসি উপন্যাসকারগী মওনি। লৈবাক্কী য়াহৈফনবা থুজিল থোরাং অমদি থোদা পাংবদা পুকচেল শেংবা, সেবাগী রাথল চেনবা, মীখলনচিংবদা ভোট লৈবগী মহুক্তা থবক্কা উত্থুনা অশেংনা সেবা তৌগে হায়না থোক্কপা মীশিংদা ভোট পীবা অসিনচিংবা লৌচংশিং অসি অইবাক্তা চক্কক্লবা মাক্লবা অপুনবগী লৌচং ওইনা উংলি। সমাজ অমদি ইরৈবাক্কী মাইথক্কা থরবা অমহুং তৌবা মীওইশিংগী দমক্তদি পুন্সি হায়বসি সেবানি হায়না থরবা তাবনি হায়না উপন্যাসকারনা পাউজেল পীরি। চীংমী-তম্মী অনীগী মস্কক্তা ধর্মগী মীংয়েংদগী কৈনা পুশিল্লকথিবা অমাং-অশেংগী চংনবী অসি মক

ফংনা মাঙহনখিবা উপন্যাসকারনা পাংজে। অমাং-অশেং মপাঙ্গোংগী চংনবীনি। মুংদগী য়েংলকপা তারগদি মী পুম্নমক অমত্তনি হায়বসি য়ায়া শেংনা উংলি।

চহী অসিদা পাচা মীতৈগী 'হজ্জ' (১৯৭১) উপন্যাস থোক্লকই। 'হয়াদ বেগম' দা উংথিবগুম মনিপুরী মুসলিমশিংগী মণিপুরী সাহিত্যদা মফম য়ায়া লিক্লা কল্লিবা অচৌবা সমাজ অমগী মশক উৎনবা লাক্লবা উপন্যাসনি। ১৯৭৩ দা অহৈবা অসিমকক্কী 'আনৌবা পাও অমা' উপন্যাস থোঙলকই। উপন্যাস অসিদা মতমগী খোঙচৈ মতুংইন্না ওললক্লিবা সমাজগী ফিভমবু শক্লপ শয়প্পা উৎনবা লাক্লকই উপন্যাস অসিদা সমাজবু মপান্দগী য়েংবগা লোয়ননা সমাজগী কায়াৎ ওইরিবা মীওইববু মুংদগী য়েংনবা লাক্লরকই। মীগী মমল হনথরক্লবা সমাজ অসিদা পুন্সিবু য়ায়া থাজন য়েংলিবা মগী থম্মোংদা কাওরকপা ইহৈ হৈনীংদবা অমদি হজ্ঞানরকপা ফিভম অদুবু পাচানা উংলি। পুন্সি অসি ইয়াং য়াংবা ইত্তাও তাওব মহি ময়াই ইকম কম্মকপা পোৎশক অমা ওইনা উরকই। অনৌবা যুগনা পীবা অনৌবা মথলগী মীওইবগী য়াথলনি। সমস্যানি। অদুবু সমস্যা অসি কোক্লবা উপাইদি অইবনা থোইনা থিরমদে। অইবা অসিগী উপন্যাসিকা অমসু ফোঙলকই — 'লম অসিদা ঐবু খঙবা অমতংদি থোরকপা কৈ' (১৯৭৫) ডাইরিগী মওংদা ইবা উপন্যাসিকানি। মমুং ফাওনা ওল্লকপা সমাজবু নৌহৌনা য়েংনবা অমদি য়েক্লবা লাক্লরকই। লৈমিন্নরিবা ইমুং মমুংগী মীশিং অমদি নাক য়েংকী সমাজগী মীওইশিং অসি অমগা অমগা নোংম নোংমগী অসুম অসুম লাপথোক্লরকপগী য়াথল পরাং অমা উৎনবা লাক্লরকই। মপানথোংদদি নকপা মাল্লগ মমুংগী লীচংতা মায়োক্লবা মাংকৈরোমদা চংথোক্লখিবা য়াথলগী লাচংপু পাচানা যথার্থগা মীংয়েংদা য়েংনবা লাক্লরকই। খুংই অমদি হীরমদা অনৌবা মথলগী উপন্যাসনি হায়বা য়াই। সমাজগী কায়াৎ ওইরিবা মীওইবগী লীচং অমদি

লোনচৎপু যথার্থগী ওইবা মীৎয়েংদা য়েক্লবা লাক্লবা উপন্যাসনি। পাচাগী উপন্যাস অয়াম্বা যথার্থদা য়ুম্ফম ওইবনি। যথার্থগী য়াক্লবা মণ্ডাল মরক্তা অইবগী সমাজবু, মরমদাবু অমদি মজাতিনু ওশেংনা চেৎনা মুংশিজবগী শক্তম অমদি ফাওরি। শক্তম অসি অতাংবা শক্তমনি।

মতুং অসিদা অনৌবা উপন্যাসকার কয়া থোক্কই। উপন্যাস কয়া পুথোরকই। অয়াম্বনা সমাজগী ওইবা হীরমদা ইনরকপনি। নৌদ নৌবা অইবা নহা কয়ানা মুংশিবা অমদি মিতাবগী হীরমদা মপুঙ ওইবা অয়াংবা থাককী উপন্যাস ইবদা থরায় য়াওনরকপা থেংনৈ। হান্নদগী উপন্যাস ইরকপা কয়ানা মথা অতুম্মক চৎথনা খুৎ থাবা লেপ্লদ্রি।

হোংবা নাইবা মীওইবগী পুন্সিনি। মী ময়াম পুল্লগা সমাজ অমা শেম্মী। মীওইবগী লাচৎপু য়েক্লিবা উপন্যাসনা সমাজগী লীচৎপুসু মতম মতমদুগী ওইনা য়েক্নুনা থমহৌই। সমাজগী ওইবা খোঙচৎপু তাংকক তাংককা ওইনা লাচন্দনা শোয়দনমক থমহৌই। সমাজগী ফাবমবু লাচল্লিবা উপন্যাস মণিপুরীদা তাঙনা থোক্কে।

মণিপুরী সাহিত্যদা মচল অসি লাকখিবা কুইদ্রি ইং শক ১৯৩০ দগীদনি। মতম খরতগী মমুং অসিদা মথল কয়াগী উপন্যাস কয়া লেপ্পা লৈতনা থোক্লক্লি। "শম্না হায়রবদা মণিপুরী উপন্যাস মতম খজিক্কগী মমুংদা ফনা য়াম্না মশা-মরেং শন্দোকললকপা উরি। অনৌ অনৌবা উপন্যাস কয়া অমা ঐথোয়না উখিগনি থাজে।"[১]

---

১ হিজম গুন সিংহ, 'মণিপুরী উপন্যাস' 'পরিষদকী অনৌবা মণিপুরী ৱারেং লাইরিক' (সম্পা,ডাঃ আই আর, বাবু সিংহ), মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, অহানবা শায়োন, ১৯৭৩, লাঃ ২১

ডশেংবনি মতম অসিদা মনিপুরী উপন্যাসকী মশক অসি মখল মথা খাঁয়ে। হৌরম অমদি মকোঙদোক্কী মীৎয়েংদা চাংয়েংগী শক্লোন পুবা কয়া অমসু লেপ্পা লৈতনা উরক্লি। মরক অসিদা সামাজিক চেতনাদা য়ুমফম ওইবা উপন্যাসকী চাংদি পেন্থোকপা য়াথা হায়বছু নক্রি। তৌবগীদি উপন্যাসকী পোখোক অসি অতৈ মচলশিংগা য়েংনরুবদা পেন্নীংঙাই ওইদে হায়বা য়াই। সমাজগী ওইবা চেতনাগী লমদাংদি হান্নদগী অমুক্কসু হেন্না চপশিনখরে হায়বা তাই। হৌজিক্কী অনৌবা উপন্যাসনা য়াম্না কন্না কোনশিল্লিবা অসি মতমগী পুন্সিনি। মতমগী পুন্সিদা সমাজগী ওইবা রাফম য়াওদবদি নত্তে অদুবু অনৌবা যুগকী অনৌবা রাখল্লোনবুনা হেন্না উৎখিবনা সমাজগী ওইবা সমস্যা শাগোন্নবা উপন্যাসতি তাঙনা অতুম্মক থোক্লি

---

মীওই কয়ানা শেম্লিবা সমাজগী পুন্সি অসি তত্তনা হোংবা নাইবনি। "পুন্সি অসিমক লেঙদবা নত্তে তত্তনা হোংলিবনি। অওনবা পুন্সিশিংনা শেম্বা সমাজদা অহোংবা হায়বসিদি থোক্তবা মাত্রবনি। মীওইবগী পুন্সি অমসুং সমাজগী অহোংবা হায়বসিগী ক্রবু মীওইবগী লমচত্তা অহোংবা অমা য়াওদনদি ওইথোকে।"[১] অসিগুম্বা অহোংবা শক্তমশিংসি অতপ্পা খোঙ-থাঙদা নত্রগা অথুবা শক্তমদা ওইরকপা য়াই। মতমগী ওইনা অহোংবা নাইবসিতনা সমাজ অমবু মতম চুপ্পদা হিংহনা লৈহল্লিবনি, মরম অসিনা অওনবা হায়বসি সমাজ অমগী ..কংওইবা থয়াই অত্থনি।[২] অনৌবা যুগনা লাকপদা ঐখোয়গী পুন্সিদা খুং-শা হৈবগী ওইবা অওনবা ( টেক্নিকেল চেঞ্জ ) কয়া পুশিল্লকপাসিসু চংনরি। মসিনা ওসিগী অহোংবশিং অসিগী খোঙজেল য়াঙখংহল্লি। ঐখোয়গী ইমাঙমক্তদা তেল্লবা চহী খরগী মনুংদা অহোংবা কয়া থুংলরি। অসিগুম্বা মখল মথেলগী অহোংবশিং কয়াগী মশকসিনা উপন্যাসকারশিংদা অকনবা ইথিল পিরক্লুনা য়াওল কয়াগী মমি তারনি। ক্লার্কনা পৃথিবীগী লাঙ্গাওনা পুরকখিবা অচৌবা অহোংবা কয়ানা ওইহল্লকপা বেঙ্গলগী পুন্সিগী শক্তম অমদি অহোংবশিং অসিনা

---

১। Dr. Radhakrishnan, "We cannot hope to change human life and Society, without a change of human nature,"—Religion and Society third impression, 2nd Edition, 1956. P. 48

২। Ronald Fernandez. "We must therefore, assume that social change is a more or less potent force in any society at any time."—Social Psychology through Literature, 1972, P. 399.

উপন্যাসতা তারকপা মমিশিংবু মরিক চুম্না উংলি।[১] তশেংমক য়াওলশিং অসিনা উপন্যাসপু মমায় চুম্বগী ফিভম ফাওবা য়ৌশিল্লকই। মসিগুম্বা মতম মতমগী সমাজগী শক্তম অসি ময়েক শেংনা শেংনা উংথোক্কপা গুম্বসিদা উপন্যাসকী মমল য়াংনা লেংলক্লী। কুসভানা সমাজগী মশক চপ চানা উংপা গুম্বা উপন্যাসপু ইকাইখুম্নচুনা ইতিহাসতগী মসিনা হেল্লা চেকশিন্না শীংথাখি। পোৎশক অসিমক অইবা মপান্নকীনি।[২] অহোংবশিং অসিনা য়াওল কয়াগী মতুংদা হান্নগী ফিভমদা অমুক হল্লক্তবদি নত্তে, মরমসিনা ইতিহাসতি অমুক হল্লকই হায়না লৌনবনি। টোলষ্টোইগুম্বা অচৌবা উপন্যাসকারনদি ইতিহাসকী থিংগমজবা ঈচেলনা পুরকপা সমাজগী শক্তম অসি মীওইবনা শেমলুবা নত্তে হায়বসি মহাক্কী 'য়ার এণ্ড পিস'[৩] কুম্বা অচৌবা উপন্যাসতা ফোংদোকই। থিংবা ঙমদ্রবা মীওইবগী ইতিহাসকী ঈচেন্দা মীওই পুন্সিনা শরুক য়াতুনা তাউথরকপনি, মীওইবনা য়াওন কয়া পুরক্কদবা ইতিহাসকী ঈচেল শেম্বগী হক লৈতে হায়বসি উংলি। অহোংবা হায়বা ঈচেল অসিনা পুন্সি অমস্তুং সমাজবু হোংহনবনি, লানগী মুংশি হৈত্রবা অমদি মসিনা পুরকপা সমাজগী অচৌবা অহোংবশিং অসি টোলষ্টোইনা মাগী উপন্যাসতা অচেৎপা দর্শনগী শাফুগা লোয়নন্না উংথোকই। ইতি-হাসকী তেমথেংনা হোংহল্লকপা সমাজগী শক্তম অমদি মসিনা পুরকপা পুন্সিগী চৈনাখোল কয়াদি পৃথিবীগী অচৌবা উপন্যাসকার কয়াগী অচেৎপা খুৎই ওইনরি। দিকন্সনা মাগী 'এ টেল ওফ তু সিতিজ' দা থরাই

---

১ | T. U. Clark, Novel in India its birth and development, George Allen and Unwin, 1970, PP. 21,-22.

২ | মথক্কীসি, লাঃ ১৩৩

৩ | War and Peace (Tr. by) Luice and Almer Moude, Great ? Books of the Western Worlds, Britainica Books, vol. 50

কয়াগী মাঙনফম ওইরবা লালহৌ অমদি মীওইবগী আশা কয়াবু থুগায়বা অমসুং শাগৎপগী থেঙ্গায়নবা অমদি সমাজগী য়াওন কয়া লাকখিবা মশক্তু উংলি।[১] সমাজ অমগী মসুংদা মীগা মীগা মায়দবগী অমদি মীওইবনা মীওইববু তুহৎপগী শক্তম কয়াগী মরক্তা লমন থুমখিবগী মশক অমগা লোয়ননা অচুম্বা পুন্সি ফংনবা পুন্সি কয়া তাকখিবা শক্তম উংলি। ইতিহাসন পুরকপা য়াওনদা মীওইবনা পামজনা অমদি পামজদনা শক্তক য়ারকপা অত্তুনি। মসিনা সমাজবু অচৌবা অহোংবা মায়কৈ অমদা পুরকখি। লানগী মীনুংশি খওদ্রবা শাজৎপু নিন্দা তৌগ্রবা (মীথাইল) সোল্লোকোভনা লাঙ্গাওশিংগী অমথীববা ফলনা ওইহনকপা সমাজগী মশকপু মীনুংশিগা লোয়ননা উৎথোকই। অরা-অনানা থল্লবা লানগী মখাক ওইনা লেমহৌবা পুন্সি কয়াগী সমাজনা মহাকপু থম্মোই শোকহনখি। পুন্সি কয়াগী মুংনফম ওইরবা লানফমদা ঙংপীরবা অমদি আশা কয়াগা লোয়ননা সাগংখিবা সমাজবু উকুল থোক্কা থুগায়খিবগী য়ুমফমদা অনৌবা সমাজ কয়া মীকপ মীরাওখোলগা লোয়ননা শাগৎপা তারকপা মশক অমা 'এন্দ কাইট ফ্লোজ দি দোন' অমদি 'এ ফেট ওফ এমেন' হায়বা উপন্যাসশিংদা উংলি[২]

---

১। "It was the best of times, it was the worst of times, it was the age of wisdom, it was the age of foolishness, it was the epoch of belief, it was the epoch of incredibility, it was the season of light, it was season of Darkness, it was the spring of hope, it was the winter of despair, we had everything before us. We had nothing before us"—Charles Dickens, A Tale of Two Cities, Den Dutton, reprinted, 1979, p: 1

2। Solokhov Mekail "And quiet Flows the Don, part III, Tr. by Stephen Garry, London Putnam, Sixth print, 1978.

লানফমনা পুরকপা অহোংবা কয়াসি তঙাইফদনা অফবা মশক্তা ওলহল্লকনি হায়না চেৎনা থাজবা অইবা কয়া লৈতবা নত্তে। সভ্যতাগী য়াওন্দা লাননা সমাজদা চাওখৎপগী য়াওন তত্তনা পুরকই, মসিনা পুরকপা অথুবা য়াওনসি করিগুম্বা থৌদোক অতৈনা পুরকপা য়াওনগা চাংদম্নবা য়াদে। জর্জ থায়ারনা ১৮৬৪ দা পৃথিবীদা লানফম ৫৫ খক থেংনখি ; অসিগুম্বা লানফম অসিনা মীওইবগী সমাজদা চাওখৎপা হায়বা ফরবা য়াওনবু পুরকখি হায়বসি নাংথিনা উংলি।[১]

অসিগুম্বা রাথল অসিবু য়েংলুরগা মীওইবা হায়বসি তমথীবা থৌদাং পাঙলগা অফবা ফল পুরকপা ঙম্বা জীবনি হায়বসি নীংশিংবা য়ারি। "অশেংবা মীওইবা হায়বসি থুগায়বগা লোয়নবা শাগৎপসু ওইরিবনি।"[২] য়াওন হায়বসিগী পান্দম হায়বসিমক্তবু সমাজ অমবু অফবা থাক্তা থাঙ্গৎপা ওইরবদ অহুমক শীংথাবা য়ারে। মুংগী যুগতগী ঙসি ফাওবদা ওইরক্লিবা অহোংবা সমাজ অসিনা মীওইবগী থাক অসি রাংখৎহল্লক্লি হায়বসিদি অশেংবনি, থাক অসি য়োনবা হোৎনবদা পুন্সি কয়া লমথাঙদা মাঙদবসু য়াথিদে। অহুবু চাউখৎপা হায়বসিমক পুন্সিগী লম্বীনি মীওইবগী শক্তিনা পুরকপা থৌওং অমনি।[৩] হিংলিবা জীবনা য়াওন কয়া পুরক্কবা মতম পুম্বদা শেম শাদবা য়াদে নত্রবদি পুন্সি অমদি সমাজ অহু হিংত্রবনি। অসিগুম্বা য়াওন কয়া অসিনা ঐখোয়গী সভ্যতাবু অমুক ঈরোলমুংদা লুপশিল্লকনি হায়না চেৎনা থাজবা কয়া লৈরি। অহুবু সভ্যতাগী অরোইবা হায়বসিনা ইতিহাসকী অরোইবা হায়বদি থক

---

১। George Thayar, the War Business, New yo<u></u>rk, 1868.

২। Dr. Radhakrishnan. Religion and Society, 2nd edn., 1956, 3rd impression p. 20.

৩। মথকীসি, লাঃ ২১

ওইরোই, অনৌবা যুগ অমা হৌরক্লবা তাংকক ওইবা য়াই।[১] রাখল অসিদগী সভ্যতাগী য়াওন্না মীওইবা সমাজগী ইতিহাস অমুক অমুক হৌফমদা হল্লকপা য়াদে। পুন্সিগী অচৌবা য়াওন পুন্সিগী মশক কয়া হোংদোকপসি, প্রকৃতিনা করিগুম্বা তাঙকক খরদা শক্লক য়াখিদবদি নত্তে। লোয়নন ধর্ম্মগী অহোংবা কয়ানঙ্ অচৌবা ঈথিল ওইরিবনি। ধর্ম্মগী মিংদা অচৌবা হিংসাগী থবক কয়া পাঙথোক্লুনা পৃথিবীদা অহোংবা কয়া লাকখিবসিনা ধর্ম্মগী মিংদা তমথীরবা লানফম কয়া থোক্লরকই, লোয়ননা লানফমদা হোংহনবা রাখলহুনা হেক হেক তিনশিন্নৈ। অহুবু ঙসিগী সমাজ অসিদা ধর্ম্ম শন্দোকপা কয়ানা য়াম্না শান্তিপুর্ন ওইবা মওংদা সংসারগী য়াইফববু চেংনা থাজহুনা ধর্ম্ম শন্দোক্লবগী রাখল তৌবা কয়াস্থ উবা ফংলকই, মসিনস্থ সমাজদা অহোংবা কয়া পীদবদি নত্তে। ধর্ম্মগী অহোংববুনা হেন্না থাজবা কয়াস্থ লৈরি। লোয়ননা রুসেলগুম্বা অচৌবা বিদ্বানশিংনদি ঙসি ফাওবা মিসীনরি অমস্থং লাম্মী অনিমকসি জগত্তা সভ্যতাগী মঙাল শন্দোকপদা মান্নবা থৌদাং লৌই হায়না চেংনা থাজবা উংলি।[২]

মীওইবা সমাজগী পুন্সিদা অওনবা লাকখি হায়বসি ইতিহাসশিংনা শাখি ওইরবনি। মণিপুরী সমাজস্থ মতম মতমগী মতুংইন্না ওল্লকখি। মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবদগী ঙসি ফাওবদা চৎথরক্লিবা মণিপুরী

১। Dr. RadhaKrishnan 'Religion and Society', Thid impression 2nd Edition 1956 "The end of our civilization is not the end of history, it may be the opening of a new age" p. 20

২। Bertrand Russell—'Missionaries and Soldiers have hitherto played equal parts in the difusion of civilization for the future, it must be the missionary—taking, this term in a large sense who will alone be able to carry on the work.—The Story of colonization Fact and Fiction, 1961, p. 115.

সমাজনা লম কয়াদা অওনবা মথল মথা কয় হাকথেংনরক্লি। অওনবশিং অসি নোংমতদা মফম অমত্তদা অমদি হৌরম অমত্তদা লাকখিবা নত্তে। মীয়োল কয়াগী পুন্সিগী লম্বল ফাওদুনা লাকখিবনি। লাক্লিবা অওনবশিং অসিগী মরম অমত্তা নত্তে: কয়ামুক লৈ। সমাজগী পুন্সিদা চাউনা চাউনা শিংথাবা য়াবা অওনবা পুরকখিবগী মরম কয়ামুক্তা মনুংদা পনবা য়াবা খরদি লৈঙাকলোন (রাজনীতি); ধর্ম্ম, মহৈ-মশিং শেল-থুমগী ফীভম অমদি সংস্কৃতি অসিনচিংবনি হায়বা য়াই। মরমশিং অসি মথাগী অস্থম্না তেংঙান তোওাম্না নৈনবা য়াই।

## লৈঙাকলোন্না পুরকপা অওনবা

মণিপুরী সমাজগী অহোংবা মশক কয়াগী মনুংদা রাজনীতিগী অহোংবা হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা মতৌ ওইদুনা মমাংথৈদগী হৌনা লাক্লি। জাতিসিগী হৌগবা পুন্সি অমদি সমাজগী ইতিহাস নৈনরুরগা রাজনীতিগী অহোংবা কয়ানা থুগায়বা অমসুং শাগৎপগী অচৌবা থৌদাং লৌরকই হায়বসিদি অশেংবা রাফম্নি। কাঙলুপ কাঙলুপ নাইবা য়েক-শলাইগী মরক্তা মচেৎ তানবা অমদি রাজনীতিগী অকুপ্পা কাঙলোন শাজিন্নদুনা অঙম তান্নবগী থৌদোক্লচিংবসি মফম কয়াদা থেংনরি। পাঙ্গল চাউরবা অঙোম'শংনা অতৈ লেমহৌবা সলাই পূম্বগা অকনবা লান্থেং-নখি।[১] রাজনীতিগী ওইবা মীৎয়েংদগী য়েংলবদি লালোং অসি অকুপ্পা পরমদগী শাগৎপনি হায়বা উবা ফংই। তশেংনমক শক্তি তান্নবদা রাজনীতিগী কাঙলোন পুশিন্নবসিদি লৈবাক নিংথৌ পানবশিংগী মহৌশা ওইদুনা লাক্লবনি। লৈবাক মরা তথ্য ঈংনা পান্নবা য়ুমলোন্নবা লৈবাক কয়াগা মরূপ শান্নবা, কথো, শেন্থী, তখেল, আসামনচিংবদা মৈতৈ

১। চৈথারোল কুম্বাবা—"অঙোমগা লাল শোকনৈএ অঙোম নিংথৌ কাকপা থরাম্থাবনু হাত্তুনা লোই চন্নমএ"; মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ—১৯৬৭, পাঃ ৩,

নিংথৌ মচানুপীশিং থাজরম্বা থেংনরি।[১] চারৌ মৌরোমবগী লিপুম্না পুন্দুনা অমগা অমগা তেংবাংনবা কুটনীতিগী কজরবা মশক্তি। এখোম্না মৈদিংঙু নাউখিংখোং হাক্তক্তা পোং নিংথৌ মুকানফাগা অচেৎপা মরী থম্নরকপা থেংনৈ। পোংনা পঙেং কিরাল থেংলকপা মতমদা লৈবাক কয়া জয় তৌকরগা হল্লকপদা মুকামফাগী মনাও সামলুংনা মণিপুরদা কুইনা পান্দুনা লৈরম্বগী বা চেথারোল কুম্বাবদা থেংনৈ।[২] অসিগুম্বা লৈবাকশিংগা মরী থম্নবসিনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা অপ্রোংবা মচলশিং অমদি অনৌবা মচাকশিং শাগংলকপা ওখি। কিজেং চাকচা অমদি অচম্বা পুন্সিগী মচল কয়াদা মরূপ ওইবা লৈবাকশিংগী মরক্তা লৌথোক-লৌশিন হায়বসিদি শোয়রবনি। অনৌবা ধর্মগী ঈথিল অমা পীদুনা ক্যান্না বিষ্ণুপুরদা বিষ্ণু লাংখিবা পোং নিংথৌ খেখোম্বগী খুদোলনি।[৩] মসিনা

১। Sir Edward Gait, K, C. S. I, C. E, "He subsequently sent valuable presents to Rajeswar Singh and gave him a daughter in marriage A number of Manipuris who accompanied her were settled near the mouth of the Disoi of Magaluhat, or the Manipuri Market"—'A History of Assam, L. B. S. publications (as published by Khagendra Narayan Dutta Baruah,: Third Edition (Reprint) 1984. p 188.

২। এল ইবুংঙোল সিংহ অমসুং এন খেলচন্দ্র সিংহ; 'শকাব্দ ৪৮৫ দা নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওইএ। শকাব্দ ৬১০ দা পোং নিংথৌ মুকানফাগী মনাও সামলুংনা পাশা য়ৌনা লোই চল্লরগা মৈতেরোমদা থোকলতুনা অপোং ইংখান্দা (কোমুং অসনবগী মোংপোক থংবদা লৈবা) চহি ১০ লৈরমএ। অরাং লমদা ইরিনমক অমদা চংখিএ' 'চৈথারোল কুম্বাবা' মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, অহানবা খুংনম ১৯৬৭ ইংলাঃ ৩

৩। মীনকেতন - 'নিংথৌ খেখোম্বনা সনাগী বিষ্ণুমূর্তি অশিকপা অমগা সনাগী কাগোক অমগা খুদোল তম্নকই।' 'মণিপুরদা নব্য বৈষ্ণব ধর্ম' সোম্ভেনির, বিবেকানন্দ কেন্দ্র ১৯৮০' লাঃ ৫৫

মণিপুর সমাজদা অচৌবা অহোংবা অমগী মমি তম্বা হৌখিবনি। ধর্মগী অহোংবা অসি রাজনীতিগী মশক্কা ঈথিল্লনা লাকখিবনি। মপালগী ওইবা রাজনীতিগী মশক্কগী সমাজদা অহোংবা কয়া লাকখিবগা লোয়ননা লৈবাক মচুংগী শক্তি তাম্নবগী লমজেন্দা অফবা অমসুং ফত্তবা হীরম কয়াদা অনৌবা শেমগৎপা তরিনা মাঙহনখিবা থৌদোক কয়াসু মরাঙ কায়না থোকখি। নিংথৌ শাগৈগী নিংথৌ খুভম মুন্নবগী থৌদোক্কা কাঙলুপ নাইনবা, ইমু নাইমু তানবা অমদি পুন্সি কয়া মাঙনবগী মুংঙাইত্রবা থৌদোক কয়াসি মতম মতমগী ওইনা থোক্কবা য়াখিদে। রাজনীতিগী মমলবা অত্তিয়াগী মখাদা মৈতৈ জাতিনা চনীং তাদবা পুন্সি অমদা লেনখিব। চৌরজিৎ, মারজিৎমচিংবগী তাংককশিংদা থেংনরি।

রাজনীতিগী মশক অমা উপন্যাসকার কমলনা য়েক্লবা হোৎনবগী মহুত্তা মীগা মীগগা মান্নদবগী শক্তম অমদি মসিবু শেমজিন্নবা লম্বা থিবদনা হেন্না পুক্নিং চংশিনখি। অতুম ওইনমক শেঞ্জাও পায়বশিংনা করিগুম্বা হীরম খরদা মশাগী খুবামচুংদা শক্তিবু পায়নিন্দুনা থম্বগী শক্তম অতুদি অতুমক উবা ফংই। - লৈবাক্কী রায়েন চুপলিনা ভুবন মপাগুম্বা অচৌবা ইনাক খুনবশিংবু ঙাকথোকপা ঙমদবা ফিভমবু উৎলি। মসিনসু রাজনীতিগী মশক্কা মীওইবা সমাজবু চাং মান্নবা তেমশিনবা ঙমদ্রবা শাজৎ কয়াবুসু উৎপনি। অতুবু অসিগুম্বা মান্নদবা পুন্সিশিংদা অহোংবা অমা পুরক্কুনা মান্নবা সমাজ অমা কমলনা শাগৎনবা হোৎনখিবনি। রাজনীতিনা মীওইবগী পন্সিবু মুংহুঞ্জিন্না শেমদোকপা অমদি সমাজগী ফত্তবা ফয়াবু লেমশিনগনি হায়বসি সমাজগী অহোংবা পামজরবসু কমলনা পাজবা ঙমখিদে মরমসিন্না মহাক্কী রাজনীতি খঙজদ্রবী মাধবীনা ভৈরবী হিয়াং অথৌবী শাখিবনি।[১]

---

১। কমল, 'মাধবী' গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী ১৯৬৫, লাঃ ৪৭ ( রামচং )

সমাজবু রাজনীতিনা শেংদোক্লনা পুক্তি কন্নাবু য়াইফবা অমদা চিংলক্কনি হায়বসি হেক্তা থাজনিংঙাইস্ত ওইদে। অংশংনমক রাজনীতি হায়বসি মীওইবগী মপাঙ্ম্বোংগী শক্তম অত্থবু শোক্লম্বতনি।[১] মমুংহক্তিনবা পুন্সিগী চুপ্লিবুদি পাম্ববা ঙম্বা নাত্তে। মধমসিনা সমাজ অমগাদমক্তি রাজনীতিগী অহোংবশিং অত্থুদগী মীওইবগী কংথোকপা হায়বসিনা মমল লৈবা হেল্লি হায়বসি কমলন থেংনা থাজখি।

ইতিহাসকী তাংকক্তা অকোইবা মীদোক কয়া লাকখিবা মশক্তা রাজনীতিগী মশক্তি হেক চেক য়ারক্নখি। নিংথৌ খাগেম্বা হাতক্তা রাজনীতিগী ওইবা শক্তিগী লমজেল তান্নখিবা অমদি নিংথৌ খুবম মুম্নবকপদা ঐংখাংগী সমাজদা অহোংবা কয়া লাকখি। ধর্মগী অহোংবনি অমদি মুসলিম কাংলুপনা মণিপুরী সমাজদা শাগংপা হৌরকপনি। মসিনা লৈবাক অসগী পুন্সি অমদি সংস্কৃতিদসু অহোংবগী তাংকক অমগী লৈই তিংবা হৌদোকনি। রাজনীতিগী শক্তি শাহনীংবা শানোংবনা মায়থীরবদা মহাক্কী ময়াং মুসলিম লাম্মী কমা নিংথৌগী লানফা ওইখি।[২] মসিনা সমাজ অমগী মশক্তা তোংদনা সাখিদে অসিগুম্বা রাজনীতিগী টিংথংনবা অমসুং নিংথৌ খুভমগী লাল অসিব উপন্যাসকার চাউবনা

---

১। Leslie Stephen, "Politics ... only the surface of human life." English Literature and Society, Methuen and Co. Ltd, London, 1963, p. 117.

২। এল, ইবুংহোহল সিংহ অমসুং এন, খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা), "লাইনিংথৌ খাগেম্বনা ময়াং ঙমলৌএ। শানোংবসু থামহৌএ। শামু ৩০ নেংবৈ ১০০০ পাংঙনপারা ১০০০ খাং শাবা, কোনশাবা, খুংহৈবা, চেরে, পুংতাং কাপৈ শাবা, ধোবী, শগোল্স শেনবা, শামু শেনবা অসি খৈবিক থোকলৌএ। পাংঙন অচংবা খৈবিক্তি লোইশং অমা লিংলৌএ লান্দি ১০০০ কাইএ।" - 'চৈথারোল কুম্বাবা,' মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ২বা খুৎনম, ১৯৬৭, লা: ২১-২২

থৈঙ্মায়নবা পুথোক্লবস্নু মহাক্কী উপন্যাস 'লবঙ্গ-লতা' দা অসিগুম্বা লাল অসিবু শীংথারি।

লৈবাক প্রজাগী মরক্তস্ম লৈবাক্কী লুচিংবশিংনা উংখংনরকপদা কাওলুপ কাওলুপ নাইরকই। হৈগী হৈস্নুং নাইরকপগুম, লৈগী লৈচা খায়রকপগুম লৈবাক অমত্তদা পানমিন্নরিবা পুন্সিশিং লুচিংবশিংগী ফোরোই য়েংহুনা মচেং তানরকপা রাজনীতিগী কাওলোন কয়ানা ওইহল্লকখিবা শাক্তংনি। মণিপুরী সমাজ রাজনীতিগী মশক্কা মফম কয়াদা তাংকক কয়াদা থেংহনখিবনি। অসিগুম্বা অহোংবগী মশক অসি চাউবনা মহাক্কী 'লবঙ্গ-লতা'দা নীংথিনা উংলি। খাগীগী অকনবা লানফম্না মণিপুরগী রাজনীতিদা অহোংবা পীখিদ্রবস্নু শানোংবগী লানফম্নদি অহোংবা কয়া পুরক্কবা য়াখিদে। কাওলুপ নাইহুনা শক্তি মুন্নবগী রাফম অসিদি য়াম্না মমেক শেংনা উবা ফংই। অহুবু নিংথৌ শাগে লোয়নননা লমদমসিগী মীওই পুন্সিনা মমাংঙৈদগী হৌনা চেংনা থাজরকপদি রাজনীতি অসিগী হিমায় মতম থুদিংদা ধর্ম্মনীতিনা চুম্বগী রাফম অসিনি। রাশক ঙাকপগী, পুন্সিদা লেপখ্রবা রাফমদা হনবা য়াদবনচিংবা মচিং মশোনগা রাখল লোয়নখি। অহুবু য়াম্না শীংথাবা য়াবদি নিংথৌ খাগেম্বনা মতম চুপ্পদা ধর্ম্ম অমদি রাজনীতিবু নীংথিনা ঙাক্তনা থমখিবসিনি। তাংকক অসিগী চনৈনবা অ.দি উংখংনরকপা মরক অসিদা মণিপুর সমাজ হেন্না অরাবা ফিভমদা তারম্বা য়ুংবহু খাগেম্বগী রাজনীতিগী হৈশিংবা অমদি থৌনা-ফবগী মগুণনা কন্দুনা থমখিবনি।

জাতি অমগী পুন্সিগী ইতিহাসতা অরংবা যুগ কয়া লৈবগুম মীখা পোনবগী শক্তম কয়াসিস্নু লৈতবা য়াদে। পৃথিবীগী লৈবাক কয়াবু বৃটিশনা খুৎম চনশিল্লকপদা মণিপুরস্নু অখেংবদা সম্রাজ্য অসিগী মীখা পোনদবা য়াখিদে। অসিগুম্বা মীখা পোনবগী মশক কয়াসি অঙনবা মতমদস্নু লৈখ্রবনি। মীখা পোনবগী অমদি রাজনীতিগী কাংথোং

চাইবগী শক্তম কয়া অসিনা অইবশিংগী মফমদা অকনবা ঈথিল ওই-থিবনি। অনৌবা যুগকী অইবা অঙাংহল অমদি শুগগী খুৎইদা মীৎখা পোনবগী মুংঙাইত্রবা শক্তম, রাজনীতি অমদি রায়েল চুপ্লিবু লমলানব-শিংনা পায়শিনগ্রবদা ওইরকপা সমাজগী ফিভমবু য়াম্না নীংথিনা উং-থোকপা থেংনৈ। তশেংনমক সমাজ অসিগী অহোংবা কয়াগী সরক্তা খ্বাইদগী চেন্না মুংঙাইত্রবা ফিভম অমদি মীৎখা পোনবগী মুংঙাইত্রবা শক্তম অসিনি। রাজনীতিগী অচেৎপা চুপ্লিবু লমলানবনা চেংনা পায়শিনথিবা হায়বসিনক পুন্সি কয়াগী তাশাবু খোঙনেংনগ্রবনি, মসিনা মীওইবগী পুন্সিদা মথেল ফাদ্রবা অমদি লৈতাফম লৈত্রবা ফিভম ওইহল্লি। মীৎখা পোল্লবা সমাজ অমনা উদ্ধারগী লম্বী থারকপা অসি অইবশিংগী মফমদদি অচৌবা ঈথিল অমনি। পৃথিবীগী অচৌবা অইবশিংনা অসিগুম্বা রাখল অসিবু চেংনা থল্লরম্বনি। দবলিউ এইচ, লোংফেল্লো, গোরকি, টোল-ষ্টোইনচিংবা কয়াসিনা মীওইবগী নাংতম্বা হায়বসিবু য়াংনা থাগত্তুনা নীংতম্বগী অচেৎপা সমাজ অমা শাগংনবা হোৎনরম্বনি। ফাওরবা দার্শ-নিক শোক্রেতিসম্বু লানফমদা থৌনা উংথি। মহাক্কী মরুপপু লানফমদগী কনখি।[১] মীৎখা পোনবনা তুহৎলিবা শক্তম অত্থুবু কোকহন্নবা লাম্ন্থেংনবা হায়বসি সমাজ অমগী শক্তিগী লম্বী থিবনি। মরমসিনা মীৎখা পোল্লবা জাতিসিগী নাংতম্বর্গা আশা কয়া থমজরবসি অঙাংহলগী 'জহেরা'গী তাংকক কয়াদা থেংনৈ। শেংলবা মুংশিবগী অকনবা লাপুন্না, মান্নদবা ধর্ম্মগী শক্তম্বু তেমশিন্নবা হোৎনরম্নবসু নাকল অমরোমদা উপন্যাসকার অঙাংহলনা জাতি অসিগী নীংতম্বগী অচেৎপা য়ুফমদি হিন্দু-মুসলিম অনীনা লাচিং অমত্তদা চংশিল্লবত্তদা ওইগদবনি হায়বসিবু চেংনা থাজখি।

---

১। J. B. Bury.—"He fought with bravery at Delium, where his life was saved by his friend Socrates the philosopher". 'A History of Greece' Random House, 1900 p 441.

"হিন্দু মুসলমান ইচিন-ইনাও থম্মোই অমত্তা ওইনা, তিন্নদুনা ভারত মাতাগী মখোংদা থাংইবা সনাগী য়োম্ফিলং থাদোক্লসি। মতম কুইনা মীগী কৈগুমশংদা লৈবদুনা চংপা থাংবা য়াত্রবা খোং অনিনি; অহল ওইরবী ইমাবু হিন্দু মুসলমান ইচিল ইনাওগী লেংবান্দা মথুং য়েং ওইনা কোন্দুনা হৌগংনবা তৌ্স নত্রবদি নাংতম্বা উম্মরোই।"[১]

রাক্ষম অসি মহাক্কী অচেংপা লাইনিংনি। ইতিহাসকী ঈচেলদা মীথা পোল্লবা জাতি অমগী পুন্সিদা ওইরক্লিবা অহোংবা কয়াসিদি কাংখোং চাইরবনি। মীওইবগী অধিকার মাঙথ্রবা সমাজ অমগী মশক্তি। অসিগুম্বা অহোংবা অসিগী মায়োক্তা অশেংবা অহোংবা অমবু শাগংপা হায়বসি অঙাংহলনা পামজখিবনি। নাংতম্বগী লানফমদা লেংজেন মান্নবা জাৎ নিজাৎ খায়দবা ধর্মগী অথুবা রাখলবু থাদোক্লবা হায়বসি তঙাই ফদবনি হায়বসি অঙাংহল্না উরম্মী। মরমসিনা মহাক্না 'জহেরা'গী মনুংদা পাউজেল অসিসু য়েন্নবা হোংনখিবনি। গান্ধীজাগী পাউজেলগী মশক কয়া মহাক্কী উপন্যাসসিগী মনুংদা থেংনরি। তশেংনমক 'জহেরা' উপন্যাসনা মুংশিবগী অকনবা লিচিং অমম্বুং সমাজগী অথিংবগী পল অনীগী মশক উংলবসু সমাজগী মনুংদা লৈরিবা য়ানীংদবা কয়াবু অফবা শক্তমদা হোংদোক্লবা অমদি রাজনীতিগী চুপ্লিবু ইথুংমক্লা পায়জনবগী লম্বী থিবগী রাখল অসিমদি থক থাদোকখিদে। অমরোমদা জহেরানা কুঞ্জোগী মথুক্তা থরাই থাখিবা পুকচেল থুরবা সমাজ অসিনা হাংপনি হায়না লৌবা য়ারি। কুঞ্জো জহেরা অনীমক রাজনীতিবু উখিবা মাশক্তি নত্তে, চুম্নগী মীথা পোল্লবা মণিপুর সমাজদা শরুক য়ারুবা পুন্সিবু উৎপগা লোয়নমনা মতমম্তুগী পুন্সিদা অফবা অহোংবা অমথকপুরক্লবা মগু মগুজরম্বা অইবগী রাখন্দুবু উৎপনি। মশাগী পুন্সি অমদি সংস্কৃতিগী অচেৎপা থাজবা থমজদুনা ঈংনা চৌক্লা পাঙ্গরম্বা মণিপুর সমাজদা

১। অঙাংহল, 'জহেরা', শ্রীনপুর, ১ বা নম্বা, ১৯৬৪, লাঃ ১৫৬

খণ্ডহৌদনা পুশিল্লকপা মীথা পোত্বগী অহোংবা মশক্লা ওইহনখিবা সমাজ অমদি নীংতম্বগীদমক লাঙতকুরবা পুন্সিশিংবু অঙাংহনলনা মাম্বকৈ খরদগী উৎপন্নি।

ধর্ম্মগী শক্তমদা অচেংপা থাজবা থমখিবা শীতলজিংকী খুংইদা রাজনীতিগী অহোংবা কয়াসি পুঙফানা উ ত্রবস্থ অনৌবা যুগকী রাখলদা শাগৎলকপা গণতন্ত্রগী য়াওন অমগী ফজরবা মমিদি তাবা থেংনরি। শীতলজিংনা হিন্দু ধর্ম্মবু চেংনা থাজবগা লোয়ননা গণতন্ত্রবু য়াম্না থাজখি। মীওইবগী পুন্সিদা নীংতম্বগী ফজরবা মশকসি গণতন্ত্রনা পুরকপা শোয়দনা ওমগনি হায়বসি মহাক্কী থাজবনি অসিগুম্বা গণতন্ত্র অসিবু ধর্ম্মগা যুক্তমদা শাগংকদবনি হায়বসি মহাক্কী আশানি। অসিগীদমক মহাক্কী থাদোকপগী মনুংদা গণতন্ত্রগী রাখললোনবু পামজনা পুশিল্লি। পৃথিবীগী ওইবা গণতন্ত্রগী ঈহৌ অমা লাকখিবগী রাখল অসি মণিপুর সমাজদস্থ থুংলখি। অসিগুম্বা রাখল অসিনা মণিপুর সমাজদা অহোংবা অমা ওইরক্কদবা ফিভম অদুবু শীতলজিংনা উংলম্বনি। মসিনা সমাজ অসিগী মনুংদা অসিগুম্বা অপাম্বা পোংশক অমা নত্রগা য়াওন অমা শোয়দনা থুংলনগী শক্তম অদু উংপনি। অনৌবা যুগকী অনৌবা মীংয়েংগা লোয়ননা শীতলজিংকা সদানন্দবু নিংথৌ অমদি নৈপাক প্রজা খুদিংমকপু গণতান্ত্রিক ওইবা মীংয়েং অমদি রাখলবু নীংখিনা শকখঙলবশিংদা উপন্যাসকারনা শাগংনবা হোৎনৈ। হিংসাগী রাখলবু তুংওইনহুনা গণতান্ত্রিক অধিকার তানবদা নিংথৌগী য়াইফ খোললাওগা লোয়ননা পুং কোর্তানগা লোয়ননা ঈশৈ শত্নুনা আন্দোলন চংশিল্লি।

খুল অমনা পুং কোর্তান যৈহুনা নিংথৌগী য়াইফবা থিহুনা লাইগী নাম শোল্লহুনা চংলম্মী, খুল অমনা নিংথৌগী মমা মিংবু পল্লগা জয় ধনি লাউর লাউরহুনা অরৈবা খোঞ্জেল থাদোক্লম্মী।[১]

১। শীতলজিং থাদোকপা "খুল অমনা পুং কোর্তান যৈহুনা নিংথৌগী য়াইফবা থিহুনা লাইগী নাম শোল্লহুনা চংলম্মী, খুল অমনা নিংথৌগী মমা মিংবু পল্লগা জয় ধবনি লাউর লাউরহুনা অরৈবা খোঞ্জেল থাদোক্লম্মী"
অইবা মপামক, ২শুনা নম্বা, ১৩৪৯, লাঃ ৯২

অশেংবমক ধর্মনীতিগী মথা পোম্লা রাজনীতিগী অহোংবা অমা শাগৎলগী রাখনসি শীজিনজিংঙ্গা লৈখি। ধর্মগী যুক্তমদা রাজনীতিগী অহকবা মাওঙ অমা পুক্তকনি হায়বসি উপন্যাসকারগী থাজবনি। মণিপুর জাতিগী পুন্সিদা লৈখিবা অহোংবা কয়াগী মরক্তা মীপা পোনবগী লৈতাদ্রবা অহোংবা শকতম অমদি ১৮ শুবা শতাব্দীগী মতুংদা মণিপুর সমাজদা থুংলখি। নিংথৌ শাগেগী নিংথৌ খুভম মুন্নবগী হুংঙাইত্রবা থৌদোক অমা ঈমু-নাইমু তাম্নবগা লোয়ননা কাংথোং চাইরবা সমাজ অমবু জাতিসিগী পুন্সিদা পুশিল্লকবা থৌরাং অমা ওইখি। মশাগী মতিক মথৌনাতনা মশাগী নীংতম্বু হাকল্লহুনা লাকখিবা জাতি মশেনগী মরক্তা পাঙ্গল শীজিন্নহুনা শক্তি তাম্নরকপনা যাম্না রানবা অচৌবা মরম অমসু ওইখি। মশাগী চিং-লেম্নবা পুন্সিগী মশক অমদি থৌনাতনা জাতিসিগী মিংচৎ উরোং খিনখিবগী শকতম অমা উপন্যাসকার চাউবনা 'লবঙ্গ-লতা'দা উৎখিবক গুণনদি ইতিহাসকী তোরৈ অনদগী মীখা পোন্নবগী তাংকক অমবু লৌথোরতুনা তাংকক অসিদা ওইরকপা সমাজগী অচৌবা অহোংবা কয়াগী হুংঙাইত্রবা শাজংপু উৎথোক্লি অমদি অসিগুম্বা মীথা পোনবগী হুংঙাইত্রবা শকতমদগী নীংতম্বগী লম্বী থিখিবা জাতিসিগী অচৌবা থৌদাংবু মহাকী উপন্যাস 'লমন'দা শীংথারি। জাতি অমগী পুন্সিদা রাজনীতিগী লৈতাদ্রবা ফীভম অমা লাকখিবা হায়বসিমক ইতিহাসকী লম্বীদা লমকাংনবনি। অসিগুম্বা রাজনীতিগী উংখৎনবা কয়াসিগী ফল ওইনা পাঙ্গল চাউরবা বর্ম্মাগী মখুত্তা মৈতৈ জাতিনা মায়থীবগী[1] ওমথীরবা চৈনাখোল অমা ফংহল্লি। জম্নসিংহনা মরৈবাক নীংতম্নবগী-দমক থেংনরম্মা অকনবা লান্থেংশিং অমদি অম্না অনা কয়া থাওহুনা জাতিসিদু নীংতম্নহনখিবা কয়াবু মহাকী মতুংদা লাকখিবা নিংথৌ মচাশিংনা অমগা অমগা নিংথৌ খুভম মুন্নবগী ফলনা মচেৎ তানহুনা নাকপাক তানা থেঙ্গায়নরকুনা মৈতৈ জাতিগী মপাঙ্গল থম থেংনা

১ | ৬৫, 'লমন', সুরবধনী, ৫ শুবা নম্বা, ১৯৮১, লাঃ ১৬৭

শোনথহনখি। অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিদা মতম কুইনা লুমহনা লৈরকপা পাঙ্গল চাউরবা য়েক্লবনা খুদোংচাবা লৌহ্নো মনিপুর সমাজবু মচেং মচেং তানা থুগায়খি অমসুং মথাক্কী খুহুম মখাদা থক্কজিনখি। অসিগুম্বা অসি য়ৌরবা ফাওবদা থৌনা করবা ওইজবা থাদোক্কপা চীংমী অমদি তম্মী কয়ানা নীংতম্বগী লম্বী থিখিবগী শক্তম কয়া অইব। গুণনা উংলি। মহাক্কী খুৎইদা কাংখোং চাইরবা সমাজগী মরক্তগী অশেংবা মচা কয়ানা হৌগৎলকুনা থরাই পাম্মুক্না নৈজনা কখোকখিবা পুন্সিগী মশক অহুবু 'লমন'দা নিংখিনা য়েকথোক্লম্মী।

মীখা পোল্লবা পুন্সি কয়াগী মরক্তা উংথংনবা মুক্কব। লোয়ননা অপাম-সুংশি কয়াগী মশকপু উপন্যাসকারনা য়াম্না পামজনা য়েকথোকপদা মতমত্তুগী মীখা পোল্লবা জাতি অমগী কাংখোং চাইরবা সমাজগী মশক-পুসু উহনবা ঙম্মী। চহী তরেৎ খুন্তাকডৈদা মৈতৈ জাতিনা শাই-দাংকমগীদমক্তা য়ুমলোন্নবা কাছাড়নচিংবা লৈবাক কয়াদা চংজকম লৌথিবা লোয়ননা থাপ্লবা লমদমদা লৈথিহনসু মরৈবাক উহ্নামগী য়াথলতনা লাইনিং ওইজখিবা শক্তমত্তুবু তোম্বা, পারী য়াইমা অমদি কাছাড়দা খুললিংবা খুঙ্গা কয়াগী পুন্সিগা লোয়ননা য়েকথোক্লি।[১] অসিগুম্বা তাংকক অসিদা হেন্না লাইবক থীবা মশক অমদি মতমত্তুদা চীংমী-তম্মী অনীগী থম্মোয়গী অপুনবা লীপূন তংলম্বা অসিমি। মসিনা মণিপুর সমাজ অরাবা শক্লোন অমদা হোংলকুবা খ্বাইদগী চাউবা মরম অমা ওইখিবনি।

চীংথংখোম্বগী হাক্তা চীংগা তমগা ঙাইওইনা শ্রেংনা থাইনদনা পানমিন্নরম্বা শক্তমত্তু নিংথৌ অসিগী মতুংদদি তংগ্রে। মৈতৈনা চীংমী-শিংদা লংজরুবা মরাল মচা অমথক্তা চীংশাং হুপ্না শাগ্রে। চীংমী-তম্মী অনীগী মরক্তা অমনা অমগী থাজবা কয়াত্তু মাঙখিবদা নত্তনা চীংগী

১ গুণ 'লমন' সুরথবলী, লেরবা নম্বা মাঃ ৭৮, ৯৮, ১১৫।

খুল অমদা মৈতৈ অমগী চঙক্ষম কাওবা ককথংল্রে। মরু ওইনা চীংমী তম্মীগী লিংহেল মান্নবগী লীপ্‌ন্না হেক তংখিবগা জাতি অসিগী মপাঙ্গল খম থেংনা শোনল্রে। অরাগী অচৌবা শক্তিদগী ঙাকথোক্কব পাঙ্গলহ মপাঙ ক্ষানা মাঙখিবসিনা মুংঙাইত্রবা সমাজগী মশক অমবু পুরক্কবা অচৌবা মরম অমা ওইরে। লৈবাক্কী লুচিংবা ওইরিবা নিংথৌ মচাশিংনসু অসিগুম্না রাজনীতিগী অমদি কুটনীতিগী লমদা লৈরিবা অচৌবা অশোয়বা কয়া অসিবু মেনখত্তুনা চীংমী তম্মী অনীগী অপুনবা পাঙ্গল শাগৎনবা হোৎনবগী মহুত্তা খুরবা মীৎয়েংদা মখোয় মশেল য়ান্নবদা পুক্লিং হেন্না থিংজিনখি। নিংথৌ শেমদোক শেমজিনগী অঙম-অথৌ ওইজনিংবগী শক্তিগী লমজেন্দা জাতিসিগী শক্তিবু লৈথা তাহনখিবা মুংঙাইত্রবা তাংকক অসিদা ফংখিবা চৈনাখোলনা থল্লবা সমাজগী মশক অসিবু গুণনা নাংথিনা য়েকথোকই। শেলুংবগুম্বা ওইজবা থিবা, নিংথৌ শেংবা মীওই কয়াগী শক্তিগী লমী থিবদা হেন্না রানবা মচাক ওইখিবা অমদি মশামকসু অরাবা অতুদা লুপশিনখিবা শক্তম অসি শেলুংবনা ঙবোংখাউদা চংখিবসিনা উৎলি। মতিক লৈরবা লৈঙাকপা অমগা মতুংদা মতাক চাদবা কয়ানা মহুৎ শিলহোবদা ফংখিবা অরা অনা অমদি সমাজগী অহোংবশিং অসি 'লমন'দদি অচৌবা থৌদোক অমনি। লাবন্য-চন্দ্র নিংথৌ ওইরবদা পোকমিন্নবা মনাও ইবুংঙো মধুচন্দ্রনা নিংথৌ খুভম অতুগীদমক পোকমিন্নবা ময়াম্ববু নমথাক তৌদুনা হাংখিবা মতৈ জাতিগী ইতিহাসতা রাজনীতিগী শক্তি তান্নবদা থোকখিবা নিংথৌ শাগৈ হাত্তোক্নগী মুংঙাইতবা থৌদোকনি। ময়াম্বা হাত্তুনা নিংথৌ ওইরকপা মধুচন্দ্রবু চৌরজিংকী খুজিল থৌরাংদগী থরাই থাখিবা অমদি চৌরজিৎপু অরাগী মতেং লৌদুনা মনাও মারজিংনা তান্থোকখিবা রাজনীতিগী অথুবা মীৎয়েংদা ধর্মনীতিবু তুংইনবগী থৌদোকনি। মশা অমত্তগী মচাবু শক্তি পাম্বনীদমক অসি য়ৌনা নুংশিনদবা নিংথৌ মচাশিংগী শাজংনি। অসুম্না মথং মথং মচিন-মনাও হাত্তোক্নদুনা রাজনীতিগী শক্তি তান্নবদা অচৌবা

অশোকপা অমা তাংকক অসিদা মরেক শেংনা লৈরি।[১] অসিগুম্বা থৌদোক অসিনা রাজনীতিগী লম্বীদা লম্মুক্কবা ফিভম অমা মণিপুর সমাজদা পুশিল্লকখি, লোয়ননা ইংনা চিক্না পাঙবা পুন্সিদা শান্তিগী লম্বী মাঙহনখি। রাজনীতিগী লৈভাক্রবা মশক্না সমাজদা অচৌবা অহোংবা পুরকপা অমদি জাতি অমগী পুন্সিদা কাংখোং চাইরকপা হায়বসিদি শোয়রবনি। অশেংনমক জাতি অমগী অহোংবা খুদিংমক অসি সমাজগী অহোংবা হায়বতুগা চেকশিন্না শন্নতুনা লৈরিবনি। রাজনীতিগী অহোংবা কয়া অসি মীওইবগী পুন্সিগী অচেৎপা থাজবা কয়াবু হোংহন্নবা মরমনি।[২]

চহী তরেৎ শনস্তাকপগী মনম অসি নিংথৌ শাগৈ শক্তি তাম্নবগী অমদি চীং-তম অনীগী থমোয়গী মরী চংথিবা অসিনি। জাতিগী নীংতম্ববু নোংহৌনা হঞ্জিল্লকবা চীংমী-তম্মগী তংগ্রবা মরীবু নৌহোন্না শাগৎপা তাই হায়বসি উপন্যাসকারনা উ লি। মসিগীদমক পারীনা মমা কাহনগবা মতুংদা চীংলৈবাক্তা লাকুনা চীংনীশিংগী মতেং পীরৈ। অশেংনমক মৈতৈ সমাজনা কাংখোং চাইবা অমসুং মীথা পোনবগী

১ Sir Edward Gait, K. C. S, I, C. I. E. In 1709 Jai Singh died, His elder son, Harsha Chandra, succeeded him but was murdered. after a reign of two years, by the brother of one of his father's wives—A History of Assam' L B. S publication. Third Edition. reprint 1984. p. 272.

2 I Leslie Stephen "The most important changes which have taken place have been closely connected with the social changes .. and with the changes of belief which have been cause and effect of the most conspicious political changes"

"English Literature and Society in the Eighteenth Century, Methuen & Co. Ltd. London. 1963, p 15

চৈথাখোল মংখা হায়বসিমক চীংমীশিংগী পুন্সিদসু অচৌবা অশোকপা অমনি। মসিগীদমক খুন্নাকপনচিংবা চীংমীশিংনা মনিপুরগী ঔরাবু তাংখোক্লবা থৌরং তৌরকই। গুণগী মকমদসু মণিপুরী সমাজ হায়বসি চীংমী-তম্মী অমীগী অপুন্নবা সমাজনি হায়বসি চেংনা থাবে, মহাক্না রাখল অসি উপন্যাসকী মকম কয়াদা উংলি। মরমসিনা মহাক্না চীং-মীশিং অসিগা নকুদবা ইয়া য়াদ্রবনি; অনী অসিনা নকুদ্রিমথৈ অনীমক মীরক থিনবা ওন্নোই[১] হায়।

মৈতৈ সমাজদা লাকপা অহোংবা কয়াদা চীংমীশিংনা শরুক য়াদবা হায়বসি অমুক য়ারোইদবনি য়াওন কয়াগী মতুংদা অফবা য়াওনদা শরুক য়ামিন্ননবা লিংজেল য়াম্নবা হায়বসি তঙাইফদবনি হায়বসি উংলি। রাজনীতিগী শক্তমলোমদা য়েংবা তারবদি খ্বাইদগী মরু ওইরিবা তনগী ফিভম অসিনা অমোবা ফিভম অমদি কন্দুনা থম্মী। লৈবাক নিংথৌ পানবগী হৌনবা নিংথৌ নিংথৌগী হাকচঙ্গা রাজনীতিগী অহোংবা লাকপা অমদি শক্তিগী লমজেলদগী থোরকপা ফত্তবা কয়াগী ফলদি চীংমী-শিংমসু শরুক য়াদনা লৈথোকপা য়াদে। রাখল অসিমক অমদি অসি-গুম্বা ফিভম কয়া অসিমক উপন্যাসকার গুণনা মহাক্কী 'লমন' দা য়াম্না মরীক চুম্না য়েকথোকই।

গুণগী মকমদা নীংতম্ববু রাংনা থাজবা অমদি মীথা পোনবগী নুংঙাইত্রবা ফিভমদগী শাগৎলকপা রাখল অমদি মহাক্কী খুৎই কয়াদা ইরোইদা লোয়নতুনা লৈরি। মীথা পোল্লবা জাতি অমগী সমাজতুগী শক্তম্না উপন্যসকার অসিগী রাখলদা তত্তনা ঈথিল ওইতুনা লাকখি। মহাক্কী 'খুদোল'দসু অসিগুম্বা রাখল অসি অতুমক চুশিন্দুনা লৈরি। মীথা পোল্লবা পুন্সি কয়াগী থমোয়দা চাক্লক্লিবা নীংতম্বগী মৈরী অমদি

১। গুণ, 'লমন', কোঙজম্নী মুরধনী প্রেস, ৫ শুরা কোঙবা, ১৯৮১, লাঃ ১৭১

রাজনীতিগী চুপ্পীবু ইথুম্বরক্তা পাম্বজনীংবগী লাংতক্কবা কয়াসিনা মরম ওইদুনা মহাক্কী মনোরঞ্জন, পুর্ণিমা অমদি পাত্র কয়াদা রাখল অসিবু চুশিন্দুনা লৈহল্লি। মহাক্কা আজাদ হিন্দ ফৌজগী নীংতম্বগী লাঙ্গংগা লোয়ননা রাজনীতিগী শেংলবা লম্বী অমগী লুচিংবা ওইনা চোংথোরকপা সুভাসচন্দ্র বোসবু ভক্তি তৌজে। মীথা পোল্লবা সমাজ অসিবু অমুক্তং উদ্ধার তৌরগনি হায়বা রাখলদা অচেৎপা থাজবা থল্লি।[১]

মতম অদুগী ভারতকী রাজনীতিগী অমদি মীথা পোল্লবা সমাজগী ফিভম যেকপাদা মতুনা পৃথিবীগী ওইবা রাজনীতিগী অনৌবা মীংয়েং অমসু মহাক্কা খুদোলগী মরুংদা থাংজিল্লকই। অনৌবা যুগতা অনৌবা অহাংবা কয়াগা লোয়ননা শক্তি কনবা লমজেল অমসুং অকনবা শক্তি-শিংগা অশোনবা কয়াবু মচেৎ তানা থুগায়বগী শক্তম কয়াবু গুণনা শীংথাখি। অসিগুম্বা থুগায়বগী মশক অসি ভারতবাসীশিংগী পুন্সিদসু অচৌবা খোদোক অমা ওইররি। অদুবু মণিপুরী সমাজনা অনাগুবা লাঙ্গাওদ। ফংথিবা চৈনাখোল অমদি নাংতম্ববু খোরাংলবা মচা কয়ানা বলিদানগীদমক চোংশিনখিবা শক্তমশিং অসিদি 'খুদোল'দগী 'অরোইবা পাউদম'না হেন্না হকচিল্লি। নংতম্বগীদমক লাংতক্কবা রাখল কয়াসি খুঙ্গং চম্মু চম্নবী যমুনা ফাওবদা ময়েকশেংনা ফাওহনবা ঙমখি। কাওলুপ কাওলুপকী শক্তিগী লমজেলদা অমদি রাজনীতিগী অহোংবা অপীকপা শক্তমদুবু উৎপগা মরুং পৃথিবীগী অচৌবা শক্তি কয়াগী মরক্তা লাকখিবা রাজনীতিগী উংথৎনবা শক্তিগী লমজেল অমদি লোইলম শম্দোকপগী অকনবা লানফমনা ওইহল্লিবা মচেং মকায় তারবা সমাজগী মশক কয়াগী

১ গুণ, ''বৃটিশ সরকারনা কুপ্পা শেন্নদুনা থমগ্রবা সুভাসচন্দ্রবসু চংলিবা চহি অসিগী জানুয়ারীদা 'ময়ুমদগী থাদোক্নুনা চৈনখ্রে' হায়না মুক্তক মুক্তক ঙাংনরক্রে। ভারত শিম্বুংনা জাতিগী লুচিংবা পুম্বা অমমমতা ওইনা ফাজিনখিবগী পাউ তানরক্রে।''

'খুদোল' হেরাসিংহ, ২শুবা নম্বা, ১৯৬৬, লাঃ ৮০৪

নম্বুংদা অমা ওইনা মণিপুরী সমাজগী ওইরক্লিবা শক্তম উপন্যাসকারনা উংলকপনি। অশেংনমক উপন্যাসকারনা 'খুদোল'গী নম্বুংদা গোকুল গুম্বা লমংশিংবু লানফমগী লেমহৌবা মথাক ওইনা উংপগুম 'অরোইবা পাউদম'গী মনুংদসু লমচং কয়াবু লেমহৌবা মথাক ওইনা উংথোক্লি। ইতিহাসকী ঈচেলদা লাকখিবা অহাংবা কয়া' তঙাইফদ্রবা মশকনি হায়বসি অইবসিগী রাখলদা মতম খুদিং চুপনা লৈখিবনি; মরম-সিনা গুণগী শাঞ্জৌবনচিংবা কয়াসি ইতিহাসকী তোরৈ ইন্না তাউথবা তাখি। মীবা পোক্লবা সমাজ অমদা পোকলুবা পুন্সনা মাখা পোনবগী অরা-অনা কয়াবু শক্নক য়াবা হায়বসি তঙাই কদ্রবনি। "মীওই পুন্সি কয়ানা পুন্‌শিন্দুনা লেম্বা সমাজ অসিদা মীওইবা খুদিংমক অসি মহাক্না চাউজফম ওইরিবা সমাজ অদুগী মশা অমমমনি।"[১] অসিগুম্বা মীখা পোনবগী চৈনাথোকা অসি অংবনা মারোল তারকপদগী হাপথেংনরক্লবনি। মরম অসিনা গুণনা রাখল অসিবু থক থাদোকপা ঙমখিদে। মসিগী-দমক মহাক্না য়াঙন পামখি।

পৃথিবীগী শক্তিগী লমজেন্দগী থোরকপা অনীশুবা লাঞ্জাওনা সমাজ কয়া কাংথোং চাইহন্দুনা মথক মখা ঙহ্নোকপগী শক্তম অসি মনিপুর সমাজদসু থুংলখি। ঈংনা চীক্লা লাঞ্জরম্বা সমাজগী শক্তম অহুবু শাথীবৰা খুংথা অমনা থুগায়বিহুনা লৈতাদ্রবা পুন্সি অমদি সমাজগী মশক অমদা মনিপুর সমাজবু লংথোক্তুনা থমখ। মুংশি হৈদ্রবা লালগী পুন্সি কয়া শেংন-থায়নহনখি অমদি লেমহৌবা পুন্সি কয়াবু মহাম তাহনখি। অসিগুম্বা কায়র-তোয়রবা পুন্সিগী মচেং মকায়শিংনা শারবা মৈশা মৈথু মরক্তা পল্লেপফম খওদ্রবা সমাজ অমগী শক্তমবু তঙাইফদনা শাগত্তবসু

১। L. Stephen. —"Every man is also an organ of the Society in which he has been brought up"

'English Literature and Society in the 18th Century' Methuen and Co. Ltd., 1963, P. 5

য়াখিদে। লানফম্না নৈহৎপ্রবা সমাজগী অসিগুম্বা শক্তম অসিবু আর, কে, এলাংবনা মহাক্কী উপন্যাস 'মরূপ অনীদা মায়কৈ খরদগী য়েক-থোক্লি লাঞ্জাও নংঙবা সমাজগী শক্তমবু তাংকক কয়াদা উংথোকপগা লোয়ননা শরৎ চান্দনি অঙাং অনীবু শেংন-খায়নপ্রবা পুন্সি কয়াগী লেমহৌবা মথাক ওইহল্লি। অনিশুবা লাঞ্জাওনা থুগায়প্রবা সমাজগী লেমহৌবা মচেৎ ময়াম মরক্তা লেমহৌবা পুন্সি অনীনা হিনাও শাবীনবা য়াওদনা মায়োক্নরিবা শক্তম অতুবু অঙাং অনীগী ৱারীনা লীতুনা ফোঙদোক্লি।

বৃটিশকী রায়েল চুপ্লি মথাদা লৈরম্বা মণিপুর লানফমগী শরুক অমা ওইখিবগা লোয়ননা লানফম্না পুরকপ ্গায়বা অমম্লুং শাগৎপগী শক্তম অতুদি নংদবা য়াখিদে।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওনা হোংহনপ্রবা সমাজ, অনৌবা খোঙফম কয়াদা অচৌবা মচল কয়াগা লোয়ননা অহোংবা কয়াম্লু যুগনা থুংলবগা লোয়ননা লাকপা তাখি। লাঞ্জাও মতুংদা অচৌবা রাজনীতিগী লানফম কয়া মায়োক্নরবা মতুংদা ভারতনা নীংতম্লকপগা লোয়ননা মণিপুরম্লু নীংতমখি। অতুবু মশাগী পুন্সিগী মমলদা অমদি সংস্কৃতিগী চীংলেম্লবা শক্তমগা লোয়ননা মরামদোম হিংজরম্বা মণিপুর অতুদি অমুক হল্লকপা ওমখিদে। রাজনীতিগী অনৌবা কাংলোন কয়াগী মথাদা মণিপুরনা নীংতম্বগী মীকপ খোরকপসি ভারত রাজ্যগী শরুক অমা ওইননি। মশাগী পুন্সিগী তোপ তোপ্পা মশক্তা অনৌবা সমাজ অমবু শাগৎপগী মতুং ভারতকী মতুংদা ভারত রাজনীতিগী চুপ্লি মথাদা অনৌবা সমাজ অমবু শাগৎপা তাখি। অনৌবা নীংতম্বগী, অনৌবা রাজনীতিগী অহোংবা কয়াসিনা সমাজ অসিদা হিংলিবা পুন্সি কয়াগী অমদি অচুম্বা নীতিগী মশক্তা চুশিন্নবা মহাও অতুদি ফংবা ওমখিদে। গণতন্ত্রগী মঙলান্দা মঙলান্নরবা, অচুম্বা অফবগী মিংদা পুন্নমক মকশিল্লবা সমাজ অমা ওইরক্লে হায়বসি পাচানা মহাক্কী উপন্যাস "না তাখিবা অহল অমাদা উংথোরকই। পরমপারাগী পুন্সিগী লেমজরবা শক্তম, শেংলবা হৌপ্রবা সমাজ অতুবু ঈথৌ

লাংজবনা উপন্যাসকার অসিনা হৌথৎবা সমাজ অমদি অনৌবা যুগনা পুরকপা সমাজ তনীগী মরক্তা লৈরিবা অচৌবা খেন্নবা শক্তম কয়া অহেবু শীংথারি। "অসিগুম্বা মীওইবা কাণবু কয়া কয়ানা মকোক নোম্নথিবা থৌনা লৈবা মীওইশিংগী তাংলনা হকচাংগী ঈ মরিক মরিক্তা, থোনথিবা নত্তরা—ওসিগী ঐগী ঈরৈবাক" ১

পাচানা অনৌবা যুগনা অনৌবা রাজনীতিগী কাংলোন্না পুরকপা মণিপুর সমাজগী অহোংবা অসি অফবা শক্তমদা হোংলকখিবা নত্তে, মসিনা পুন্সি কয়াবু মপূং ফাহন্দবনি, অশেংবা লমচৎকী অশেংবা থমোয়গী শক্তম অতুদি লৈখা তানা মাণহল্লবনি হায়বসি উংলি। হৌথৎবা পুন্সিগী হৌথৎবা মতমগী সমাজগী লেমজফম ওইরবা শক্তম অতুনা লৈখা তাথৎবদা ওসিদি মণিপুর সমাজ মনুং হোরনা অমদি ফিভম শোকলবা সমাজ অমা ওইরে হায়বসি উপন্যাসকার অসিগী রাখলদগী উংথোক্লি। তশেং-নমক মণিপুরী সমাজগী অহোংবসি অনৌবা যুগনা লাকপদগীনি। ঈচাওনা লাকহুংখিবগী শক্তম্নি। জাতিসিনা চাওথোকচরম্বা আশা কয়াগা তায়-ওন্নবা শক্তম্নি। মীথা পোনবগী নুঙাইত্রবা অহোংবা কয়া থাঙহনা লৈরক্লবা জাতিসিনা পৃথিবীগী তমথীরবা লাঙ্গাওগী চৈনাখোলম্ম ফংদবা য়াখিদ্রে।

লানফমগী শরুক অমা ওইখিবনা থুগায়বা কয়াগী চৈনাখোল ফংত্রে। লাঙ্গাওগী মতুংদা নীংতম্বগী অনৌবা মণ্ডাল অসি ভারতকী শরুক অমা ওইনা ফংলক্রে। অনৌবা যুগকী রাজনীতিগী সাসন মথাদা গণতন্ত্রগী কাংলোন পুশিল্লক্রবসু চুশিনবদা য়ানা থোকত্রে। লোয়ননা ভাব তান্নদবগী শন্নদবা রাখল কয়া অমদি ওইজবা তানবশিংগী খুদোংচাবা য়েংবদা প্রজানা অশেংবা মঙ্গাওহু চুপচবা ওন্নখিদ্রে। মায়কৈ অমরোমদা ব্রিটিশনা

১। পাচা, 'না তাথীবা অহল অমা', গীতা বুক ষ্টোর অনীশুবা থুংনম, ১৯৮২, লমাঃ ৫

ভারতপু দিমোক্রেসিগীদমক্তা মত্তিক চাদে[১] হায়না শীংথাখিবচু মীংশ্নং অসিদদি মণিপুরদা য়াম্না চুম্না থোক্লে।

মণিপুর সমাজগী অহোংবা কয়াগী মরক্তা মীথা পোনবগী অহোংবা কয়া অসিদি তাওনা থোক্লবা অচুগা জাতি অসিগী পুন্সিদদি থাংওমত্রবা পোৎলুম ওইরবা শক্তম্নি। গুননা ঐরাগী মথুত্তা তাপ্রবা মণিপুর সমাজগী শক্তম অমদি ইংলিসকী মীথা পোল্লবা সমাজবু নীংতমহনবগী অকনবা আশা অমা মহাক্কী উপন্যাসশিংদা উৎলকপদা মণিপুর সমাজগী অহোংবা কয়াগী শক্তমবু মরীক চুম্না উৎথোকপা ঙমখি। মহাক্কী থুৎয়েক্তা মীথা পোন্নুনা লৈরম্লবা সমাজগী শক্তমবু থেংনরি। মীথা পোনবগী মুংঙাইত্রবা ইগুন অমদি রাজনীতিগী লম্বীদা লম্মুক্লবা. চয়েৎনবা অমদি শক্তিগী উৎথৎনবা কয়াগী মরক্তা মণিপুরনা লমলানবা ইংলিশকী থুবামস্নুংদা তাখিবগী মুংঙাইত্রবা ফিভম অমদি বিনোদিনীগী 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী'দা নৌহৌনা উৎপা ফংই। অসিগুম্বা অচৌবা অহোংবা অসিনা থুগায়বা অমসুং শাগৎপগী মশক্তা হান্নগী অরিবা শক্তম কয়ানা লৈখা তাখিদা লোয়নবা অনৌবা শক্তম কয়ানা নৌহৌনা শাগৎলকপগী শক্তমবু থেংনদবা য়াখিদে। রাজনীতিগী লৈতাত্রবা শক্তম অসি পোকমিন্নদবা মচীন-মনাও-শিংগী উৎথংনবা শক্তমদগী শাগৎখিবনি। অশোনবা নিংথৌ সুরচন্দ্রগী অপাংবা মতৌদগী অসিগুম্বা জাতিগী ফিভম অসি ওইরক্লবা অচৌবা মরম অমম্নু ওইখিবনি।[২] মতমসিগী সমাজগী, মুক্লবা কয়া অমদি জাতিগী অস্না

১। Bipin Chandra Amales Tripathi Barun De, "Indians, they said, were unfit for self government or democracy" "Freedom Struggle, National Book Trust, New Delhi, August, 15, 1972, P. 36

২। বিনোদিনী, 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী', অহৌবা মশামক, ১ বা থুংনম ১৯৭৬, লাঃ ৬৮

লুংঙাইগী ফিভম অসি সনাতোম্বীগী পুন্সিসিনি। অকোইবদগী শাগৎলক্তুনা অইবী অসিনা যাম্না ময়েক শেংনা উৎথোকপা ঙম্মী। লোয়নবা য়েক্লবগী খুবামম্ভুংদা সাসনগী চুপ্লীনা তাগ্রবা জাতি অসিগী পুন্সিদা লাকখিবা অফা অপুন্নবা ফিভম অমদি পেনদবগী ৱাথোক কয়াম্তু থেংনবা তাখি। মশাগী পুন্সিগী অচেৎপা বিশ্বাসতা মতম কয়া চুপ্পা পাঞ্জরকপা মণিপুরগী ভাগ্য বিধাতা য়েক্লবনা লেপগ্রবদা ওইরকপা সামাজগী মশক অদুবু যাম্না নীংথিনা উৎলবস্তু মতমদুগী ৱাজনীতিগী খুজি পায়ৱিবা অংগ্রেজনা মণিপুরী জাতিগী সংস্কৃতিগী শক্তমদদি অদুক হাক্লা খুং থিংজিনখিদে। অদুম ওইনমক ৱাজনীতিগী চুপ্লিবু পায়গ্রবদা সমাজ অওদা অহোংবা কয়াদি শোয়দনা লাকপা তাখি। সনা কোম্বুং অংগ্রেজগী য়াকাবুং ওইনখি। মদুনা কংলাগী শা অনীবু নমদুনা থুগায়খি। শা অনীদুবু সাহেবনা তোংবা কাপখায়বনি।[১] অনৌবা পুন্সিগী মীৎয়েংদা অনৌবা যুগকী ৱাখলদা অপাকপা মীৎয়েং খরগী মমিদি তাংকক অসিদা তম্বা হৌরকখি। সাসনগী শক্তমস্তু লৈবাক নিংথৌ পানবগী অম্তুপ্পা শক্তম অদুদগী তোঙানখি। মতম অদুগী নিংথৌনা অচম্বা পুন্সিগী অমদি ধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতিগী লমদা লুচিংবা অমা ওইনা লৈরবস্তু অচৌবা ৱাজনীতিগী ওইবা লমদদি শক্তি লৈখিদে। অদুবু অনৌবা ৱাজনীতিগী ৱাখল্দা পেন্দবা কয়াবু ইচং থৌনা ফোঙদোকপা ঙম্বগী অনৌবা পাঞ্জলদি লৈঙাকলোন অসিগী মখাদা পুরকপা উখি। সোটো সাহেবক য়ুম মৈ শাবগী হাক্তক্তা অকনবা দণ্ডিগী পোৎলুম লাকপদা য়ানীংদবা উৎতুনা আন্দোলন চংশিনখি। বড় সাহেবকী মথক্তা নীন্দা তৌদুনা য়ানীংদবা ফোঙদোকই অমরোমদা মৈতৈ নুপীশিংগী অশেংবা থৌনাগী মশকক্তা হিরোইনরবস্তু ৱাজনীতিগী অপাকপা মীৎয়েংদা পেন্দবা কয়াবু ফোঙদোক্রবা মফম অমদি কন্দুনা

১। বিনোদিনী, 'বড় সাহেব অমসুং সনাতোম্বী', অহানবা ফোঙবা, ১৯৭৬, লাঃ ১১১।

থম্বা হৌরকখিবনি হায়বসি শীংথাবা য়াই। "অহুদগীদি ঙুপীশিং হৌরক্লে, শঙ্গু শঙ্গু লাক্কুনা বড় সাহেবতা লাউরে, অশোক অপন য়াওনখি।"[১] নিংথৌনা অসুপ্পা লংবোব মপু ওইরিবৈদা পেন্দবা কয়াবু অসুম্না ফোঙদোক্লবা পাঙ্গল পুংফানা লৈখিবা উদে। অহুম ওইনমক মণিপুরগী নিংথৌগী লৈঙাকলোন্দা অচৌবা থৌরাং অমদি লৈ। নিংথৌ ওম্বা অঙম্বা হায়না শীংথানবা অমদি ফমদো হুম্ফু হয়ৎসিবু নমহৎতুন নিংথৌনা তৌনিংবদা মনাংওম্বা মদে। মসিনা মীয়ামগী য়াইফবা য়েংহুনা থৌপুরকনি। মীয়ামগী অপাম্ববু শীংনরবদি য়াইফবা লৈতে হায়বসি মুন্না খঙহুনা রায়েন চুপ্লিবু নীংথিনা পায়রম্বা লৈবাক্কী অশেংনমক ওং নৈবা হায়বসি লালহৌনবা মরু ওইবা লম্বী ফাংবনি হায়বা রাখল অসি য়াম্না নীংথিনা উহুনা লাকখি। অমবু অনৌবা পুন্সিগী নীংয়েং কয়াগা লোয়নননা সাসনগী মশকসি হংদোক্লসকী রায়েল মখাদা পুরক্কুন, সমাজগী অনৌবা মচল ওইনখি। য়াওল কয়াগা মন্নুংদা মীখা পোনবগী য়াওন অমনা শাগৎখিবা সমাজগী মশক[২] অসি ওইবা বিনোদিনীনা মহাক্কী উপন্যাস অসিদা মায়কৈ থরদগী উংথোক্তুনা মতমহুগী সমাজগী শক্তমবু উংথোক্লম্মী।

রাজনীতিনা লৈবাক অমদি সমাজগী ফীবমদা অওনবা পুরকই হায়বসমদি শোয়দ্রবনি। অওনবা পুরকপদা নত্ত্রি মত্তাং মত্তাংগী ওইনা মমায়স্তু চুম্বা হায়না লৌবা তাই। অওনবা পুরকপগী চাউরবা মরম অমনি। অওনবা অসিগী মমি মণিপুরী উপন্যাসতসু পোয়দনা তারি। উপন্যাসনা অওনবা অসিবুদি থিংবা ঙমদে। অহুমকপু পামদবা হুংশাইতবা অমদি চুমদবা অওনবা লাকপা মত্তাংদদি চুমদে ফত্তে হায়বা উংপা ওম্মী। চুমদে হায়বা খবো অমদি খঙহনবসিস্ অফবা অচুম্বা পুরক্লবগী তঙায় ফদ্রবা পাম্বে অমা ওইবা য়াই। পাম্বে অসি উপন্যাসতা থেংনরি।

১ | বিনোদিনী, 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী', অহানবা ফোঙবা, ১৯৭৬ লাঃ ২৮৪।

২ | The rise and growth of communism, National Book Trust, India, New Delhi, August 15, 1972, p. 110.

## ধর্ম্মনা পুরকপা অহোংবা মশক :—

মণিপুরী সমাজদা মতম মতমগী ওইনা অওনবা কয়াগী মশক্তা লোয়ননা ঙসিগী শক্তম অসি ওইরকখিবনি। ধর্ম্মগী অওনবা কয়ানা সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী মশক ওন্থোকখিবনি। ১৮ শুবা শতাব্দীদা হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা প্রভাব তারকখিবদগী থেংনৈ। সমাজগী অচৌবা অহোংবসিমক ঐখোয়গী লাইরিক কয়াদা মরিক চুন্না তাখি। মতমসিদা ইখিবা 'সনামহি লাইকল' 'মীয়াং'নচিংবা লাইরিকশিংদা অসিগুম্বা অহোংবশিং অসিগী মশক মায়ক শেংনা উবা ফংই। ধর্ম্মগী অহোংবসিনা জাতি অসিগী সংস্কৃতিগী মশক্তা শাফু পীদুনা অচৌবা অহোংবা কয়া পুরকখিবসিগী মমি মতমতুগী সাহিত্যদা ময়েক সানা তাই। মতম মতমগী লাইরিকশিংদা সমাজগী অওনবা কয়াগী শক্তম য়েক্লবা সাহিত্য অসিগী পুক্কৈদগী থেংনদুনা লাকই। উপন্যাসকী মশক উরক্লবা ( ১৯২০ ) মতুংদা মচল অসিদা সমাজগী শক্তম্মা অহোংবা কয়া লাক্লবদা তাখিবা মমি অতমক ঐখোয়না হাক-থেংনবা ঙম্মি।

মণিপুরী জাতিগী পুন্সিদা ধর্ম্মগী অহোংবা মশক কয়া মতম মতমগী ওইনা লাকখি, অসিগুম্বা ধর্ম্মগী অহোংবা মশকশিং অসিনা সংস্কৃতিগী শক্তমদা থুগায়বা অমম্থুং শাগৎপগী অচৌবা ঈথিল পীখি। মণিপুরী জাতিগী অঙনবা মতমগী সাহিত্যগী পুক্কৈদা অনৌবা মচল কয়াম্থু থোরক্লবা মরম ওইখি : লোয়ননা অনৌবা যুগকী অইবশিংনা অসিগুম্বা মচলশিং অঙিবু পুন্সিগী শরুক অমা ওইনা লৌশিনখি। অনৌবা লাকখিবা হিন্দু ধর্ম্মনা মণিপুরী সমাজদা অহোংবা কয়া পুরকপবম্থু মমাঙভৈদগী লৈরক্লবা সংস্কৃতিগী খীংখিরবা মচল কয়াদি জাতিসিনা অতুমক চেকশিন্না থমজরকই; শক্তমশিং অসিগী শরুক খরা অনৌবা যুগগী 'মাধবী' উপন্যাসতা ঐখোয়না থেংজরি।

কমলনা য়েক্লিবা মহাক্কী মতমগী সমাজগী শক্তম, হিন্দু ধর্মগী অমদি হান্না লৈজরম্বা ধর্ম অমীগী মশক্তা শাগৎলকখিবা শক্তমনি। বীরেনগী মৃন্মাল, নবীনচন্দ্রগী মোং হানবা পাক্তরম্বা অচম্বা পুন্সিগী মশক, রাজেন কবিরাজগী পুন্সি অমদি লীচত্তা হিন্দু ধর্ম অমসুং মৈতৈ পরম-পরাদগী থমজরকপা থাজবীগী মমি ত্তাই।[১] অসিগুম্বা ধর্ম অমদি সংস্কৃতিগী মানশিন্নবা মশক অসিবু মাম্না মেক শেংবা উৎতুনা উপন্যাস অসিগী ফজরবা তাংকক অমা ওইনা শাংথানরবা 'চীঙ্গোই বারুনী' হায়বসি অইবনা লাম্লোকখি। হিন্দু ধর্মনা পুরকপা ঈথিলনা শিব দর্শনগী অচেংপা থাজবা অসি জাতিসিগী পুন্সিদা লাকথ্রবসু লংমাই পিতগুঙ্গাগী নীংশিং রারীবু ত্তনা পাউদম্লিবা চীঙ্গোই ইরুপ্পগা থৌদোক অমা থেংনরুবদগী থগুবা ওম্মী। মাধবীদা স্বর্থত্যাগকীদমক অচেৎপা থোঙফমদা চোংথোরকপদা ভৈরবা, কালিগা মশক লৌরকপা অইবনা য়েক্লি:

"মাধবীনা মশম-মনা থাদোক্তুনা মরৈ ত্রমথোক্তুনা, মখুত্তো খাংশাং অমা পায়তুনা, লাউ থোংতুনা চেনশিল্লি।"[২]

অমদি ঈশ্বরগী মকমদা পাঙ্গল থৌনা নীজরকপা উৎলি:

"হা ঈশ্বর: পাঙ্গল শোনবা মুপীমচা ওইনা পোক্লবা ঐহাক্না সমুদ্রগী মতৌগুম্না পুকচেল চাউরবা স্বার্থত্যাগকী মরিক অমত্তং লৌজবা ঙম্নবা পাঙ্গল পীবীগদ্রা?"[৩]

অদুবু মাধবীগী মনুংদা হিন্দু ধর্মগী মিংদা চংনবী ওইনা লৈস্লিবা জাৎ বিজা: থায়বা, শোক্ল-শম্নবা য়াদবগী চংনবীমচিংবদি শাংথারমদে।

---

১। কমল, 'মাধবী' (থৌরাং, "চীঙ্গোইবারুনী", কাক্চীপুর, অঙকপা শাউ', মণিপুর গর্ভনমেন্ট লাইব্রেরী, ৮শুবা থৃংলম, ১৯৬৭, লাঃ ১,৮, ১১, ৬৭।

২। মথক্কীসি লাঃ ৫১।

৩। মথক্কীসি।

তশেংনমক" মৈতৈ সমাজদা হিন্দুগী ঈথিল চঙগ্রবসু অসিগুম্বা চৎনবীশিং অসিদি শরাও চাওশিন্নকপা ডমথিদে হায়রবসি মসিনা খুদম ওই। মৈতৈ জাতিগী সংস্কৃতিগী মকওক্তবা মচল ওইবিবা লুহোংবগী থৌরমদা ধর্ম অমীগী তিনশিন্নবা শক্তমশিং উসি ফাওবা মুংপা লৈতনা চৎনরি। অসিগুম্বা যানশিন্নবা মচলশিং অসি কমলগী খুয়েক্তসু থেংনৈ।[১] মহাক্কী অঙকপা লুহোংবদা শাগংলিবা খোঁদোকংং অসি ধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতি অনীগা অপুনবা ংশক্তি / অতুবু অহব সনা বৈষ্ণবকা ওইবা পুন্সিগী মশকপ লৌশিন্দুনা অবোইবা শকক্তা ংশবীন সন্ন্যাসি অমা ওইখিবগ ফিভম য়েকই। থাজবা অসেদগী মাধবীনা অকনবা পাঙল ফংহুনা ত্যাগকী লম্বীদা চংশিনখি, লোয়ননা মহক্কী অবোইবা আশা ফোঙল-হুনা—"অথৌবা ঐদি লম্বোইবীনি অপাম্বা থাদোক্লবীনি মবম অসিনা তাইবঙানবা অসিদা ইনিং থুংদবা পোং কবিসু লৈতে। ঐগা হোৌখিবা পুন্সিসু লৈঙাংশংবা ফি েত্তুনা লেপ্লক্লে, অবোইবা পুন্সিসু ফিজেৎ অসিনা লোমগনি।"[২] হায়রখ মসিনা হিন্দু ধর্ম্মবু থাদবা মশকসি মণিপুর সমাজদা মক্ক হাবরা শক্তনি হায়বসি উংনি। নীংশংনবা য়াবা রাফম অমদি মাধবীগী মনুংদা ৎমনা য়েক্লিবা সমাজগী শওম অসি অচৌবা মথল মথেলগী মহাংবা নত্তে অতুবু পৃথিবীগী অচৌবা লাঞ্জাও অসিগী মমাংদা লৈরম্বা সংগা শকম অবুদি মহক্কা নীংখিনা য়েকখিনসিনি। মসিনা লাঞ্জাও শংলবা সমাজ অমদি লাঞ্জাও মতুংগী মণিপুরী জাতিগী পুন্সি মকপু য়েংক্কপদা অচৌবা অহোংবশিংং ঐখোয়না নীংথিনা লাকশিন্নবা লগ্নী ওইবনি।

অসিগুম্বা ধর্ম্মগী অহোংবা মশক অসি হৌখ্রবা ইতিহাসকী যুগমদা শাগংখিবা চাউবগী 'লঙ্গ-লতা' উপন্যাসতসু তাংকক থরদা থেংনরকই। থাগেবা হাক্তক্তা মহাক্কী উপন্যাসকা শক্তসু শাগংলবসু হিন্দু ধর্ম্মগা

১। কমল 'মাধবী', গভমেণ্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা খুংনম, ১৯৬৭, লাঃ ৮২
২। মথক্কীসি লাঃ ৭৮।

মমি তারবা মণিপুরগী হৌখ্রবা পুন্সি অমদি সমাজদা অনৌবা ধর্ম্ম অসিনা হোংহল্লকপা শক্তমবু চাউবনা য়েকখিবনি। ইতিহাসকী তাংকক কয়াদা ধর্ম্মগী অহোংব কয়া লাকপসি অয়াপা জাতিগী মহৌশা ওইহনা লাক্লবনি। ঐখোয়গী মণিপুর সমাজদসু মতমগী ঈচেল্লা পুরকপা ধর্ম্মগী অহোংবা মশক অমা থাগেম্বা হাক্তক্তা নীংথিনা লৈরম্লে হায়বসি থেংনরুই। শক্তম অসি চাউশনা মহাক্কী উপন্যাসকা লমচংশিং অমদি থৌদোক কয়া শাগৎলকপদা পল্লম্মী। তাংকক অসিদা পাংবনচিংবা হান্নগী লাইদা ভক্তি থমজবগী অচেৎপা মশক অতুসু অতুমক থাদোক্তি অসিগুম্বা থাজবা অসিগী মরক্তা হিন্দু ধর্ম্মগী থাজবী কয়া তিনশিল্লকপনি হায়বসি ময়েক শেংই। থাগেম্বা হাক্তনা ধর্ম্মনা সমাজবু হোংহনবগী শক্তম লৈত্রবসু খাগী লানফমদা তুর্গা মায় শোনবা 'জয় জয় তুর্গা মাইগী জয়' [১] অমদি ক্ষেত্রিমচাগী অকনবা ফিরেপ উৎপা অসিদি হিন্দুগী দর্শন্দগী পোক্লকখিবা রাখলনি। লৈবাক্কী লুরণা তানফমদা ইবুধৌ পাখংবগী থৌজাল ফংজবা, শক্তম অসিনা হান্নগী থাজবী ঈশ্বরদা ভক্তি তৌজবগী মশক্তি। মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা ইবুধৌ পাখংবগী থৌজালদগী বিন্দু সরোবরদা থাং থৌবোম্বা অমসুং খংশনা তা ফংতুনা খাগিশিংবু মাইথিবা পিবা ওমখি [২] (রামচং) অদুবু অইবনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অশেংবা য়ুম্ফমদা মাংয়েং থমতুনা লতাসনাগী লুখ্রা ওইরবা পুন্সিগী মশকপু শাগৎলকপা রামান্দিগী অকনবা বিশ্বাসপু উৎখি।[৩] (রামচং) মসিনা তুংদা মণিপুর সমাজদা রামান্দি ধর্ম্মগী অচৌবা অহোংবা অমা লাকপা য়াবগী ফিভম অমা উৎপা ওম্মী।

---

১। খাইরাকপম চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা' গৌরহরি, ২শুবা থুংনম, ১৯৫০ লাঃ ২১

২। মথক্কীসি, লাঃ ৩০

৩। মথক্কীসি, লাঃ ১১৬-১১৭ঃ নবাল্লা শ্রীরামগী গুণ শকপদগী কুঞ্জলতা সনানচিংবা মুপী পুন্নমক অসিসু শ্রীরামদা শ্রদ্ধা লৈরে।

তাশেংনমক ধর্মগী অহোংবা অমা লাক্লুনা মণিপুরী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী মশক্তা অহোংবা কয়া লাক্কদৌরিবা মশক অসি গুপ্ততগী হিন্দু ধর্মগী ইথিনতনা ওইখ্রি, হিন্দু ধর্মনা পুরকপা সংস্কৃতিগী মশক্তুনা মপুং ওইরবসু মুসলিম ধর্ম অমদি মসিনা পুরকপা সংস্কৃতিগী মচল থরসু খাগেম্বা হাক্তক্তা পুশিল্লকপা তাখি। ইতিহাসকী থিংগুমদ্রবা ঈচেলদা য়াওরকপা অহোংবা কয়াগী মশকসি মফম মতমগী ওইনা লৌশিনবা তাখি। তাশেংনমক মীওইবা সমাজগী শক্তম অসিদা অহোংবা হায়বসিতনা থরাই ওইহনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা অহোংবশিং অসিদা থুগায়বা অমসুং শৌগংপা হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা থৌওং অমনি। "মসিগীদমক মীওইবনা থুগায়বগী থৌদাং লৌবগা লোয়ননা শাগৎপসু ওইরিবনি।"[১] সমাজ অমদি পুন্সিগী অনৌবা মশক অমা শাগৎলক্কদৌরিবা ফিভম কয়া অসি চাউবনা মহাক্কী 'লবঙ্গ-লতা'দা ময়েক শেংনা উৎলম্মু। খাগীগী লানফমদা মৈতৈ জাতিগী পুন্সি অমদি ধর্মদা অহোংবা পীবা ওমথিদ্রবসু শানোংবগী লালশিংনদি অহোংবশিং পুরকখি। অসি মণিপুরী জাতিগী পুন্সিদা মুসলিম ধর্মদগী লাকখিবা সংস্কৃতিগী মশকশিং অমদি ধর্ম অসিনা পীক্লবা লমদম অসিদা শাইদাংফম লৌরকপদা ওইরক্লিবা পুন্সিগী মশকশিং অদুংক চাউবনা মহাক্কী উপন্যাস অসিদা শৌংথারমদ্রবসু তৌবূলগী লানফমদা পাঙল লাম্মী ময়াম্না লানফা ওইথিবসিনা। ধর্মসিগী খোঙদাফম অমদি থমগ্রে হায়বসি মহাক্না উৎলম্মী। ধর্মগা খেন্নবা মশকশিং চাউবনা য়েকপা পামখিদে, অমদি তাপ্পাসু ফংখিদে। অমরোমদা মণিপুরী জাতিগী ইতিহাসতা বৈষ্ণবকী ঈথিল চংদ্রিবৈদদি অমাং-অশং অমদি মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নবসি কন্না লৈরমদে, মসি চাউবগী খুংইদসু উরি। চীংলোন মাপলগী মন্থুংদা চিক্লা লেম্না ভাল্লম্বা, হৌগ্রবা মতমগী মৈত্রবাকী সংস্কৃতিগী শক্তমদা চাউথোকচবা অইবনা চয়বা, শেংলবা ঐখোয়গী

১। Dr. Radhakrishnan, 'Religion and Society', 3rd impression, Second Edition, George Allen and Unwin, 1956 p. 20

হৌখ্রবা সমাজ অদুবু পুথোকুনা উৎনবা হোৎনখিবতনি। অকুল-অথোগী ঙুৎশি মুংওল অমদি হৌখ্রবা জাতিগী পুন্সিগী মশকশিং অসি ইতিহাসকী য়ুম্ফম অমদগী শাগৎলকখিবনা, মহাককী অসিগুম্বা অতোপ্পা ধর্ম অমদি পুন্সি মশকপু ইতিহাসকী পোইরৈ য়েংহুনা শোকখিবতনি। অদুবু তৌবুলগী লানফম মতুংদা মণিপুর তম্পাক্তা পাঙল লানমীশিংনা খুন্দাৰা হৌখিবা অসিনা[১] মণিপুর সমাজদা মুসলিম ধর্মগী ঈথিল অমদি পুন্সিগী মচল অসি হাপচিনবা হৌখ্রবনি।

চাউবনা লবঙ্গ-লতাদা উৎখিবা হিন্দু ধর্মগী মশকসি অচম্বা ঈথিল খরতনি লোয়ননা মসিনা তুংদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকপা য়াবগী খোঙফম অদু উৎলম্বতনি। মণিপুরী সমাজদা লাকখিবা অনৌবা ধর্ম অসিগী শক্তমসি ১৮ শুবা শতাব্দীদগীদি মপুঙ মরৈ কাখ্রে, লোয়ননা অনৌবা য়ুগকী পুন্সি কয়াদা অচেৎপা মচল ওইনরে। ধর্মসিগা লোয়ননা জাতিসিগী পুন্সি মশকসি শেমদোক শেমজিন কয়া তৌখ্রে, গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী প্রভাবতা, সংস্কৃতিগী মচল কয়াদা অনৌবা মচল কয়া খোঙদাখ্রে ; মসিনা জাতি অসিগী পরমপরাগী মচল কয়াদসু থুগায়বগী শাফু পীখ্রে। শম্ন হায়রবদা হিন্দু ধর্মনা মণিপুরী জাতিগী সংস্কৃতিগী মচল কয়া থুগায়খি, লোয়ননা কয়া অমা শেমগৎখি। অসিগুম্বা ধর্ম অসিনা তফদা মচল কয়া পুরকপদা ফজবা চৎনবী কয়াসু চেঙহুনা লাকখি। হিন্দু ধর্মগী মতুংদ লাকখিবা মুসলিম ধর্মগী খোঙদাফমসু চাউবগী উপন্যাসতগী উবা ফংখ্রে। অসিগী খোঙদাফম ফংখিবগা লোয়ননা তপ্পা তপ্পা মঙাল শন্দোকপসু হৌরকখি। মণিপুরী তম্পাকা হিন্দুশিংনা মপুঙ ফজবা পুন্সিগী মশক লৌরবসু মুসলিমশিংসু মশাগী ধর্মগী অচেৎপা বিশ্বাসতা ক্ষিংহুনা লাকখি। লৈবাককী থৌদাং কয়া য়াম্নরকখিবা কাঙলুপ অনি অসি গৌড়ীয়

১। চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা' গৌরহরি, ২শুবা খুৎনম, ১৯৫০, লাঃ ১১০

সম্প্রদায়গী মনুংদা শাগৎলকপা অথুব, মীৎয়েংদগী অমুক থাইনবা তারকখি। লেংগা লেংগা লৈনদুনা পানমীন্নরকপা জাতি অসিগী মরক্তা শোক্ল-শন্নবা য়াদবগী মুংঙাইত্রবা চৈথল অমনা মতম কয়া থন্দুনা থন্নকখিবা অসিনা মীওইপোক্কী থমোয়গী শেংলবা মরমদা অচৌবা লংজবা অমা ওইরকখি। অসিগুম্বা মুংঙাইত্রবা সমস্যা অসি হিন্দুম অঙাংহল্লনা মহাক্কী 'জহেরা'দা মরিক চুম্না য়েকথোকই। মণিপুর সমাজগী মনুংদা কাংলুপ নাইবা, ধর্ম্মগী অথুবা পন্না পুন্সিগী শক্তম্মু হোংহনখিবদগী ওইরকপা সমস্যাবু থমোয়গী ওইবা য়াফমদা, মুংশিবগী মমলদা শাফু পীদুনা তেংশিন্নবা য়াগদ্রা হায়বগী চাংয়েং অসি লাংস্থোকখিবনি।

মৈতৈ জাতিগী হৌখ্রবা সমাজদা মীগা মীগা মান্নদবগী ধর্ম্ম খেন্নবা মীৎয়েংশিং মসি য়াম্না কন্না লৈরম্বা নত্তে, অদুবু গৌড়ীয় ধর্ম্মনা মকা লান্নকপগা লোয়ননা অসিগুম্বা চংনবী অসি য়াম্না কনশিনখি। মৈহৌ-রোলদগী হৌনা পানমীন্নরক্লবা চীংমী ফাওবা মাংই হায়দুনা খাইদোক্তুনা জাতিগী মান্নবা মীচিংদা অকায়বা থোকহনখি অমদি মরাল লংজখি। ধর্ম্মগী মিংদা লাকখিবা অহোংবসি য়ানিংদবা কয়া লাক্লবস্মু পাঙ্গল থোকপা য়াখিদে। ধর্ম্মনা তাশীবসি পাঙলশিংই মথক্তনা অমুকস্মু হেন্না চেৎনা থমখি। অমত্তা ওইবা সমাজ অসিদা মুসলিম সমাজ অমস্মুং হিন্দু সমাজ হায়না কাংলুপ অনী থোক্লা খায়দোকপগী মুংঙাই-তবা রাখল লাকখি। অসিগুম্বা কাংলুপ অনী অসিগী মরক্তা থোকখিবা উংখৎনবা, শন্নবা য়াদ্রবা মশক কয়াস্মু অঙাংহন্না 'জহেরা'দা ফজনা উৎথোকই অমস্মুং মসিবু অমুক্তং তেমশীনন্নবা লম্বী থি অমস্মুং সমাজদা রাকৎচৈ। মতমমতুগী হিন্দু কাংলুপকী হেন্না খুজিনবা মীৎয়েং অমদি কন্নবা নিয়মগী পল লান্দুনা জহেরাবু হিন্দু সমাজদা পুশিল্লকপা ঙমখি-দবসিনা অইবগী থৌনাদা অমকপা অমা ওইরবস্মু সমাজসিগী মনুংদা লৈরিবা অথিংবগী পল অসিদি তমথিবনি হায়বসি উৎলি। মীওইবগী

পুন্সিগী তঙোংবনা সমাজগী তঙোংবনি, অসিগুম্বা অহোংবা মচঙদা ফত্তবা কয়া য়াওরকপসিনা মীওইবগী পুন্সি কয়াদা অমোং-অনৈ কয়া পীরে। লানজদবী জহেরাগী পুন্সি অপীকপা মৈরিক্নি। কুঞ্জোগী পুন্সিদি অরানবশিংসিগা তেমশিংনগে চোংথোকখিবা হিন্দু সমাজগী নৌনা থন্ন-গদবা রাফমশিং উৎপা পুন্সি অত্তমক্নি। অতুবু জহেরাগী অরা পোলোই অসিদা মণিপুরী সমাজদা মাঙ্গদবা কয়াবু মুথংনবগী অমদি ধর্ম্মগী অথুবা নীতিবু থদংনবগী রাফম অমা লম্থোকখিদবা নত্তে। অইবা হায়-বসিমক্তবু য়াওল পাম্বনি, অঙাংহল্লনা অশেংবা য়াওল তমবু খৌরাং-জরম্বনি। মসিনা সমাজ অসিবু অচুম্বা লম্বীদা শম্থোকচনীংবগী আশা থমজখিবনি। তশেংনমকস্তু সমাজগী মস্তংদা ফত্তবা নীতি হায়বসি পোৎ-লুমনি। মসিনা সমাজদা কুইনা থক লৈবা ওমদে, অহোংবা কয়াগী লেপত্রবা য়াওন্দা অচম্বা য়াওলবু পুরকপা অইবনা পামখিবনি।

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অকনবা প্রভাবনা মণিপুরী সমাজদা অহোংবা অমা লাকখিবসি শীতলজিৎকী উপন্যাসতস্তু এথোয়না থেংনৈ। ধর্ম্মসিনা পুশিল্লকপা অমাং-অশেংগী মক্তম, মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নবগী শক্তম কয়া শাগৎলকই, মীংয়েং অসিদগী জাতিসগী রাথল য়াম্না খুজিল্লকই হায়বসি খঙবা ঙম্মী। হিন্দু নত্তবা কাওলুপপ্তু হুন্থনা খনবতা নত্তনা মৈতৈ জাতি নত্তবা কাওলুপপস্তু হুম্বনা য়েংবগী রাখল লাকখি। শীতল-জীৎকী সদানন্দনা মণিপুরগী মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎপগীদমক মহাকপ্ত ইন্থোকপগী রাফম[১] ফাওবা য়ৌশিল্লকই। অসিগুম্বা সমাজগী মশক অসিনা গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী ইথিলদগী মণিপুর সমাজ কয়াগী মতিক হোংহনপ্রবগে হায়বাসি খঙনি। অতুবু মতমসিগী অইবশিংগী রাখলদদি

১। শীতলজিৎ, "হোটৈলদা জাত অতোপ্পশিংগা লৈমিন্নৈ হায়তুনা সদানন্দবু ব্রহ্মসভানা মাংই হায়বদগী মখোয় ইমুংস্তু য়াওনা মাংলে।" থাদোকপা অইব মশামক, ২শুমা থুনম, ১৯৪১, লাঃ ২

অসিগুম্বা অথুবা মীংয়েং অসিবু পামজখিদে। অমাং অশেংগী চংনবী অসিনা মতম কয়া সমাজগী পোৎলুম ওইরক্লবসু অনৌবা যুগকী মঙাল ফংলবা মতমসিগী নহারোলশিংনা মসিগী মায়োক্তা লেপখি, অসিগুম্বা চংনবী অসিবু থাদোক্লবা দাখী ৎৌখি। শীতলজিংনা 'থাদোকপা'দা ধর্ম্মগী মিংদা শাগৎলিবা অমাং অশেংগী হেক্কিল্লবা শাজৎ অসিবু য়ানিংদবা ফোঙদোকখি; অদুবু ধর্ম্মসিনা পুরকপা পুন্সিগী অফবা মচলশিংদি শীতলজিংনা পাম্না লৌশিনবত্তা নত্তনা মসিতনা পুন্সিগী অশেংবা লম্বীনি হায়বসি উংখি। শীতলজিংনা সমাজগী মনুংদা লৈরিবা ফত্তবা চংনবী-শিংবু য়াম্না য়ানিংখিদে অদুবু মহাক্না পুন্সিবুদি পামজনা লৌশিনখি। মহৈ মশিং হৈবা মরমচৎ ফজবা ব্রাহ্মণ, যণ, শাযু, হুই, হুইচাবা চন্দাল মখোয় পূম্নমকপু চপ মান্নবা অদুম মউই ঙান লৈবা মীশিংনা - বিদ্যাবিণয়সম্পন্নে ব্রাহ্মণে গবি হস্তিনি। শুনি চৈব শ্বপাকে চ পণ্ডিতাঃ সমদর্শিণঃ॥[১]

শীতলজিংকী মীংয়েং অসিগুম উপন্যাসকার দিকনসসু মহাক্কী, মতমগী সমাজগী চংনবীবু য়ানিংখিদে অদুবু পুন্সিবুদি পাম্না লৌশিনখি।[২] অইনা শীতলজিং বৈষ্ণবনি, ধর্ম্মনা মুক্তি ফংলগনি হায়বসি মহাক্কী অচেৎপা থাজবনি। মহাক্কী সদানন্দবু তাংকক কয়াদা গীতাগী মপাও য়েম্নবা মীশক অমগুমনা হেক হেক শীজিন্নরকপা মসিগীদমক্তি। গীতানা তাকইবা 'ভাকশীলতনা অথোইবা ধর্ম্মনি' হায়বসি মহাক্কী সদানন্দনা চেৎনা থাজবনি। মীপুম খুদিংদা ঈশ্বর অমমম লৈরিবনি।

১। শ্রীমদভাগবত, গীতা, ৫ বা অধ্যায়, ১৮ বা শ্লোক।

২। I for Evans, "Dickens enjoyed life, but hated the social system into which he had been born" A short History of English Literature, The English Novel from Dickens, Penguin Books, Reprinted, 1981, p. 244

মীগা মীগা থেন্নবা মৈতে, অমসুং নিংহাল হায়বসি মহাক্কী সদানন্দনা চেংনা, মায়া চেংনা থাজখি।

শীতলজিংনা মণিপুরী জাতিগী অহোংবশিংগী মথক্তা হিন্দু ধর্ম্মনা হোংহল্লকপা সংস্কৃতিগী মচলশিংবু মহাক্কী উপন্যাসশিংদা উংলকই। মচা মুংশিবগী মচেলবু শাগৎপদা শীতলজিংনা মহাক্কী 'ইমা'দা নিমাই সন্যাসকী লীলাবু পুশিল্লকই। ধর্ম্মসিগী থাজবদা জাতিসিনা থম থেংনা লুপশিনখ্রে হায়বসি নিমাই সন্যাসকী লীলা উবদা অয়োকপী মমা রাধাগী বাৎসল্য প্রেমগী সিরাং অতুনা ময়েক শেংন উংলি।[1] ধর্ম্মগী মশক্তা সমাজদা শরুক য়ারিবা ফিভমশিং উংলবসু অতৈ ধর্ম্মগী অহোংবা কয়াদি উৎ থিদে: ধর্ম্মগী মশক্তা অহোংবা কয়া সমাজদা শাগৎলকপবু শীতলজিংনা পূক্কিং থিংজিল্লুবগী মতুং হিন্দু ধর্ম্মতনা পুন্সিগী মুক্তি পীগনি থাজখি। মহাক্কী অতোপ্পা 'মুংশি রাখৈবা', 'রোহিনী'নচিংবদসু ধর্ম্মগী অহোংবা মশক কয়া থেংনখিদে। অতুমকপু রোহিনীনা হাওয়ুবী শাতুনা চুড়াচান্দপুরদা শাইদাংফম লৌথিবদা খৃষ্টান ধর্ম্মগী শান্তি অমদি মীয়ুংশিগী পাউজেলগী মশক অমদি থেংনরুই। ধর্ম্মসিনা ঈশ্বরদি মুংশিবগী শায়োননি হায়না শিংথাখি।[2] অইবসিনা খৃষ্টান ধর্ম্মগী পাউজেলদা য়াওরিবা অহিংসা অমদি মীয়ুংশিবু ইকাইখুম্নজবগী শক্তনি। মণিপুর সমাজদা খ্বাইদগী নৌবা মশক অমা ওক্টনা ধর্ম্ম অসিনা থোক-দাফম লৌরকপতু উৎপনি। অতুবু শীতলজিংনা ধর্ম্ম মায়নবগী মুক্তব-শিংদি মহাক্কী রাখলদা য়াখিদে অমদি উৎথোকখিদে। তশেংনমকসু ২০ শুবা শতাব্দীদা ঐথোয়গী সমাজদা ধর্ম্মগী মুক্তবা অমদি মুক্তবশিংনা হোংহল্লকপা সমাজগী শক্তম লৌখিদে হায়বা লৌবা য়াই। ১৮ শুবা শতাব্দীদা মৈতৈগী ছায়া লৈজরুবা ধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতিগী মশকক-

---

১। শীতলজিং, 'ইমা', অচোম ইবোবী, ১বা কোওবা, জুন ১৯৪৭, লাঃ ৭৩
২। শীতলজিং, 'রোহিনী', ইবোবী, ১৯৪৮, লাঃ ২০৪, ১০৬।

শান্তিদাসনা পুরকখিবা রামান্দী ধর্ম্ম'গা অনী। অসি মুক্কবনা খ্বাইদগী চাউবা থৌদোক্কি হায়বসি তশেংবনি।/ মণিপুরনা অনৌবা যুগতা ভারতকী শরুক অমা ওইরক্লবসু ভারতকী মফম কয়াদা হিন্দু মুসলিম মুক্কবগী অচৌবা হিংসাগী থৌদোকশিংদুদি থোকখিদে। স্বপ্নতগী থোরকপা ম্যবগী চিংনবা শক্তমহুদি থরমখৈদি লৈরম্মী হায়বসি অডাংহন্না উংখিবা অতুতনা শাখিনি। ধর্ম্ম'গী অহোংবা মনকসি আর, কে এলাংবমগী 'মরূপ অনী'দসু শীংথাখিদে। অতুম ওইনমক গৌড়ীয় ধর্ম্ম হায়বা অনৌবা ধর্ম্ম'সিদা য়াওরিবা থৌওং থরাদি মহাক্না পুথোক্না করেম্নবদা থরোইনা শালগ্রাম শাবগী থৌদোক থেংনরুই। লোয়ননা হিন্দু ধর্ম্ম'গী থাজবীদা হুকচিনখিবগী শরুম অডাং অনিনা লৈবাককী লাই লাৎপগী থৌদোক্কা উংলি।[১]

হিন্দু ধর্ম্ম'গী চোংলকপা শক্তমদা মণিপুর সমাজদা জাতি-বর্ণগী রাখল অমা কন্না চংনবগী তাংকক অমা লাকখি। খ্বাইদগী অথোইবা কাঙলুপ অমবু ধর্ম্ম'গী মীৎয়েংদগী ইকাইথুন্নবা অমদি মখোযগী মমি ফাওবা নেৎহৈদে খন্নরকপা তাংকক অমা সমাজ অ'সিগী মনুংদা লৈরম্মী। অসিগুম্বা চংনবীগী অহোংবা শক্তমসি 'জাং ওনবা' উপন্যাসকা মনুংদতা থেংনখি অমদি অসিগুম্বা খেন্নবা ধর্ম্ম'গা মীৎয়েং অসিবু তেমশিংবগী রাখল্লা রামসিংগী উপন্যাস অসিগা পান্দম ওইখি। জাং বিজাং খায়বা অমদি জাতিবর্ণগা রাখলসিনা কয়াগী মতিক চংশিনহল্লম্বগে হায়বসি অইবা অসিনা শেমগৎচক্লবা পুন্সি অনা। তান্নবা চীং লৈবাক্কা শাই-দাংফম লৌখিবসিনা শাক্কিনি। তশেংনর্ম্মক্ক মণিপুরী সমাজদা জাতি বর্ণগা পোৎলুম অসি অকনবনি হায়বসি মমেক শেংলবনি। মৈতৈ পাখং

১। আর, কে, এলাংবম, "ঐনা নহাল মথৈ লাংচবা ইষ্টদেব অসি ঙসিদি মখোঙ থোংনা লেংথোরক্লে' 'খুড়াগী ইষ্টদেবদি থরোই ওইরে" মরূপ অনি, অইবা মশা। লাঃ ৫১।

নবকিশ্বর অমদি ব্রাহ্মণ চন্দ্র যামিনী, অনীনা নরু-তান্নবা তায়রুবা সমাজগী চৎনবী অসিবু য়ানিংদবা অমদি থমোয়গী শেংলবা লীচিংনা সমাজগী পনবু কানথোকখিবসিনা ধর্ম্মসিগী চৎনবীনা পুন্সি কয়াদা শীংনরিবা শক্তম্ ময়েক শেংনা উংলি। অসিগুম্বা মশক অমদি মতমগী চৈনা অসিবু রামসিংনা অম্মুম্না পেন্দবগা লোয়ননা ফোঙদোকই —

"আঃ অয়াবনি ; হায়নিংঙাই লৈতনা অরাবনি। পোকওমদনা পোক্লরবা মীওইবগী মপোক্তা নবকিশ্বর অমসুং যামিনী মুংশিনবগী অকনবা লিচিংগী পাঙ্গম্মা মৈত্রবাক্কী রাংলবা চৎনবী পলগী থূরবা লম্বীদগী লিংথোকখিহুনা ....."[১]

চীংমীশিংগী মফমদদি মীমুংশিগী অশেংবা মশক অমদি মীওইববু চঙজফম পীবগী অচেৎপা মশক অসিনা অশেংবা মগুণ ওইহুনা লৈরম্মী। বৈষ্ণবকী অকনবা প্রভাবনা মৈতৈ সমাজদা অচৌবা অহোংবা লাকখিহুনা মীগ-মীগগী মরক্তা অচৌবা খেন্নবা মীৎয়েং কয়া শাগৎলকখিবা তাংকক কয়া লাকখ্রবসু চীংমীশিংগী মফমদদি অসিগুম্বা ফক্তবা চৎনবী কয়া অসিনা খুৎ থিংজিনবা ঙমখিদে। লোয়ননা অইবনা অশেংবা মীওইবগী ধর্ম্ম চঙজরকপবু চানবীবা হায়বসিবু নৌহৌননা নীংশিংখি। মরমসিনা কসোম থুল্লাকপনা নবকিশ্বর যামিনীবু মচাদা মচাগুম চঙজফম পীবিখি। মসিনা মতম অতুগী চীংমীশিংগী পুকচেলবু ময়েক শেংনা উৎথোকই। চীংদা তোংবা চীংমীনা অমুক মীমুংশি চাউরগা তম্মীশিংগী অথুবা রাখলনা থমোয়গী লিচিংদা অপনবা পীরম্বসি গৌড়ীয় ধর্ম্মনা পুশিল্লকপা রাখলনি।[২]

---

১ । রামসিং, 'জাং ওনবা', ৪ শুবা খুৎনম, ১৯৭৯, লাঃ ৮৪

২ । রামসিং, "ঐথোয়গী মৈত্রবাক্তা আ পারম পুরমদগী জাৎ অনি অসি লৌন জৈমবা য়াদে। অহুবু মা ঐ য়াম্না মুংশিনখিবদগী কায়রবা ঙমত্রহনা ঐথোয়গী মৈত্রবাক্তা অমুক লৈরগনুসি হায়রহুনা অমুম লোয়া লাকমিন্নরবনি। মখোয়না ঐথোয় অনি অসিবু ফাগদবগী পুলিশকা লোয়ননা কয়া কোইখি থিরি।"—'জাং ওনবা' ৪শুবা খুৎনম, ১৯৭৯, লাঃ ৫৮।

তশেংনমক রামসিংগী 'জাৎ ওনবা' অমাং অশেং, জাতি, বর্ণ থায়বা মণিপুরী সমাজগী অশেংবা শক্তম অমনি। তাংকক অসিদা উপন্যাসপু পুন্সিগী শরুক অমনি হায়না লৌনবা বিদ্বানশিংগী রাখল কয়াসি অচুম্বনি। মেথিউ আরনোল্ডনা অসি গুম্বা মীংয়েং অসিদগী অন্না-কার্ণেনিয়াবু পুন্সিগী শরুক অমনি হায়না শিংথাখিবনি [1] সমাজগী অসিগুম্বা মপাউদা উপন্যাসকী অচুম্বদি ইতিহাসতগী হেক্তিনবা শক্তম্নি। অদুবু ইংনা চিক্লা পাঞ্জরকপা মণিপুরী সমাজদা নুংঙাইত্রবা চৎনবী কয়া পোৎলুমগুম্না ফাজিল্লকপসিগী মায়োক্তা পোথায়রক্কদৌরিবা য়ানিংদবা মৈগী চীং অদুগী শক্তম উংলম্লবনি।[2] অনৌবা পুন্সিগী মীৎয়েং অনৌবা ভেল্যু কয়ানা অমুকস্তু চেকশিন্না হায়রবদা অশেংবা মীওইবগী থমোয়গী ঈচেলদা পল ওইরিবা চৎনবী সমাজদা কুইনা লৈবা য়াদে। সমাজগী ঈচেলদা লৈঙোইগী পলগুম নমথায়খিগনি হায়বসি ময়েক শেংলবনি। হিন্দু ধর্ম্মনা মৈতৈ তম্পাক্তা অচেংপা খোঙদাফম লৌহুনা মসিগী মিংদা থমজিল্লকইবা পোৎলুমশিংসি চীংমীশিংগী মফমদদি লৈরমদে; মখোয়গী অচুম্বা থমোয় অমদি মানুংশিনা থল্লবা পুন্সিদা নবকিশর অমসুং যামিনীনা চঙজফম লৌখিবনি। অদুবু অসিগুম্বা ধর্ম্মগী মনুংদা য়ানিংদবা কয়া লোয়নরবসু রামসিংনা হিন্দু ধর্ম্মবুদি হুন্দোকপা পামখিদে। শরৎচন্দ্রনা হিন্দু ধর্ম্মগী মনুংদা য়াওরিবা ফত্তবা চৎনবা কয়াবু য়ানিংদ্রবসু হিন্দু ধর্ম্মবুদি নিন্দা থক তৌখিদবহু রামসিংগী মফমদসু ময়েক শেংনা থেংনৈ।

ধর্ম্মগী শাফুদগী হেংংহল্লকথিবা মণিপুর সমাজগী শক্তমশিংসি গুণনা মপুঙফানা য়েকলমদ্রবসু ধর্ম্মসিগী থাজবদা চিক্লা পাঞ্জরব্বা মণিপুরী সমাজগী মশক্ক অমদি মহাক্কী 'লমন'দা থেংনৈ। ইতিহাসকী কাংখোং চাইরবা

---

১। মেথিউ আরনোল্ড, 'এসেজ ইন ক্রিটিসিজম', ১৯৭৪, লাঃ ১০১

২। মণিহার, 'ঋতু' আর কে, বিহুর (সম্পা), কলচরেল ফোরম মণিপুর, ৬০ শুবা চেফোঙ, লাঃ ১৮।

শক্তম অমনা মণিপুরী সমাজবু লৈতাহনখিদনা শক্তমবু য়েকপদা ধর্মগী মচলশিং অসি চেন্নখিবনি। সনা কোম্লুংগী শ্রীগোবিন্দগী শরিক খোঙ্জেলনা মাইগৈ পুম্নমক শন্দোক্লিবা শক্তম তমুবীনা পারি পুহুন। চেল্লকপা খোদোক্কা খেংনে। অহুবু জাতিসিগী হান্না লৈজরম্বা ধর্ম অমদি ঈশ্বরগী মফমদা থাজরম্ব। কয়া অহুম্নু চেকশিন্না থংজরি হায়বসি তমুবীগী পুন্সিগী লুরবা খোঙফমদা চীংশাং খোনবা খোয়ুম লমলৈমা অমদি মাইগৈ ঙাকপা লাইশিং নীংশংহজরকপসিনা শাখি ওই:

"লমলৈমা নহাক্লা নমোমগী খুজেং পায়র্বায়ু। লমঙ্গাও কোনবা নহাক্লা ঐগী লক্ষ্মী পীবায়ু। পারি কাংদোং ফারগা নখোয়গী লমন শিংজগে; তাওজিং হৈরাং তমলগে শিঙেল লৈরাং কংলগে।"[১]

চংনিংনা মবুং গাইরেমনং অমসুং লুখৌ অনীনা চাইনবা তারক্লবদা খৌবুম কোনবা লাইবু খুরুমজংনা মশুংলাং খৌবুম তম্পাক্কা ইরাং থোকহনবিগন্ন হায়না নিজখি।[২] পুম্নমকসি জাতিসিগী মম্নুংদা থায়নদগী লৈরক্লবা ঈশ্বরবু থাজবগী শক্তম অহুনি।

অনৌবা যুগকী পুন্সিদা যুম্ফম ওইদনা শাগৎপা খুন্দোলদা মৈতৈ সমাজনা হিন্দু ধর্মদা চঙশিল্লকপা শক্তম অদবু নায়েক শেংনা উবা ফংই। খুন্দোলগী লমচৎ পূম্নমক্তা ধর্মসিগী থাজরিবা পুন্সিগী শিন্থা কয়া পাঙখল্লি। গুণগী মফমদা লৈরম্বা ধর্মগী দর্শন, হিন্দু ধর্মগী শক্তমলামদগী শাগৎলকপনি। অসিগুম্বা দর্শন অসিগী মতেংনা উপন্যাসকারগী রাখলদা রহস্যবাদ মিস্তিকর্কী ওইবা ওজংবা শক্তম অমা শাগৎলদুনা নোঙ্গাপ্রবা রতনকুমারগী—মফমদা তর্পন কংচবদা উংথোকই।

---

১। গুণ, 'লমন', স্বরধনী, ৫ শুবা ফোঙবা, ১৯৮১, লাঃ ১, ৪
২। মথক্কীসি, লাঃ ১৮৫।

"তাইবং ঈরাংমা লানথ্রবা হে মরুপলোই ; নহাক্কী আত্মানা স্বর্গগী নন্দন কানন্দা লেঙদনা লৈবা ওইসনু ; মপোক অমদসু মরুপ ওইনা ফংজগে। অপংবা করিসু লৈত্রবা ঐহাক্না, ঙসি নংগী প্রেমগীদমক কচ্চবা, নহাক্না উরগা পেনবিয়ুকো।" ১

লোয়নননা সোরোগী অরোইবা খোঙচৎপু থরায়গী লাঙোল অমগী খোঙচৎ অমনি হায়না অইবনা শীংথারি। অশেংনমক গুণ হিন্দু ধর্ম্মনা তাক্লিবা লম্বীদা অরানবা খুভম ফংগনি হায়বসি থাজে। সোরোগী আত্মাগী খোঙচত্তা মহাক্না শ্রীহরিগী নামামৃত শোন্ন-শোন্না স্বর্গদা চৎথ্রবনি হায়না লৌজরি।১ গুণগী খুৎয়েক অসিদা মণিপুরী সমাজ হিন্দু ধর্ম্মদা মপুংফানা লুপশিনখি হায়বসি ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। মণিপুরী সমাজনা হিন্দু ধর্ম্মদা থমজবা থাজবা শক্তম অদু 'অরোইবা পাউদম'দা উথোক্লি। জাতিগী লু তোংদা চুথ্রবা মচল ওইনা মশাগী লৈজরম্বা, ধর্ম্মগী পামজবা মচলসু অদুমক কোনশিল্লি। মরমসিনা লৌরোক পাম্বা য়ৌরক-পদা থাগোইনা ফৌরুংবা লাইবু খুরুমজবগী থৌদোক্তা অইবনা শিংথারি।

"যমুনা মানা চিংহনা ঙসি অমুক নৌহৌনা ক্বোক অথুম অহাও-নচিংবা হৈকং লৈকংলে, ফৌরুংবা ফৌওইবী অনীদা ফৌথোক চাথোক তাহনবীগনু হায়না মালেম লৈমায় পক্না নীজে।"২

অস্নুমা ধর্ম্মগী থাজবী অদুমক থম্মী। হেন্না শীংথাবা য়াবদি ভারত নীংতম লালহৌদা শরুক য়াথ্রবা মচাশিংনা ধর্ম্মগী য়েংথিনবা থাদোক্তুনা লীচিং অমত্তদা চিংশিনখিবা শক্তম অদুনি। শক্তম অসিবু গুণনা চাও-ঙৌপাগী অরোইবা মীকুপ্তা উৎলি।

১। গুণ, 'খুদোল', হেরো সিংহ, ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৮, লাঃ ২৭৪

২। গুণ, 'অরোইবা পাউদম', মশামক, ১৯৬৫ লাঃ ৯৮

৩। মথক্কীসি, লাঃ ২৭৩-৭৪

"ধর্ম্ম তিন্নবা তিন্নদবা, হিন্দুনা কনা মুসলমাননা কনা চীংতমগী মরোল ইরোল তিন্নত্রবা ঙসি তিন্নরিবা মীয়ামশিং অসে অমত্তা ওইনা উরক্লে।"[১]

গৌর ধর্ম্মনা মণিপুরীগী সমাজদা হোংলকপা শক্তম অমদি মহাক্কী 'ঐখোয় তাদ'দা উবা ফংই। ধর্ম্ম অসিনা সমাজগী মন্নুংদা অচৌ পিশক, অমাং-অশেং খায়বগী মুংঙাইত্রবা শাজং অমা জাতিসিগী পুন্সিদা পুরকখি। অখুবা মীৎয়েং অসিনা কাঙলুপ নাইবগী রাখল লোয়ননা শমনদবগী চৈথল কয়া ঐখোয়গী পুন্সিদা থাংজিল্লকই। অসিগুম্বা শক্তমশিং অসিগা লোয়ননা গুর্ণনা লাইবক থীরবী নুপী অমগী খাংউথক্কী পুন্সি অমদি তোল্লবা মচা অনীগী রারীবু 'ঐখোয় তাদ'দা লীরি। মুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা পোকপা ইবোচৌবনা কৌক্রুক নিঙোল অমবু লৌরুবদগী অমাং অশেং খায়গ্রবা, মপানা ইন্থোক্লুনা কৌক্রুক নিংঙোল অগুবু অরা পোলোই তাহনখি। লোয়ননা ইবোচৌবগী পুন্সিবু য়োহ্লিং ফলাং চন্দুনা খাংউথক্তা কেমহনখি।[২] অসিগুম্বা খুরবা মীৎয়েংদগী লৌরকপা থীর থীরবা শাজং কয়াসি অনৌবা ধর্ম্ম অসিগী থাজবীদা শাগৎলুবা খুরবা মীৎয়েংনি। মসিনা মফম অমা নত্রগা থোৎদোক কয়াদা মণিপুর সমাজদা চৈনাখোল কয়া পীখিবনি। অইবা গুণনা অসিগুম্বা সমাজগী অরানবা চৎনবী অসিবু পেন্দবা উৎখি।

অঙাংহলনা হিন্দু মুসলিম অনীগী মরক্তা লৈরম্বা থেঙ্নায়নবগী মশক অমদি অসিবু কোকহুঙনীংবগী রাখল অমা উৎপদা সমাজ অনীগী মশকপু উখোক্লহু পাচাম্নু মহাক্কী 'হুজ' অমস্তুং 'হুয়াদ বেগম'দা মুসলিম সমাজ অমদি পুন্সিগী মশকপু য়েকশোকই। খুয়েক অসিদা মণিপুর সমাজগী ধর্ম্মগী অহোংবা মশকশিংবু উৎখিত্রবস্তু লমদম অসিদা খুন্দা লৈত্তাহনা

১। গুণ, 'অরোইবা পাউদম', মশামক, ১৯৬৫, লাঃ ১৬২
২। গুণ, 'ঐখোয় তাদ', ইম্ফাল বুক হাউস, ১৯৬?, লাঃ ১১৩

লৈরক্লবা মুসলিমশিংগী পুন্সি অমদি মখোয়গী ধর্ম্মগী থাজবী মশকপু পামজবা মীৎয়েংলোমদগী য়েকথোক্লম্মনি। মহাক্কী 'না তাথীবা অহূল অমা' অমসুং 'ঈস্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং কুংশিংকী ফিভম'দা ইংনা চিক্না পাঞ্জরম্বা মণিপুর সমাজগী হৈরম কয়াদা কায়থরক্লবা মশক উৎপদা ধর্ম্মগী মউ শোক্লবা ফিভমবু উৎল্লি। মপান্থোংদা ফজনা উরিবা অহূগা মমুংদদি হোরবা পুন্সিগী ফিভমদা ধর্ম্মগী মমল কয়াসু থাজহনখিবসি উৎথোকই।

মণিপুর সমাজদা তন্ত্রগী মচলশিংসি মতম কয়াগী মমাঙদগী হৌনা লৈরক্লবনি। অসিগুম্বা তন্ত্রগী মশক খরা ঐখোয়না ইবোমচাগী 'মঙ লৈবাক'তা থেংনরুই।[১] শকউদবা শক্তি অমদি মন্ত্র-তন্ত্রগী থাজবী কয়াসি মমাঙঙৈদগী হৌনা লৈরক্লে হায়বসি খোঙনাং থাবা অমদি শান্তিদাসকী রারীদগী অমদি মোইরাং কংলৈরোন্দগী মতিক চানা থেংনৈ। কবুই সলাং মাইবা, থোংলেননচিংবা তন্ত্র হৈবা মীশক্তি। মখোয়গী পুন্সিদা অসিগুম্বা ধর্ম্মগী মচল অসিনা অচৌবা মগুণ ওইনখি। অসিগুম্বা থাজবীসি ঐখোয়গী সমাজদা মতম কয়াগী মমাঙদগী হৌনা তুংকোয়না লৈরক্লে হায়বসি ইবোমচাগী খুংয়েক্তা থেংনৈ। মহাক্কা গুল্লাকপা অচৌবা তান্ত্রিক অমা ওইনা উৎনবা হোংনৈ। মহাক্কা মন্ত্র-তন্ত্রগী অচৌবা খুদম ওইনৈ। অহুবু ধর্ম্মগী অহোংবা মশক অতৈদি অইবা অসিগী খুংইদগী ঐখোয়না ফংবা ঙমদে।

মহৈ-মশিংনা পুর্কপা অঙনবা

মণিপুরী জাতি অপীকপা সমাজ অমগী মমুংদা চমলবা পুন্সিগী অচেৎপা থাজবীদা হিংহুনা লাকখি। মশাগী ওইজবা, পুন্সিগী তোপ্পা পাঞ্জরিবা শক্তমগা চান্নরবা অচম্বা মহৈ-মশিং কয়া অখন্নবা মীওই খরদনা তন্ত্রগী চৎনবী লৈরম্নবসু পৃথিবীগী ওইবা অনৌবা খোঙথাংদা শীংথারিবা লাইরিক লাইও তন্ত্রগী চৎনবী অসিবু পুশিল্লকখিবদি অথেংবদনি। মসিগী মমি

১ | ইবোমচা, 'মঙ লৈবাক', ৩ শুবা শরুপ, ৯ শুবা খুৎনম লাঃ ৭৬-৮৫

তম্বা হৌরকপগী শক্তমশিং ঐখোয়না উপন্যাস খরদা অথল্লনা থেংনরি। মহৈ-মশিং তম্বগী মমলবু মশক খঙবা মীওইশিংগী মশীংসি অপিকপা সমাজ অসিগী মনুংদা য়ামদনা লৈরম্মী। মখোয় অতুবু অয়াম্বা মীওই-শিংনা শীংখানরক্নদে, অঙাওবা অপংবগুম করেম কথাইনরম্মী। লাইরিক লাইশু তম্লগা পুন্সিদা তঙাইফদনা পুরকপা য়াবা কান্নবশিং অতু মশক খঙদবশিংনা, মতম মাঙনবা অমদি অরেম্বদা লন তিংনবা ওইনা থল্লম্মী। রাখল অসিবু কমলনা 'মাধবী' উপন্যাসকী মনুংদা শীংথাই। খুঙ্গাগী অহল-লমনশিংনা বীরেনগী মহৈ-মশিং তম্ববু অপংবা মতৌনি হায়, লোয়নন্না কান্নব থবক অতুগী মচুং মমাঙহৈদগী চংনরকপা পুন্সিগী শিন্দা মায়পুনবা অচুম্বা লম্বীনি হায়না পাওতাক পী। বীরেনগী মরূপ শশীকুমারনা ফাওনা বীরেনগী লাইরিক পাবদা অয়েৎপা পী।

"নংদি নুমিৎ চুপ্পা 'পরথা' তৌগনি হায়দুনতা মরৈ, মীনা কোয় য়াওদে হরাও-কুম্মৈ তৌই য়াওদে; পরথাশু তৌনি, লাইমু খুরুমগনি মীনা কোয়বসু য়াওগনি, নঙবু তাইবংপানবগী হরাও-কুম্মৈ ইউ উদনা লৈরাংগুম্বা নপুন্সি অতু অরেম্বদা লৈমন চনথনি হায়বনি।" [১] অমরোমদা ইংনা ইচম চম্না নুংঙাইবা ফংলিবা পুন্সিগী মশক অদুবুনা হেন্না নুংঙাই-জবগী শক্তমনি। অতুবু মতমতুগী রাখলগী মিৎ হান্না পাওথবা বীরেনগী মপাঙুম্বা অশিংবা থরতনা অসিগুম্বা রাখল কয়াসিবু নমহত্তুনা মচাশিংবু অরাংবা থাক্কী মহৈ তম্নবগীদমক মীরৈবাক্তা থাবা ঙমখি। বীরেন অমসুং ধীরেন অনী অসি মতমতুগী মণিপুব সমাজগী মাওজিন থংবা মহৈরোই অনীনি। মখোয়না মণিপুর সমাজদা অনৌবা মহৈ তম্বগী খুৎমাবা শক্তম ওইনা কমলনা য়েকখি।

---

১ | কমল, 'মাধবী' (থোয়াং,) ৮ শুবা নম্বা, গবর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ১৯৬৭, লাঃ ১-২

মণিপুরী সমাজদা মহৈ তম্বগী অচৌবা মাওল অমা লাকপগী হৌগং-লকপা শগুন অসি কমলনা মহাক্কী 'মাধবী'দা উংলম্মে হায়বসিদি মমেক শেংলে। অতম ওইনমক মহাক্কী মাধবীগী মমুংদা বীরেন অমসুং ধীরেন অনীনা তানশিল্লবা মহৈ-মশিং অদুগী শিজিন্নফম অমদি অনৌবা জ্ঞানগী মশক্তি উথোক্লম্বা থেংনদে। এরমসিনা এম, এ, পাস তৌরবা বীরেন্না খুজং চম্মু উরিরৈগী অচম্ব থমোয়গী রাজুংগী চপ চাবা পাওথুম পীবা ওমখিদে।[1] মীৎয়েং অমরোমদা অনীবু মহৈগী মঙাল ফংলবা বীরেন ধীরেন অনীগী অনৌবা জ্ঞান তাই চমবা মণিপুর সমাজদা হেক্তা চুশিন্নবা ওমদবা শক্তম অহুনি।

অসিগুম্বা মহৈ খোংথাং অসি অঙাংহল্লা মহাক্কী 'জহেরা'গী মমুংদা মপুঙফানা শীংথাবমদ্রস্য মহাক্কী নায়ক ওইরিবা কুঞ্জোবু অনৌবা মহৈ মশিংগী মঙাল ফংহল্লি অমদি জহেরা মশামক মহৈমশীংগী মঙাল ফংলবী ওইনা শীংথারম্মী। মতম অসিগী মণিপুর সমাজদা যাম্নমক রাংবা মখলগী নত্রবসু মহৈ মশিংগী লমদা মিং পাঙনরকপগী তাংকক অমা পুরকখিবা শক্তম অহুনি। বাঙ্গলাগী লোম্না পুরকপা রাখলগা লোম্বননা মসিগী সাহিত্যগী মমি কয়াম্না যাম্না মমেক শেংনা মণিপুরগী সমাজদা তাবা হৌরক্লে হায়বসি অঙাংহলগী খুৎয়েক্তা থেংনবি। আয়েষাগী 'এই বন্দি আমার প্রাণেশ্বর'[2] হায়বা রাহৈশিং অসিবু নায়ক নায়িকা অনীগী কাউঙনদ্রবা রাহৈ ওমদি 'দুর্গেশ নন্দিনী'বু কুঞ্জো জহেরা অনীনা যাম্না পামজথিখসিনা উংলি। বেঙ্গলগী প্রভাব অনৌবা যুগতা তাক্কপগী শক্তমগা লোয়ননা অনৌবা মহৈ তম্বগী লম্বী অমা মণিপুর সমাজদা লাওনা ফাংপা হৌরক্লে, হায়বসি অঙাংহলগী খুৎইদগী থেংনরি।

মহৈ-মশিং তম্বগী যাওন অমা কমলগী 'মাধবী'দা মমি তম্না হৌখিরকু অঙাংহলগী খুৎয়েক্তা হেন্না মপুং ফারক্লে, হায়বসি উবা ফংদ্রবরা। বীরেন

১। কমল, 'মাধবী', (থৌরাং). গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৭, লাঃ ৭৮

২। অঙাংহল, 'জহেরা', নপুর সিংহ, অহানবা খুৎনম, ১৯৬৪, লাঃ ৩১

ধীরেনগুপ্তা এম এ, গী পুন্সিবু শীংথারমন্রবসু মহাক্কা উংলম্লিবা অয়াম্বা লমচৎশিং হায়বদি, গোপাল, আমির, জাহুরা অমসুং কুঞ্জোনচিংবশিং লাইরিক লাইশুগী মনল খঙলবা মীশক ঙাক্কা ওইনা উংলি।

অঙনবা মতমগী অইবশিংগী মফমদা মহৈ মশিং তম্বগী য়াওন অমা লাকখিবগী শক্তম অসিদা মফম অমদা নত্রগা অমদা ইরোয়ত-লোয়নন্থনা লৈরি। শীতলজিৎনা শাগৎলিবা থৌদোক রাথোক কয়াদা মসিগী মমি নীংথিনা তারি। মহাক্কী 'থাদোকপ'গী সদানন্দনা মণিপুরগী মপান্দা চত্তুনা মহৈ তম্ববু মীয়াম্না নোক্লরবসু মতম অদুগী মহৈ তম্বগী অচেৎপা ভেল্ল্যু অদুবু শক খঙনরকপগী শক্তম অদুবু উৎথোকপনি। অনৌবা মহৈ মশিং তম্বগী থৌরাংবু পাম্নরকপা শক্তম অসি লৈকাইগী অঙাং কয়া সদানন্দগী মখুত্তা শিন্নদুনা লাইরিক তমহনবগী থৌদোক্লা য়াম্না ময়েক শেংনা উৎলি।[১] মণিপুরী সমাজদা মহৈ তম্বগী ঈহৌ অমা লাকখিবা অমদি মসিগীদমক্তা ওইজবা থাদোকুনা হোৎনখিবা মী ওইশিংগী শক্তম সদানন্দগী পুন্সিদগী শাগৎপা ঙমখি। মণিপুরদা অনৌবা মহৈ তমফমশঙ লিংহুনা হৌরক্লিবা অঙাংশিংবু লমজিংনবা থৌরাং কয়া পায়-খৎনরকপগী ঈহৌ অমা লাকখিববু সাদানন্দ অমদি মহাক্কী তেংবাংব-শিংগী থৌরাংদগী থেংনরি।[২] মতমদুগী লৈবাক্কী নিংথৌমক্লা লাইরিক লাইশুদা থরায় য়াওজবা শক্তমদুসু য়াম্না নীংথিনা উৎথোক্লি। মণিপুরী সমাজদা মহৈ তম্বগী থবক অসি য়াম্না থুনা চাওথৎলকখিবা ফীভম অদু থাদোকপগী মন্নুংদা উৎথোকলি। মহৈ মশিং হৈরবা লৈবাক্কী মীওইনা অচৌবা থৌদাং লৌবগী শক্তম ওইনা সদানন্দদা অরাংবা ফম পীদুনা অরূবা থৌদাং কয়া পায়থৎহল্লি।

---

১। শীতলজিৎ' 'থাদোকপা' মশামক, অনীশুবা নম্বা, ১৯৪৯, লাঃ ৫
২। মথক্কীসি, লাঃ ২২, ২৩, ২৪

"সদানন্দ নংগী মতৌ য়েংগে তৌবনি। ঐদি প্রনামী ব্রাহ্মণদগী মমহুনা লৌবা মী মন্তে। অমুক্তং ফাওবা লৌরক্ত্রি নংবু শোইদনা হাপ্লবনি মেম্বর অসি।"

তশেংনমক সদানন্দনা নিংথৌনক্কী মফমদা মহাক্কী ১কনবু শিন্নবসিনা ২ অইবসিন্না মহৈ মশিংদা কদায় ফাওবা হকচিন্না থরাই লুপচবগে হাপ্পবসি উৎপাগা লোয়ননা মতমতুগী মহৈ তম্বগী য়াওন্দা কদায় ফাওবা কংথোকপগা লোয়ননা হোৎনখিবগে হায়বসি উৎলি।

উপন্যাসকার শীতলজিৎ মণিপুরদা মহৈ মশিং তম্বগী অনৌবা ঙহৌ অমা লাকপা মতমদা পোকলুবগী মতিক মহাক্কী থুৎইদা মহৈ মশিং তম্বগী পামজবা শক্তম অমদি অনৌবা চৎনবক্লিবা য়াওন অসিগী মমিদি য়াম্না মরীক চুম্না তাবি। মহাক্কী উপন্যাস 'ইমা'গী মনুংদা রণজীৎপু মপান্দা থাহুনা মহৈ তমহনখি।৩ মতমতুগী মণিপুর সমাজদা মহৈ-মশিং তম্বগী অকনবা অপাম্বা লাকলবসু অৱাংবা থাক্কী মহৈ-মশিং তম্ফম লৈতবগী অৱাবা সমস্যা কয়া লৈরিবও মসিনা সাথি ওইনৈ। মহৈ হৈবশিংনা চিং লেম্লবা পুন্সি ফংনবা অমদি ইকাইথুম্লফম ফংবসি রণজীৎনা বিচারপতি ওইরকপনা উৎলি।৪ মহৈ তম্বগী থৌরাং অচম্বা থৌরাং ওইদবা অৱাবা ফিভমদা লৈরম্বা শক্তমশিং শ্রীতলজিৎকী থুৎয়েক কয়াদা মতাং মতাংগী ওইনা থেংনরুবসিনা মতমতুগী সমাজগী ফিভমদা লাকখিবা লাইরিক-লাইশু তম্বগী য়াওন অমদি মসিগীদমক অৱাবা কয়া থাঙবা তারিবা ফিভমবু মযেক শেংনা উৎলি। মহাক্কী 'রোহীনি'গী মনুংদা

১। শীতলজিৎ, থাদোকপা, মশামক, ২ শুবা নম্বা, ১৯৪৯, লা: ৪৯

২। মথক্কীসি, লা: ৯৫-৯৬

৩। শীতলজিৎ, 'ইমা', অচোম ইবোতোম্বী, ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৫, লা: ২০

৪। মথক্কীসি, লা: ২৮

মণিপুর সমাজদা মহৈ তম্বগী থাক অসি খুমাং চাওশিল্লক্লে। মিসনগী স্কুলনচিংবা লিংথৎলক্লুনা অভাংশিংবু শেমগৎপা হৌরক্লে হায়বসি রোহিনীনা চূড়াচান্দপুরদা হোংখিবা মিসন স্কুলগী শক্তম্না উবা ফংই।[১]

জগৎকী অনৌবা জ্ঞানগী মঙাল ফাওরকপগী লোয়নন্না মহৈ তম্বগী ঈহৌ অমা লাকখিবসি গুণগী খুৎইদম্মু থেংনরি। মহাককী খুদোলগী মমুংদা গোকুল রতনকুমার, য়াইমা, থম্বাল অমদি ননিগী পুন্সিগী আকোইবদগী অসিগুম্বা মহৈ মশিং তম্বগী চৎনবী অমা লাকপসিবু শাগৎলকই। অতুবু মুপীশিংবু হীরম অসিদা মপুঙফানা শৌগৎপীতুনা শক্তম অতুবু থম্বালবু লাইরিক তম্বা খাংতপতা তোকহনখিবসিনা উৎলি[২] সমাজ অসিনা মুপীশিংবু হীরমসিদা মপুঙফানা শৌগৎত্রবস্তু মফম কয়াদদি মখোয়গীস্মু মহৈ তম্বগী লম্বী ফাংলে হায়বসিদি ময়েক শেংলে। অপিকপা মণিপুর অপিকপা সমাজ অসিদা মথল মথেলগী অমদি অরাংবা থাক্কী মহৈ তম্বগীদমক্তি চপ চারবা মফম অমা ওইরমদবনা মহাককী গোকুলস্মু বীরেন ধীরেনগী মতৌঙম অমদি সদানন্দ অমসুং রণজিৎকী মতৌঙম চৈংলোন মাপলগী রাংমদা থাদুনা মহৈ তমহনবা তাখি। লাইরিক লাইগু তম্বগী অপাম্বা অমা কয়া লাক্লবা তাংকক অসিদা তম্ফমগীদমক অরাৎপা কয়া লৈরিবত খোদোক অসিনা ময়েক শেংনা উৎপনি।

চয়বা পুন্সিগী মশক্তা হিংলম্বা মণিপুরী জাতিগী পুন্সিগী মশক্তা লোয়নন্না মহৈ মশিং তম্বগী চৎনবী অমা লাকখিবসি 'অরেইবা পাউদম'গী মমুংদস্মু অতুমক ২রীক চয়া থেংনরি। মহাক্কী সমরেন্দ্র মণিপুরগী মমুংদা লাইরিক তম্বগী অপোইবা তাংকক অহু য়ৌনবা শাগৎলি। লোয়নন্না লাইরিক হৈববু ইকাইখুম্নবগী চৎনবি অমা লৈরম্বসি যমুনা অমদি লৈমগী

১। শীতলজিৎ, 'রোহিনী' কোইজম হ্রবোর্বা, ২ শুবা ফোঙবা. আগষ্ট, ১৯৬৪, লাঃ১০৮-১১০

২। গুণ, 'খুদোল' টি, হেমা সিংহ, অনিশুবা ফোঙবা, ১৯৬৮, লাঃ৩৮

য়াথলদগী ফোঙদোকই। অদুবু লানকম্মা পুম্নমক থৈখায় থীজারগ্রবা শক্তম মরক্তা মহৈ-মশিং তম্বগী তংতাবা ফিভম অদুদি উপন্যাস অসিদা উৎনবা তাঙ্গা ফংখিদে।

মণিপুরী সমাজদা লাইরিক-লাইশু তম্বগী চংনবী অসি অয়াম্বা মীওই পুন্সিগী থাদোকপা য়াদ্রবা মচলগুম লৌনয়ে হায়বসি রামসিংগী 'জাৎ ওনবা'নস্মু খুদম ওইনর। মহাক্কী 'জাৎ ওনবা'দা নবকির্ষর, যামিনী, শখিতোম্বীনচিংবশিংসি লাইরিক লাইশু তমহল্লি। অদুমক মুপীশিংগী মফমদদি অফা অপুম্নবা মশক খরগা শাগোম্ননা লৌনবা ফিভমসিস্মু যামিনীনা লাইরিক তম্বা তোকহনখিবসিনা অদুমক শাখি ওইরি। মতমদুগী মণিপুরী সমাজদা মুপীবু করিগুম্বা মীৎয়েং খরদা হুম্হনা লৌবগী চংনবী অসিদি খরমথৈ লৈরম্বগী খুদমনি।

অসিগুম্বা লাইরিক লাইশু তম্বগী অপামবা অমদি চংনবি অসি আর, কে, এলাংবমগী 'মরূপ অনি'দা খজিক্তং ওইরবস্মু ফোঙদোক্লি। লাক্লিবা য়াওন অসিদা শরৎ-চান্দনী অঙাং অনীস্মু য়াওশিল্লকই লানফমগী লেমখাক ওইরবা অঙাং অনীস্মু লাইরিক লাইশু তমবগী অপাম্বদু থাদোকপা ওমখিদে। চংনবী অসিদা মখোয়স্মু শরুক য়াদবা য়াখিদে। থৌদোক অসিনা মপুংওইবা শরুক ওইখিদ্রবস্মু চংনবী অসিবুদি পন্দনা তোকখিদে।

মণিপুরী সমাজদা অনৌবা যুগনা খোঙদারকপগা লোয়ননা মহৈ-মশিং তমবগী য়াওন অসিদি মপুঙ ফারক্লে। অনৌবা য়াওনগী মশক অসিদা অনৌবা অইবা কয়াম্স লুপশিনগ্রবনি। অনৌবা অইবা কয়ানা মহৈ মশিং তমবগী অনৌবা য়াওন্দা লাকখিবা সমস্যা কয়াবু নৌহৌননা শীংথাখিদ্রে; মপুং ফারবা শক্তম অসিদা মখোয়স্মু লুপশিনগ্রবনি।

ঋগ্‌বেদগী দেববানীনি—আ নো ভদ্রাঃ ক্রতবো যন্তু বিশ্বতঃ—অফবা য়াখল কয়া মায়কৈ খুদিংমক্তগী লাকসনু। অফদা য়াখল অমদি

লৌশিং অসি মহৈ মশিং তম্বদগী শোয়দনমক লাকপনি। মহৈ মশিং তম্বগী লম্বী লিচৎ অসি মফম খুদিংদা মতম খুদিংগী লৈবনি। মনিপুরদসু নীংশিংবা থোক্লবা মতমদগী অতুম্মক চৎনরক্লি। অওনবা কয়া লাকখি। তরানিপান অমদি তরামাপন শুবা শতাব্দীদগী অনৌবা মহৈ মশিং তম্বগী মওং লাকখি। অনীশুবা লান্তাও মতুংদগী নোংচুপলোমগী পথাপ্তা য়ুমফম ওইবা মওং য়ৌরকখি অমদি খুমাঙ চাওশিল্লকখি। অনৌবা মওং অসি মকুওইনা বিজ্ঞানগী ওইবা য়ুমফমদা শাগৎপনি। বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েং অমা বিষয় খুদিংমক্তা য়াওই। চৎনবী থাজনবী, দর্শন শাজং চাকচা ঈথক য়ুমলৈ কৈরৈ ফিজেৎ চাকচা পুম্নমক্তা বিজ্ঞানগী মীৎয়েং অমদি মরৈ চঙলকই। ধর্ম্মদা হুকচিনবা, জাৎ-পাত্ত থায়বা, অন্ধবিশ্বাসনচিংবা মাওননবগী মশক ওইবা বিষয় কয়াদা বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েং থমদুনা অওনবা কয়া পুনরকই। পুন্সি মরেন অমদি হিংবগী মহিংদা অনৌ অনৌবা য়াইফম্নিগদবা লিচৎ কয়া মথং মথং লাকখি অমসুং পুরকখি। পুরকপসু লেপত্রি। শম্না হায়রবদা মহৈ মশিংনা সমাজদা অনৌবা মখলগী চেতনা পীরকই হায়বা তাই। মাংই খন্নরম্বা নোংচুপলোমগী মহৈ মশিং অসিবু অনৌবা মওাননি হায়বগী রাখলদা য়েংনরকই। মসিমকসু মহৈ-মশিংগী লমদা ফাওরকপা চেতনা অমনি। কান্নরবা চেতনানি।

চেতনা অসিগী মমি মণিপুর সাহিত্যদা শোয়দনা তাবনি। মীয়াম্না পাম্না তৌরিবা উপন্যাসতা মমি অসি য়াম্নমক পাক শন্না তাবনি। অনৌবা সাহিত্যগী মচল ওইরিবা উপন্যাসতি সমাজগী পুন্সি য়েকই। মসিদা মহৈ-মশিংনা পরকপা অওনবা অসি ময়েক শেংনা উৎলি। তৌবতবু মহৈ-মশিং তম্বগী ওইবা শন্দোকপগী মওংনা 'প্রোপেগন্দা) মরু ওইবদি নত্তবনিনা উপন্যাসশিংদা মসি ঙাক্তা ইবদি তৌনদে। অহুবু রারীগী মতাং মতাংদা পাত্র পাত্রগী লমচৎতা অমদি অইবগী রাখলদা মহৈ-মশিংগী রাখল অমদি রাখল্লোন অসিদি চপ চানা থেংনৈ। সাহিত্যগী মরুওইনা উপন্যাসকী চাউবা খুদোলনি।

**অর্থনীতিনা পুরকপা অহোংবা :**

সমাজ অমবু ওলহন্নবা মচাকশিংগী মন্নুংদা শেল-থুমগী ফিভম অসিমক্ত যান্না মরুওইবনি অগনবা অমদি ওলহন্নবা মচাকশিং অসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ। রাজনীতিগী কাওখোং চাইবনা শেল-থুমগী ফিভমদা চৈথেং পীরুনা অহোংবা লাকই। শেল-থুমগী ফিভম ফত্রবদা ধর্ম্মগী অচেৎপা মশক মাঙশিল্লকই। সমাজগী অহোংবা ছান্নবসিবু চেক নৈনরকপদা অমগা অমগা মরী লৈনরম্বসি তক্তনা থেংনৈ।

লৈপাক অমদা নত্রগা সমাজ অমগী মন্নুংদা লাইরবা-ইনাকখুনবা অনীগী মরক্তা লৈরিবা শন্নবা ভমত্রবা অহোংবা অমদি থোং মান্ননা ছিংমিন্নবা ভংদবগী মুংঙাক্তবা ফিভম অসিদি অতুমক থেংনরবনি। অসিগুম্বা সমস্যা অসিবু থুংপায় চেংনা পাযতুনা কমলনা মহাক্কী মাধবীগী মন্নুংদা মথল মথেলগী থেঙ্গায়নবা অমদি মুরুবা কয়া শাগৎলকই। মণিপুর সমাজগী মন্নুংদা ইনাকখুনবনা লাইরববু হন্থনা থনবা অমদি মখোয়গী হুমাংগী মমলবু মুন্দুনা চানীবগী থৌদোক কয়া অসিদি তাঙকক কয়াদা লৈথি। ইনাক খুনবা শেঞ্জাও পায়বশিংনা মশাগী শক্তি অমদি নাপলগা লোয়ননা হাইনা হুন্না পান্নবা হোংনবদা খুরৌ ওইবা কয়াবু মাঙহন্নবা হোংনবগী ফিভম অমা কমলগী 'মাধবী'গী ধনঞ্জয়গী থৌরাংদা উব ফংই। ওৎনৈবা অসিনা হেক্তিল্লরুবদি থাঙবা ভমদবগী লাল্লহৌরকপা মশক অসিবুনা নবিন্না লমন খুম্নকপগী থৌদোক্তা উংলি।[১] অদুবু অসিগুম্বা থেঙ্গায়নবগী থৌদোকশিং অসিনা সমাজগী শান্তি থুগায়দবা যাখিদে। যাইতোং থমদোংবা ইনাক কৈরাক খুনবশিংনা শেল-থুমগী লোয়ননা মশাগী শক্তি শাগৎপা, আইনসু মখোয়বু লাকশীনবা হেক ভমদবা ফিভমসি ঐখোয়না থেংনৈ। ধনঞ্জয়গী মীনাই মীশন অমদি দাকু খুৎপু লীংই, মসিনা

১। কমল, 'মাধবী,' লমন খুম্না, গোভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা নম্বা, ১৯৬৭, লাঃ ৬৬দগী (রামচং)

শান্তি থুগায়নবা মরম ওইরকই। কমলগী মীৎয়েংদা সমাজগী শক্তিমা খুংঙাইত্রবা ফিভমদা ওল্লকপদা শেঙ্গাও পায়বা কাঙপুপকী ময়াল কয়াসু মতম মতমগী মতুংইন্না য়েকই। মহাক্কী মীৎয়েংদা মশাগী হুমাং মমলনা চরা তাঙবা চন্নবা পুন্সিদা হিংলিবা লাইরবশিংদি ময়াল লৈত্তে ছায়বা চেকশিন্না থাজে উপন্যাসকার অসিনা অসিগুম্বা থোং মান্নদবা কয়া অসিবু তেমশাংনজনাংবগী অকনবা অশা ফোঙদোকই।

উপন্যাসকার চাউবনা জাতি অসিগী চাং লেমজবা পুন্সিগী শক্তমু য়েকপদা লাইর ইনাকখুনবা অমদি অর্থনীতিগী সমস্যা শীংথান্নরমত্রবসু মহাক্কী খুৎয়েক্তা মাপোং মায়ন তোন্দনা রাত্ত পাদনা হিংজরিবা মৈতৈ জাতিগী লেমজরবা পুন্সিগী মশকপুদি মকা লান্না য়েকখিবনি। রাজ-নীতিগী কাংথোং চাইববু নীংথিনা খুত্থম চনশিন্দুনা নীংথিনা লৈবাক ঙাক শেনাখিবা থাগেন্দ। হাক্তক্তা অর্থনীতিগী অশোকপা ফিভম মণিপুর সমাজদা লাকপা ঙমখিদে।

য়ান্না যথার্থ ওইবগী মীৎয়েং অমা হিজম অঙাংহলগী 'জহেরা'গী মন্নুংদা খেংনখিবগা লোয়নননা লাইর অনং অমদি য়াইতোংবা পুন্সি অনী-মক্কী মশকসু হাকথেংনখি। অতুবু ইনাকখুনবা অমস্সুং লাইরবা অনীগী মরক্তা লাকখিবা থেঙ্গায়নবা কয়া অমদি মহাক্না য়েরুবা হোংনখিদে। অতুম ওইনমক লৈবাক মচা তারবা আমিরগী থুবামন্নুংদা শক্তি কয়া ফিভমগী মতুংইন্না পুশিন্দুনা লৈখিবা অমদি অসিগুম্বা শক্তি অসিনা মতমগী মতুংইন্না জহেরা মমা মচা নত্রগা তোম্বা মিয়ানচিংবগী মথক্তা শন্দোরকপগী ফিভম অতুদি অতুমক উংজন্মী। অতুবু সমাজগী খুংঙাই-ত্রবা ফিভম কয়াধু হুন্দোকপা পানজবা অমিজনা মহাক্কী লন-থুমগী শক্তিবু লান্না শিজিন্নখিদে। উপন্যাস অসিগী মনুংদা লাইরবা মীওই কয়াবুনা মপুং ওইনা শীজিন্নহনা মতম অতুগী সমাজদা হিংলিবা লাইরবা কয়াগী পুন্সিবু মায়ক শেংনা য়েকখোক্লি। অসিগুম্বা লাইরবা পুন্সি কয়াসিনা

মপুঙ ওইনা শাগৎপা মতম অদুগী সমাজনি হায়বসি অইবগী খুৎয়েক্তগী ময়েক শেংনা থঙবা ঙম্মী। জহেরাগী পুন্সিদা ইবেমচাওবী লাইবক থীরবী লাইরবা কয়াগা খুৎশমহল্লি, লোয়ননা কুঞ্জোগী অকোইবদসু লাইরবা পুন্সি কয়ানা শরুক যাহল্লি। হিন্দু মুসলিম অনীগী মরক্তা মুংশিবগী অশেংবা মশক অমা শাগত্তুনা সমাজ অসিবু তেমশীন্দুনা অচুম্বা মশক অমদা পুরকপা পামখিবা অইবসিনা সমাজগী শোৎথরবা কাণ্ডলুপকী পুন্সিতুবু নীংথিনা উশিনখি।

পৃথিবীগী ওইবা উংখৎনবা রাজনীতিগী মুকথায়নবা কয়ানা মীওইবগী সমাজবু কাংখোং চাইহন্দুনা রারবা সমাজ কয়া শাগৎখিবা শক্তম অদুগী শরুক অমা ওইনা আর, কে, এলাংবমনা মহাক্কী 'মরূপ অনী'দা মণিপুর সমাজবু উংথোক্লি। অনীশুবা লাঞ্জাওনা খুঞ্জায় লৈচায়হনখ্রবা, কাংখোং চাইববা পুন্সিগী মরক্তা শরৎ-চান্দনী অনীবু লংশিন্দুনা অনীশুবা লাঞ্জাওনা হোংহনখ্রবা সমাজগী মশক উংলি। রাজনীতিনা মরা শোক্কা নৈথায়খ্রবা অর্থনীতিগী লৈতাদ্রবা সমাজগী শক্তম অদুনি। অসিগুম্বা অহোংবা অসি রাজনীতিনা হোংখিবা অর্থনীতিগী ময়েক লারবা খুদম্নি। অদুবু মীওইবনা হিংবগী লানফমদা থৌনা ফনা চোংশিল্লিবা ক্বিভম অদুদি শরৎ-চান্দনি অমদি মথোয়গী অকোইবদা শাগংলিবা পুন্সি কয়ানা অদুমক উংলি। তাংকক অসিদা জাতিসিগী ধর্ম, জাতিগী সংস্কৃতি, রাজনীতি পুম্বদা চৈনাখোল ফংখ্রবনি। অসিগুম্বা শোক্লবা সমাজগী মশক অসিবু আর, কে, এলাংবমনা মহাক্কী উপন্যাস অসিদা উংথোক্লি।

মণিপুর উপন্যাসশিং অসি অয়াম্বনা লাইরবা মীওই পুন্সি কয়াগী শক্তম য়েকপদা পুক্নিং চংজরম্বনি। মরমসিনা লন থুমগী অরাংপা কয়াগী মশকশিংদি মথোয়গী খুৎয়েক্তগী থেংনবা তারি। তশেংনমক মণিপুরী জাতি মশাগী হুমাং মমলবু থাজবা, অম্বা পুন্সি মহিংদা লাইরবশিংনা মপুঙ ওইনা লেপ্পবা মাদে। রামসিংগী 'জাং এনবা'দা জাং বিজাং

খাম্নবগী মুংঙাইত্রবা শক্তম অমা উৎলবস্থু শরুক য়ারিবা পুন্সিশিংদা লাইরবা হাতে হাতে থিতুনা চাবা পুন্সি ওাত্তনি। পুন্সিগী লানফমদা নবকিশোর যামিনী অনীমক লাইরবগী লানখেং অতুমক্লা অচৌবা থৌদাং অমা ওইদবা য়াখিদে। অসিগুম্বা লাইরবা পুন্সি কয়াগী অকোম্নবদা য়ানিংদবা সমাজগী পোৎলুম ওহরবা চংনবা কয়াম্থু হাপচিল্লকখিবনি। লাইরবগী লাম্হেং মরক্তা য়ানীংদবগী চংনবা কয়াম্থু নবকিশোর যামিনী অনীনা থেংনখিবনি।

উপন্যাসকার শীতলজিৎকী খুংয়েক্তা মপুঙ ওইবা মীৎয়েংনা য়েং-বদি লাইরবশিংনা সমাজগী মন্থুংদা হিংলবা অমদি মায়োক্লরিবা সমস্যা কয়াতুনা মপুঙনি হায়না লৌবা য়াই। মহাকস্থু কমলগী মতৌগুম্না ইনাকখুনবা মুংঙাই য়াইফবশিংনা ওৎ-নৈরকপদা খাংঙমদতুনা লমন খুমনকপগী শক্তম অমা মহাক্কী 'ইমা'গী মন্থুংদা থেংনরি।[২] মরল-মথুম লৈবশিংনা সমাজগী শাক্ত থুগায়বা, লাঙজ্রবা কয়াদা অকায়বা পীতুনা লংঙবগী ফেভমাস উপন্যাস অসিগী মন্থুংদা ময়েক শেংনা উংলি। সমাজগী মশক্তা অহোংবা কয়া পুরকপদা য়াইতোং থমদোংবশিংগী মশাগী ওইজবা তানবসিনা মরম অমা হেক হেক ওইরকই হায়বসি মহাক্কী খুৎয়েক্তা য়াওরি। উপন্যাসকার অসিগী উপন্যাস খুদিংদা লাইরবা মীশক কয়ানা মরুওইবা লমচং ওইহল্লে। লাইরবনা মপুঙ ওইরবা সমাজসিগী শক্তম য়েকপা হায়বসিমক্তুরু লাইরবনা মপুঙ ওইবা শোয়দ্রবনি।

লাঞ্জাওনা চৈথেং পীতুনা অথনীতিদা কাঙথোং চাইহনবগী শক্তম অসিমক গুণগী উপন্যাস 'খুদোল' অমদি মরু ওইনা 'অরোইবা পাউদম'গী

---

২। শীতলজিৎ—'থরাইগী মনি থরাইগী থরাই ওইনজরিবা মচাবু কাইনবগী মৈচাক্লা খাওবা উল্লক্তহনা থম্বালনা অহিং অমা গৌরহরিনা তুম্লিভৈদা থাংনা থিন্দুনা হাংলল্লগা লোম্না ফাজেং হোংলহনা চংখিরম্মী।'—'ইমা', অচোম ইবোবা, ২ শুবা ফোঙবা ১৯৬৫ লাঃ ২৪-২৫।

মযুংদা মায়েক শেংনা থেংনরি। ইংনা চিন্না পাঞ্জরম্বা মণিপুর সমাজগী লামকমগী শরুক অমা ওইখিবগা লোয়ননা কাঙখোং চাইরবা শক্তম অমদা ওইহনগ্রে। য়ুম-কৈ, লন-থুম খুদিংমক্কী অরেপ্পা শকম খঙখিদ্রে। থবাইগীদমক লন-থুম হুন্দোক্নবা কোযচেন চেন্নরক্লে। রাজনীতিনা অর্থ-নীতিবু মন্না তক্না থুগায়বগী মশক অদু উপন্যাসকার অসিগী খুৎয়েক্তা মযেক শেংলরে। অদুবু উপন্যাসকার অসি লাইরবগী চৈনা ফংলবা পুন্সি কয়াবু য়াম্না নীংথিনা য়েকখি। মখোয়গী আশাগী পাউদমশিং মহাক্না উপন্যাসতা পীনবা কন্না হোৎনখি। অপুনবা মীৎয়েংদা গুনগী মীৎয়েংদি লাইরবনা মপূঙ ওইরবা মণিপুরী সমাজনি। অসিগুম্বা সমাজ অসি মতমগী চৈথেং কয়া ফংলদা হেক হেক্না কাঙখোং চাইদবা য়াখিদে লোয়ননা থুগায়বা অমসুং শাগৎপা হায়বসি লেপত্রবা পৌদাংনি হায়বসি উৎলি।

অনৌবা যুগতা অনৌবা অহোংবা কয়ানা মণিপুর সমাজবু মায়কৈ কয়াদা থুগায়খিবা অমদি শাগৎখিবগী মশক অসি পাচাগী তোপ তোপ্পা খুৎয়েক অমদা য়েক্লবা হোৎনখিব হীরম খুদিংদা সর্মদা রাজনীতিদা, অমদি শেল-থুমগী ফীভমদা মউ শোক্লবা সমাজনি হায়বসি মহাক্কী খুৎথাংদা উৎনবা হোৎনরি। অসিগুম্বা অহোংবা শক্তম অসিনা লমচৎ শাজৎপু হেংহনগ্রে হায়বগী হুংনাংবা কয়া মহাক্কী 'না তাথীবা অহল অমদা অমদি 'ঈস্ফাস অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিৎকী ফীভম'দা উৎথোক্লি। মশাগী মতিক মঙাল চাউনা পাল্লবা পুন্সি অনৌবা যুগকী মশক্না ওল্লকপদা চুশিন্নবা ঙমদবা অমদি লম্বা লম্মুক্লবগী মশক অসি উপন্যাসকার অসিগী উৎলক্পদা শেল-থুমগী মহাম তারবা শেলগীদমক পুন্সি মমল থাদোক্লবা কনতানবদা লমচৎ য়োক্লবা সমাজগী মশক অমগুম্বা য়েকথোক্লকই। উপন্যাসকার অসিগী মীৎয়েংদা শেল থুমগী ফিভমদা তমথীনা ওলহনগ্রবা সমাজ অসি অচুম্বা লমচংসু মাঙখ্রবনি হায়বসি নীংঙাইদনা উৎথোক্লি।[১]

১। পাচা, 'ঈস্ফাস অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিৎকী ফীভম', গীতা বুক ষ্টোর, ১৯৮২, লাঃ ৭১-৭৬

মীখা পোল্লবা জাতি অমগী পুন্সিদা অচৌবা অহোংবা অমা লাক্খিবগী মশক অসি বিনোদিনীগী 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী'দা য়াম্না নীংথিনা থেংনরি। জাতিগী নীংতম্বা মাঙখ্রবা মণিপুর জাতিমচা য়েরুমগী খুবামন্নুংদা তাখিবা অমদি অনৌবা য়াওল অসিদা পুন্সি কন্নানা মীখা পোল্লা হিংখিবা মশক অত্তনি। লৈবাক্কী য়াইতোং খমদোংবা ওইবা, লৈবাক্কী থৌগায় কয়া মকোক থোংনা পুরম্বা নিংথৌমচা কয়া ফাঁসি সগাইদা কাখিবা অমদি পুন্সিগী লোই থাখিবগা লোয়ননা নীংতম্বগী নুংঙাইতবা ফিভমদা তারকখিবা শক্তম্ অইবী অসিনা য়েক্লি। নিংথৌমচাশিংগী লন-থুম লৌচা কয়া মাঙখ্রবদা লাইর অনং পুন্সিরক্তা তিল্লকপগী রারবা ফিভম কয়া মহাক্না য়েক্লি।

"মজাইরেম্মশিংগী মরক্তা ফিভম চাদবা য়াওরে। লান মতুংদা মরোং মরাং তোকখ্রবা খরদি চাক্না ফাওবা হৈকক য়াম্দুনা চাবা য়াওখি। য়াম্না রানা লৈরে—লাইরেম্না লফুং কাহুনা শিবগী রাফম্নি।"[১]

অতুমকপু বৃটিশনা মণিপুর খুহুন চনখিবগা লোয়ননা য়াইতোং-খমদোংবা কয়াগী লন-থুম লোকহল্লবসু মীচম প্রজা কয়াগী সমদা অচৌবা অহোংবা কয়া পীখিদবদি নত্তে। অদুবু মীখা পোল্লবা জাতি অদনা ফংফম থোকপা অরাবা কয়া অদুদি কংদবা য়াখিদে। রাজনীতিগী অহোংবনা অর্থনীতিদা পীরকফম থোকপা চৈংথং অমমক তাংকক অসিদা লৈখিবনি।

অসিগুম্বা মফম মতমগী মতুংইন্না থোক্লিবা অহোংবা কয়া অসিনা মণিপুর সমাজবু তাংকক কয়াদা হেংংহনখিবসি ঐখোয়না থেনবুনা লাক্লি। সমাজগী মনুংদা পোক্লরুবা অইবশিংগী মফমদা থৌদোকশিং

১। বিনোদিনী দেবী, 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী', মশামক ১৯৭৬, লাঃ ১৩৯

অসিগী মমি তাখিবনা মখোয়গী থুংই কয়াদসু হায়রিবা অহোংবা কয়া অসিগী শক্তম থেংনবা তাখি। উপন্যাসকার কয়ানা রাখল অসিবু লৌশিন্দুনা মখোয়গী উপন্যাসতা পামজবা মায়কৈ কয়াদগী শক্তম কয়া য়েকথোকপনি।

য়াম্না হেন্না ইনাকখুনবা অমদি য়াম্না হেন্না লাইরবা পাক শন্না লৈবা মণিপুর সমাজ নত্তে। লৈমনবদগী তুম্বা য়াদবা নত্রগা লৈমন্দ-বদগী চরা কয়া হেনবদগী পোৎথাফম খঙদবা মীওই লত্তে হায়বা য়াই। অদুবু অতৈ লমগী সমাজশিংগী ফীভমগা চাংদমনবদা চাং হন্থনা লৈরবসু লাইরবা ইনাকখুনবা অনীমক লৈ। মরক অসিদা অনীশুবা থাক ওইনা লৌনরিবা মচীঞ্জাক চাব হায়বদি মমাই ওইবা থাক্কী মীওইসু লৈরি। মণিপুরদদি থাক অসিগী মাওইনা নয়া লৈ হায়বা য়াই। হায়রিবা থাক অসিগী পুন্সিদা শেল থুমং ফীভমনা পুরকপা অওনবা কয়া পাক শন্না শীংথাবগী তঙা মণিপুরী উপন্যাসক রশিংনা নান্থোকহন্দে। অইবশিংদা অর্থনীতিগী ওইবা চেতনা অমনি।

## সংস্কৃতিনা পুরকপা অওনবা :—

মীওইবগী পুন্সিদা নাং হায়বদি সংস্কৃতি হায়বসিগী চাউরবা থৌদাং লৈ। নাং হায়বদি লোনচং হায়বনি। মীওই কাংলুপ অমগী পোকপদগী শিবফাওবগী লম্বেলদা থেংনরিবা মান্নবা মখলগী সংস্কারশিং পুন্নমক কোনশিল্লগা নাং হায়বসিদা থম্বা য়াই। ময়েক্কীদি পোকপদগী শিব-ফাওবদা থাংলিবা খোঙথাং পুন্নমমক নাংকী ওইবা লিচত্তা থোকপনি। অদুবু খরা পীবশিল্লকপা অর্থদা নাং হায়রগা খঙনরিবা লমদাং অসিদা চঙলক্লিবসি বুমৈ ফিয়েং, ধর্ম্ম-বর্ম্ম, চাকচা-ঈথক ফিজেৎ-চাকচা, হৌন-লোনচং, থাজনবী অমদি রাজং শাঙাংনচিংবা অসিনি।

মণিপুরী সমাজদা মশাগী ওইবা নাং লৈজে। সমাজ অসিগী তোপ তোপ তারবা মশক নাং অসিদা উংলি। লোল্লিবা লোল,

ঙাংলিবা রাঙাং, অমদি মনুং অমসুং মপান্দা ফোংনা অমদি ফোংদোক্তনা লৈবা চৎনবী কয়া মৈহৌরোন্দগী হৌনা লৈরক্লি। লম অসিগী তোপ তোপ তারবা মশক নাং অসিনা উৎপগুম, নাং অসিনসু লমদম অসিগী সমাজবু মশক তাকই। লাইনিং-লাইশোনগী মতাংদা হিন্দু লিচৎকী মওং সমাজ অসিদা পী অদুবু ভারতকী অতৈ লমদা চৎনরিবা হিন্দু লিচৎকী মওংগা লম অসিগী সমাজদা লৈরিবা মওংগা ময়েক শেংনা খেন্নৈ।

কমলগী 'মাধবী' উপন্যাসতা লাইরিক লাইশু তম্বগী হায়বদি নোংচুপ-লোমগী মহৈ মশং তগী মঙাল অমা উই। মহৈ মশিংনা পুরকপা অওনবা কয়াগী মথক্তা সংস্কৃতিগী ওইবা মফম মতমগী মখা পোনবা থৌদোক রাথোক কয়া শিংথাবা থেংনৈ। 'অঙকপা লুহোংবা' হায়বা পন্দুপতা মফম অমত্তদা মাগুপ অমত্তদা লুহোংবা অনা নিয়ম নাইনা পাংথোকখি। মসিগা ঈরোইনবা রাজবংশ ওইবা বীরেন্না মাগী মচল মুপী থম্বালসনাবু মাগী মরূপ শশীদা কৈন্যাদান তৌখি। অম্মন্না মফম অমত্তদা লুহোংবা অহুম পাংথোকখি হায়বা যাই মফম অমত্তদা নোংমতদা লুহোংবা অহুম থোকবা উরবদা খ্বাই পুন্নমক চপমান্ননা মুংঙাইখি অমসুং মী খুদিংমক লুহোংবা অহুমগী দক্ষিনা অহুন্নক হন্না ফংহুনা যাম্না থাগৎনখি। পুরিং ঠাকুরসু দক্ষিনা শোয়বদি থমবু থমগ্রহুনা অহুন্নক হন্না ফংলবদা মুপা ঐনা তৌবা থবকপু শোয়বা হৌনরা হায়হুনা যাম্না হরাওখি।[১]

মাধবীদা পল্লিবা লুহোংবগী মশক অসি হিন্দু শাস্ত্রনা যারবা নক্ত্রগা লাচন্দুবা থন্নবা লুহোংবগী মখল নিপালগী মন্নুংদা মখল অহুমখক তশেং তশেংনা উবা ফংই। 'মাধাবী'গী লুহোংবা অহুম অসি অমত্তা মান্নদে। মান্নদবা মওং অহুমখক মফম মতম অমত্তদা থোকপনি। 'অঙকপা লুহোংবা' হায়না অইবনা থোনবা মতা চারি।

---

১ | কমল, 'মাধবী' গোভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা নম্বা, ১৯৬৭, লাঃ ১১৮

বেদনগী লীচং অসি লৈত্রিবৈদা লুহোংবা হায়বা সংস্থান অসি মণিপুরী সমাজদা লৈরবগি অতুবু হান্নগী লৈরম্বা মওং অতু নত্তবা মখলশিং ১ লাকে।

সংস্কৃতিগী ওইবা ফিজেৎ চাকচাদস্থু অওনবা লাকই। মণিপুরী নুপীশিংনা কনেক শেৎলম্মী হৌজিক ফাওবা শেংলি। অওনবা থোইনা লৈতে। অতুবু নুপাগী মতাংদদি অওনবা কয় মথং মথং লাকখ্রে অমসুং লাকলি। মতম খরগী মমাংদা চাওরাক্লা চহি য়াথৈ (৫০) মুক্তী মমাংদা নুপাশিং পাকতকনা ফৈজোম শেৎলম্মী। য়ুন্দা লৈবা মতমদা খুদৈ শেৎলি। চংথোক খোংতোরকপা মীরক তিল্লকপা মতমদদি ফৈজোম অসি তণাইমক ফদনা চংনবী ওইনা শেৎলম্মী। 'মাধবী' উপন্যাসতা চীঙোই বারুনী খুরুম্বা চংনবশিংগী দৃশ্য উরগা ফৈজোমগী রাকম অসি ঙশেংনা থংবা ঙমই। কমলনা শিংথারমই। 'অনংবা হুপ্পা কুপ্লবা পাৎ, লোকৃগী থাক থাক নাইবা চেন্তরক্লিবা ঈশিং ঈশেল মচী মচী খুদিংদা বসন্ত

১। B. K., Barua

Among Social institutions that of marriage is in many ways, the most important. The Hindu Sastras, recognised eight modes of marriage. They are (i) Raksasa or Ksatra Vivaha, where the bride is carried off by force, (ii) paisaca, a secret elopment, (iii) gandharva, a secret informal union by copulation; (iv) Asura, acquirement by purchase: (v) brahma, where the bride is freely given to a worthy bridegroom with due ceremony; (vi) daiva where she is married to a priest: (vii) arsa, in which the bride's father, in giving her away receives from the bridegroom a formal gift of a pair of oxen: and (viii) kaya or prajapatya in which the proposal, comes from the side of the bridegroom.

'A Cultural History of Assam', vol. (I), K. K. Barooah, Newgong Assam, First Ed. 1951, p. 116

হৌগৎলকপগী নৌনা য়েন্নিং হুল্লক্লবা থৌবাং হৈমৌনচিংবা উপাল লৈমাই-থক্তা মেম্না মেন্না হৌরিবা লৈবাক্কে কোম্বীরৈ, লম্মৈ চাকথরবগী তুংদা ইনৌ নৌনা চোংথৎলকপা অশংবা হানৌ মরক্তা উথুম্না 'তুম তুম' খোংলক্লিবা, মুংশিংনা লিরি লিরি শিৎলকপদা থর থর হাই-হুমহুনা লেঙ লেঙ চৎপগুম্না উরিবা চৌংমাইখক্তা হৌরিবা হাউনা, দৃশ্য পুম্নমক অসিনা বীরেনগী পুক্লিংদা মুংঙাইবগী মহুত্তা অয়াবা হাপকংথরে। অমুম তৌনা মাইথোং লাংশিন্না তুমিন্না চৎলকপদা খঙহৌদনা ফৈজোমগী মচী থরদা তিংখংনা পনথরে।"[১]

মুপাশিংনা শেৎলম্বা ফৈজোম অসি অনৌবা মতম লাকপদা খোঙ-গ্রাওনা শিনগ্রে। মরম কয়ামুক লৈবা য়াই, তৌবদবু খোঙগ্রাও হায়বা মচল অসিনা মুপা ময়ামগী ওইবা চৎনরবা অমদি থোইদোকপা রাহৌ-দোক য়াওদবা ফিজেং ওইররে। পাচাগী 'না তাথীবা অহল অমা' উপন্যাসতা য়াম্না শন্না ময়ামগী ওইবা মওংদা শিংথারকই।

"ঐহাক মাংনা শংশং উবি মহাক্না কোলেজ তম্লিঙৈহুদা মহাক্না শেৎ-চাখিবা ফিরোলশিং। অমনবা ফৈজোম অমা অহুগা লুই অমা। ঐশু থনখ খোংগাও অমতং পীসিরা শেংলু হায়হুনা, অহুবু মাগী থমোইমুংদা তুংহুনা লৈনিবা অখাবা মরিংজেন্দুদা করেম্নবা তারগনি খন্দুনা নোংমতম্সু রাকমহু ঐ, মঙোন্দা হৌদোকখিদে।[২]

চাকচা য়ুথক্কী মতাংদস্মু মণিপুরী উপন্যাসশিংদ' অওনবা ময়াম থেংনৈ। মণিপুরগী ওইবা তোপ তোপ তাবা পোৎলমগী মমি তাবগী মওং উই। শীতলজিৎ, থোইবী, গুণ অমদি বীনোদিনীনচিংবগী উপন্যাসশিংদা লমদম অসিগী ওইবা চিঙ্গাক ময়েক শেংনা শিংথাই। থোং-থাকপা অমদি

১ | কমল, 'মাধবী' গোভর্নমেণ্ট লাইব্রেরী ৮ শুবা নম্বা, ১৯৬৭ লাঃ ৯।

২ | পাচা, 'না তাথীবা অহল অমা', গীতা বুক ষ্টোর, ২ বা থুংনম ১৯৮২, লাঃ ৫০।

চাবগী মওং ফাওবা থোইবীগী রাধানচিংবা উপান্যাসশিংদা ময়েক শেংনা থেংনৈ। অপাল অপিলগী ওইবা চাবা থকপদা শিজিন্নবা হৌন লোনচংকী মমি বীনোদিনীগী অমদি শাওনজিংকী উপন্যাসশিংদা ময়েক শেংনা তাই। অসিগী ঈবোইননা ওল্লক্রিবা মতমগী সমাজদা মথল মখা কয়াগী অচা অথক শিজিন্নরকপগী মতাং শিংথারকপা উপন্যাসময়াম পোক্লকই। মমাংবৈগী মতমদা ময়ামগী ওইনা শিজিন্নরম্লবসু য়ু হায়রিবা নেশা অসি মণিপুরী সমাজনা বৈষ্ণব ধর্ম লৌরকপদগী হায়বদি ১৮ শুবা চহিচাগী তঙ্খায়দগী তোক্লগ্রবনি। মা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা শাশিং চাবা য়াদবগী ফিভম ময়েক শেংনা লৈখ্রবনি। হিন্দু ধর্ম্মগী বৈষ্ণবকী লিচৎ অসি ওসি ফাওবা লৈরি। মতমগী ওইন শাজা য়ুথক্কী রাফম য়াদবা ওইনা লেপনি অদুবু মাচাগী উপন্যাসশংদা অনৌবা যুগকী মণিপুরী সমাজদা লৈরিবা থাক কয়াগী শিংথাশংনা য়াদবা পোৎলমশিং অসি মপাঙ্হৌক্লা অমদি ইফোং ফোনবা শিজিন্নরকপগী ফিভম শিংথাবা থেংনৈ। অনৌবা চংনবী ওইনা লাকপা পার্টি হায়বনচিংবা থৌদোক থৌরম কয়াদদি য়াদবা পোৎলম শিজিনবশিংগী মমুংদা মুপীসু য়াওরকপা উৎলি। পাচাগী লোন্দাদা হায়বগা -

"য়ু থক্লবা! মৈরবাক!! মুপীশিং! মচুশু সনা লৈবাক, পারী-পুরী ঈরমদম- মৈরবাক্কী মুপীশিং! য়ু থক্লবা! ফনেক খোইদোম শেং, কুমলং মাদা চিনবা নাংশিংলকইবনি নোংমা, নহান নোংমা অমা, পেনা তাবা পুবী। (মেনেজরনা) শকহেনবী মখোয় য়ু থক্লবা!! য়ু থক্লবা! [1]

মতম অসিগী সমাজদা অনৌবা মওংগী সংস্কৃতিগী মচেল অমগী ফলনি। পামদবা ফলনি। চন্না শেংনা লৈরম্বা সমাজ, মরু ওইনা মুপী সমাজ অসিগী

১। পাচা 'ইম্ফাল অমম্লং মাগী ঈশিং-মুংশিংকী ফীভম,' পাসস পব্লিকেশ, ইম্ফাল, অহানবা, ১৯৭২ লাঃ ২৯।

মফম মতাং শরুদা ফল অসি তাররে হায়না পাচানা উৎপনি। নোং-পোকলম অসিদা নোংচুপলোমগী ইথিল অমনি। অওনবনি। পামদবা মওংনি হায়বগী খোঞ্জেল অমা পাচাগী মফোঙদোক্তা উরি।

মণিপুরী সমাজদা পুন্না লৈরিবা চাংগী মীওইশিংদা খৃষ্টান ধর্ম চঙলকপদগী ওল্লক্লিবা মওং কয়াসু উপন্যাসকারশিংনা শিংথাই। মসিগী হীরোইননা লাইশঙদা থবক তৌবা মীওইশিংগী পুন্সিদা লাকপা অওনবা কয়াসু অইবশিংনা শিংথারমই। অপাম্বা কয়া য়াওই। আদর্শগী থাক্তা লৈবনি অহুগা পামথিবা কয়া অমদি পামদবা কয়া অমসু অইবগী কলম্না য়েক্লকপা থেংনৈ। যথার্থগী ফিভমদা লৈবনি।

অসিগুম্বা লেপ্তনা চেন্থরক্লিবা সংস্কৃতিগী ঈচেলদা অনৌবা অওনবা কয়া পুরকপা থেংনৈ। নাৎ হায়বসিনা লন্নাইগী অমদি অপুনবা পুন্সিদা মশক খোকপা শাফু হেক হেক পী। শাফুশিং অসিনা মতম কুইরক্লগা সমাজগী পুন্সিদা ভঙাই ফদনা অওনবা কয়া অমা সমাজনা খঙনা নত্রগা খঙদনা শাগোন্নরকই। সংস্কৃতি হায়বদি নাৎ অসি শন্না হায়রবদা কাঙলুপ অমগী অপুনবা পুন্সিবু শাগৎপদা চঙদবা য়াম্রবা কায়াৎ ওইনা লৈ। উপন্যাস হায়বাসিমক্তগী মীওইবগী লন্নাইগী অমদি অপুনবগী পুন্সিগী অপাম্বনা মরি লৈনৈ।

পুন্সি অসিমক কলাগী লায়ুমদা য়েকপা পোথোকনি। অহুনা উপ-ন্যাসতা সংস্কৃতিগী মশক শোয়দনমক থেংনবা তাবনি। মণিপুরী উপন্যাসতা সংস্কৃতিনা পীরকপা ইথিলদগী ওল্লকপা শক্তম উবা পুন্সিগী মতাং মতাং অমদি মফম মফমগী ওইনা শোয়দনমক থেংনৈ। সংস্কৃতিনা ওলহনবা পুন্সিগী লমদাংনি হায়না লৌবা তাই। উপন্যাস অসিনা কন্না য়েক্লিবসি মীওইবগী পুন্সিনি। পুন্সি অসিদা মীওইবগী পোকপদগী শিবা ফাওবগী লোয়নবা শিরবা মকুংগী লোনচৎ কয়া অমসু য়াওরি। চঙদবা য়াম্রবা

মচল ঙাক্তনি। মচলশিং অসি উপন্যাসকারগী মশাদা য়াওরি। মতাক্না ইথোরকপা খুদিংদা মশাদা য়াওরিবা মচলশিং অসি, অপানবা খল্লুবা তৌদ্রবস্থু, মথন্নতা য়াওজরকপনি। মণিপুরী উপন্যাসকারশিংনা মণিপুরীগী নাৎ ময়েক শেংনা য়েকই। য়েকলকপা মতমদা মতম মতমগী অমদি মতাং মতাংগী ওইনা ওল্লকপা কয়াম্থু অহম্মক য়ওরকপা মশানা তাবনি। উপন্যাসকার কমলগী 'মাধবী'দগী পাচানা উপন্যাসশিং ফাওবদা নাংকী ওল্লক্লিবা পরাং অমা উরি। পরাং অসিদা মণিপূরী জাতিগী তাংথক নাইনা নাইনা ওল্লকপা পুন্সিগী মশক অমা তশেংনা য়াওরি। নাংনা পুরকপা অওনবনি।

অহুমগুবা শরূক

## উপন্যাসতা সামাজিক চেতনা

সমাজগীদমক মীওইবনা সাহিত্যবু শেম্বনি। মীংয়েং অসিদগী 'কলা খুদিংমক্কী পান্দমদি পুন্সিবু মওং অমদা ফজনবা শেমদোকপনি'[১] হায়বসি য়াম্না ময়েক শেংই। অমুকন্সু হকচিল্লা ভারতদি কলাগী পান্দম অসি অয়ান-খুভম ফংনবা অথোক্লবা লম্বীমক য়োনা চেংনা থাজনৈ।

In India, the ultimate aim of life is release (Moksa), and art is one means of attaining this aim.[২]

অচৌবা উপন্যাসকারশিংগী রাখল, মীংয়েং, পান্দম হায়বসিমক্তবু অচম্বা মীওই-শিংদগী য়াম্না হেন্না পাক চাউই। লোয়নন্না মখোয়না সমাজদগী লৌশিনবা ওম্বা রাখলশিং অমদি মচাকশিংস্থু য়াম্না হকচিল্লি। তশেংনমক উপন্যাস-কারশিংগা অচম্বা মীওইশিংগা অনীগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবা হায়বসিস্থু উপন্যাসকারশিংনা সমাজগী মরমদা ফংলুরিবা ময়েক শেংলবা রাখলশিং অতুনি। মানা সমাজদগী ফংলুরিবা মচাকশিং অসিবু মফম অমস্তুং মতম-চানা শীজিন্নবা ওম্বসিনা মহাক্তা অচম্বা মীওইশিংদগী মথকথোংবা অমদি অথোইবা ওইরিবনি।

---

১। মণিহার, 'ঋতু', হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য, আশা অমস্থং শিংনবা, আর, কে, বিহুর, (সাম্পঃ) ৬০ শুবা চেফোঙ

২। **Stelle Kramresh, The Art of India, 'Tradition of Indian Sculpture' "Introduction", 1965**

অইবা খুদিংমক ধ্যানগী পাঙ্গলনা নত্রগা হাকথেংননা উরুবা সমাজগী শক্তমবু মচাক ওইনা লৌশিন্দুনা মখোয়না মীওইবদা পামজবা মচল কয়াগী খুৎশেমদা লাম্থোরকপা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি।

The novelist must deal with men in a specific place at a specific time, and the novelists, especially the greatest, have normally been acutely conscious of their time and qualities in it that appear to distinguish it from other times.[১]

শম্না হায়রবদা, উপন্যাসকার অমগী মায়পাকপা অমসুং মায়থীবা অসি মখোয়না ফংলুরিবা পুন্সিগী অনুভূতি (এক্সপেরিয়েন্স) গী পাঙ্গলগা লোয়ননা শাগৎলকপা পুন্সি অমদি সমাজগী শকয়েক অতুগী মশক লৈরবনি। অইবশিংগী মরক্তা অহকপা লৈরিবসি অমদি এখোয়না থাজবা অমা থমলুবসি মখোয়না ফংলিবা সমাজগী পাক-চাউরবা রাখল, মখোয়না খনজিল্লিবা লুথবা রাখলশিং লোয়ননা মখোয়না সমাজগীদমক খঙবা অচুম্বা রাখলগী মশকশিং অতুগীদমকনি। অতুমকপ উপন্যাসকারসু মীওইবনি, মীওইবগী অমদি সমাজগীদমক মখোয়না খঙবা অমদি থমজরিবা রাখলশিং অতু অচুম্বা পুন্সিগা তাইওন্নরকপদি যাই অতুবু মখোয়গী পামজবতু মসিনি হায়বসিমদি উৎলবনি।

অমরোমদা অমুক—অইবশিংনা মশা মশানা পোকলুরিবা অমদি চাউরক্লিবা সমাজগী ইথিলশিং অতু মখোয়না কুপশিন্না বিচার তৌই, লোয়ননা মখোয়না ফংলুবা অচুম্বা লম্বী অতুনা পান্দমফম ওইতুনা অমুক ভাবকশিংদা লাম্থোরকই। অতুব অইবা কাংলুপ থরদি মখোয়না সমাজগী মরমদা খল্লরিবা সমস্যা অমদি হাকথেংনরিবা অরা-মুংঙাইগী খাঙুং কয়া

১। Walter Allen, 'The English Novel', Penguin Books, Reprinted, 1970, p. 23.

হুংই। মসিমকসু মহাক্কা সমাজগী মরমদা খঙবা রাখলশিং অতুনি। মসিদি মতম মতমগী সমস্যাগীদমক্তা অচুম্বা লম্বী থিবনি, তৌবতবু অইবনা সমস্যাশিংবু লানখত্তুনা কোকহন্নবা লম্বীতমক থিবনি, মহাক্কা তাজবা লৈথায় অতুদি উংথোক্লমদবনি।

কমলনা মাগী 'মাধবী'দা মখল মথেলনা থল্লবা সমাজগী শক্তম অমদি সমস্যাশিংবু হাকথেংনকনবগ্গ মহাক্কা চেকশিন্না খঙথিবা সমস্যা সমাজ অমত্তগী মনুংদা হিংমিন্নরিবা মীওই পুন্সিশিংগী মরক্তা থোং মান্নদবা অমদি পুন্সিগী থেন্নরম্বা শক্তমশিংদগী পোকলকখিবা সমস্যাশিং অতুনি। ইনাকথুনবা থুংকন পাঙ্গনবা মীওইশিংনা চম্না হিংজরিবা, শান্তিগী মণ্ডলান্দা তাউজরিবা মীওই পুন্সিশিংদা কাইহৌবিরিবা অমদি মখোয়বু ওংনৈবীবদগী থোরকপা সমস্যাশিং অতুনি। সমাজগী মনুংদা হিংলিবা অচম্বা পুন্সিদা হিংবগী মমল লেপ্লিবা কাওলুপ অসিদা য়াইতোং খমদোংবশিংনা তত্তুনা কাইহৌই। লোয়নননা মখোয়বু তুহুংলবা অথুবা মীৎয়েংদা মুংঙাইবা থি; হন্না হন্না ওংপীরিবা মীওইশিংনা মমৈথংদা খাঙবা ওমদবদগী লালহৌরকই। মুক্তিগী লম্বী অমা তঙাইফদনা থীরকই। তুশেংনমক ওংনৈবনা লালহৌনবা মরুওইবা লম্বীনি[১] হায়বসি ময়েক শেংলকই। সমস্যা অমা কোকহনবা অতোপ্পা সমস্যা অমা লাকতবা য়াদে। মরমসিনা কমলনা ওংনবগী মায়োক্তা লালহৌত্তনা লমন থুমখিবা পুন্সিগী থৌরাং অতুবু অচুম্বনি হায়দুনা ময়েক শেংনা থৌগংলি। সমাজ অমগী য়াইফনবা মতম মতমগী মতুং ইন্না পায়থংফম থোকপা সমস্যাশিংগী মনুংদা হিংসা হায়বসিমু থাদোকপা য়াদে হায়বসি উৎলমই। য়াইতোং খমদোংবা পুন্সি কয়াগী মচুৎ শিন্দুন ভুবন অমদি ভুবন মপাগুম্বা মীওই

১। R. K. PRABHU & U. R. RAO. (Compiled and edited) "The Mind of Mahatma Gandhi" non-violence, Shantilal Harijivan Shah, Navajivan Press, Ahmedabad—14. 1969, P. 112,

পুন্সিশিংবু উপন্যাসকারনা শীজিন্নরম্মী। চমজরবা অদুগা মীপোৎ মীরনম্তু তোন্দবা মশাগী হুমাং মনলতনা ইংজরিবা পুন্সি কয়াগী শক্তম উৎপদা উরীরৈ অমদি নবীনগী পুন্সিবু নাম্থোরকই. লোয়ননা কাঙলুপ অনীসিগী মরক্তা থেঙ্গায়নবনা সমস্যা অসিগী মশক ওইখি। অদুবু অচম্বা মীৎয়েংদা খেংনরিবা সমস্যা অমদি মুক্কবা অসিতনা কমলনা পামজবা শক্তম, সমাজ অসিদগী ফংলুবা অমদি সমাজগীদমক খঙবা খ্বাইদগী হুকলবা মচাক হায়বদুদি ওইখিদে। থোং মান্নদ্রবা সমাজ অসিদা মশা মশাগী নুংঙাইবা থিরিবা, মসিগীদমক মীনুংশি থাদোক্লবা সমাজ অসিগীদমক খ্বাইদগী অথোইবা খুদলাইদি মশাগী ওইজবা থাদোকপা হায়বসিনি হায়বসি কমলনা চেৎনা থাজখি। সমাজগী সমস্যাশিং অসিবু কোকহন্নবা খ্বাইদগী অথোইবা লম্বীদি স্বার্থত্যাগ হায়বসিনি হায়না কমলনা লৌখি। মপুং ফাদ্রবা হৈজেং-হৈগাই ওইরবা সমাজ অসিগী শক্তম্না কমলবু পোথাহনখিদে। সমাজ অসিগী কান্নবা ওনজবা থৌদাং অমতংদা ওইরবস্তু মী ওইনা পোকলরবদি তৌফম খোকই হায়না থাজখি। মহাক্কী থাজবা পাউদম অসিবু সমাজ অসিদা য়েংশিনবা মীশক অমা থম্লকপদা মহাক্না মাধবী কৌবী নুপী মচা অসিদ খেংনখি। অসিগুম্বা লুয়্নবা পোৎলুম অসিমক শোল্লবী নুপীমচা অসিগী মখক্তা থোঙ্গৎলি, পোৎলুম অসিবু থোঙ্গৎলকপদা মাধবীনা—

'হে দয়াময় হুকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবী, পূক্নীংগী পাঙ্গল শোল্লবী, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্না য়োমহুনা পোক্লবী ঐঙোন্দা অন্ধবিশ্বাসনা কুপ্তুনা থল্লবা অমম্বা সমাজগী মখুংদা স্বার্থত্যাগকী মঙাল খজিক্তুং উৎননবা পাঙ্গল পীবিয়ু।'[১]

হায়না খাংঙমজ্রবা পোৎলুম অদুবু পুবা ওমজনবা ঈশ্বরদা চঙজবা

১। কমল, মাধবী', (মাধবী পুকচেল হোংবা), মণিপুর গভর্নমেণ্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৭, লাঃ ৫১

তারকখি। তশেংনমক কমল উপন্যাসকার অমা ওইনা লময়ামবা ওইবতা নত্তে সমাজগী মরমদা কুপশিন্না খঙবা অইবা ওইনা অনৌবা যুগকী লময়ানবা অমসুনি। হন্না হন্না মৈচঙলবা সনাগুম মচু মাঙবগী মহুৎ ময়েক লারবা শাবী শানৌগী নুংশি-নুংঙনবু কমলনা ইকাইখুম্নরবসু অসিগুম্বা পুন্সিগী শকউৎ অসিনা সমস্যানা থল্লবা সমাজ অসিগী অরাবা কোকইনবদি ওইথোক্কে হায়বসি চেৎনা থাজখি। তশেংনমক কমলনা রাখলগী অথৌবা মীৎয়েংনা মাঙদা তারিবা সমাজগী শক্তমবু মন্নুং থীৎনা উখি। মহাক্না চেকশিন্না শেমজখিবী মাধবীগী মীৎকী পিবু মহাক্না খন্দুনা থওইদবা তাখি। মরমসিনা মাধবীগী পুক্লিংগী লৈকোন্দা চেৎনা থাজখিবা লৈরাং মথন্তা কংবা তাখি; শেরেংনি—

"চন্দন পাম্বি কয়া কয়ানা,
চাঁং-মান নারক-শীংলক্তা
মাংগুম অরেম্বা উকং ওইনা,
পুক্লিং লৈকোলগী অথুপ্পদা,
থাজিবা লৈরা-হু চেকাশিন্না,
কংথ্রগনিদে। অরেম্বদা
পুক্লিং হুকচাংগা লোইননা
খঙহৌররোইদ্রে কনা মত্তা!"[১]

তশেংনমক মাধবী সমাজ অসিগীদমক পোকলকখিবনি। মদোম নুংশিবা নত্রগা শাবী শানৌগী মখেং নাইবা নুংশি-নুংঙনগীদমক্তা নত্তে। সমাজগী সমস্যা কয়াগীদমক মাধবীগী নুংশিবগী আশা থমোয়নুংদা কংখিবা তাখি। শন্না হায়রবদা কমলদি মহাক্কী মতমগী সমস্যানা থল্লবা সমাজবু চেকশিন্না উখিবনি অমদি মসিতনা অথোইবা আশা ওইখিবনি, শাবী

১। কমল, 'মাধবী', (অরোইবা শরুক) মণিপুর গভর্ণমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা কোঙবা, ১৯৬৭, লাঃ ৮৩

শামৌগী মুংশি মুংওন্না সমাজতুদগী হুকচিন্না উবা ওইথোকখিদে। অমতদা তুংশিন্দুনা থমলিবা মুংশিবদি অমাবগী মশক্কি পূম্নমকতা চপ মান্ননা মুংশিরবতদা সমাজগী য়াইফবা ওইগনি হায়বসি মাধবীগী মফমদা চেংনা ফাওহনখি। মসিগীদমক মাধবীন্না অমোবা লম্বী খিবা হৌরকখি। পূম্নমকপু মুংশিবা হায়বসিনা মুংশিবগী লমনশিংবনি হায়বা অরাংবা আদর্শসি উৎথোকখি। হায়খি—

'ঐগী মুংশিবা রাখল অসি মী অমতদা লেপতহুনা তাইবংপানবা পূম্নমক্তা চাইথোকপা ওন্নবদি অরাবা পূম্নমক কোককদবনিকো'[১]

অপাকপা মীৎয়েংদা মাধবীনা ঐ ঐগী ওইবা রাখলগী পনথৈ অচুগী রাংমদা মীৎয়েংফম থমতুনা মীওইবা সমাজগীদমক খনবা হায়বসি অচুম্বা থৌদাংনি হায়না লৌখি। মশাগী অরা মুংডাইববু থওইদনা অতোপ্পগী তেংবাংবনা পুন্সিগী অচুম্বা লম্বীনি অমদি সমাজদা লৈরিবা সমস্যাবু কোকহন্নবা শেংলবা থৌদাংনি হায়বসি চেৎনা থাজহুনা স্বার্থত্যাগকী শক্তম অসি লৌখিবনি। কমলনা উখি, পুকচেল পীরুবা মৈতৈ সমাজ, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্না কুপ্পবা মৈতৈ সমাজ, মশা মশাগীতা খন্নবা মৈতৈ সমাজ। খরা হেন্না পাকথোকপা মীৎয়েংদা য়েংখিবা কমলবু নীলকান্তনা নহা ওইবগী মতিক সমাজগীদমক খনখিবনি হায়না ফোঙদোকখিবসিঅচুম্বনি[২]

'তশেংনমক উপন্যাসকার কমলনা ঐ ঐগী ওইবা কুটিল ওইবা সমাজ অসিবু য়ানিংদে।'[৩] মসিগীদমক সংস্কার অমা তঙাইফদ্রে হায়না।

---

১। কমল, 'মাধবী,' (মাধবীগী পূকচেল হোংবা,) মণিপুর গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী ৮ শুবা ফোঙবা, ১৮৬৭, লাঃ ৫০

২। নীলকান্ত, 'হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য,' "রাম্রেং অথোম্বা", মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ৩ শুবা ফোঙবা, ১৯৭৩, লাঃ ১০৭

৩। ডাঃ বাসী, 'কৃষ্ণ চূড়াগী অঙাংবা মপাল', ট্রাইময়েং পব্লিকেশন, ১ বা ফোঙবা, ১৯৭৭, লাঃ ২৬

লৌথি। তাইবগী মপুংওইবা মীংয়েংদা স্বার্থত্যাগকী অচেৎপা রাখল অসিনা মাঙদা থম্লবস্থু অতোপ্পা সমস্যা কয়াগী মরমদস্থু মণিপুরগীদমক ইডুকেসন মপুংফাবা মঙালবু পুশিল্লকপা পামখি। থাইনগী থুন্নুংগী চান্নদ্রবা রাখলদা লৈশিন্দুনা লৈরিবা রাখলগী লাং মহাক্না থদংনবা হোংনখি। মাসিগীদমক অয়েৎপা কয়াগী মরক্তা মতম অতুগীদা মরিং মরাংনা লৌনবা লাইরিক-লাইশু তম্বগী শক্তম অমা বীরেন অমস্থুং ধীরেনগী মায়কৈদা পুশিল্লকখি। অতুবু অসিগুম্বা অনৌবা রাখল অসিবু মতম অতুদা কান্নদবনি থনবা রাখলবু থনবা অমনা অস্থুপ্না ফোঙদোকখি --

"কান্নবরোই লাইরিক তম্বা তোক্লো, থবক শিংনবনি, ঐখোয়গী তোমালস্থু চহি ৩ পুরা থবক মনা অমত্তা শুহন্দনা ইস্কুল তমহনববু পৈশা অমত্তা ফংদতুনা হৌজিক্তি তোকহনখ্রে।"[১]

অইবশিং অসিমক্তবু মহৌশানা য়াওল কয়া পুরকপা পামখি। মখোয়গী চিক্তা মপুংফাদ্রবা সমাজগী থৌদোক কয়ানা শন্দোক্তুনা লৈবনি। কমলগী মতমদা লৈরম্বা সমাজ অতুমক অন্ধবিশ্বাসনা কুপ্লবা সমাজনি। অরানবা থাজবা কয়াগী রাখলদা অচুম্বা কয়াবু শন্দোকপা তারকই। অসিগুম্বা রাখলশিং অসিগী মায়োক্তা কমলনা লেপখি। ইচম চম্বা লমচৎ, রাজেন কবিরাজ ফাওবা রাখল অসিগী তায়োন্নবদা পুরক্তুনা উরীরৈ মমাগী থরাই কনখি। অচুম্বা মশক থঙবা হায়বসি কমলনা মতম চুপ্পদা পামখিবগী খুদম ওইনখি। অনৌবা যুগকী রাখলগী মমি কয়া রাজেন কবিরাজগী মফমদা তাবত্তা নত্তনা মঙোন্দা মীওইবগী সেবাগী রাখলস্থু ময়েক শেংনা য়াওরি। মরমদি উরীরৈ মমাবু চিতাথক্তগী

১। কমল, 'মাধবী' (থৗরাং), মণিপুর গোভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৭, লাঃ ৩

লৌথতুনা লায়েংখি অমদি তমথীরবা মনপ্যুগী মখুত্তগী কন্নবা লোত্তুনা থমখি। লোয়ননা কমন্না সংস্কৃতিগী মচল কয়াবু য়াম্না পামজনা লৌশিন্দুনা তাংকক খরদা শংথাই। জাতিসিগী লুহোংবগী থৌদোক্তা মহাক্কী অপেনবা নৈ। রাজেন কবিরাজগী শুমাংদা থোকখিবা লুহোংবগী থৌদোক্তা জাতিসিগী হিন্দু ধর্মগী মখক্তা লুংশিন্নবা সংস্কৃতিগী শক্তম উবা ফংই। মসিমক লেমজনফম ওইবনা পুন্সিগী মরুওইবা তাংকক অমমম কমলনা শংথাখি। মসিগুম্বা সংস্কৃতিগী মচলশিংসি ধর্মগী রাখলনা চুশিননদুনা লৈরবা (চীঙ্গোই বারুনী'গ থৌদোক্তা শাবী শানৌশিংগী পুন্সিগী হক্লবা তাংকক অমা ওইথ্রবস্তু সংস্কৃতিগী মচু অমা ওইনা তিনশিনথ্রবা থৌদোকনি হায়বসি কমলগী খুৎফেংদোক্না অহুমক তাকই। মীৎয়েং অসোমদা উপন্যাসকার অসিনা মণিপুরী জাতিগী সংস্কৃতিগী ফজরবা মশক কয়াদা অপেনবা থমজখি হায়বসি য়াম্নমক ময়েক শেংথ্রবনি। মশাগী সংস্কৃতিবু লুনা চান্না তৌজখিবা অইবনি।)

সমাজ হায়বসি মখল মথেলনি। অদুবু লাইরবা ইনাকখুনবা অন্নীগী মরক্তা লৈরিবা কা হেন্না খেন্নবা পুন্সিগী মশক অদুবু কমলনা কন্না য়ানিংখিদে। ইনাকখুনবা শেঙ্গাও পায়বশিংনা মীনাই মীশনগা লোয়ননা তৌওমদবা কয়াবু পাওথে তুনা হাইনা। হুম্না পাল্লিবা শক্তম অহু ধনঞ্জয়গী পুন্সিরোমদগী উৎথোরকই। অসিগুম্বা পুন্সিশিংনা অচাউবম অমদি শক্তি তানবদা চম্না হিংজবা পুন্সি কয়াগী শান্তিগী লম্বী মাওনবসি নবীনচন্দ্রগী কমুংদা ওইখিবা পুন্সিগী ফিভমনা উৎলি। লাইরবনা পৎ তৎলবস্তু নবীনদি পুন্সিগী নমথাক তৌবগী রাখল খনখিদে। হুমাংমলনতা লেপকনি হায়বগী অচেৎপা রাখলগা লোয়ননা মীরৈবাক্তা লন তানবা চংখি। কমলগী রাখলদা মোং হান্দ্রবা নবীনগী পুন্সিদা থাজবা থমখি। মহাক্কী রূপা পাতশিংগী মমুংদা খ্বাইদগী থৌনা কবা মীশক ওইখি। মহাক্কী লমন মখুমবু কমলনা থাগৎখিবা অসিনা

তঙাইফত্রবদি সমাজ অমবু য়াইফনস; হিংসা হায়বসি তৌফম থোকই হায়বসি উংলি। অতুবু সমাজ দমক খঙ্গথিবা কমলন। হিংসাগী মমলনা অহিং-সাদগী হেল্লি হায়না লৌথিবদি নাত্তে মপুঙফাত্রবা সমাজ অসিগীদমক তঙাইফদবা তাঙ্গা লাকই হায়বসি উংখিবদনি। অশেংনমক অহিংসানা অথোইবা ধর্ম ওইরবসু সমাজ অসিনা মপুঙফাদবনা হিংসা হায়বসিসু থোক্কবা য়াদে।[১] মরমসিনা খাঙবগী পাম্বং য়োরবদা খাংঙমদবা মৈগী চীং পোকখায়রক্তুনা নবীননা ধনঞ্জয়বু হাত্তুনা লমন থুমথিবনি।

উপন্যাসকার চাউবগীদি মতৌ জাতিগী হৌখ্রবা পুন্সিগী চীং লেমজবা শক্তম্না অচেৎপা থাজবা থমওয়গী এক মহাক্না উপন্যাসকীদমক খঙ্গথিবা সমাজগী শক্তমবু হৌখ্রবা মতমগী সমাজগী শক্তম অমনা ওইখি। অতু-মকপু অইবা অনীনা হৌখ্রবা সমাজ অতুগী পনখৈদগী অপাম পামদগী মচনশিংবু কুপ্পা পুথোক্তুনা উৎথোকখিবদি তৌখিদে। চীং-লেমজরবা, হনবা নাইত্রবা থৌনা লোয়নননা নিংথৌ মচাশিংগী হায়খ্রবা রা হোংবা নাইত্রবা শক্তম অমদি হনবা নাইত্রবা মচিং মশোনদগী থোরকপা থেং-গায়নবশিং অতুনা হেন্না হক্না লৌখি। শম্না হায়রবদা হৌখ্রবা ইতিহাসকী চীং লেম্নবা সমাজ অমদা কাওথোং চাইবগী মুংঙাইত্রবা শক্তম অমা পুশিল্লকখিবসি অখন্নবা মীশক খরতগী মচিং মশোনদগী থোরকপা থোদোক ওইখি। মাঙ তাক্লবা, পুন্সি কয়াগী তাক্লফম ওইরবা লানফম অসিগী হৌরকফম নিংথৌ মচাশিংগী করিস্নু লৈত্তবা মুক্লবা অমদগী ওইখিবসিমক মুংঙাইতবা থৌদোক্লি। অপিকপা মৈরিক অমনা মৈরাইত্নুনা মপাল

১। Dr. Radhakrishnan, "Religions, however, how exalted non-violence as the supreme virtue, and acquired in voilence on account of human imperfection."—

"War and Non-violence", Religion and Society, George Allen and Unwin Co, New York, 1965, p. 20

মাইক্রবা পুন্সি অমদি আশা কয়াগী তাক্লকম ওইবসি চাউবনা নীংথিনা উঙলি। মণিপুর জাতিগী লেমজনফম ওইরবা হৌথ্রবা পুন্সিদা শেল-ছৌত্রবা মীকুপ্পুগী নম্রপা অয়ানবদগী হায়থ্রবা রা ঙাকপনা হেন্না হক্লা লৌরকদগী মুংঙাইতবা সমস্যা কয়া লাকখিবসিবু চাউবনা মরু ওইবা থিম ওইনা লৌশিনখি। উপন্যাসকার অসিনা অসিগুম্বা থেঙ্গায়নবা অমদি মাঙন-তাক্লবা থৌদোকশিং অসিদা পেন্দবা ফোঙদোকথ্রবসু মহাক্না হৌথ্রবা মতমগী সমাজগী শক্তম কয়াবু পুথোক্তুনা পামজবা মীয়েৎনা য়েংজখি। লোয়ননা অপাবশিংদা হৌথ্রবা পুন্সিগী শক্তমবু লেন্নহুনা লানথোকখি। মৈদিংগু খাগেম্বগী মতম হায়বসিমক জাতি অসিগী ইতিহাসতা কাউঙমদ্রবা তাংককনি। চাউখৎপগী অকন-অথৌগী, লৈবাক ঙাকলোন কয়াগী শক্তমদা তত্তনা শীংথানরিবনি। উপন্যাসকার অসিদি জাতিসিগী অরিবা মতমবু য়ান্না মুংশিজবা অমদি হৌথ্রবা পুন্সিগী ফিদমদা অচেৎপা থাজবা থমজরকপনি। মহাক্কী ধ্যানগী পাঙন্না হৌথ্রবা জাতিগী সমাজবু চিংশিনখি। লোয়ননা ফিদমগী শক্তমগা লোয়ননা উৎথোক্লবা হোৎনখি। লৈবাক নিংথৌ পানবগী মথল মথেলগী ওইবা কাঙলোন্দা চাউখৎ থোঙথাংগীদমক হোৎনরম্বশিং থেংনৈ। শাফম লানফমগী মতম চুপ্পদা শেম শাদুনা লৈরম্বা লোয়ননা য়ান্না হৈ-শিংলগনা মতিক চাউরবা খাগীবু মপুঙফানা মাঙথীবা পীবা ঙমখি।[১] নিপা খুদিংমক লালোয়নি লাল গোঙফমদা পুন্সিগী লেঙদবা লমীনি[২] হায়বা রাফম অসিমক চাউবনা য়ান্না ময়েক শেংনা উৎথোক্লি। শাফম লানফমগী হৈশিংবসিতনা পীক্লবা মশিং য়ামদ্রবা জাতি অসিনা মতমচুপ্পদা নীংতম্বগী মুংঙাইবহ

১। খ্বাইরাকপম চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা', গৌরহরি খ্বাইরাকপা, ২ শুবা থুৎনম ১৯৭০, লাঃ ১৮

২। মীনকেতন সিংহ, 'রারেং পরেং', (মণিপুরী লোক সাহিত্য) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১৯৫০, লাঃ ২৮

ফংতুনা লৈরকপনি হায়বসি উৎংনি। অশেংনমক শাফম লানফমনা য়াম্না মরু ওইনা লৌগ্রব শৌগ্রবা সমাজ অদুবু উপন্যাসকারনা মীংশিংই লেমজনকমনি হায়না লৌই।

চাউবনা অহিংসাবু ফনমক ইকাইখুম্নরবসু মণিপুরী সমাজবু য়োক্ল-বগীদমক নীংতম্ববু কন্নবগীদমক লাল হায়বসি থৌনা ফনা শোক্লবা তাই হায়বসি থাজখি। অশেংনমক মণিপুরী জাতি শা-লাল য়াম্না পাম্বা পামদবসু য়াদ্রবা জাতিনি[১] হায়বসি উপন্যাসকার চাউবনা ময়েক শেংনা উৎখি। থৌনা ফরবা জাতি অসিগী পুন্সিবু 'থৌনাগা শাগোন্ননা পোকপা, থৌনা শাগোন্ননা হিংবা, থৌনা শাগোন্ননা শিবা'[২] হায়না মীনকেতননা শীংথাবা অসিনা ময়েক লানা উৎলবনি। অশেংনমক মতমতুগী সমাজ অথৌবশিংগী সমাজনি হায়বসিদি ময়েক শেংলবনি। জাতি অসিগীদমক সমাজ অসিগীদমক মশা মশাগী পুন্সিগী মমলদি ওয়াংনা লৌনবা জাতিনি।

ধর্মগী, লালগী, লুংশিবগী মশক কয়া য়েকখিবা উপন্যাসকারনা তাংকক কয়াদা সমাজগী মচলশিং অমদি থৌদোক রাথোক, থাজবী কয়াবুসু য়েক্লবা হোৎনখি। অন্ধবিশ্বাসকী ওইবা থাজনবী কয়াসি মমংঙৈদগী হৌনা লৈরক্লনি। খাগেম্বা হাক্তক্তা চৎনবী অসি অদুমক থেংনম্নি। মাইবীগী লাইপাউ য়াম্না হকচিন্না লৌনরম্মী। মসিবু অচুম্বনি হায়নসি অইবা অসিনা উৎথোক্লি। লতাম্না মগুংলাংগী লৈবাক কায়বগী মরু হুনগনি[২] হায়বগী মাইবীগী লাইফাও অসিমক মমৈদা অচুম্বা ওইনা

১। রাজ্ঞেংকম যুমজাও, 'মণিপুর ইতিহাস', (মংতিজনদা য়াদনা রা থবা) ১বা পন্দুপ, ১৯৫০, লাঃ ৭।

২। মানকেতন, 'মৈতৈ উপন্যাস', লায়োল অহানবা, সৌম্যবস্তু অশাংবম, ১৯৫০,

নিংথৌ অমদি অঙম্বশিংনা পূক্নিং চঙলম্বা নিংথৌ সভাদা চাওখৎ থৌ-রাংগীদমক কুপ্না খল্লম্বগী শক্তম উবা ফংই। লম্বী থোঙ শেমগৎ-শাগংপদা নিংথৌনা পূক্নিং চঙই তোঙান তোঙানবা মীশক কয়াদা মতিকচাবা মফম শিন্নৈ। শম্না হায়রবদা খাগেম্বা মতমগী সমাজ য়াম্না চেকশিন্না অমদি মায়কৈ খুদিংদা চাওখৎলম্বা তমজনফম ওইরবা সমাজনি হায়বসি উপন্যাসকার অসিনা উৎলি।

হৌখ্রবা সমাজবু লাকশিন্দুনা চাউবনা শেমজবা অতুগী ওন্নবদা অঙাংহল্লনা মশামক্না শক্লক য়ারিবা মৈতৈ সমাজদা অমদি লেংগা লেংগা থৈনতুনা হিংলিবা মণিপুরী পাঙলশিংগী সমাজ অনৌগী শক্তমদা লৈরিবা শন্নবা ঙমখ্রবা মশক অতুদা হেন্না পূক্নিং থিংজিনখি। নক্না তান্নরবা সমাজ অনৌগী মরকত্তা লৈরিবা ফজ্রবা চৎনবীগী পল অতুবু থুগায়নবা অইবা অসিনা লম্বী থিগে হোৎনখি। মরমসিনা মহাক্না কুঞ্জো অমসুং জহেরা অনৌগী পুন্সিগী অকোইবদা মতম অতুগী চৎনবী কয়া লোয়ননা চৎনবীশিং অতুগী মমুংদা চেৎশিন্না য়েকখি। চৎনবী কয়াসিনা মীওইবগী শেংলবা আশাবু শুদৎতুনা থম্বীব অমদি থমোয়গী অচুম্বা শক্তমবু নমথতুনা খাঙত্তুথক্তো মাওহল্লিবা মুংঙাইত্তবা শক্তমসিনা অঙাংহলদা অকনবা ইথিল ওইখি। মসিবু তেমথোক্লবা মহাক্না লম্বী অমা থীরকপদা মুংশিবা হায়বা পোৎশক অসিবু খুতুম চেংনা পায়তুনা ফজ্রবা চৎনবীগী পল অসিবু য়ানথংনবা হোৎনখি। অতুবু মতমগী তমথীরবা মুংশিংনা সমাজগী য়াক্লবা মীনোক্না লোয়ননা মানুংশি খঙদ্রবা, অচুম্ববু চন্নফম পীদ্রবা মতম অতুগী হিন্দু সমাজগা শীংনবগা পাঙল লোইশিললক্লুনা অঙাংহল মনীংদা হুন্দোকখি। অতুবু মহাক্না ফংলুরিবা রাথেল কয়াগী হৌরকফম ওইরিবা মতম অতুগী সমাজগা মশক অসিবুদি অঙাংহল্লনা ময়েক শেংনা উৎখি। লেংগা লেংগা ডানংনা পানমিন্নরিবা হিন্দু অমসুং মুসলিম সমাজ অনৌমক্না মশকপু চপ চানা য়েকথোক্লবা লাক্লখি।

মুংশিবা হায়বা পোৎশক অসিদা অচেৎপা থুক্কিং থিংজিন্নুনা অত্তুগুম্বা কুংশিবা শাজং অমদি থৌদোকশিংনা শাগোন্নবা চৎনবী কুয়া অমদি পুন্সি কয়াগী মশকপু শাগৎথবসু অঙাংহল সুম্মাজব্ শেগ্দোক্পা পামজবা মীশক অমনি। মীওইবগী শেংলবা থমোয়গী লৌচিংদা জাতি-বিজাতিগী চৈথলনা অপানবা পীফম লৈতে হায়বসি মহাক্কী অশেংবা য়াথলনি। য়ানীংদবা চৎনবী কয়ানা অইবগী য়াখলদা অকনবা ঈথিল ওইরক্তুনা মহাক্না সমাজ সংস্কারগী লম্বী অমা থিজখিবনি। তৌবতবু অঙাংহল লম্বী লম্মুক্করক্তুনা পালেপফম খঙখিদবনি। ধর্মগী খেন্নবগী চৈথল অমদি চৎনবীগী তমথীরবা পল অসিনা মীথা পোল্লিবা জাতি অমগী নীংতম্বগী লম্বীদা অচৌবা য়ৈথাম্বা ওইরি হায়বসিসু অঙাংহলনা উবা ফংখি। খেন্নব কয়া অসিনা লিংজেল মান্নবগী য়াখল মাঙহনখিত্তুনা নাইতোম তারকই। নীংতম্বগী লম্বীদা নাইতোম তাবা হায়বসিনা জাতি অমবু য়ান্না শোক্হল্লি। অঙাংহল মহাক্কী মতমগী মীথা পোল্লবা পুন্সিগী-দমক নীংতম্বগী লম্বী থিবা পামখি। অপুনবা ভারতকী পাঙ্গল অমা শাগত্তুনা মীনাই য়োক্হল্লিং থাংলবা ভারতপু কনবা পামজখি। মহাক্না ফোঙদোকই 'হিন্দু-মুসলিম ঈচিল-ইনাওগী লেংবান্দা মথুং য়েৎ-ওইনা কোন্দুনা থৌগৎনবা' তৌসি নত্রবদি নিংতম্ব লৈতে।

"হিন্দু মুসলমাননা ঈচিল-ইনাও থমোই অমত্তা ওইনা অমনা চৈবা অমনা শাওদা অমগী ওক্কবা অমনা য়ারক্তুনা তিন্নত্তুনা ভারত মাতাগী মখোংদা থাংইবা য়োক্হল্লিং থাদোক্লসি। মতম কুইনা মীগী কৈন্তুমশংদা লৈরত্তুনা চৎপা থাংবা য়াদ্রবা খোং অনিসি অহল-ওইরবী ইমাবু হিন্দু মুসলমান ঈচিল-ইনাওগী লেংবান্দা মথুং য়েৎ-ওইনা কোন্দুনা থৌগৎনবা তৌসি নত্রবদি নিংতম্বা ওমযোই"[১]

---

১ | অঙাংহল, 'জহেরা', নপুর সিংহ, ১বা নম্বা, ১৯৬৪, লাঃ ১৫৬

উপন্যাসকার অসিগী রাখলদা নীংতম লালহৌব শৌগৎপগী অচেৎপা আশা লৈ। মীথা পোল্লবা জাতি অমগী পুন্সিবু মহাক্না তুকচ্চখি। নীংতম্বা হায়বসিগীদমক মীওইবনা থৌনা ফনা চোংথোক্কদবনি হায়বসি মহাক্না উৎনবা লাক্লখি। মীথা পোল্লবা সমাজ অমগী মনুংদা অমুকস্তু ধর্ম্ম খেন্নতুনা কাওলুপ নাইবগী রাখল অমা থল্লিবসিনা জাতি অসিবু শোক্লহল্লি। নীংতম্বগীদমক খেন্নবা রাখল থাদোকপা অমদি মান্নবা লৌচিং অমগী মফমদা চঙশিনবা হায়বসি তঙাইফদে হায়বসি মতমতুদা অশিংবা অমগুম্বগী রাখলনি।

অসিগুম্বা থুয়েক অসিদা অঙাংহলনা মতমতুগী সমাজবু য়াম্না ময়েক শেংনা য়েকথোকখি। হিন্দুশিংগী ঙমথৈ নাইরবা মীংয়েংগা শীংননবা মহাক্না কুপ্পো শেমখি মহাক মশামক্তু হিন্দু সমাজগী মরমদা খঙবা রাখল কয়া কয়া লাপ্থোকখি। অতুবু য়াম্না ময়েক শেংনা উংখিবদি ফত্তবা চংনবী কয়া অসিবু শৌগৎপা পাথা পুন্সিশিংনা মপূঙওইবা সমাজনি। সমাজ অসিগী মনুংদা অচুম্বা অমদি অশেংবা নীতিবু মশাক খঙবদি খরতনি হায়বসি হিন্দু সমাজগী শক্তম য়েক্তুনা উৎলি। যামিনিন-চিংবনা হিন্দু সমাজগী মীহুং ওইনা কুপ্পোবু শিংনবা হোৎনৈ। জহেরাবু থমথেংনা মুংশিবিবা ইবেম্চা কাওবনা জহেরাবু হিন্দু সমাজদা পুশিল্লকপা ওইথোক্কবনি হায়বতু উৎলি। মরুবোপ কৌবা রানা বাশী শাবগুম চুমদ্রবা থৌদোক্তি হায়না হিন্দু ধর্ম চংপাশংগী রাখল ফোঙদোকই[1] য়াম্না মীংয়েং থূবা অরানবা চংনবীগী পনথুংদা হিংলিবা মতমতুগী হিন্দু সমাজবু মহাক্না য়েকথোকই। অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিগী মায়োক্তা লৈরিবা মতমতুগী মুসলিম সমাজগী মনুংদস্তু লৈরিবা পুকচেল পীক্লবা অচুম্ববু মশাক খঙদবা ফয়ানা মপূঙনি হায়বতুস্তু অঙাংহলনা উৎখি। মুসলিমগী লুচিংবা লৈবাকমচা তারবা আমিরনা মাল্লবা লাচিংগী অমদি ধর্ম্মগী অচুম্বা মশকপু

১। অঙাংহল, "জহেরা", নপুরসিংহ, অহানবা নম্বা, ১৯৬৪ লা: ৪০

পুথোক্লুনা উৎলবস্থ[১] মতমদুগী মুসলিম সমাজনা মহাক্কী রাখলজুবু মখোয়না পামখিদে জাবর মুংশিজনা জহেরাবু যণ চাদবগীদমক দণ্ডি পীবা মখোয়না পাম্মী। ধর্ম্ম খুদিংমক্কগী মখোয়গী ধর্ম্মনা অথোইবনি অতৈ ধর্ম্মদি কক্তবনি হায়বসি মতমদুগী মুসলিম কাঙলুপনা চেংনা থাজৈ। লোয়ননা অতৈ ধর্ম্মবু তাথিবগী শক্তম উৎলি। জাহেরানা মর্ত্তি লাংপা তুলসি থাববু নিন্দা তৌই।[২] মসিগীদমক মনা চাবু যুমদগী তাম্হোকপী।

উপন্যাসকার অসিনা য়ানীংদবতনা থল্লবা সমাজ অসিবু অমুক্তং থোং মান্নলা তেমথোকবা মুংশিবনু খনখিনসিন অইবা অসিনা মায়থীনবা লম্বীস্থ ওইখি। মখা পোনবগী মুংনাংবা ধর্ম্ম খেন্নবগী পেন্দবা অমদি খুরবা মীৎয়েংগী পনব নমথায়বগী রাখল অসি অঙাংহলগী রাকং ওইহৌই। মসিগী চাংয়ংদা মৈ ইকলুবা জহেরা সমাজগী শারবা মৈক্লংদা কেংহুনা লাঙহল্লি। মুংশিবগী লাংনিংনা লংদম তাম্না চিংলক্কুনস্থ মহাক্না হিন্দু সমাজগী মংংদা পুশিল্লকপদি ঙম্‌খিদে। মরম অসিনা অঙাংহলনা সমাজ সংস্কারগীদমক লাংখংলুবা খোরাং রাকংকী মওংদা লৈরকই।

উপন্যাসকার শীতলজীৎতি বৈষ্ণব অমা ওইবগী মতিক ধর্ম্ম অসিনা পিরকপা বিস্বাসতা লুপ চত্নুনা সমাজ অসিবু ফিদমগী মশক ওইনা শেমদোকচবা পাম্লি। মী ওইবগী পুন্সিগী অংংবা লীচং অমদি থৌদাং কয়াসি ধর্ম্মগী অচুম্বা মায়কৈদা পুশিল্লকুনা ক্ষগংপু শান্তিগী থাজরবা শক্তমদা শেমদোকনিংখি। ভংংনমক শীতলজংকী অচৌবা আশা অসি য়াম্নমক ফিদম ওইত্নুনস্থ থবক ওইনা পাংথোকপদি রাগদবগী মওং লৈ। মীৎয়েং অমবোংদা মহাক্না হিন্দু সমাজদগী থমজরবা আশা কয়াগা শাগোন্ননা ধর্ম্ম তুসিগী অকনবা কীপুন্না পুশিল্লকপা অশেং অশেংবা

---

১। অঙাংহল, "জহেরা", নপূরসিংহ, অহানবা নম্বা, ১৯৬৪, লাঃ ১৫৬

২। মখৈসি লাঃ ৪৭।

মশক অমবু আশা তৌজখি। অতুম ওইনমক অইবা অসিনা সমাজগী মন্নুংদা লৈরিবা অশোনবা য়ানিংদবা কয়াবু শকখঙদবদি নত্তে। ওইজবা তানবগী মীওইবনা মীওইববু ওৎ-নৈনগী অমদি মশা মশাতগী মুংঙাইবা থিবদা মীবু মীনা অরানা পীবগী য়ানীংদ্রবা থৌদোকশিংগী মায়োক্তা অইবসিনা লেপ্লনি। অমদি ফত্রবা সমস্যা কয়া অসিদগী লান্থোক্লবা লম্বী থিখি। মরম অসিনা মহাক্কী অহানবা উপন্যাস 'থাদোকপদা পুকচেল চাউরবা মীশক অমবু মরুওইনা সংস্কারগী থৌদাং লৌহল্লি অমদি উপন্যাসকার মশামক্কী পাওজবা পাউজেল য়েলহল্লি। মহাক্না শেমলিবা সদানন্দদা ওইজবা থাদোকপতনা লেংদ্রবা থৌদাং পাঙথোকহল্লি। সমাজ অসিগীদমক মহাক্নুবা মীশক দরকার লৈ হায়বদু অইবনা উৎনবা হোৎনৈ। মতম অতুগী সমাজগী মন্নুংদা লৈরিবা ফত্তবা সমস্যা কয়া শেংদোক্লবা ধর্ম্মগী অমদি অহিংসাগী শক্তমদা পান্দম কয়া শেমখি। সমাজগী অচৌবা সমস্যা কয়া অসিবু ধর্ম্মনা শেংদোক্কনি হায়বা শীতলজিংকী তোপতোপ্পা আশানি। অদুবু শীতলজিৎ হিন্দু অমা ওইনা ধর্ম্ম অসিদা হেঞ্জিন্না থাজহনা মপূঙ ফারবা সমাজ অমগীদমক ধর্ম্ম অসিগী পাউজেল চঙদবা যাদ্রবনি হায়বসি উৎখিবনি। অইবা অসিনা গণতন্ত্রবু চেংনা থাজহনা গণতান্ত্রিক ওইবা লম্বী অমদা ইংনা চীক্লা হিংজবা পুন্সিবু পামজবসু উৎলি। শান্তি লৈবা সমাজ অমা শাগৎনবা লৈবাক ঙাকপা অমদি প্রজা অনীগী মরক্তা অফবা মরী লৈগদবনি অমদি অহিংসাতনা মসিবু শাগৎনবা অরোইবা খুংলায়নি হায়বসি অইবনা চেৎনা থাজৈ।

উপন্যাসকারনা সমাজগীদমক্তা অহিংসাবু চেৎনা থাজখিবা য়াথলবু মহাক্কী 'ইমা' হায়বা উপনাস অসিদদি অহোংবা অমা লাকপা উখি, অহিংসানা অথোইবা লম্বী ওইহনসু সমাজ অসিদি মপূঙফাদবনা থন্না

লৈননা হিংসা হায়বসিস্মু চঙদবা য়াত্রবা মচাক অমনি [১] হায়বসি মহাক্কী রাখলদা ফাওরকখি। সমাজ অসিগীদমক অহিংসাবু চেৎনা থাজনবত্থু ফীভমগী লাংদা থুখিবদগী হিংসা হায়বসিস্মু চঙত্রবা য়াত্রবনি হায়বসি উৎলকখি। ইংনা চিক্লা হিংজবা পুন্সি কয়াদা তত্তনা কাইহৌবীবা অমদি ওৎ-নৈবীবদগী থাওবা ঙমলক্তুনা লমন থুমলকপগী রাখল মহাক্কী 'ইমা'দা উৎথোকই। অইবসিগী রাখলদা হিন্দুনা চেৎনা থাজবা ধর্ম্মগী লম্বী নিষকাম কর্মগী রাখল য়াওরি। অইবনা ফীভমগী মতুংইন্না অহিংসাবু সমাজগীদমক শীক্তিন্নরক্লবস্থ হিন্দু ধর্ম্মগী থাজবা লৌচিং অত্থুগী মখাদা মহাক্কী ফিদমদি অত্থুমক উৎখি। সমাজ অসিগীদমক অমদি অরাবা তারবা পুন্সি কয়াগীদমক ফত্তবা নীতিবু থাদোকপগী তঙাইফত্রবা রাখল ফোঙদোক্লি। লোয়নননা হিন্দুশিংনা শীংলানবা সতীত্ববু ইকাইখুম্নবগী রাখল রাধারাণীগী পুন্সিদা ম'ম শামী নাকোয়ননা উৎলি। ফিদমগী মশক ওইরবা পুন্সি কয়া পুশিল্লক্তুনা শীতলক্লিংনা মপূংফারবা সমাজ অমবু শাগৎপগী আশা ফোঙদোকচখি।

মপূঙ ফাত্রবা অমদি কল্লক মীহৌবনা থল্লবা সমাজ অসিগীদমক অচুম্বা অমদি ধর্ম্মবু মশক খঙবা মীওই কয়া চঙদবা য়াদে হায়বসি মহাক্কী 'রোহিনী' উপন্যাসনা ফোঙদোকই, লোয়নন। মতমত্থুগী সমাজদা লৈরম্বা শেঙ্গা থুমজাগী চৎনবীবু করেমনৈ। অত্থুবু ধর্ম্মগী মচু অমবু কোকপা লৈতনা শীজিন্নখিবা উপন্যাসকার অসিনা হিন্দু ধর্ম্মগী ফিদমগা লোয়ননা পুন্সি-শিংবু শাগৎতুনা হেন্না মপূঙফারবা সমাজ অমবু শেমগৎচনিংবগী আশা ফোঙদোকখি।

১। Dr. Radhakrishnan, "Religions, however, exalted non-violence as the supreme virtue and acquired in violence an account of human imperfection."

—"Relligions and Society' George Allen and Unwin, 3rd impression (2nd edition), 1956, P. 200

উপন্যাসকারনা মনিপুরী সমাজদা কলাগী মফম অমা থিনবা লাক্লখি। রাফম অসি অইবগী 'মুংশি রাখৈবা'দা উবা ফংই। সমাজ অমসুং কলা অনাগী মরক্তা ফাওনরিবা রাখল অসি উৎপদা শীতলজিংনা কলাবু পামজরম্বা মশক ফোঙদোকই। কলানা সমাজবু শেংদোক্লবা অথোইবা থুৎলায় ওইনা লৌদুনা চন্দ্রাদেবী অমদি রাধাচরননচিংবগী পুন্সিগী সমস্যাশিংবু য়েংকখি। রাখল থেনবা খরনা কলাবু হুনথনা লৌরিবা সমাজগী মনুংদা অচৌবা থৌদাং অমসুং সমাজ অসিমক্কী মীংশেল ওইরিবা কলাবু হুন্থবা মীৎয়েংনা য়েংলিবা রাখলবু শীতলজিংনা য়ানিংখিদে। কলাদা আম্মাগী ওইবা থোন্থাং অমা মতম খুদিংদা শাগোন্নরি হায়বসি শীতলজিংনা উৎপা পামখি। উপন্যাস অসিদা মুংশিবগী মহৌশাগী ওইবা থিংঙমদ্রবা শাজৎ অমদি মওই পুন্সিগী অচুম্বা পান্দম উৎপগা লোয়ননা পুন্সি অমসুং কলা অনিগী শেংন-খাইনবা য়াদ্রবা শক্তনবু শীতলজিংনা উৎনবা লাক্নৈ। মীওইবগী পুন্সিদা কলা পুম্নমক্কী মফম চাউনা লৈ হায়বসি অইবনা চেংনা থাজে। মতমতুগী সমাজনা পীরকপা অইবগী রাখন্দা কলাবু অচুম্বা মওংদা শীজিন্নদুনা কলাবু হুন্থনা লৌনবা মতমতুগী অয়ানবা চংনবাবু থাদোক্লবা রাকৎ লান্থোকখি। কলাগী মমল খঙদ্রবা মতমতুগী সমাজদা অশেংবা কলাকার ওইরবা রাধাচরনগা চুপ্নবা ওয়দদুনা খাংঙথক্তা পুন্সি কেম্বা তারকখি। তশেংনমক শীতলজিংনা কলাগী পান্দমদি পুন্সিবু অফবা লম্বীদা শেমদোক্নদবনি হায়বা রাখলসিবু চেংনা থাজে। হিন্দু ধর্ম্মনা উৎলিবা কলানা পুন্সিগী নিরবান[১] ফংবগী অতোপ্পা রাখল শীতলজিংনা খনখি। সমাজগী মনুংদা হিংলিবা অইবশিংনা সমাজগী অগা অনাগী হেন্না খঞ্জিল্লি, মখোয়না তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদা সমাজবু মচেৎ মচেৎ খাইদোক্লুনা য়েংনবা হোৎনৈ।

---

১। স্তেলা ক্রামরিস, ( ইন্ট্রডক্সন, ) দি আর্ট অফ ইন্দিয়া, ফ্রেদসিন এক ইন্দিয়ান স্কলপচর, ১৯৬৫,

অনীশুবা লাঞ্জাওনা অন্না-চৈথেং পীরবা লানফমগী শরুক অমা ওইনা মণিপুর সমাজবু কাংখোং চাইহনখ্রবা শক্তম অহু অহানবা ওইনা উপন্যাসকার আর, কে, এলাংবমনা 'মরুপ অনী' উপন্যাসতা উৎলকই। লানগী মৈপানা কেৎহনখ্রবা পুন্সি কয়াগী লেমহৌবা শরুক ওইনা অমসুং অনীগী পুন্সিবু শাগৎলি। উপন্যাস অসি খরা লাপথোক্লা য়েংলগা লানগী অৱাবা নঙখ্রবা মণিপুর সমাজগী এলিগোরিগী শক্তম অমনি হায়না লৌবসু য়াই।[১]

লানগী অন্না অনা ফংলবা সমাজ উপন্যাসকারনা য়াম্না মীনুংশিগা লোয়নননা য়েংলনা কাপনবা কয়াগী মরক্তা মপী মপা লৈতনা হিংনবা লানফম শোক্লরিবা অমসুং অনীগী পুন্সিবু য়েকখি। থুগায়বা কয়াগী মশক ওইরবা লানগী শক্তম্না সমাজদা পীরিবা চৈনা অতুবু অইবনা থন্নাই শোক্লা য়েংখি। কাংখোং চাইরবা সমাজনা অইবগী রাখলদা ঈথিল ওইতুনা শেংনা খায়নবা পুন্সি খরগী মপাউ তমতুনা সমাজগী অচৌবা চৈনাখোলবু উৎনবা হোৎনরি। শরৎ-চান্দনী অনীগী চন্নবা বারীনা কান্নদ্রবা লানবু করিগী শোক্লরিবনো হায়না হংলি[২] লানগী লুংঙাইরবা শাজং কয়া উৎন উৎনা অউবনা অমসুং অনীগী অকোইবদা পুন্সি কয়াগা থেংনরিবা হিংবগী লানফম্বুসু মীনুংশিগা লোয়নননা উৎথোক্লি।

---

১। চোংথাম মনিহার "খরা লাপথোক্লা য়েংলগা শরৎ-চান্দনী অমসুং অনীগী পুন্সি অহু 'এলিগোরি' ওইনা লৌহনা লাল মনুংগী মণিপুরীশিংনা থেংনবা অৱাবা মতুদা হৈনরকপা অমসুং নতম খরগী আশা উৎলি হায়না লৌবা য়াই"—ঋতু (হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য, আশা অমসুং শীংনবা), ৬০ শুবা চেফোঙ, লা: ২১।

২। আর, কে, এলাংবম, 'মরুপ অনী', অহানবা ফোঙবা, ১৯৫০, লা: ৮৮-৮৯

অসিগুম্বা পুন্সি করা অমদি আশা কয়াসু শমখাঙদা মাঙহল্লিবা লালবু য়ামীংলবা রাকং অমা উপন্যাসকারনা লানখৎলি। মৈতৈ সমাজগী মপুংদা ফুমংনা থম্লিবা শোক-শমনবা য়াদবগী, মীগী মীগগী মরক্তা থেন্নবা থব্গী লুঙঙাকৃত্রবা চংনবীনা উপন্যাসকার রামসিংগী সমস্যা ওইনখি। সমাজ অসিদা কোনশিন্দুনা থম্লিবা মরানবা চৎনবীসিনা ইথিল ওইহনুনা মহাক্কী 'জাং ওনবা' ইরুকখি। সাহিত্যিক অসিনা মতম কুইনা ফুমহনুনা থম্লিবা য়ানিংদবা মৈগী চীং অহু পোখায়গদৌরে হায়বসিগী অহানবা খুদম ওইনখি।[১]

অঙাংহনবনা সমাজ অসিদগী লৌখৎলিবা হিন্দু মুসলিমগী শন্নবা য়াদ্রবা লুঙঙাইত্রবা সমস্যা অসি রামসিংগী মফমদদি মৈতৈ অমসুং বামোন অনীগী মরক্তা চারো মৌরৌনবা য়াদবীগী চংনবা ওইনা লাকখি। অশেংনমক রামসিংনা মণিপুর সমাজগী মোংহাদ্রবা চন্নবা পুন্সিদা অপেনবা পোকচখি, অহুবু সমাজ অসিনা লৌশিল্লিবা মীগা মীগগী মরক্তা থল্লিবা খেন্নবা অসিবুদি য়ানিংখিদে, অসিগী মায়োক্তা মহাক্না নবকিশ্বর যামিনী অনীবু থমোয় অমত্তা ওইহন্দুনা মৈতৈ পাখং অমসুং বামোন লৈশাবী অনীগী লৈপুন শেমখি অমসুং চীং লৈবাক্তা শাইদাংফম লৌহনখি। চাংমীশিংগী অচম্বা পুন্সিদা পেন্নজবা অমদি মীনুংশিগা লোয়ননা পামজবা সমাজগী শক্তমহুন্ন উপন্যাসকার অসিনা মীনুংশিগা লোয়ননা উংলি। মীনুংশি অমদি মীওইববু অমত্তা ওইনা উবা ঙম্বগী তমজনীংঙাই ওইবা শক্তমদি চীংমীশিংগী মফমদতা হেন্না মপুং ফানা লৈ হায়বসি রামসিংনা থাজবা ঙমখি। চীং লৈবাক্তা সমাজ অমদি পুন্সিদা নবকিশ্বর অমসুং যামিনীগী পুন্সিনা চঙজক্লম লৌরকপদা মফম অহুদা খেন্নবা লৈরমদে হায়বসি য়ম্লেক্ক শোংনা উৎলি। অমরোম্নদা অনমক সমাজগী অকনবা চেরাক লৈহুমক্ক থমোয়গী ওইবা মরীদদি মসিনা অথিংবা পীরা ঙমদে।

১। মণিহার, "ঋতু", (হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য, আশা অমসুং শীংনবা) ৬০ শুবা চেকোঙ, লাঃ ২২

অমদি অরানবা চৎনবীশিংগী সমাজ অসিদা মতম কুইনা হিংবা ওমদে হায়বসি অইবা অসিনা উৎনবা হোৎনৈ। মীওইবনা মহাক্না শরুক য়াক্লিবা সমাজ অচুগীদমক অরানবা চৎনবী কয়াগা ইচং থৌনা শীংনগদবনি অমসুং থমোয়গী অশেংবা দাবীদা কান্নবা চৎনবীনা পল ওইহল্লোই-দবনি হায়বসি অইবনা থম্মুখিবা য়াখলনি। অসিগুম্বা য়াখল কয়া অসি সমাজ অসিনা পীবা অইবগী য়াখলনি। অইবা অসিগী মফমদা জাৎ-বিজাৎ খায়দবা, লিংজেল মান্নবা সমাজ অমবু পামজবসি ময়েক শেংনা লৈরম্মী। মসিগাদমক মহাক্না য়াকৎচরম্বনি। সমাজগী অরানবা চৎনবীশিংগা শীংনরুবদা শাবী শানৌ অনীগী পুন্সি খাংঙ্ থক্তা কেমখিবা অরা পোলোই অসিনা মণিপুরী সমাজদা অচৌবা য়াকৎ ওইহৌই। সমাজগা শীংনরুবা পুন্সি কয়াদি অরা চৈনা ফংহুনা খাংঙ্ থক্তা মাঙই হায়বসি নাকল অমরোমদা উৎলবসু সমাজনা থাদোকপা ওমদনা কোন-শিনলিবা ফত্তবা চৎনবী কয়ানা শেংলবা পুন্সি কয়াবু খাংঙ্ থক্তা মাঙহল্লি হায়বসিসু ময়েক শেংনা উৎলম্মি। লীচিং অমতদা চৎমীন্নহুনা মপুঙ-ফারবা সমাজ অমবু শাগৎনবা অরানবা চৎনবী কয়াসি থাদোক্কদবনি হায়বসি অইবনা ফোঙদোকপা য়াখলনি। মরমসিনা নবকিশ্বর-যামিনী অনীনা খাংঙ্ থক্তা কেম্নবদা অইবনা সমাজগী অরানবা চৎনবীবু উরগা য়াজরম্বা শক্তম অচু মরীক চুম্না ফোঙদোক্লি। সমাজগী অরানবা চৎনবীনা লানজদবা পুন্সি কয়াবু খাংঙ্ থক্তা মাঙহল্লিবসিমক অচৌবা অশোয়বনি। চৎনবা অসিবু লৌথোক্লগা অচুম্বা পুন্সিগী লম্বী অমা ফংননা হোৎনবসি তৌফম থোকপনি হায়বসি অইবনা খঙবা য়াখলনি।

উপন্যাসকার গুণনা মীথা পোল্লবা মণিপুরী সমাজদা খাঙহিন্না অরা অনা কয়াগী ইথিল্লা অমদি মীনাই নাইথাংগী শোক্লবা য়াখলনা ঈথিল ওইহুনা অসিগুম্বা সমস্যা অসিদগী নানথোক্লবা লম্বী থিবগী পান্দমদা মহাক্কী উপন্যাসশিং ইরকখি। অইবা অসিনা অসিগুম্বা য়াখল কয়া অসিদগী মহাক্কী 'লমন' ইরকপনি হায়না থাজবা য়াই। বৃটিশকী

মীথা পোল্লা পোল্লকখিবা অইবসিগী রাখলদা মীথা পোনবগী চৈনাখোল অমদি মীবু মীনা ওৎ-নৈবগী মুংঙাইত্রবা চৎনবীনা অচৌবা ঈথিল ওইখি। মশাগী মতীক মওংস্তনা চীংলোন মপালগা পম্মুংদা মুংঙাইনা পানজরম্বা মণিপুর সমাজগী হৌত্রবা ইতিহাসকী তাংকক্তা অইবনা অহানবা ওইনা পূক্লিং চিংশিনখি। নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইদুনসু জাতি অসিগী ইতিহাসকী তাংকক কয়াদা মাবু মানা ওৎ-নৈবগী মুংঙাইত্রবা চৎনবা কয়াদি অত্নমক হাকথেনবকখি। মীনাই ফুঙ্গা লীংলম্বা সমাজ অদুদা মীওইবনা মীওইববু কয়াগী মতিক ওৎ-নৈখিবগে হায়বসি শেলুংবনা চাউবা, য়াইমনচিংববু মাবেবাক্না লোই থাদোকখিবদগী উবা ফংই। রাজনীতিগী লম্বীদা লম্মুকনবা কাংখোং চাইববা লোংকক্তা মাগী-চাউবা কয়ানা মবন্নাই শুংঙাইব থাবদা মীবু মীনা কয়াগী মতিক ওৎ-নৈখিবগে হায়বদু উংলকই। অসিগুম্বা সমাজগী শোক্লবা সমস্যা অসিগী মরক্তা মশাগী সাংস্বিগ দমক অরা-অনা থাওখিবা শক্তুম্ন তমুবীগী পুন্সিদগা শাগংলি। মীনাই নাইথাংগা মীথা পোনবগী অমদি মতী-ত্তগী অকনবা লানফম মহাক্না খেংনবা তাখি। রাজনীতিগী কাংখোং চাইববা মীকুপ্পা অরাগী শক্তা ওারব মণিপুর সমাজনা কয়াগী মতিক অরা-অনা থাওখিবা অমদি মবেবাক নাংঙ্কবা কয়ানা মমা লৈবাকপু উদ্ধার তৌবনবগী লাচিংদা হোৎনজখিবা চরিত্র কয়ানা অম্বগী ঈথিল ওইখি। উপন্যাস অসিদা মীথা পোল্লবা মৈতৈ সমাজবু উংনবা হোৎনরবস্থ চাংমীগী সমাজ অমদি পুন্স কয়াবুস্থ উৎতুনা, মখোয় অসি মণিপুরী সমাজদগী শেৎনা থাইনবা য়াদ্রবা অমদি য়েনহৌদৈদগী লৈরক্লবা তৎফদ্রবা মরানি হায়বদু উংলি। অসিগীদমক চীং-তম অনী লৌচিং অমত্তদা পুনসিনবগী রাখল উত্তুনা পারী-চংনীং অনীবু থুংনহনখি। ঐতিহাসিক উপন্যাস ওইববস্থ অইবা অসিনা লিংজেল মান্নবা চাং-তম অনীগী অপুনবা ফজরবা মশক অমবু মতম খুদিংদা থমজনীংবগী রাখলদি ফোংদোক্লি। লোইবম শন্দোকপা বৃটিশকী মীথা পোল্লবা ভারতনা

মীনাইগী পুন্সিবু লংথোক্নবা লালহৌবগী তাংকক অমগা ঈরোইনখি। মীথা পোল্লবা সমাজ অমনা মায়কৈ খুদিংদা নীংবা কায়নিংঙাই ওইবা থৌদোক অমদি মশাগী মিংগী মহাও য়াওদ্রবা পুন্সিদা নীংতম্বা সমাজ অমবু শাগংনবা হন্বা থীবন অশেংবা লম্বীনি থনখি। ধর্ম্ম অমদি মশাগী সংস্কৃতিগী তোপ তোপ্পা শক্তমগা লোয়ননা হিংলকপা মণিপুর জাতিগী মোং হাদবা সমাজ অতুবু লানফম্না কাংথোং চাইহনখিবা ঙুং-ঙাইদ্রবা শক্তম অতুবুসু য়েকই। অতুমকপু গুননা জাতিগী পাঙ্গল কন-খংনবগীদমক লান হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবা পোংশক্লি হায়বসি উংলি, মহাক্কী রাখল অসি নিউটসচেনচিংবা মীওইশিংনা উংখিবা রাখল অতুগা চানহল্লি।[১] জাতিগী থৌনা অমদি লিংজেল মায়বগী লৌচিংবু পুরক্নবা লাল হায়বসি চংদবা য়াদ্রবা শক্তমনি হায়বসি অইবনা থাজখি। অশেংবা অচুম্বনা য়ুম্ফম ওইবা সমাজ অমবু শাগংনবা নীংতম্বগী লাল-হৌদি থাদোকফদ্রবা থবক্নি। ধর্ম্ম অমদি অশেংবা পুন্সিনা য়ুম্ফম ওইরবা সমাজ অমদি ওং নৈবা কয়াদগী নাম্থোক্নবা পুন্সিগী অশেংবা লৈতাফম অমা ফংনবা লাম্চেংনবা হায়বসি জাতিগী তৌফম থোকপা থৌদাংনি হায়বসি অমুক্কা হেন্না ময়েক শেংনা অইবা অসিগী 'অরোইবা পাউদম'দা উংলকই। মণিপুর জাতিনা চন্না হিংলম্বা পুন্সিদা মীনাই ওইবগী পোৎলুমনা নমশিল্লকপদগা জাতিসিগী থমোয়দা পেন্দবনা রাখৈ চাক-পগুম ওমহনা থল্লিবা শক্তম্না মকা ফোংনা চাক্লকপগী শক্তম উংলকই। বন্দীগী য়োহ্লিং থদত্তুনা নীংতম্নবা পুন্সি অমদি ঙুংঙাই য়াইফরবা সমাজ অমবু শাগনীংবগী রাফম অসিনা গুণগী অকনবা ঈথিল ওই-নখি। লোয়ননা ঙংশি-ঙুংওলগী শেংলবা মচু কয়াগা লোয়ননা মণিপুর সমাজ অমদি লানফমনা থুগায়রক্লিবা কাংথোং চাইরবা সমাজ অতুবুসু

১ | Dr. Radhakrishnan, 'Religion and Society,' War and non-violence, George Allen and Unwin, 3rd impression. 2nd edition, 1956, P. 199

উৎলকই। অইবা অসিনা সমাজ অসিগীদমক নীংতম্নবা লম্বী কয়াবু আশা তৌজখি; নীংতম লানগীদমক্তা পুন্সি কয়াসি যজ্ঞকাম্বনি হায়না লৌজবা ঙমখি। অদুনা মানা অসুম্না হায়—

"নথান্নগী নচাশিংনা নোক্ক নোক্কা মমাগীদমক যজ্ঞকাম্ব ওইনা মাতৃসেবাগী যজ্ঞদা পূর্ণাহুতি পীজবা ঙম্মে" [১]

নীংতম লানবু যজ্ঞ ওইনা লৌদুনা পুন্সিনা পূর্ণাহুতি পীদুনা নীংতম্বা পুরক্কদবনি হায়বা রাখলসি মহাক্না উৎলি। মীথা পোল্লবা সমাজ অমদা পোক্লবা অইবা অসিনা মতম খুদিং নীংতমজনিংবগী খোয়াংবা কয়াবু থাদোকখিদে অমসুং অসিগুম্বা লম্বী অসি থিবদা চাউত্তৌপা, শাজৌব- নচিংবা মৈতৈমচা কয়াগী পুন্সিনা থৌনা ফনা চোংশিলহল্লি। লোয়ননা খুঙ্গংচম্নু ওইজবী লাইজ-উননংলবী যমুনা কাওবা নীংতম্বগী মমলগীদমক অরা অনা থাওবদা নীংহুন্নখিদে। মীথা পোল্লবা সমাজ অমনা মুক্তিগী লম্বী থিবা হায়বসি গুণনা জাতিগী অশেংবা থৌদাংনি খঙ্গখি। রাখল অসিনা ইথিল ওইদুনা মহাক্না অরা-অনা অমদি ওইজবা থাদোকপা ঙমদবা পুন্সি কয়াবু পুশিন্দুনা পামজবা লম্বী উৎলি। মীওইবগী পুন্সিদা থৌদাং মপৈ-মপৈন মাওদা তান্দুনা লৈরি। অসিগুম্বা থৌদাং কয়াসিগী মরক্তগী নীংতম্বগী থৌদাং পাওবা হায়বসিনা মরূওইবনি হায়বসি উৎলি। লিংজেল মান্নদবনা মরম ওইদুনা জাতি অসিনা মীথা পোনবগী মুংঙাই- ত্রবা পুন্সি অসি লেপ্পকপনি লীচিং অমত্তা ওইন নোমদুনা পুরক্কদবনি হায়বসি মহাক্কী রাখল ওইখি। জাতি অমগী মান্নবা লীচিং অমদি পাঙ্গল শাগৎনবা লান হায়বসি অফবা থৌরম অমনি হায়বসি মহাক্কী রাখলদা উবা ফংই।[২] অসিগুম্বা হিংসানা মপুঙ ওইখ্রবা লানফম অসি

১। গুণ, অরোইবা পাউদম', কুমারী হিজম শ্রীমতি দেবী, ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৮৯, লাঃ ১৬২-৬৩

২। মথক্কীসি ১৯৮৯ লাঃ ১৬২-৬৩

মীখা পোল্লবা সমাজ অসিনা অশেংবা পুন্সি অমত্ত্ব কনবা পাঙ্গনি থম্জখিবা রাখননি।

উপন্যাসকার অসিগী তোপ তোপ্পা মওং ভাবা উপন্যাস 'ঐখোয় তাদ'দা মণিপুর সমাজগী মনুংদা চংনবী ওইবা লৈব্রিবা জাং-বিজাং থায়বা অমদি অচৌ-পিশক নাইবগী মানীংত্রবা চংনবীবু উৎখোকই। অসিগুম্বা অচাউরমগী চংনবী অসিনা লাকপ্রবা পুন্সি কপ্পাবু অরাবা পীরিবা থোঁদোকশিংনা অইবা অসিদা থৌইনশিন ওইরকখি। সমাজ অসিগী মনুংদা ফুমত্থনা থম্নিবা ফত্তবা চংনবী কয়া অসিনা সমাজ অসিদা অরা-অনা তারবা পুন্সি কয়ানা ছিংবগী মহাও মাওয়ত্তবা শোক্লবা ফিভম অমদা পুরকখিবসি মুংশি হৈত্রবা থোঁদোকনি হায়বসি অইবনা উৎলি। চংনবী কয়াগী থৌইনশিন্না অইবা গুণমা সমাজবু থাজবা অমদি আশা কয়াগা লোয়ননা য়েংখিবত্থু পাচানা তাইশিল্লকখি। অনৌবা সমাজগী শক্তম উরগা পাচাগী মফমদা আশা অমদি থাজবা মাঙশিল্লকখি। পুন্সিগী মমল লৈরত্তবা, অচুম্ববু থওইত্রবা, লমচং কায়বা মীওই কয়াগী অপুনবা সমাজ অমবু পাচানা শকথওবা তাখি; মাখল অসিনা ইথিল ওইখিবা পাচা মায়কৈ খুদিংদা নীংবা কায়রকখি। মহাকী উপন্যাস অসিগী মপুংওইবা রাখলনি অমদি অসিগুম্বা ফত্তবা চংনবী কয়া অসিবু মপুঙফানা মাঙহল্লগা অফবা সমাজ অমবু শাগৎনিংবা অইবা অসিগী মপুঙ ওইবা রাখলনি। ইনাকখুনবা ইমুংগী তাংনা পোকপা মচা ইবো-চৌবনা কৌক্রুক নিংঙোল অমবু লৌরুবগী থৌজোক্পা ইনাকখুল্লবা ইম্ফালগী ইমুং অমগা হুম্বরবা থুজংগী লাইরবা পুন্সি অনীগী মরক্তা লাকখিবা শম্বা য়াত্রবা কিশি অহনা লাকত্রবা মচা থৌবা, নীংথেম অনীগী পুন্সিদা পুরকখিবা অরাবা মপৈ অহুনি। অত্তবু অইবসিনা পুন্সিবু লানকম ওইনা থাজনা লৌখি।[1] অসিগুম্বা লানকম অসিগীদমক পোক্লক-খিবা অইবসিনা থৌবা নীংথেম অনীবু য়াম্না থৌনা ফনা লাম্বেংনহল্লি। লোয়ননা অচুম্বনা অমৈদা মায় পাকপা অরাম্বনা মাখিয়রগী রাখল

১। গুণ, 'ঐখোয় তাদ', ইম্ফাল বুক ... ১৯৬৬, ... ১০৩

অইবসিনা থরাই য়াওনা উৎলি। মীনুংশিনা য়ুক্কম ওইবা মীগা মীগগী মরক্তা থেন্নবা থমদ্রব সমাজ অমবু শাগৎনাংবগী রাথল অইবসিনা উৎলি।

মথংদা পাচাগী উপন্যাস 'হুজ্জ' অমদি 'হয়াদ বেগম' মুসলিম সমাজ অমদি নুংশি মুংওনগী রারীদা পামজবা পুন্সি কয়াবু য়েক্লবা হোৎনখিবদু ভুং কোইখিদ্রে। মতমগী য়াওন্দা তমথীবা শক্তম লৌরকখিবা মণিপুর সমাজবু কুপ্না য়েংশিনলুবা অইবসিদা পুন্সিগী বিস্বাস কয়া মথং-মথং মাঙশিল্লকখি। জাতি অসিনা অচেৎপা আশাগা লোয়নননা শাগৎখিবা হৌগ্রবা মণিপুর সমাজগী শক্তম মচোই-মচোই ভাথ্রে, শাগৎপা ঙমদনা কায়থ্রে হায়বা রাথল অসিনা উপন্যাসকার অসিদা অকনবা চৈনা ওইখি। পুন্সিগী মমল মাঙথ্রবা থম্মোয়গী মমল লৈরকত্রবা মণিপুর সমাজবু মমুং হোরবা কুরাংপানতা ভায়রবা পোংশক ওইনা উবা ফংলকখি। অসিগুম্বা সমাজ আসবু উরগা 'না তাথীবা অহল অমা' হায়বা উপন্যাস অসিগী অঙোনা য়াম্না খোয়রাং খোয়গাওনখি, য়াম্না নীংবা কায়খি। হৌগ্রবা সমাজ অমদি পুন্সি অহবু নাংশিংনুরগা হৌজিক ওইরিবা শক্তম অসিদি মউ তেক্লবা লৈখা তারবা। শক্তম্নি হায়বসি চাওডোগী মাইকৈদগী ফোংদোকই। লোয়ননা মহাম তারবা লমচৎ মাঙলবা সেক্সকী মমল লৈরক্লবা, মীনা মীবু থাজবা মাঙথ্রবা য়ানাং-দবনা থল্লবা মণিপুর সমাজবু ফম্বা কংলবা নিপা অমগা চাংদম্নরকই।[১]

মশাগী মতিক মথৌনাতনা নাংথিনা হিংজরকপা অমদি য়েক্লবা কয়াবু মাম্বথীবা পীতুনা লংলবা সমাজ অমবু শাগৎচখিবা মণিপুর জাতি ওসিদি মীকিশ, মীতম্বালগী শক্তম লৌথ্রে হিংবগী মহাও য়াওখিদ্রে। অসিগুম্বা রাথল কয়াসিনা 'অইবা অসিবু নীংবা কায়হনখি, মসিনা ঈথিল ওইদুনা পাচানা শোক্লবা রাথল কয়াসি থল্লকখি। অদুবু অইবা অসিদা

---

১। পাচা, 'না তাথীবা অহল অমা', গীতা বুক ষ্টোর, ২ শুবা থুংনম, ১৯৮২, আং ১-২৯ (রাক্ষং)।

পোল্লকখিবা কায়থ-তোক্নবা আশা কয়া অমদি লৈখা তাশিল্লক্লবা সমাজ অসিবু করম্না কনগদগে হায়বগী অচেৎপা আশাদি অইবসিনা পীরম্বা তৌখিদে। মহাক্না খঙবা সমাজ অসিগী য়াইফবা লম্বীসু উৎলম্বা তৌখিদে। উপন্যাসকার অসিগী রাখলদা তেল্লবা মতম অমগী মন্নুংদা হোংলক্লিবা মণিপুর সমাজ অসি য়াইফ মুংঙাই মচেৎ অমত্তা য়াওদ্রবা শক্তমনি হায়বসি ফাওরকখি। মীগা মীগা থাজনদবগী, মীওইববু তুকৎচনবগী থমোয়গী মমল লৈরক্রব পুন্সিশিংগী অমদি ওক্তবা ওক্তবী কয়াগী অপুনবা সমাজ অসিগী পাওদম অমা পীবা তারকপদা নীংবা কায়রবা কাছাড়গী ওক্না অসিনা থল্লকখিবা শোক্লবা রাখল মপৈ অতুগা সমাজগী শক্তম অসিনা অইববু কদায় ফাওবা নীংবা কায়হল্লবগে হায়বসি য়াম্না ময়েক শেংনা উৎলি। অতুমকপু উপন্যাসকার পাচানা সমাজগী কায়র-তোক্নবা শক্তম অমদি লোকচিল্লকলিবা ফিভম্সু কুপ্না উত্থনসু সমস্যা অসিবু কোকহন্নবা লম্বী থিবাদ থক তৌখিদে। লোয়ননা সমাজগী য়াইফগদবা লম্বী অমবু খওতুনা পামজবা সক্রেসন পীবসু থক তৌখিদে। য়ানীংদবনা থল্লবা সমাজ পুন্সি কয়াগী চুমদবা লীচৎশিংনা অনৌবা যুগ অসিদা সমাজ অসিবু লেখা তাহল্লে হায়বসিমদি পাচানা শেংনা উৎখি। মীৎয়েং অসিদগী লাকশিন্দুনা পাচানা অফবা সমাজ অমগীদমক অসিগুম্বা চুমদবা শাজাং অমদি য়ানীংদবা লীচৎশিং অসিবু থাদোকদবনি হায়বসি পাচানা নাকোইননা উৎলবনি হায়না লৌবদি য়াই। অশেং-বসু অইবগী খুৎইনা মীওইববু ফত্তবা লম্বীদা পুনবা খুউৎ নত্তে, ফত্তবা কয়াবু উৎতুনা অচুম্বা লম্বীদা চংতুনা হেন্না ফবা সমাজ অমবু শেমগৎনবা হোংনবনি হায়না লৌবা মতিক চাই।

সমাজগী মন্নুংদা ফুমহনা থমজিল্লিবা, পুক্লিং লাকশিনবা ঙমদ্রবা কয়াগী হেনজিনবা শাজংতুগী থোরকপা রাখোক্না মরুওইবা সমস্যা ওইনা ইবোহলনা উৎনবা হোৎনখি। যুগ যুগ কয়াগী থোঙচল্লা কামগী রাখোক

কয়াজিদি থোকখিনা যাদবনি অদুবু সাহিত্যদা চাংলেম্বা শক্তমশিং থিবদা মশিং মাকোইদনা উৎনবা হোৎনরম্মি। অনৌবা যুগনা লাকপদা অরোনবা কিজং কয়াবু হাইদোকুনা পুন্সিগী অথুপ্পা কয়া পুথোকুনা উৎনরকপদ। থেংনরকপা সমাজগী সমস্যাশিং ইবোহলগী খুৎইদম্বু মথং মথং থেংনরকই। মরম অসিদা মণিপুরী সাহিত্যগীদি ইবোহলনা লমম্লানবনি হায়না কৌবা যাই ; অসিগুম্বা কিভম কয়াসি সমাজগী লাইনানি হায়বসি ইবোহলনা উৎপা পায়খি। দি, এইচ, লোরেন্সনা পুন্সিগী অথুপ্পা মরী কয়া অরোনবা থমোয়গী শীচিং অমদি সেক্সপু ইকোম কোমনা উৎথোকপদু ইবোহলগী খুৎইদম্বু থেংনরকই। লোরেন্সকী খুৎইদা সেক্সকী লাইসেন্স পীথোকপগুম মাগী তুংইনবা নহা ওইরিবা অইবা কয়া পৃথিবী শীনবা থুংনা চোংথোরকখিবনি।

As a result this novel had a far longer circulation than any of his other works and won a licence for free expression for younger novelist of which Lawrence himself might not have fully approved. [১]

অসিগুম্বা স্টাইল অসিদা ইবোহলগী খুৎইশু তিল্লরি। অদুবু ইবোহলনা অসিগুম্বা সমাজগী শাজং অসিগী মরমদা য়ানিংবা অমসুং য়ানীংদবগী ল্যাইথাই অমদি তানবা হোৎনরমদে। মহাক্কী 'ইমানা ঐবু মাঙহনবনি' দা নৈশাবী মেম্মগা মুগী অঙাং নৈরবা ইবোয়াইমগগী মরক্তা শাগৎলকপা মরী, মসিদা থমোয় লাকশিনবা ঙমত্রবী মেম্মগী অরোনবা পুন্সিগী বন ঙমাকপা নৈমনা পীথোকপা অমদি মচুগী মাঙ্গথরকপা ফল উৎলি। মকম মতম অমদি মীশক শনদবা অপায় মুংশি হায়রবা পোৎশকুগী মরালনি মেম্মা অমদি ইবোয়াইমগী মরাল নৈত্তে হায়বসি অইবনা উৎনবা

১। I for Evans, (The E[illegible]glish Novel from Dickens) "A short History of English Literature," Penguin Books, Reprinted, 1981, P. 278

হোৎনৈ। সমাজদা থোক্লিবা রাখোক কয়াগী মনুংদগী অমথক লৌখত্তুনা অইবনা উৎনবা হোৎনখিবনি। অদুম ওইনমক মেম্মগী মমা অমদি মনেনচিংবনা সমাজবু উৎ-চাইত্তুনা অচাউবম অমদি ওইজবা তানবগী লম্বীদা মেম্মবু চিংনবা হোৎনখিবদগী পুন্সিগী মাঙ-তাক্লবা ফিভম অদু য়োরকখি। সমাজগী মনুংদা অচাউরম পাম্বা কয়ানা পুন্সিগী অমদি সেকসকী মমল ফাওবা থওইত্রবা শক্তম অদু ইবোহলনা উৎখি। ওইজবা তানবদা মনিং তাংলবা কয়ানা থমোয়গী মমলবু খোঙ্গাওরকপা অমদি মীওইববু শান্নপোৎকুম খল্লকপদগী মীওইবনা জীববু মাংহল্লকপদা চিংনবা পোক্তবা সমাজগী তমথীরবা লাইনা উপন্যাসকার অসিনা উৎলকই। মরম ইনা ইবোহল নুপীগী মাঙথরক্লবা মরী অমদি অকাম্বা শাজৎনা সমাজগী শক্তমদা চমোং চনৈনহাল্লিবা ফিভমসিদা খুৎ থারম্বনি। মহাক্কী 'ঐদি ওক্তানি' হায়বা উপন্যাস অসিদসু অসিগুম্বা ফিভম অসি য়েক্লি। অদুবু ইবোহল মাঙলবা ফিভমশিং অসিগদমক নীংঙল্লক্তবা অমদি লৈখা তারবা মতুংদা ফত্তবা লৌচৎকাদমক্তা নিন্দা তৌরকপা ফিভম হেক হেক উৎপসিনা অসিগুম্বা শাজৎ কয়াসি থাদোক্তুনা সমাজ অসিগী অশেংবা শক্তম অমা শাগৎকদবনি হায়বা অসিদি হেক হেক ফোঙদোকই।

ইবাহলগী মীংয়েংদা সমাজ অসি লায়না কয়ানা নারবনি, অরোনবা লায়না কয়াগী সমস্যাসি লায়েংবদা অরাবগী মশক্তি হায়বসি উৎলি। লোরেনসনা অনৌবা যুগ অসিদা উরম্বা লায়না কয়ানা নারবা সমাজগী শক্তমবু [1] ইবোহলনসু উখিবনি। মীৎয়েং অমরোমদা উপন্যাসকার অসিনা সমাজগী মনুংদা থোক্লিবা সমস্যা অসিগী মনুংদা অরোনবা

১। I For Euans, "The disease was one which admitted no intellectual cure, for the modern world seemed to Lawrence to have corrupted man's emotional life"—'A Short History of English Literatuer', 1981, P. 277

য়াথোকশিং অসিনা মরুওইবনি, অরোনবা সমস্যাশিংনা থোকহল্লিবা ফিভমসিদি লাম্লেংবদা অরাবনি হায়বসি উংখি।

উপন্যাসকার থোইবী মণিপুরী সমাজগী পনম্নুংদগী ফংলুবা য়াখল কয়াবু লৌশিন্দুনা অমদি সমাজ অসিগী মন্নুংদা হিংলিবা পুন্সি কয়াবু মহাক্কী উপন্যাসকী মচল ওইদুনা পামজবা খুদোল খরা তমখিবনি। ঈংনা চীক্পা মোং হাদনা পানজবা মৈতৈ সমাজগী শক্তমদা মহাক্কী অপেনবা লৈজরবস্ম সমাজ অসিদা তোংশিন্দুনা লৈরিবা ফত্তবা চৎনবা থরবুদি মহাক্না য়ানিংখিদে। মরুওইনা নুংশিবা অমদি অরা-অনাগী অচম্বা পাউদম পীরবস্নু মহাক্না উরুবা সমাজগী শক্তম্নুদি অইবী অসিনা য়েকখি। লোয়নননা সমাজগী চৎনবাশিংনা পুন্সিদা পোংলুম ওইনবগী সমস্যাশিং মহাক্না লাম্তোকখি। মহাক্কী 'রাধা'দা রাধা অমদি কৃষ্ণচন্দ্র অনীগী অচ্যাং ওইরিবৈদা শান্নামন্নবদগী মমি তমখিবা নুংশিবগী মহৈ থুংনদবদা ফংবা তাখি। শক্তম অসি উংপদা মৈতৈ সমাজগী মন্নুংদা নুপা-নুপীগী মরক্তা লৈনবা চম্না ফজবা মরী অমদি মচা ওইবশিংনা মমা মপাগী য়াথং হিকতোকপা ঙমদবা ফিভমবু উংলি। অদুম ওইনমক নুপী ওইবীশিংগী থাজ-য়োঙ্গবগী তাংককপু য়াম্না শুনা লৌনবা অমদি মতম লিংখিগনি হায়বগী অরাবা মমা মপাদা লৈজবা য়াখলদু মরাক চুম্না ফোঙদোকই। মহৈ মপুং ফাদ্রিবা কৃষ্ণচন্দ্র থাজ য়োঙ্গবগী মতম লিংখিগদৌরবা রাধাগা থুংনখিদে। মসিমকস্নু চৎনবা ওইনা লৈরিবা অথুবা মীংয়েং অমদি য়াখলগী শক্তমনি। নুপী ওইবীশিংগী মতম খজিক লীংখিবদা মীনোক-মৈশা লাংনবা সমাজগী অথুবা য়াখল অদুনি।

উপন্যাসকার অসিদা মণিপুরী সমাজ অসি চীংগী-তম্মীগী অপুনবা সমাজনি : অমদি মরী অসি শেংন-খাইনবা য়াম্রবনি হায়বসিগী য়াখল খরদি 'চীংদা শাংগী ঈঙেৈল্লে'দা উংনবা ফোংনখি,[১] লোয়নননা মৈতৈ

১। থোইবী গোর ধর্ম্ম চক্রিবৈগী মমাঙদদি চাং-তম অসিদি পুম্না লৈমিন্ন-রম্নিবনি হায়না অখণ্ড-অহৈ পণ্ডিতশিংনা হায়নৈদো।"
"চীংদা শাংগী ঈঙেৈল্লে", অইবী মশামক, ১৯৭২, লাঃ ৩১।

সমাজগী মনুংদা লৈরিবা জাৎ-বিজাৎ থাম্নবগী অ. দি মীওইবনা মীওইববু হন্থনা থনবগী মুংঙাইতবা চৎনবী অসিবু য়ানিংদবা রাখল উপন্যাস অসিনা উংথোকলি। চৌংগী নিঙোলবু মৈতৈ সমাজনা হন্থনা থনবা, শেরান্নবা চৎনবী কয়াসিগী মনুংদা চৌংমী নুপী অমবু মৈতৈ সমাজদা পুশিল্লকুনা অমত্তনি, মীগা মীগগী মরক্তা থেন্নবা লৈতে হায়বাউংলি। অসিগুম্বা ওৎ-নৈবা কয়ানা সমাজগী শক্তম্বু অমকপা ওইহল্লি। মসিনা সমাজগী চৈনাখোল ওইতুনা পুন্সি কয়াগী আশাবু কায়হনবগী মুংঙাইতবা ফিভমসি য়ানীংখিদে, অইবী অসিনা মীওইবগী থমোয়গী মমল খঙননবা নুংশিববু ইকাইখুম্নবা অমদি অচৌ-অপিক খায়না হিংমিন্নবা য়াবা হেন্না মপূংফাবা সমাজ অমবু পামজবসি মহাক্কী অচম্বা খুউংশিংদা থাদোকপা তৌখিদে। মহাক্কী নুংশি-নুংঙোন্না মপূং ওইবা উপন্যাস 'নুংশি ঈচেল'দা ফাওবা আশা অসিবু তৌখি। অফবগা ফত্তবগা মুক্নবগী অমদি খঙনা খঙনা লৌশিন্দুনা থল্লিবা অরানবা চৎনবী কয়াসিনা সমাজবু অমকপা পীবগী ফিভমসি থোইবীনা ঙমজবা শক্তমদা উংচরমলবনি।

সমাজগী মনুংদা থোক্লিবা লাইরবা ইনাকখুনবা অনীগী থোং মান্নদবা, ইনাকখুনবশিংনা লাইরম্বু হন্থনা থনবগী থৌদোক্তগী থোকপা অরা-অনা কয়ানা ইবোমচাগী মোংফম উপন্যাসকী মরুওইবা সমস্যা ওইনখি। লাঞ্জদ্রবী শেংলবী নুপীমচা অমগী পুন্সিবু অরা-পোলোই তাহন্দুনা মোংফমগী লোইনাইদ্রবা লৈরোলনা ননশিনখিবা শোক্লবা সমস্যা অসি অচাউরম অমদি থোং মান্নদ্রবা সমাজগী অরানবা চৎনবীননি হায়বসি অইবনা উংখি। রাত্ত-পাদবা পুন্সি কয়ানা হাতে-হাতে থিতুনা চাবা পুন্সি-শিংদা য়েংলিবা হন্থবা মীৎয়েং অসিনা মরম ওইদুনা থোরকপা মুক্নবগী থৌদোক্তগী সখিতোম্বী অমসুং শ্যাম অনী অসি পুন্সিগী কাইনবা তারকখি। মীওইবগী শেংলবা থমোয়গী মরীদা মুপ্নতগী অচাউবম পাম্বা কয়ানা অয়েংপা ওইহনা ফিদমগী মশক ওইরবসু মুংশিববু খাঙডুথক্তা

কেমহনখিবা অরাবনা থল্লবা থৌদোক্নি। সমাজ অসিগী কান্নদ্রবা লিচৎ খরনা শেংলবা পুন্সিগী লম্বীদা য়ৈথায়বা পীখিবা অরা পোলোইগী উপন্যাস অসিনা মীওইবগী ফীদমগী মুংশিববু রাংনা থাঙত্তুনা অসিগুম্বা থমোয়গী লাল অসিগীদমক সমাজনা ইকাইগদবনি হায়বসি অইবনা উথোখি। সখিতোম্বীগী মমা অমদি শ্যামগী মমা অনীমক থমোয় শোকপদগী পুন্সি লোমখিবা মীওইবগী অশেংবা মমলবু ইকাইখুম্নবিদবদগী থোরকপা নাঁওমদ্রবা পোলোইনি। উপন্যাসকার অসিনা অরা পোলোইগী রারী লীতুনা সমাজ অসিগী য়াইফনবা মীওইবগী কান্নদ্রবা নাপল অমদি মীওইবনা মীওইববু হস্থনা খনবগী চৎনবী অসি থাদোকদবনি হায়বসি উৎলি। অসিগুম্বা অরানবা রাফম কয়াসি থাদোক্লগা লিংজেল মান্নবা সমাজ অমবু শাগত্তুনা অশেংবা ফিদমগী মশক ওইরবা মুংশিবগী মফম ফংহনবগী রাখল অইবনা উৎলি। তশেংনমক ইবোমচানা মান্নবা সমাজ অমগী আশা থমজখিবনি।

অসিগুম্বা রাখল কয়াসি মহাক্কী 'মঙলৈবাক'কী মমংদসু তাংকক কয়াদা উৎনবা হোৎনখি। অতুবু সহরদগী তামলবী চীংমুংদা চাইজবী মুপীমচা অমবু মীনোক-মৈশা অমদি তমথিরবা শাজংনা থল্লবা সমাজ মমুংদা পুশিল্লকপদা চুশিন্নবা ঙমদতুনা অরা পোলোই লাকখিবসিনা হেন্না মরূ-ওইবা সমস্যা ওইনখি। ফত্তবা অমদি ওইজবা তানবনা থল্লবা সমাজ অসিদা শেংলবী চমজরবী পুপীমচা অমবু পুশিল্লকপদা থেংনরকপা অরাবা থৌদোকশিংতুনা মহাক্কী মঙলৈবাক্কী থৌদোক ওইখি; অসিগুম্বা মৈশা লাংলবা অনৌবা সমাজ অসি মুপীমচাতুগী মফমদা মঙ লৈবাক্তুম থোকখি।[১] মীৎয়েং অমরোমদা ইবোমচানা হেন্না নৌবা সমাজ অসিদা লৈরিবা ফত্তবা শীচংশিংবু তুক্কচখি; লোয়ননা চীং লৈবাক্কী কাঙলুপ নাইনা তুহৎনবা মীকোক তানবা (হেদ হন্টিং) গী শাজং লৈবা সমাজ অতুগীদমকসু

১। ইবোমচা, 'মঙ লৈবাক', মশামক' লাঃ ১৯৯, (রামচং)

অকিবা পোকখি। উমংদা চাউজবী বঙ্কিমগী কপালকুণ্ডলাবু সমাজগী মন্নুংদা পুশিল্লকপদা তাখিবা দযাতু ইবোমচাগী চীংন্নুংগী মুপীমচা অসিগী মকমদস্তু তাখি। অইবা অসিনা প্রিমিতিভ ওইরবা শাহিং ঙাহিং নম্বা সমাজ অদু থাদোকপা পাম্লবস্তু অনৌবা সমাজদা তিল্লরিবা মীৎয়েং খুরবা লীচৎ অমদি ওইজবা তানবা কয়া অসিবু থাদোক্তবা য়াদ্রবনি হায়বসি উৎখি। ফত্তবা চৎনবী কয়া অমদি লাইর-ইনাকখুনবা কয়াগী মরক্তা লৈরিবা মান্নদবগী সমস্যা কয়াবু থাদোক্লগা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎচবগী মঙ অইবসিনা মঙঙ্গরম্বনি।

বিনোদিনীনা মহাক্কী 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী'দা মণিপুর সমাজগী হৌগ্রবা মনীংতম্না হিংজরম্বা পুন্সিদগী মীখা পোল্লবা সমাজ অমদা ওল্লকপগী ফিভম অদু উৎতুনা সমাজ অমগী হোংলক্লিবা য়াওনবু উৎথোক্লি। ইতিহাসকী থিংঙমদ্রবা য়াওন্দা মীওইবগী পুন্সি অমম্নুং সমাজনা থাঙলিবা অরা-ম্নুংঙাইগী ফিভম অদুবুস্তু য়েক্লবা হোৎনরি। নীংতম্লিবা নিংথৌ পানবা লৈবাক্না ঈংনা চৎক্লা হিংজরকপা মশাগী তোপ-তোপ্পা সংস্কৃতগা লোয়ননা হিংলম্বদগী খঙহৌদনা লাকখিবা য়াওন অমদগী মীখা পোনবগী ম্নুংঙাইদ্রবা পোংলুম অমা নমদা থোংগৎখিবা সমস্যা কয়াসিগী মরক্তা সনাতোম্বা অমদি বড় সাহেব অনীগী পুন্সিগী রারীবুস্তু লীনবা হোৎনখি। অইবী অসিনা নীংতম্বা জাতি অমগী ম্নুংঙাইজবা পুন্সি অমদি মীখা পোল্লবা সমাজ অমগী অরাবা শক্তম অনীগী মরক্তা লৈরিবা ম্নুংঙাইদ্রবা ফিভমবু উৎলি। ফনংক বড় সাহেব অমদি সনাতোম্বী অনীগী পুন্সি রারী লীরবস্তু বিনোদিনীনা মীখা পোল্লবা সমাজগী পেন্দ্রবা শক্তম কয়াদি য়েকপা ঙমখিদে। থমোয় ফাধবা ঙমদ্রবী, পুক্নিংগী ইরাংবু খুতুম চনবা ঙমদনা লমচৎ মাঙথ্রবী সনাতোম্বী কাওবগী পুন্সিদা মরৈবাক মজাতিবু ম্নুংশিজবনা নীংতম্নবা সমাজ অদুগী-দমক্তা নীংঙমদবা পোকখি। মৈতৈ জাতিগী হৌথবা সমাজবু হঙ্গৎনা

য়েংলগা মীখা পোল্লবা সমাজ অহুনা চিন্তাগী শক্তম লৌজবগী ফিভম অইবী অসিনা উৎখি। মীওইবা সমাজগী ইতিহাসতা মীখা পোল্লবা হায়বসি খ্বাইদগী নাংবা কায়নাংঙাইনি হায়বসি অইবানা উৎখি অহুবু অইবী অসিনা মীওইবা সমাজগী ইতিহাসকী থাংঙমদ্রবা ঈচেলদা মীওইবনা উপাই লৈতনা তাউথজরিবা ফিভম অহুবুসু উৎখি।

তোলষ্টোইনা মহাক্কী 'ৱার এন্দ পিস'তা মীওইবনা ইতিহাসকী ঈচেলবু থিংবা ঙমদে হায়না উৎখিবগুম [১] বিনোদিনীনা মহাক্কী উপন্যাস অসিদা উৎলি। অমরোমদা তোলষ্টোইগী 'অনাকরেনিনা'দা [২] থমোয়গী ইস্তলগী থিংঙমদ্রবা শাজৎনা কনাগুম্বা অমগী পুন্সিবু অরা-পোলোইদা তাহনখিবগুম স্নাতোপীগী পুন্সিদস্তু তাহল্লর। অহুবু মীখা পোল্লবা সমাজগী মনুংদা স্নাতোম্বীগী পুন্সি রারীবু অরা অনাগা লোয়ননা লৈরোল চনশ্রবনি হায়বসিদি ময়েক শেংলবনি।

মৈতৈ জাতিগী মীৎয়েং খুরবা সমাজগী পম্বুংদা লৈশিন্দুনা লৈবগী রাখল অসিমদি ইথা থাদোকপা ঙমদনা মতম শাংনা লেল্লকই। অসি-গুম্বা অথুবা রাখল অমদি অরানবা চৎনবী অসিনা চয়েংনহুনা পুন্সি কয়াবু অরাবা তাহল্লি। সমাজগী মনুংদা কোনশিন্দুনা থম্লিবা চৎনবী কয়াসি চুমদে হায়না ভৈগ্যগী 'চাওবী' উপন্যাসতা উৎথোক্লি। মৈতৈ জাতিনা অতোপ্পা জাতিবু হুন্থনা খনবা, মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নবা কয়া থম্লিবা অমদি ধর্ম্মগী মিংদা শোক্ল শম্নবা য়াদবগী অরাববু অচৌবা

---

১। Leo Tolstoy. ' War and Peace''. Penguin Book s vol, I and II, Trans. Rosemary Edmonds, 1977, p. 978

২। Leo Tolstoy, "Anna Karinina'', Tr. by Mosses S. Gurin and Jacoo Gurin, Washington Square Press, Inc. New York, 1876-1877

পোৎলুমগুম সমাজনা পুন্না লৈরিবা চংনবী কয়াসি অইবনা উংলি। অইবা অসিনা সমাজগী মনুংদা কোনশিন্দুনা থম্লিবা চংনবী কয়া অসিবু য়ানিংদে। মীওইবগী অচুম্বা রাখল কয়াগা তায়গন্নবা চংনবী কয়াসি অৱানবা চংনবীনি সমাজগী কান্নদ্রবা পোৎলুম্লি হায়বসি অইবগী রাখলদা ফাও-রকখি। কয়াগী মতিক মীনোক চাউরবা সমাজনো হায়বদু মীকুপ অমত্তুং খুদাং পায়রুবী লৈশাবী ফাওবা মীগী শিংদা চনবগী অমদি ইজ্জং মাঙবগী চংনবী লৈবসিনা ফজনা উংলি। মীনা খুদাং পায়রুবগীদমক অমকপা লৈত্রবী চাওবগী পুন্সিবু পাউথোকপা তাখিবা সমাজ অসিনা লৌশিল্লিবা মতমত্তুগী মীনুংশি খঙদ্রবা চংনবী কয়াসিগী খুদম অনা থোৎদোক অসিনা ওইহনখ। অত্তুবু নাকল অনৌরোমদা থম্মোয়গী অমদি নুংশিবগী রাখলবু রাংনা লৌজবী বঙ্গালী নুপীমচা অমগী অচৌবা পুকচেল উত্তুনা মহাক্কী লৈজবা কয়া ফাওবা চাওবীগী মফমদা শীন্নরম্মী। সমাজ অসিবু মপুঙ ফাহনবদা পুকচেল চাউবা অমদি ওইজবা থাদোকপা কয়াগী পুন্সি দরকার লৈ হায়বসি ভৈগ্যাগী রাখলনি।

মৈতৈ জাতিনা মহাক্কা বঙ্গালী নুপীমচা অমদগী তমজনীংঙাই কয়া লৈরি হায়বসি উপন্যাসকারনা উংপা পামখি। ভৈগ্য মণিপুর সমাজবু খবা হেন্না ফবা ফিদমদা শেমদোক্কুনা মীগা মীগগী মান্নদবগী ফত্তবা চংনবী অমদি ধর্ম্মগী মিংদা চুমদবা চংনবী কয়াবু কোনশিন্দুনা থম্লিবসি মপুংফানা মাঙহল্লগা অফবা সমাজ অমা ওইনা শেমগৎপা পাম্বগী আশাবু ফোংদোকলম্বা উপন্যাসকার অমনি।

উপন্যাসকার অসি হায়মনা সমাজগী কয়াং ওইরকপনি উপন্যাসকারদি কোম্মনা ওইরকপনি। মহাক্কা মীং হেক পাঙথোরকপদা থেংনরিবসি ইমুং মনুংনি মথংদা য়ুমলোম্নবা, লৈকাই, মায়কৈ অমদি লৈবাক মপুম অমদি মীয়াম। মীয়াম মরক্তা চাউরকপনি অমদি হিংলিবনি। মথংদা অমুক চেতনা শক্তিনা পোক্লকপা অমদি চাউথৎলকপদা অপা-অপাননা

হক্তথেংনরিবসি মীয়ামগী মাক-য়েংনি, হায়বদি সমাজনি। সমাজ অসিদা উপন্যাসকার মশা য়াওবতা নত্তনা উপন্যাসকার মশাদা সমাজ অসিমক তঙাইফদনা য়াওরবনি। অদুনা সমাজগী লৌচৎ-শান্নং রাখল-মীৎয়েং পুম্নমক অসি মশাদা অদুমক য়াওজরকপা তাবনি। মশাদা অদুম্মক ফাওরবনি। মতম-মতমগী মতাং-মতাংগী রাখল্লোন পুম্নমক উপন্যাসকার মশাদা ফাওরবনি। থোৌরবা মীৎয়েং অমা সাহিত্যকারদা য়াওজরকই। মসিনা মহুং হুপ্পিন্না উবা অমদি ফাওবা ওয়গী শক্তি অমা য়াওই। শক্তি অসিগী পান্থৈনা অইবনা সমাজগী অফ-ফত্ত অরা-মুংঙাই পুম্নমক উরকই। অপুনবগী ওইবা মীৎয়েংদা য়েংলগা, লোয়নন মানবতাগী য়ুমফমদা লেপ্লগা য়েংবদা অফবা-ফওবা অমদি চুম্বা চুমদবগী রাফম খল্লকই; নৈনরকই অদুগা অরোইবদা লাইখাই অমা তারকই। লাইখাই অসিগী থাক য়োরকপদনি কমলনা মৈত্রবাক্ত। 'মাধবী' অনা তঙাইফদ্রে হায়না খল্লকইবা; পাচানা মীগী লৌচৎ অসি নীংথায়রক্লে হায়না মুংনাংলক্লিবা অদুগা রামসিংনা তাইবঙ লৌচৎ অসি তায়ওল্লখরে হায়না তেংথারক্লিবা। সমাজগী ওইবা মীওইবা, অইবা মশাদা ফাওরকপা রাফম অসি উপন্যাসশিংদা মওং অমদা নত্রগা অমদা য়াওরকপা মশানা তাবনি। উপন্যাসকারদি সমাজবু কুপ্পা শেন্নজরিবা কলাকারনি।

---

মরাশুবা শরুক

# উপন্যাসকারশিংনা উৎলিবা সমস্যাশিং

মরীশুবা শরুক

# উপন্যাসকারশিংনা উৎলিবা সমস্যাশিং

মণিপুরী সমাজদা মখল মথেলগী সংস্যা কয়া মতম মতমগী ওইনা হুকথেংনহুনা লাকখি। পুন্সিগী অচুম্বা লম্বীদা মতম চুপ্পা ঈংনা হিংজবা হায়বসি খরা ওইথোক্কে, সমাজ অমগী মপুংদা ফত্তবনা মশিং হেনবা হায়বসিদি থাদোকপা ঙমদ্রবা পুন্সিগী পোৎলুমনি। মসিগুম্বা থুংঙাইদ্রবা সমস্যা কয়া অসিদগী লাম্থোক্নবা লম্বী থিবা হায়বসি উপন্যাসকারশিংগী অচৌবা পান্দমনি। মসিগীদমক উপন্যাসকারশিংনা মখোয় মখোয়না শরুক য়ারুবা অমদি মতম মতমগী ওইনা শকখঙলুবা সমাজগী সমস্যাশিংগীদমক থুংনাংবা অমদি নীংবা কায়বগী শরোন কয়া লৌরকখি। উপন্যাসকার খরনা থুংঙাইদ্রবা সমস্যাশিং অসিবু কোকহন্নবা হুকথেংননা লম্বী থি; খরনা নাকোইননা উৎথোক্লুনা খন্নবা লম্বী থি, রাখলগী লম্বী থিদুনা অচৌবা আশা কয়াগা লোয়ননা কোকহন্নবা লম্বীশিংহু উৎথোকই। উপন্যাসকার খরদি মখোয় মশামক্তা থুংঙাইদ্রবা সমস্যাশিং অদুবু পেনদবগা লোয়ননা লাম্থোকই, অমদি, সমাজগী কোকহন্নবা লম্বী কদায়দনো হায়না লাংতক্লনা রাহং হুংই। শেঙ্গা-থুমজানা থল্লবা মীচং কনবনা অচৌম শক্লবা, শেঙ্গাও পায়বশিংনা অহুনদা শক্তি শীজিন্নহুনা লাইরববু শুমহুনা চাবদা আইন্না করিস্সু তৌবা ঙমদবা, থুংঙাই য়াইফবশিংনা হয়াঙ-কুমৈ নীঙ-খোংবগা লোয়ননা অহুনবা শেল খরচ তৌহুনা লোম্থাকপা লাইরবশিংনা চরা হেননবা অসিগুম্বা শম্বা ঙমদ্রবা সমাজগী

মশক্তা অইবা থরনা পূক্লিং চিংশিল্লি। কান্নদবা হরাও কুম্মৈদা লুথুনা মতম অমদি লন থরচ হেন্না তৌথোক্তুনা সমাজদা অশোকপা ওইহল্লিবা, লুহোং-খোংদোংবগী অহেনবা অউন-পোৎগীদমক অরাবা তারিবা ফত্তবা চৎনবিশিংবু অইবনা কুপশিন্না য়েংই। হিংনবগী লানফমদা উপাই লৈত্রবী কনানা পুন্সিগী মঙলবু থওইরক্তুনা মশামক য়োম্থোকপা অমদি লমচৎ কাল্লবী কনানা মীকুপকী মুংঙাইবদা ইজ্জৎপু থওইরক্তবগী মুংঙাইত্রবা লীচত্তা অইবশিংনা পূক্লিং থিংজিল্লি।

অনৌবা যুগনা থুংলবদা মীওইবগী মরক্তা হেন্না মীয়েং খুজিল্লকপা মশানা মশাবু থাজবা ওয়্রক্তবা অমদি অমস্তুংগী মুংঙাইবা থিবদা ময়ামগী অরাববু ওইদবা খুরবা মীংয়েং অসিদগী থোরকপা সমস্যা কয়াবু অই-বনা পেন্দবা ফোঙদোকই। শক্তিগী লমজেলদা মীওইবগী পুন্সিবু অরাবা লৈরোন্না ননশিল্লিবা, পুন্সি কয়া থাঙথক্তা মাঙহল্লিবা তমথীরবা লাঞ্জাও কয়ানা পুরকপা কাংথোং চাইরবা সমাজগী শক্তম্না অইনা থরগী থমোয়দা অরাবা চৈথেং পী। উপন্যাসকারশিংন ফত্তববু শেংদোক্লবা লানফমগী চৈনা কয়া থাঙলুরবস্থ হেন্না শেংবা সমাজ অমবু নৌহৌননা শাগৎচবগী আশাদা লানগী শোক্লবা চৈনাবু থাঙবদা নাচুংখিদে। সমাজগী সমস্যা কয়ানা অইবশিংগী রাথলদা ঈথিল ওইত্তুনা সমস্যাশিং অসিদগী নান-থোক্লবা লম্বী থিরকই হায়বসিদি উপন্যাসকারশিংগী থুংলানথোক্তা ময়েক শেংনা উৎতুনা লৈরবনি।

উপন্যাসকার কমল সমাজগী মশকপু কুপ্না য়েংখিবা শেংলবা মণিপুরগী সমাজ অমবু ইচঙ থৌনা শাগৎচবগী আশাদা তাউজরম্বা উপন্যাসকার অমনি। অনৌবা মহৈ অনৌবা জ্ঞানগী লম কয়া উথিবা অইবসিনা অনৌবা যুগনা পুরকপা অরং-অরাক্লা থল্লবা সমাজ অহুদা অপেনবা খিখিবগী মহুৎ চীংলোন কয়াগী পম্নংদা মোং হাদনা হিংলম্বা মণিপুরীগী থাযনগী সমাজ অহুদনা হেন্না অচেৎপা থাজবা থমথি। সমাজ অহুগী

শেংলবা পুন্সিবু শীংথাখি। অদুবু শেঙ্গাও পায়বশিংনা লাইরববু শুম-হৎতুনা চাবা অমদি শক্তিবু লান্না শীজিন্নদুনা মশাগী ফুংঙাইনবা থীবদা লাক্কদবা চন্নবা পুন্সি কয়াবু ওৎ-নরিবা মতম অদুগী মীওই পুন্সিশিংনা সমাজগী সমস্যা কয়া থোকহনখিবা অদুদা ফুংনাংবা পোকখি। শেঙ্গাও পায়বা অমদি খুংকন পাঙ্গনবশিংনা অ ইনবু খুৎনা পায়দুনা শীজিন্ন-রকপগী থৌদোকসি উপন্যাস 'মাধবী'গী মফুংদা ধনঞ্জয়গী পুন্সিরোমদগী উৎথোকখি লুট-পাট হুরান-চিন্থি অমদি খোঙলোয় কয়াগা লোয়ননা হিংলম্বা ধনঞ্জয়গুম্বা পুন্সিশিংনা অতোপ্পগী য়েংদবা, মীফুংশি খওদনা নৈহৎপিরবা পুন্সি কয়াগী মফুং থম্বালগী ইমুং-মফুং অমদি নবীন, উরীরৈগী পুন্সিগী চৈনাবু উৎখি। সমাজগী ফত্রবা সমস্যাশিং অসিগীদমক লান হৌগদবনি হায়বসি মহাক্না উৎখি। কমল অহিংসানা অথোইবা ধর্ম্মগী লম্বীনি হায়বসি খওদবা নত্তে। অদুবু ফত্ত-ফৎখিদ্রবা অমদি ধর্ম্মগী জ্ঞান্না ফহনবা ঙমদবা তারবদি লালহৌদুনা ফত্তববু মুৎথংকদবনি অদুনা সমাজগী সমস্যাবু শেংদোক্নবা হিংসা তৌদবা য়ারক্তে হায়বসি উৎখি। অফবা সমাজ অমা পুরক্নবগীদমক হিংসাদা থাজখি। ওৎ-নৈবা হায়-সিনা লালহৌবগী মরুওইবা লম্বীনি[১] হায়বদু কমলনা উৎখি। সমাজ অমগী য়াইফবা পুরক্নবা পুন্সি কয়ানা কথোকপগা লোয়ননা অরা-অনা খাওবা তারকই। কুটিল ওইরবা সমাজ অমগী পামদ্রবা য়োহ্লিং থদংনবা স্বার্থত্যাগপু খুৎলায় ওইনা শীজিন্নগদবনি হায়বসি অইবসিনা চেৎনা থাজখি। মসিগীদমক মাধবীগুম্বা পুন্সি খরা চঙই হায়বসি কমলনা উৎখি।। থোং-নৌরবী ফুপীমচা অগদা ওইজবা থাদোকপগী মঙাল হাপ্লিবা অসি কমলগী চাউরবা খুদোম্নি।

মণিপুরী সমাজগী ঈংলবা মোং হাদ্রবা শত্রুমদা পেঙ্গরবস্থু কমলনা সমাজ অসিগী শান্তি লম্বীদা অকায়বা পীরিবা লমচৎ চুমদবা, শক্তিবু

১। কমল, 'মাধবী', মণিপুর গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা খুৎলম, ১৯৬৭, লাঃ ৭। ( হ্রাসচং )

লান্না শীজিন্নদুনা মীচম কয়াবু ওৎলিবা মীওইশিংবু য়ানিংদবা উৎখি। সমাজ অসিগী মনুংদা মখোয়বু কোনশিন্দুনা থম্বগী মহুৎ মখোয়বু শেং- দোকপা নত্রগা মরুফংনা মুৎথৎখি। মা য়াগী ওইজবা থাদোক্লবী মাধবী- গুম্বা পুন্সিশিংনা ইচত থোনা চোংথোরক্লবতদা অসিগুম্বা সমস্যা কয়া অসিদগী নাম্থোকপা ঙমগনি হায়বসি অইবনা থাজখি। নুপীমচা অসিগী মফমদা ত্যাগকী শীংনবগী অমদি সমাজ সংস্কারগী হক্লবা পোৎলুম কয়া থোক্লংলি। অরা-অনা তারবী, নৈহৎপীরবী উরীরৈগুম্বী কয়াগীদমক মাধবীনা অরাবা খাঙবা তাখি। সমাজদা য়ৈথায়বা পীরিবা হুরানবা ডাকু কয়াবু শীংনবা ভৈরবী শাহুনা উমংদা পুন্সি লেনবা তাখি। সমাজবু মপুংফাবা শক্তমদা শেমগৎচনবা মুংশিবা হায়বা পোৎশক অসি ফাওবা মীপুম খুদিংদা য়োম্থোতুনা বিশ্ব-প্রেমগী শক্তম উৎনিংখি। মসিগীদমক মাধবানা ঈশ্বরগী মফমদগী স্বার্থত্যাগকী পাঙ্গল নীজরি:—

"হা ঈশ্বর, পাঙ্গল শোল্লবী নুপীমচা ওইনা পোক্লবী ঐহাক্না সমুদ্রগী মতৌগুম্না পুকচেল চাউরবা স্বার্থ ত্যাগকা মরিক অমতং লৌজবা ঙম্নবা পাঙ্গল পীবিগদ্রা? হে দয়াময়, হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবী, পূক্নিংগী পাঙ্গল শোল্লবী, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম্না য়োমহুনা পোক্লবা ঐভোন্দা অন্ধবিশ্বাসনা কুপ্তুনা থম্লবা অমমবা সমাজগী মনুংদা স্বার্থত্যাগকী মঙাল খজিক্তং উৎনবা পাঙ্গল পীবিয়ু।[১]"

মীওইবগী অচম্বা নমথাক লৌনম য়াওদ্রবা পুন্সিদা অপেনবা পোকখিবা কমল খুঙ্গংগী ওইবা অচম্বা পুন্সিদা অচেৎপা থাজবা থমখি। পুকচেল শেংনা চয়া থোং মান্নদা হিংমিন্নবা সমাজ অতুনা অশেংবনি হায়না কমলনা থনখি। কমলনা অচম্বা মপুংওইবা সমাজ অমগী অচেৎপা আশা থম্নবসু পুন্সি অসিদি ইচং থোনা হিঙ্গদবনি হায়বসি মতম পুম্বদা

১। কমল, 'মাধবী', গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা খুৎলম, ১৯৬৭, লা: ৫১

উৎখি। মরমসিনা পংলবী উরীরৈ ফাওবদা শীংনবা ওম্বগী পাঙ্গল হাপখি, মহাক্না ভুবনগী অত্যাচারবু শীংনহুনা হায়খি -

"হুরানবা. নবুংঙো অমা লৈরি হায়বা খঙনা খঙনা করিগীদমক ঐবু ফারিবা? শিগনি হায়না কিহুনা ঐগী পুকচেল হোংগনি খনবা শারিবরা? লৈখোক্তা য়েৎপা লিনথাককুম্বা, অমুনবা হৈদা চংবা তীন-গুম্বা! নংগী পৃক্নিংদা থৌজাল হায়বা অহু মরিক অমতা পকত্রবোই', হুরানবা নংনা মুপামচা থোক্লবদি ঐবু পুন্নিবসি থাদোক্লুনা থাং অমমম পায়নহুনা মুংশিবগী চাং য়েংনসি"[১]

চন্নবা নবীনচন্দ্র ফাওবা ফিভম্না মী হাংপা তাখি। সমাজগী শান্তি থুগায়রিবা কয়াগা শীংনবা হায়বসি তৌফনা থোকপা থৌদাংনি হায়বসি কমলনা উংখি। কমলনা শাগৎচবা সমাজ তরু তরুবনি ওক্নবী লমচৎ নাইদবী কয়াগী মফম লৈতে; মহাক্না হীরমসিদা পৃক্নিং চিঙশিন্দে। মহাক্না ভুবন মপাগুম্বা মীমুংশি য়াংলবা, থমোয় কল্লবা মীশকপু সমাজগী ফরক তারবা মীশক ওইনা লৌহুনা মখোয়গুম্বা পুন্সিবু কমলনা করেম্নে। সমাজবু কুপ্না য়েংখিবা দিকন্সমু সমাজগী শান্তি থুগায়বা থমোয় কল্লবা মীশক কয়াবু মহাক্না উপন্যাসতা করেম্নখি। মহাক্না মতমগী য়ানীংদবা চৎনবী কয়াগী মথক্তা অকনবা আক্রমন তৌখি।[২] কমলগী মফমদা ঙাকপীবগী পাঙ্গল লৈ; মরমসিনা ভুবন ফাওবা মীমুংশি উৎতুনা ঙাকপীখি। মফম মতমগী মতুংইন্না ঙাকপীবা, লমনথুমবা হায়বসি কমলনা পামজনা শীজিন্নখি। অহুম ওইনমক অফবা সমাজ অমবু শাগৎনবা

---

১। কমল, 'মাধবী', গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ৮ শুবা খুৎমম, ১৯৬৭, লাঃ ৪৭

২। I for Evans, 'While in all his work Dickens is attacking the social conditions of his time.''—
'A Short History of English Literature', Penguin Books. 4th Edition, Reprinted, 1981, P. 246

থ্বাইদগী অথোইবা খুৎলায়দি স্বার্থত্যাগ হায়বসিনি হায়বসিদি শেংনা উৎলি।/

উপন্যাসকার চাউবা মহাক্কী মতমগী সমাজগী শক্তম্না উপন্যাসকী রুক্কম ওইনবগী মহুত্তা হৌগ্রবা ইতিহাসকী তাংকক অমদা মহাক্কী পামজবা উপন্যাসকী কল্পনা শেম্নবা হোৎনখি। কমলনা ঈংনা লেম্না পানজরম্বা মণিপুরী সমাজ অত্তুদা অপেনবা ফংজখিবত্তু চাউবনা হৌগ্রবা ইপা ইপু-শিংগী লংলবা পুন্সি অত্তুদা হেন্না পেঙ্খি। সমাজগী লংলবা শক্তম অত্তু হৌগ্রবা জাতিগী ইতিহাসতা থেংনরে, ফিদম্নফম ওইরবা পুন্সি কয়াবু লৌশিন্দুনা অশেংবা সমাজ অমা নৌহৌননা শাগৎপা য়াগনি হায়বসি চাউবগী রাখল ওইখি। অশেংনমক অনৌবা যুগনা পুরকপা চয়েৎ-চনৈ-নরবা অনৌবা সমাজ অত্তুদা চাউবনা অপেনবা থক ফংখিদে। অনৌবা য়াওন্না পুরকপা সমাজগী শক্তমবু কুপ্না য়েংখিবা চাউবনা খায়নগী পুন্সি অমসুং সমাজবু তত্তনা ঈথৌ লাংজখি। মসিগীদমক চাউবনা জাতিগী হৌগ্রবা শক্তম্সু যুগকী নৈশাদা লুপশিনবা তারক্লবদা খুংশিনা শৈথাখি :

"থাইনগী নৈরাং অমনবা, মলল মলল নৈন্নুংশি, নৈরাংবিনবা নৈতবনা নৈম নিংথৌ য়ৌদ্রে [1]

ফিদমবু পামজবা উপান্যাসকার অসিনা অনৌবা যুগগী মপাল-থোংগী ওইবা শক্তমদা ঙাওরবা সমাজ অসিগী নৈরোলদা লুপশিন্দুনা য়েংলম্নবস্তু মহাক্কী উপন্যাস অসিগী মনুংদা পেনদবা কয়া অত্তু ফোঙ-দোকপগী মহুত্তা পুন্সি অমদি শেংলবা সমাজগী শক্রবা ফিদম অত্তু থাগেম্বা ছাক্কগী ইতিহাসকী তাংকক অমদা থেংনরে হায়না মক লাম্না উৎথোক-প্রবনি। নৈবাক নিংথৌ পানবগী চম্না ফজরবা চৎনবী, অচাউবম নৈত্রবা

১। খ্বাইরাকপম চাউবা. 'থাইনগী নৈরাং', গভর্নমেন্ট লাইব্রেরী, ২শুবা খুৎনম, নভেম্বর, ১৯৭২, লা: ৮

পুন্সিশিং, অমদি থাঙবা কনবগা লোয়ননা মতমগী পুন্সিগী ভীক-খনবু ঙাক্নুনা শেমগৎচবা সমাজ অদুদা হিংজরিবা পুন্সি কয়াবু চাউবনা উৎ-থোকখি। অসিগুম্বা পুন্সি কয়ানা শাগৎচরকপা সমাজ অসিনা মতমগী তেমথেং কয়া মায়োক্লদবদি য়াখিদে। লানফমা পুরকপা পুন্সিগী অরা-অনা কয়া ইতিহাসকী তোরৈ ইন্না থাঙবা তাখি। ফনমক শান্তি পান্নবসু জাতিগী নীংতম্বা ঙাক্লবা অমদি মশাগী মতিক মগুণ উৎতুনা নীংতম্না হিংজনবগীদমক য়েন্নবব মায়থীবা পীনবা লাথেংনবা তারি। মীৎয়েং অসিদগী মৈতৈ জাতিনা লানফমবু শিন্দা ওইবা মশাগী সমাজগী মশক্তা লানকম্ব শাগোন্নজরবা শাজৎ অসিদি থক থাদোকপা ঙমখিদে, তশেংনমক মণিপুরী হায়বা জাতি অসিগীদি --

"খোংগ্রেংনা পুন্সিগী থৌগাইনি। লানফম্না পুন্সিগী চাক্তাফম্নি। নিপা খুদিং লালোয়নি লালোয় খোঙফমদা পুন্সিগী লেঙদবা লম্বীনি।"[১]

হুন্দোকপা য়াদ্রবা লানফম অসিবু জাতি অসিনা চেংনা লৌশিল্লম্বনা অচৌবা শক্তি কয়াদগী মশাবু কম্হোক্তুনা নীংতম্না হিংবা ওল্লকখিবনি; শক্তম অসিমক চাউবনা য়াম্না ময়েক শেংনা উৎথোক্লবা হোৎনখি। জাতি অসিনা সমাজ অসিবু ক্রাঙখোং চাইহনগে হোৎনরকপা অমদি মৈতৈ জাতিগী নীংতম্ববু তেংশীংনরকপা খাগীশিংগা থৌনা ফনা লাম্হেংনখি। মশাগী ধর্মগী হেনফদ্রবা থৌদাংমক ওইনা মাওইবনা লাম্হেংনগদবনি হায়বসি চাউনগী অরাংবা রাখলনি, অদুবু মশাগী সমাজ অমবু অশেংবা শক্তমদা থাঙ্গৎচনিংঙনা পুন্সি অসিবু য়াংনা লৌরকখিবা চাউবগী অরাংবা ফিদম অসি হৌভ্রবা পুন্সি অদুদগী লৌরকখিবা রাখলনি। ধর্মদা লুপচবা মতম অদুগী সমাজনা লানফমবু ধর্মগী শিন্দা অমনি খঞ্জে। লানফমদগী মায় ওন্দনা শিবনা লাইরৈবাক শোয়দনা ফংলুগনি হায়বসি থাজবা

---

১। মানকেতন, (মণিপুরী লোক সাহিত্য), 'রারেং পরেং', মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ১ বা ফোঙবা, ১৯৬৬, লাঃ ২৮

ওম্মী। অইবনা থাজে—"শিরে ফরে, ক্ষেত্রিয় মচানি, সনাতন ধর্ম্ম ফংখিগে।"[১] থাজনবী অসিমক হিন্দু দর্শননা য়ারবা রাফম্নি।

জাতি অসিগী পন্সিগীদমক চেংনা নীংজবা নীংতম্বা হায়বসি মাঙ-থ্রবদি থরায় মাঙবদগী হেন্না লুনা থল্লবা জাতি অসিন লানফমদগী চেনবস্নু য়াখিদে। মশিং হেল্লবা থাগীগী লানফমবু খ্বাইরাকপনা মায়োক্লবদা নীংহুম্নবা লৈখিদে।"[২] তশেংনমক মতম অদুগী সমাজগী ফজন্নবা শক্তম অমদি সমাজ অসিগী মকোক থোংবা লৈবাক্তা নিংথৌ অমদি ফম্নাই-বশিংনা কংথোকপগা লোয়ননা জাতিগীদমক হোংনরম্বা অসিনি। নিংথৌ থাগেম্বনা মজাতিগীদমক থরাইগী মমলবু তম্বাংনা থন্দোকপা ওমখি। য়েক্লবনা লাকচথ্রবদা মশাংক্লা লানফমদা চোংথোক্তুনা য়েক্লববু তশেংনা মায়থীবা পীখি

"মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা থাং খৌবোম্বা শুংতা পায়রদুনা থাংগী ভুগোই শার শারদুনা খগিগী অকন-অথৌ পুন্নমকপু য়েন্দেম শোইবগুম শোইবা হৌরক্লে। পাম্বি উন্দ্রদুনা খাগিগী লান্মী পুন্নমক কায়দুনা চেল্লে। মৈতৈ পুন্নমক লান ওায়ু হায়বা থংনবা দুর্গামাই লাউরে। কোন্নুং অপুম্বা পুং শেনগী খোঞ্জেন্না নিনথ্রে।"[৩]

চাউবনা য়েক্লম্নিবা সমাজ অসিগী পামজবা শক্তম অসিদা শাফম লানফম অমসুং মুংশিবা অমদি কংথোকপগী রাখলনা অচৌবা মফম কল্লম্লবসু মৈতৈ জাতিনা চন্না হিংলমবা মশাগী রাংলবা সংস্কৃতিগী মশক্তা পেঙ্গবম্বা শক্তম কয়াবু য়াম্না মায়ক শেংনা উংলম্মী। নিংথৌনা প্রজাগীদমক হিংবা প্রজানা নিংথৌদা থম্বা ভক্তি অমদি নিংথৌ শাগৈনা

১। চাউবা, 'লবঙ্গ-লতা', গৌরহরি, ১৯৫০, লাঃ ২৬

২। মথক্তাসি লাঃ ২০

৩। মথক্তাসি লাঃ ২৯ ৩০

অচাউরম মচেং অমত্তা য়াওদনা হিংলম্গা শক্তম ফজরবা মশক্তি। খ্বাইরাকপগী মমোম লতাসগী শিম্বাদা জাতিগী ফজরবা সংস্কৃতিগী শক্তমবু উংথোকখি। মীনাই মীশন ওাইদনা মখুংমক্কা শিম্বা পাংজবা চম্না মগুণ লৈরবী নিংথৌমচাশিংগী মশক্তি। লংথাং খুহৎ হুৎপা ফি লতাস্নানা শাবগী ৱাফম—

"লতাসনা অয়ুক্কী ভৌগদবা পুম্নমক লোইত্তুনা খ্বাইনা য়াম্থৌব্রিবৈদা শিন থাখরে। পাং ইয়োং তিংথোকুনা লমথাং খুহং লময়োৈবী-শিনবাং থৌরাংদ্রবী পাদেম খুত্তা পায়দুনা য়েংনা হুল্ল ওইনা ওক, ওইনা হুল্ল য়েংনা ওক, খুল্লং মরম চানা শাখরে"[১]
অস্মুন্না ফজনা শীংথারম্বা থেংনৈ। লম অসিগী ফজবা মশক অমনি।

সমাজ অমগী মম্লংদা হিংলিবা য়াইতোং খমদোংবশিংনা মশাগী নুংঙাইববু থিবদা শিম্বা কয়া থাদোকপগী চৎনবী সমাজদা লৈরমদে। মখুৎমক্কা মশীন পাওবগী ফজরবা চৎনবীসিনা সমাজ অসিগী মম্লংদা থোইদোক্লা লেমজনাংঙাইনি হায়বসি চেংনা থাজরম্মী। গ্রীক্কী রাণী অমদি নিংথৌমচাণুপীশিংনা মখৎমক ফিশ-লোনশা তৌহুনা সমাজদা শরুক য়ারম্মী। পোনিলোপীনা ফি শাত্নুনা পুরোইবা অদিসিউজ হুল্লকপা ঙাইখি।

I ask your patience till I have finished weaving this robe. so that what I have spun away not be wasted and go for nothing it is king Lairtes' burial robe. for the time when he is overtaken by the grim doam of distressful death.[২]

---

১। খ্বাইরাকপম চাউবা, 'লক্ষ-লতা', গৌরহরি, ২ শুবা খুৎনম, ১৯৫০, লাঃ ৩১

২। 'Homer' The Odysseus, Book II (76-157) p. 14

মশাগী শিম্বা পাণ্ডবদা মীখুৎ অমবু ঙাক্তদবা মৈতৈ জাতিগী ফজরবা চৎনবীসি মীপুম খুদিংগী রাখলনি। ধর্ম্মগা থৌরম কয়াদা মশাগী কলাবু থাদোক্তনা কোনশিল্লিবা হৌথ্রবা জাতি অসিগী সমাজদা কৎথোকপগী রাংলবা পাঙ্গল, সমাজগীদমক মরম্নাইগী পুন্সিবু তয়াংনা লৌনবগী ফজরবা লোনচৎ লৈরম্মী। মপুরোইববু অচেৎপা লাইনিং ওইজবী লতাম্নাগী পুন্সিদগী সতীত্বগী ফিদমবু চেৎনা থাজবা মুপী ওইবীশিংগী লৌচৎপু উৎথোকই।

"লাইবক থীবদগী ননাই ঐহাক লুখ্রা হায়বা অদু ওইবে মপাগী মফমদা লানবগী দগি ফংলে। তৌইওম্বসুং পাবুং ইবুংঙো, ননাই ঐহাক্তি মুপীগী জাত্তা পোক্লবনিনা কুংশিরবা মনা মপামকপুসু মপুরোইবনা হেনফম থোক্ক: অদুগা সনা ফরননা কুপা তৌবিয়ু ননাই ঐবুদি ইপা-রোইবনা মণিপুরদা থোকউ হায়বা যাথং পিবিরমদ্রে অদুনা মপোক অসিমা লোইদ্রিবা ফাওবা ননাই ঐহাক রামনগর অসিদা ইপুরোইবা ঙাইবা তারে।"[১]

হিংলিবা মপোক অসিমক অচুম্বা নত্তে, লাইরমলেনগী শরুকসু য়াওরি খনবনা অচুম্বা অমদি কর্ম্ম তৌবদা অশেংবা মচল কয়াবুসু কোনশিন্দুনা থম্বা হায়বসি মশানা তারবনি। তুংগী লাইফাও ঙম্বী মাইব-মাইবীগী রাখলবু চেৎনা থাজে অমদি লৈবাক্কী অপোবা থৌদোক কয়া লাক্লমদাইদা নিংথৌগী মঙত্তাক্না অশেংবা থৌরম তাকই। সমাজ অসিনা কৌশিল্লিবা থাজনবী মপৈ কয়া অসিবু চাউবনা কান্নদবনি হায়না থক হুন্দোকখিদে। মশাগী সংস্কৃতিগী মচল ওইরবা থাজনবী অসিবু উপন্যাসকারনা অশেংবা পুন্সিগী মচলনি হায়না লৌ-শিল্লি। চাউবগী বিশ্বাস অসি কান্নদবদা থাজবগী শক্তম অদু নত্তে, জ্ঞান লৈরবী লৈমাকালগী মুপীশিং অমদি লতাম্নাগুম্বী অবাংবা থাক্কী

১। চাউবা, 'লঙ্গ-লতা', গৌরহরি, ২ শুবা নম্বা ১৯৫০, লাঃ ১২০

পুন্সিগী মরক্তা পুরকখিবনি। গ্রীকী সোফোক্লিসনসু অসিগুম্বা অৱাংবা মশক অচুবু উংখি।[১] অসিগুম্বা থাজনবী কয়াসি পুন্স অমদি সমাজদা অচৌবা মফম কনফম থোকপনি হায়বসি মহাক্কী অশেংবা ৱাখলনি। গ্রীকীসু ত্রেজেদি কয়াদা শেংতোকপা য়াদ্রবা থোৌং ওইনা লৌনখি।' আন্তিগোনে'দা আইরেসিয়সনা তুংদা থোক্লকদবা অৱাবগী লাইফাও হায়া চেঙ্গোকই। লাইবাও পুবা মাইবা মাইবী কয়াগী মপাউ ককফদ্রবা ওইনা থোকখি। মৈতৈ জাতিগী লৌরবা সংস্কৃতিগী শরুক ওইরবা থাজনবী কয়া অসিবু চাউবনা লৌশিল্লি। 'নগুংলাংগী লৈবাক কায়র-নিংকে সাহল'[২] হায়বা ইমা মাইবীগী লাইফাও অসিবু ময়েক শেংনা থোকহল্লি। লাঞ্জ্রবী লতাম্নাগীদমক নিংথৌ শাগৈ লার্নথিন্নদুনা মণিপুর সমাজদা অৱাবগী তাংকক অমা পুরকখি। মাইবীগী লাইবাওবু অচুম্বা থৌদোক ওইনা লৌনবা শক্তমবু চাওবনা লৌশিল্লম্বনি। সমাজগী অৱা-অনা কয়া মতম মতমগী ওইনা মায়োক্লদুনা লাকখিবা সমাজ অসিগী মগুংদা কোর্নশিন্দুনা থম্লিবা ৱাখল পরিং অমু চাউবনা উংলি।

অসিগুম্বা অৱা-মুংঙাইগী থৌদোক কয়া অসিগা অন্ধবিশ্বাস কয়াগা চেৎনা থানবা লৈত্রবা মরী অমা লৈরি হায়বসিমক চাউবনা উংলি। মশাগী মতিক মথৌনা কংথোকপগী পাঙ্গল কয়ানা নীংতম্না হিংলকপা জাতি অসিগী পুন্সিদা কলাগী ফজরবা চেল কয়াবু পামজনা লৌশিন্দুনা হিংলকপা শক্তম চাউবনা কাউথোকপা তৌখিদে। লতাম্নাগী ঈশৈদা জাতিগী ফজরবা ৱাখল অমা ফোংদোকই।

---

১। H D. F. Kitto, "The Philosophy oJ Sophocles". Greek Tragedy, 3rd edition, 1961, P. 147

২। খাইরাকপম চাউবা,' লবঙ্গ-লতা. পৌরহরি, ২ শুবা মখা, ১৯৫০, লাঃ ৩৬

চীংদা শাংপা ইংঙৈগে
চীন্নদনা কেনখিবা কল্লকই।
ঐনা কেনগে কেন্দেদো,
মালংবনা হুম্বগী কেনবনি।
মালংবা ঐস্নু কৈদোদে,
লৈরাংনা লৈথোক লোয়বগী-কেনবনি।[১]

কেনবা নাইবা লৈরাংগী পুন্সিগুম মীওই মপোকস্নু নোংমদি কেন-খিগনি হায়বসি নীংশিংই। মণিপুরী সমাজদা অসিগুম্বা কলাগী মশক কয়াসিদি মপাল নাইদনা শরুক য়ারিবনি তশেংনমক চাউবনা জাতি অসিগী হৌগ্রবা পুন্সিগী চীং লেয়্রবা শক্তম অহুদা অপেনবা পোকচখি অহুগুম্বা চীংলেয়্রবা সমাজ অহুগী ফিদম লৌহুনা অনৌবা যুগকী পুন্সি অসিদা ফজবনা থল্লবা আদর্শ ওইবা সমাজ অমবু শাগৎপা ঙমগনি হায়বসি ময়েক শেংনা ফোংদোক্লি।

উপন্যাসকার অঙাংহলান্দ মীওই মপোকশিংগী মনুংদা চুমদবা চৎন-বীগী চৈথলনা থমোয়গী অশেংবা শক্তমবু খোঙ্গাওনরিবা শোক্লবা পুন্সি অনিগী মায়কৈদা লেপ্তুনা, মরাল লৈরবা সমাজবু তেমথোক্লবা লস্বী খিখি। সমাজ অসিনা মীওইবগী থমোয়গী মমলবু ইকায়খুম্নরক্রবদা থোরকখিবা অরা-পোলোই কয়া অহুনা অচৌবা রাহুং ওইনখি। মীৎয়েং খুরবা হিন্দু সমাজনা পুন্সি কয়া অমদি মক্রবা আশা কয়াবু থাংগৎলক্লা কেমহনবগী দায়িত্ব পুবা তাখি। ওইজবা তানবা কল্লক মীহৌবা কয়াগী খুংশেনদগী থোরকপা চৎনবী কয়ানা সমাজ অসিদা কায়্রবা পোৎলুম কয়া থোক্তলি। কায়্রবা পোৎলুম মপৈ অসিনা সমাজগী মনুংদা

---

১। খাইরাকপম চাউবা, 'লবঙ্গ লতা', গৌরহরি, ২ শুবা নম্বা, ১৯৫০, লা: ৪৪ ৪৬

শরুক য়ারিবা পুন্সি কয়াবু শোকহল্লি। মপুঙ ফারবা সমাজ অমবু শাগৎপদা অরানবা চৎনবীশিং অসিনা মতমচুপ্পদা খুরৌ থাংহুনা থম্মী। অসিগুম্বা ফত্তবা চৎনবীশিং অসিবু মপুংফানা শেংদোকুনা ময়াং কায়না সমাজ অমবু অঙাংহলনা শেমগৎচনবা আশা তৌজখি। লৈবাক অমতগী মনুংদা সমাজ অসিমগী মনুংদা হিন্দু মুসলিম হায়না থায়দোকুনা শম্নবা য়াদবগী থারবা চৈশল অমনা চৎনবী ওইনা খল্লিবসিবু উপন্যাসকার অসিনা য়ানাংখিদে। মীগা মীগা খেন্নদ্রবা, পুকচেল খোয়জেল মান্নবা সমাজ শাগৎতুনা অরৈ লৈত শেংনা থাম্নহুনা অ.না অমগী মতেং পাংনহুনসু, অমদগী হেনবা রাখল থাদোকুনা পানমিন্নবা হায়বসিনা চাওখৎপগী অশেংবা শক্তম ওইগনি অমদি সমাজ অসিদা শান্তিগী মফম অমা লেঙদনা থম্বা ঙমগনি হায়বসি অঙাংহলগী অশেংবা আশানি। তশেংনমক অঙাংহলনা মহাক্কী মতমগী অংগ্রেজশিংগী মীথা পোল্লবা মণিপুরী সমাজ অমদি অপাকপা মীৎয়েংদা মীথা পোল্লবা ভারতকীদমক্তা খন্দবা ঙমখিদে। হিন্দু মুসলিম অনীগী মনুংদা থম্লরিবা য়েংথীনবগী থারবা মীৎয়েং হাংন-মুনবা কয়াগী মুংঙাইদ্রবা সমস্যা মরক্তা নিংতম্বা পুন্সি অমদি সমাজ অমবু শাগৎপা হায়বসি অরাবগী মশকনি হায়বসি অঙাংহলনা উখি।[১] লোয়ননা সমাজ অসিবু নীংতমহন্নবা লালহৌগদবনি, হিন্দু মুসলিম কাংলুপতগী লিংজেল মান্নরবতদা মীনাই য়োহ্লিং থদৎতুনা নাংতম্বা সমাজ অমবু শাগৎচবা ঙমগনি। হায়বসি উপন্যাসকার অসিগী অশেংবা রাকৎ ওইখি। ধর্মগী পান্দমদি মীওইববু তোঙান তোঙানবা হায়বসি নত্ত্রে, ধর্মদি অপ নবা লাপুনগীদমকনি[২] হায়বা

১। অঙাংহল, "জহেরা", শ্রীনপ্র সিংহ, ১ বা মশা, ১৯৬৪, লাঃ ১৫৬

২। M. K. Gandhi, "Religious are not for separating men from one another, they are meant to bind them."

'The Message of Mahatma Gandhi', U. S. Mohan Rao (ed) Publication Division Govt of India Reprint 1969, P. 37.

মরীক চুম্নবা গান্ধীজিগী রাখল অসিদা চৎশিন্নৈ। হিন্দুগী লাই মুসলিমগী ঈশ্বর হায়না অনীম্মুবা নত্তে, তশেংনমক ধর্ম্মগী পান্দমদি অমত্তনি, অনীম্মুবা নত্তে, ধর্ম্মগী তোঙান তোঙানবা মম্বিং লৈতে লোয়ননা মপাঙ্গগী খেন্নবা লৈজবতনি। মীৎয়েং খুবগী রাখলদা অমত্তা ওইবা ধর্ম্মগী পান্দমবু কাউথোক্লুনা য়েংথীনবা হায়বসি চুমদবনি।

অঙাংহলগী মীৎয়েংদা যথার্থ ওইবা মশক অমা য়াওরি সমাজ অসিনা মীম্মুংশি খণ্ডনা লংশেকপা তারক্লবা থমোয় কয়াগী অমদি পুন্সি কয়াগী রাকৎস্সু য়াওরি। মীওইনা পোকপা মপোক্তা ধর্ম্মগী মিংদা পুশিল্লকপা অথুবা চংনবী খরনা সমাজ অসিবু মশক থাহল্লিবা অমদি পুন্সি কয়াবু শীংনবসিগী মায়োক্তা উপন্যাসকারনা হিন্দু পাথং কুপ্পো অমদি মুসলিম চম্নু জহেরাবু অমত্তা ওইহন্দুনা চুনদবা চংনবী কয়াবু থদংকে হোংনৈ। মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নবা করিস্সু লৈতে হায়বা মানবতাকী অশেংবা লীকলম অমা থীবা হোংনখি, অহুবু মতমগী খারবা সমাজগী মায়োক্তা চংশিন্দুনা অঙাংহলগী খারবা সমাজ অতুবু অরোইবা ফাওবা তেমশিংনবা ওল্লক্লুনা অরোইবদা মমাই লৈখি, অমদি নিংজবগী মথুত্তা থরাই মাঙলবী জহেরাগী পোলোইনা অচৌবা রাকৎতমক ওইহৌই।

উপন্যাসকার অঙাংহল, চাউবগী মতৌগুম সমাজগী শক্তমবু ধ্যানগী পাঙ্গলনা উথিবা নত্তে কমলগী মতৌগুম কল্পনাগী পাঙ্গলনা শাগৎখ্রিবা থমোয় অমদি দৃশ্য কয়ানা ফজহল্লবা শক্তম অহুম্সু নত্তে, মহাক্না উজখিবা মণিপুর সমাজগী শক্তম অসিদি মশাক্না হাকথেংনরম্বা, লেংগা লেংগা লৈনরবা পুন্সি কয়ানা শক্তক য়াখিবা শক্তম অহুনি।[১] মশামক শক্তক য়াখিবা সমাজ অতুগী মমুংদগী পুন্সি কয়াগী শক্তমবু হাকথেংননা লৌশিন্দুনা

১। চোংথাম মণিহার সিংহ, "ঋতু" (হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্য আশা অমমুং শীংনবা) ১৭ শুবা চহি, ১০ শুবা ভোলুম ও শুবা মশাং, ১৯৭৭, লাঃ ১৮

মচলশিং অতুবুদি লংথোকপা পামখি। সমাজগী মনুংদা হিংলিবা লাইরবা পুন্সি কয়াগী মথক্তা থুংকন পাঙ্গনবা অমদি লাকচ থীবা কয়ানা নমজা-নমথেক্লিবা শক্তম্বু মহাক্না উখি। সমাজ অসিদা ধর্মগী মিংদা পুশিল্লকলিবা চুমদবা নীতি কয়াগী মনুংদা জাৎ-বিজাৎ খায়বগী থৌওং অসিদা মহাক থরায় শোকখি। চৎনবী অসিবু সমাজনা কোনশিন্দুনা থম্বা চুমদে হায়বসি অঙাংহল্লগী শেংলবা রাখলনি। মরুওইনা শোক্ল-পন্নবা যাদবা হায়বসি লৈরিমথৈদি হিন্দু সমাজদা নত্তুনা ভারত অপুম্বা লৈথা তাখিগনি অহুগা সমাজগী থঘোয়দগী অসিগুম্বা জাৎ-বিজাৎ খায়বগী শোক্ল-পন্নবা য়াদবসি মরু ফংনা মাঙহনখিবা ডম্লবতদা পৃথিবীদা হিন্দু জাতিনা শেংলবা ফিদম অমা ওইরগনি।

মহাত্মা গান্ধীনা হিন্দু সমাজগী ধর্ম অসিগী মনুংদা লৈরিবা জাৎ-বিজাৎ খায়বগী শোক্ল-পন্নবা য়াদবা হায়বসি লৈরিমথৈদি হিন্দু সমাজদগী নত্তুনা ভারত অপুম্বগী ওইনা লৈথা তাখিগনি হায়বসি উৎলম্মী।

"...If untouchability lives, Hinduism perishes, and even India perishes; but if untouchability is eradicated from the Hindu heart, root and branch, then Hinduism has a definite message for the world."[১]

অসিগুম্বা অসি মরু ফংনা মাঙহনখিবা ডম্লবতদা পৃথিবীদা হিন্দু জাতিনা শেংলবা ফিদম অমা ওইগনি। হিন্দু সমাজগী মনুংদা লৈরিবা চুমদবা চৎনবী অসিবু অঙাংহল্লনা য়ানীংদে। অহুম ওইনমক মহাক্না

১। U. S. Mohan Rao (Com. and ed.), 'The Message of Mahatma Gandhi', Publication Division, Ministry of Information and Broadcasting, Govt. of India, Reprint, October 2, 1969, P. 91

ধৰ্ম্ম অসিগী মায়োক্তা লেপখিবদি নত্তে। ধৰ্ম্মগী মিংদা পুশিল্লকপা ফত্তবা শক্তমশিং অত্তুনা সমাজগী মশক উৎনখি অমদি পামজবা সমাজ অমগী থমজখিবা আশা কয়াতু উৎখিবনি। অইবা অসিনা সমাজ অসিগী মনুংদা লৈরিবা ধৰ্ম্ম-কৰ্ম্মগী চৎনব কয়াবুসু হুন্দোকাখৎলে। ফত্তবা হায়বা চৎনবী কয়াবু লৌথোক্লগা অহংবা সমাজ অমবু শেমগৎনি হায়বগী ৱাখল নি। উপন্যাসকার শৰৎচন্দ্ৰসু হিন্দু সমাজনা ধৰ্ম্মগী মিংদা লৌবিবা চুমদবা নীতি কয়াবু যানাংদবা ফোংদলবসু কৈদৌনুংদসু হিন্দু ধৰ্ম্মগী মায়োক্তা লেপখিদে, অমদি ধৰ্ম্ম অসিবু যানাংদবা উৎখিদে, ধৰ্ম্মগী ৱাখলদা অমাদি হিন্দু সমাজনা লৌশিল্লিবা ফজবা কয়াবু শৰৎচন্দ্ৰনা কৰেম্মবা নত্তে। ধৰ্ম্মগী মিংদা পুশিল্লিবা ফজবা কয়াবুদি নৈনত্তুনা উৎলোকপনি।

'He is certainly critical of the contemporary Hindu society when it is not in agreement with his own ideas but he never flouts the accepted moral of the Hindu society at any time."[১]

সমাজগা মনুংদা লাইব-অনা অমদি লুংঙাই য়াইফবশিংগী নবক্তা খেন্নবিবা পুন্সিগী মশকশিং অঙাংহৌনা উৎখি। ধৰ্ম্মগী মিংদা পুশিল্লকপা চুমদবা নাতনা অচৌবা অশোকপা শীবৰসু লাইব-অন অমদি লুংঙাই য়াইফবশিংগী নবক্তা লাকখিবা খেন্নবা অমদি শমুদ্ৰবা নাংয়েংনসু সমাজ অসিগী সমস্যা ওইদবা য়া খদে হায়বাসিমক অঙাংহৌনা মুন্না থডখি। জহেৱা সমা-মচাগী তোম্মা হি জবা পুন্সিগী নবক্তা কাইহৌবিনবা মীওই কয়া থোরকখি। লুপ্ৰা ওইবশা ইবেমচাগী পুন্সিগী শান্তি থুগায়বিনবা

১। Saratchandra Chatterjee, 'History of Bengali Literature Dr. Sukumar Sen, Sahitya Akademi, New Delhi, 1960, p. 315

পুকচেল ফত্তবা কয়াস্থ থোরকপা তাথি। লাইরবা ইমুংদা পোকচবা কুঞ্জোগী পুন্সিগী অকোয়বদা অরা-অনং কয়ানা লাইরবগী চৈনাখোল খাওই। অতুবু উপন্যাসকার অসিগী মীৎয়েংদা পুন্সিগী শক্তমশিং অসিবু থরাই তানা য়েক্লম্মী, সমাজ অসিগী মনুংদা হিংলিবা য়াইতোংবা অমিরগী পুন্সিগী চীং লেপ্পবা শক্তমগী ওন্নবদা তোল্লবী বীবাগী পুন্সিবু থমহুনা মণিপুরী সমাজদা শরুক য়ারিবা খেন্নরবা পুন্সিগী মশকপু উংপা ওন্মী। অতুবু সমাজগী থৌদাংদা পুকচেল চাউরবা অমিরগী দায়িত্ববু শীংথাই। মীওইবগী পুন্সিবু ইকাইখুম্নজবা মুসলিম লৈবাকচা তাবা অমিরগী পুন্সিনা লিংজেল মান্নবনা রাৎত পাদ্রবা অমদি ধর্মগী অথুবা মীৎয়েং থাদোক্লরবা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎপগী শেংলবা রাখলবু ফোঙ-দোকখি মীখা পোল্লবা সমাজ অমগী নীংতম্লিংবা আশা অমদি অশেংবা পুন্সিগী মপুং ওইবা মণিপুরী সমাজ অমবু শাগৎচনিংবা অমিরগী রাখল অসিনা অঙাংহলনা সমাজগীদমক খঙবা রাখল পরাং অতু ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। মতম শানা মীগী মীখা পোল্লরুবা ভারতবাসিশিংগী থমোয়দা লোন্না চাকখৎলম্বা নীংতম্বগী মৈরীনা মকা ফোংনা হৌরকপগী শক্তম অমা ময়েক শেংনা উবা ফংলকই। মীখা পোনবগী পেল্লবা সমাজ অতুবু লংশেক্তুনা নীংতম্লবা সমাজ অমবু শাগৎচনীংবা অঙাংহলগী রাখল পরীং অতুনি। মাওইবনা মশাগী নীংতম্বা মাঙখ্রবদি থৌনা ফুদোক্লদবনি; লিংজেল মান্নগদবনি, মসিতনা নীংতম্বা সমাজ অমবু নৌহৌনা শাগৎপা য়াগনি হায়বসি উপন্যাসকার অসিগী আশানি।

অঙাংহল মহাক মশামক্তা হিংলিবা মতম অতুগী সমাজগী অকনবা চৈথেংশিং খঙহুনা কুঞ্জো অমস্তুং জহেরা অনীবু লীপুন অমত্তদা পুনশিল্লুনা মান্নবা সমাজ অমা উৎকে তেমশিংথিবনি। অতুবু মতম অতুগী মীওইবগী মমলবু মশক মুন্না খঙথিদবা সমাজনি। হিন্দুশিংগী মনুংদা ফাওবা ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিনচিংবা বর্ণ থায়হুনা চারো মৌরৌনবা য়ারমদে। নিংথৌমক্তা

লুচিংজনা ব্রহ্মসভানা আইন শেম্লম্মি। ব্রাহ্মণ মুপাশিংনফাওবা ক্ষেত্রানী লৌবা য়াদে হায়বা য়াৱেপ তাখি।[১]

অসিগুম্বা ধর্মগী মিংদা পুশিল্লকপা চুমদবা চংনবী কয়া অসিবু উপন্যাসকার অসিনা কুপ্না য়েংখি অমদি চুমদবা নীতি কয়া অসিবু কোকহনবা য়ানবা লম্বী থীখি। অতৌবু নমহংনবা পাঙ্গল ফংদ্রবা উপ-ন্যাসকার অসি পোলোইদা লমুক্লবা তারকখি। মরমসিনা হিন্দু সমাজ অম্না খুজেং পায়দুনা পুবকখিবা লানজদ্রবী জহেরাবু হিন্দু সমাজদসু পুশিল্লকপা ওমদে, মুসলিম সমাজদসু। পামদবা মুং অনীগী মরক্তা হা ওইদুনা খাওফম খণ্ডদ্রবা খুৎথা অমদা শেংলবী জহেরাবু হাংতোকপা তাখি। মীৎয়েং খুরবা হিন্দু সমাজদা তাকনবা য়াকৎ লানথংলম্লগা জহেরাগী পোলোই ওইখি। অসিগুম্বা ধর্মগী মিংদা শাগৎলকপা অথুবা য়াখলশিং অসি মুসলিমশিংগী মরক্তা থরা কোমথোক্লা লৈরম্মী। য়ানীং-দবা, পেন্দবা অমদি কলক-মিহৌ কয়াদগী থোরকপা য়াখলদগী ফুন-চৈনবা কয়া থোক্লবসু মীবু মীনা হুন্থনা য়েংবগী মুংওাইত্রবা মীৎয়েংদি হিন্দুশিংগী মরক্তা হেন্না লৈরম্মী। মুসলিমগী লুচিংবা অমিরগুম্বনা হিন্দু মুসলিম তৎনথানবা য়াদ্রবা মচিল-মনাওনি ভারত ইমাগী শেংলবা মচা ওাক্তনি, অনী অসি পুন্সিনগদবনি হায়বা শেংলবা য়াকৎ অসিনা সমাজ অসিগী লংজিন পুথোকপা ওমখি। অতৌবু হিন্দু সমাজগী মায়কৈদগীদি

---

১। সাইরেম নীলবীর, (১৭ শুবা য়াৱেপ) —"নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রানী লৌবদা মুপী ওইবীশিংগী অরাবা তাবা অমসুং সমাজদা গোলমাল ওইবা মসি কোক্লবা হান্না লৌখিবা মখৈবু থাদোক্তনা মতুং ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রানী লৌদনবা শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজদা হায়জরুসি হায়না লেৎরে।"

'মৈতৈ য়াম্নীদা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা', মতম্গী খোংথাং দিসেম্বর, ১৯৮১

অসিগুম্বা রাফম অসিবু কন্না থোৌগৎপিনবা মীওই উপন্যাস অসিদা ফংখিদে। তশেংনমক ভারতনা হিন্দু মুসলিম অনী হাৎন-শুনখিবগী লুংঙাইত্রবা শক্তম অহু মপূংনক ফাদ্রবস্মু কাঙলুপ নাইনবা সমাজগী মন্নুংদা থোকখিবা যৈন-শুনবগী শক্তম অমদি জহেরা হাক-কন্নবদা থোকখিবা হিন্দু মুসলিম অনী ফুগায়নখিবসিদা ওইখি।[১]

অসিগুম্বা কাঙলুপ অনীগী চুমদবা শাজৎ, লৈপাক মচা ফাবা অমিরগুম্বা মীওইনা খানজিনবা ঙমখি। অঙাংহলগী আশাদা লিংজেল মান্নরবা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎনবা অমিরগুম্বা পুকচেল চাউরবা মীওইশিং চঙই হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলি। তশেংনমক ধর্মগী মিংদা পুশিল্লকপা অথুবা রাখল থাদোকপা অমিরগুম্বা পুন্সিশিংগী ফিদম লৌগদবনি হায়বসি অশেংবা রাখলনি।

লময়ানবা উপন্যাসকার কমলনা উথিবা কৎথোকপনা মপূংওইবা সমাজ অমবু শাগৎপগী রাখলতু মতুংদা লাকখিবা শীতলজিৎনদি থাদোকপতনা সমস্যা কয়াবু কোকহল্লবা সমাজ অমবু শাগৎপগী রাখলনা মরুওইনা লৌজখি। গীতাগী রাখল কয়াবু লৌশীন্দুনা মশাগী ওইজবা তানবতনা মপূঙ ওইরবা সমাজ অসিদগী ফত্তবা কয়া কোকহন্নবা লম্বী থিগনি হায়বসি উপন্যাসকার শীতলজিৎনা মহাক্কী অহানবা উপন্যাস 'থাদোকপা'দা হাপখিবা রাখলনি। মসিগীদমক অনৌবা যুগ অসিদা সাংসারিক ওইনা যোগী ওইরবা সদানন্দবু পুশিল্লকখি। মহাক্কী তুররিংবা লমচৎনা মওইবা জীবগীদমক চোকথবা লৈতনা নোমখি, অরাবা থাঙখি

---

১ অঙাংহল, "মৈতৈ কুপীবু করম্না পাঙনদা ওংগদপে মাঙেঙদনা হায়হুনা য়ারবদি থোকহনগনুসি হায়না থরায় খুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনবা অসি মহম্মদনশিংনা তৌবা উদে। মাহুগী ওন্নবদা মৈতৈদা উই"— 'জহেরা', নপুরসিংহ, ১৯৬৪, লাঃ ২২০

অমদি থাদোকপতনা পুন্সিগী পান্দম ওইনখি। ধর্ম্মনীতি, অর্থনীতিদা সদানন্দনা অচৌবা মফম কন্দুনা মপুঙ ফাদ্রবা সমাজবু নৌহৌননা শেমগৎনবা হোৎনখি। উপন্যাসকার অসিনা সমাজ অসিগী অনৌবা লম্বী থিরকপদা মখল মথেলগী সমস্যা কয়া হাকথেংনখি, অসিগুম্না সমস্যা কয়া অসি অহিংসাগী পাম্বৈনা কোকহনগদবনি অহিংসানা অথোইবা খুৎলাইনি;[১] হায়বা দর্শনগী রাংলবা রাখল অসিবু চেৎনা লৌশিন্দুনা মসিবু খুৎলাই ওইনা শীজন্নদুনা সমাজ সংস্কার তৌনবা লাক্লখি।

তশেংনমক 'থাদোকপা' কর্ম্ম-গীতানি। চক্রুন অশেংবা নুংঙাইবা ঈথৌলাংলবা তেংবানগী কর্ম্মগী অচুম্বা লম্বী তাকপা মহাক্কী ঈদেশ্যনি[২] মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা শেংলবা পন্সি অমনা পাঙখিবা অরাংবা আত্মাগী থৌরমনি। সমাজ সংস্কারগীদমক পন্সি কয়াগী সংসাগীদমক পোক্লকখিবা সদানন্দগী অকোইবদা মপুঙ ফাদ্রবা চনৈনবা কয়ানা খুরৌ থাংহল্লি। মুংশিবা অমসুং মপুরোইবদগী কুইশিল্লকলবা শেলগী রাখলনা কনশিনলক্লবী[৩] মুখরাগুর্ম্বী মুপী অমবু মহাক্কী লোয়নবী ওইখি। ওইজবা থারবা মুপা অমগী পুকচেল পীক্লবী মুপী অমনা পীরকপা য়ৈথায়বা কয়ানা সমাজদা হিংলিবা মুপীগী য়াংলবা পুকচেল অমদি শেংদ্রবা পুন্সিবু উৎলকই। মুখরা চনগীদমক ধর্ম্মবু পওইদ্রবী সতীত্বদগী শেননা লনা খনজবী লমচং নাইদবী মুপীনি, মপুরোইবগীদমক থাংফম থোকপা

১ | .. অহিংসা পরমা ধর্ম্ম, —'মহাভারত'

২ | শ্রীমীনকেতন, '( উপক্রমনিকা)' 'থাদোকপা', অনৌগুবা নম্বা, জলাই, ১৯৪৯, লাঃ ২

৩ | শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ, এম, এ, বি, এল,— "মঙোন্দা রোমান্স চংদে, মুংশিববুদি কুইশিল্লকপা শেলগী রাখলনা কনশিল্লকই হায়বা মুপীগী সাইকোলোজিগী স্বরূপনি।" ( উপক্রমনিকা ২ ) 'থাদোকপা', অনৌগুবা নম্বা, ১৯৪৯, লাঃ ১০

অরাবা কয়া মহাক্না খাঙবা ওমখিদে। মীওইবা সমাজ অসিদা অসি-গুম্বী মুপী কয়ানা শেংলবা মপুরোইবগী পুন্সিগী কর্ম্মদা য়ৈথায়বা পীরি-বসি উপন্যাসকারমা উখি। অতুবু মখোয়গী পুন্সিফাওবা শীতলজিৎতা মীমুংশি থমখি।

মপূঙ ওইবা মীৎয়েংদা উপন্যাসকার অসিনা সমাজ অসিগী মাইফনবা সদানন্দগী পুন্সিগী আদর্শ অমদি কর্ম্মগী লংবা মশক কয়া উংলম্লবসু নাকল অনরোমদা মণিপুর সমাজনা কোনশিন্দুনা থম্লিবা অরানবা চৎনবী কয়াবু য়ানীংদবা অমদি চৎনবী কয়া অসিবু থাদোক্তুনা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎচনাংবগী রাফম ফোঙদোকই। ওইদবদা থাজনবী, তোকডানা থোঙ পান্দুনা চেল্লবা অমাং-অশেংগী কান্নব্রবা পোৎলুম কয়া অসিবু শীতল-জিৎনা মক্না ফংনা মুৎথ তুনা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎচবা পামখি। সদানন্দনা মীরৈবাক্তা লাইরিক তম্বগীদমক মহাকপু অমাংবনি হায়না লৈকাইনা ইম্থোকই, মপাগী কর্ম্মদফাওবা অয়েৎপা পী।[১] মসিনা মতম অতুগী মণিপুর সমাজ পুকচেল থুনা হিংলম্মী হায়বসি ময়েক শেংনা উংলি। পোৎশক অমত্তগী থৌরম অমগী অচুম-অরান লেপ্লবা অশেংবা রাথৌল থিবগী মহুৎ মীবু হেক্তা অশাবা পীবা অমদি ইম্থোকপগী চুমদবা চৎনবী কয়ানা খুরক হাংদনা লৈরম্মী। মসিগুম্বা সমাজ অসিদা মহৈ হৈরবা সদনন্দগুম্বা মীশক অমবু পুশিল্লকপদা অরাবা ওইখি। অতুবু জ্ঞানগী মমাংদা অপাংবা কয়ানা মক্না লুকপগুম সদানন্দগী মফমদা পুম্নমক

১। শীতলজিৎ.—"হোষ্টেলদা জাত-অতোপ্পশিংগা লৈমিনৈ হায়তুনা সদা-নন্দবু ব্রহ্মসভানা মাংই হায়বদগী মখোয়গী ইমুংসু য়াওনা মাংলে। ... ... ... ... চুম্না অশিবা হুংবা ফাওবা য়াওরদ্রে। রা অসিনসু নবদ্বীপতা মপাগী শ্রাদ্ধ শোন্নিংবা মরুওইবা মরম অমা ওইরম্মী।"

'থাদোকপা,' অহৈবা মশামক, ২ শুবা নম্বা, ৬৯৪৯, লাঃ ২

চণ্ডখিবসিনা ককণ্ডাওনরবা সমাজ অমনা অশেংবা লুচিংবা অমবু ঙাইজরগী রাখলদু উংলি। সদানন্দগুম্বা পুকচেল তপ্পবা, অশাঙ কল্লবা লুচিংবা লৈরবতদা সমাজ অমনা চাওখৎপা ঙমগনি হায়বসি উপন্যাসকার অসিগী ফজরবা রাখসনি।

শেলগীদমক ধর্ম্মবু থওইদ্রবা, ওইজবা তানবদা অত্তোপ্পগী অরাবা উদ্রবা লীচৎ অসি মুখয়াবু পোকপা মমা মপাগী মায়কৈদগী উংথোরকই, লাইরববু হুম্বনা খনবা লন লৈরবতদা ইজৎ-সন্মান থম্বগী রাখল কয়াবু চৎনবী ওইনা কোনশিনলিবা সমাজগা ফিভমবু অচম্বা খুৎয়েক্তা শীতল-জিংনা য়েকই। লোয়ননা ধর্ম্ম অমস্তুং অশেংবা বিস্বাসকা ঈরোইনবা সমাজ অমবু শাগৎচনিংবা অইবনা ফত্তবা নীতি অসিবু মাঙহনবা পাম্মী। লন থুনগীদমক লমচং ফাওবা মাঙহনবদা হালেংদ্রবা চৎনবীশিং অসিবু ময়েক শেংনা লৌথোকখিবা পাম্মী। তশেংনমক ধর্ম্মনা পান্দমফম ওইবা সমাজ অমা উপন্যাকার অসিনা শাগৎচনীংই। মসিগীদমক প্রজা অমস্তুং লৈঙাকপশিংগী মরক্তা অশেংবা মরী থম্নবা নাপাল অমদি অচাওরম থাদোক্লবা লৈঙাকলোন অমা পুরকপা পামখি। রামরাজ্যগী অশেংবা মশক্তা সমাজ অমবু রাক্ত-পাদবা অমদি অরা অনা কয়া কোকহনবা ঙমগনি হায়দসি থাজখি। গণতন্ত্রবু ধর্ম্মগী য়ুম্ফমদা শাগৎপা হায়বসিনা মীওইবা জাবগী য়াইফবা ওইগনি হায়বসি থাজখি। মসিগীদমক মহাক্কী সদানন্দনা চোকথবা লৈতনা নোমখি অমদি লৈবাক নিংথৌ পুম্বা আদর্শ অসিগী মতুংইনখি। তশেংনমক উপন্যাসকার অসিনা ধর্ম্মনীতিনা অথোইবা খুংলায় ওইবা রাজনীতি অমস্তুং অর্থনীতিগী তং তাবা মফম অমমম ফংহনবা মপুং ফারবা সমাজ অমবু শাগৎচনীংবগী অশেংবা রাখলদু মহাক্কী 'থাদোকপা' উপন্যাসতা উংখি। পুন্সিগী লানফমদা হকচাং পোলাং চোকথতুনা হিকথগ্রবস্থ আত্মাগী মাইথীবা নাইদ্রবা শক্তমচু অইবনা উংনবা ঙোংনৈ। অচৌবা কলাকার হেমিংরেনা মায়থীবা নাইদ্রবা আত্মাগী মশক অরুবা তাংকক্তা উংখিবদু—

He wants a novel victory from it by his courage and resolutions nearly broken physically but spiritually undefined .."[১]

অইবসিনা ইচম চম্বা তাংকক্তা উৎলি।

উপন্যাসকার অসিনা অহিংসাতনা অথোইবা খুৎলাই ওইহনা মপুঙ ফারবা সমাজ অমবু শাগৎচনীংবগী অপাম্ব, উৎখিবহু মহাক্কী অনীশুবা উপন্যাস 'ইমা'গী মন্নুংদদি অচৌবা অহোংবা অমা পুরকখি। শাংনবা কয়া, ওৎ-নৈবগী মুংশি হৈত্রবা শাজৎনা শান্তি পামজবা পুন্সি কয়াদা খাংঙমদবা চৈনাখোল পীরক্লবদা, পুন্সিগী ধৰ্ম্ম অমদি সতীত্ববু কন্নবা থম্বালনা হিংসাগী পাম্বৈ শাজন্নহনা মপুরোইবগী লমন খুমহনা মুপী ওইবাগী সতীত্ববু হংকন্নখিবসি মহাক্কী উপন্যাস অসিগী মন্নুংদা থেংনখি। সমাজগী শান্তি থুগাইরিবা, মরম্লাই মুংঙাইবা থীবদা অতোপ্পবু অরাবা পীবদা হালেংবা লৈত্রবা মীওই কয়াগী খয়াত্তগী অচুম্ববু কন্নবা তঙায়-ফদনা মথুত্তা খুৎলায় পায়খৎনবা তাঙ্গা অহু লাক্লবদি চিংনবা লৈতনা পায়খৎকদবনি অমদি সমাজ অসিদা অচুম্বগী মফম অমা লেঙদনা থম-জনবা হিংসা তৌগদবনি হায়বসিগী রাখলনি।

তাশেংনমক শীতলজাৎনা সমাজ অসিবু অশেংবা অচুম্বা মওংদা শেমদোকনাতে, আসগুম্বা আশা কয়াদা মহাক্কী অনীংবা ওইরবস্তু মতম মতমগী মতুংইন্না ওৎ-নৈনা তুহৎপা অমদি অচুম্বা পুন্সি কয়াবু থোঙ্গাও-নবগী রাকম লাক্লবদি মায়োক্লবা হায়বসি মীওইবগী অথোইবা ধৰ্ম্মনি হায়বাস উপন্যাসকারনা উৎখি। সমাজ অসিগী য়াইফনবা ফিভমগী মতুংইন্না হিংসা তৌবা উপন্যাসকার অসিনা শোগৎলি। অহিংসানা চুমথোকপা ওমত্রবদি লানথেংনগদবনি হায়বাসি নাংশিংই সমাজ অমগী য়াইফনবা মতম মতমগী মতুংইন্না হিংসা অমসুং অহিংসা অনীমকপু শীজিন্নবা

১. Sewort Sandergan. Hamingway, 1961, P. 117.

তারকই। মরম অসিনা মুশী ওইবী থম্ব'লনা সমাজগী শান্তি থুগায়রিবা পুরোইনগী থরায় মাডহল্লি অমদি মশাগী সতীত্ব তেমশিংনখিবা গৌরহরিবু থৌনা ফনা ।য়োক্লখি। তশেংনমক মীওইবা জাতিগী য়াইফনবা শীংনবা লান্থেংনবা হায়বসি উপন্যাসকারনা শৌগৎচৈ।

'When its aim is human welfare, when it respects personality, than war is permissible." ১

মণিপুর সমাজগী মনুংদা শেঙ্গাও পায়বা, য়াইতোং থমদোংবা অমদি অচৌবা ফম্নাইবশিংনা শেঙ্গা-থুমজা তৌবা চুমদবা শাজং চংপনা সমাজ শান্তি থুগায়বগী শাজং, দরবার মেম্বর ওইরিবা কৃষ্ণচন্দ্র অমদি মনাও মুপা গৌরহরিগী শাজংনা উংলি। অচাউরম অমদি মরম্নাই মুংঙাইবা খিবদা শক্তিবু লান্না শাঙিন্নহুনা সমাজগী শান্তি থুগায়রবু উপন্যাসকারনা নিন্দা তৌই। লৈবাক্কী ফম্নায়বা ইচা মীচা নাইবগী চুমদবা শাজংনা সমাজদা সমস্যা কয়া থোকহল্লি, কৃষ্ণচন্দ্রনা লন হেনবা মনাওবু কনথংপদগী লাঙ্গড্রবা পুন্সি কয়াদা য়ৈথায়বা পীরকই সমাজ অসিবু অচুম্বা শক্তমদা ভাক্কবা বিচারপতিনা নত্তবা শাজং চংলবদি কাং-থোং চাইবা তারকই হায়বসি উপন্যাসকারনা ঢংপা পাম্মী। অসিনা হেন্না মরেক শেংনা উংখিবা রাখলদি অ'ইন্না থঙশিন্নদ্রবা অচুম্বা অমদি পুন্সিগী মমলবু থোঙ্গা ওনম্নরবদি ফিভমগী মতুংইন্না হিংসাগী উপায় শাজিন্নবা তাই হায়বসিনি। ওশেংনমক সমাজ অমগী য়াইফমবা তঙাইফদনা মী হাৎলবদি করিস্নু নিন্দা তৌকম থোক্তে।

"if one man kills another in his own interest, he is doing a wrong; if he does so for the general good he is not to blame" ১

১। Dr. Radhakrishnan' "Religion and Society", Second Edition Third impression, 1956 p. 203

২। মথক্কীসি কাঃ ২০২

হায়বসি মহাক্কী রাখলনি

শীতলশিংনা পামজখিবা সমাজগী মশক অসি ধর্ম্মবু চেকশিন্না লৌশিনজবা, অচুম্বা মফম অমা লেঙদনা থমজবা সমাজ অদুনি। ধর্ম্মগী পান্দমনা সমাজ অমবু য়াইফবা লম্বীদা শেমগৎচনবা অথোইবা উপাইনি হায়বসি মহাক্না থাজখি। পুন্সিগী কলা কয়াদা ধর্ম্মনা শাগোন্নবা থৌরমশিং মহাক্না লৌশিনবা পামজখি। নিমাই-সন্যাসকী থৌদোক্তা মমা অনীগী মফমদা অশেংবা বাৎশল্য প্রেম শাগৎলি। মীওয়েং অমরোমদা কলা অমসুং সংস্কৃতিগী ফজবা শক্তম্বু শোগংলবসু সমাজ শান্তিগীদমক মীওইবগী মফমদা অচেৎপা মীনুংশি থম্নবা কলানা থৌদাং লৌবসিবু উপন্যাসকারনা পামজনা উৎখিবনি।

শীতলজিৎ হিন্দু ধর্ম্মগী অচৌবা প্রচারক অমা ওইনা হিন্দু ধর্ম্মনা মপুঙ ওইবা সমাজ অমবু শাগৎনিংই হায়বাসদি ময়েক শেংই। অদুবু খৃষ্টান ধর্ম্মগী শান্তি অমসুং অহিংসাগী পাউজেলবুসু মহাক্না থাজখি। মহাক্কী উপন্যাস 'রোহিনী'দা মিসনগী অঙাংশিংনা "লাইবু নুংশিগদবনি,... মহাক অসি নুংশিবগী অবতারনি।"[১] হায়না শকপা ঈশৈদা রোহিনী পূক্নিং লুপশিনবা ঙমখি। মণিপুর সমাজগী মনুংদা চীংমী-তম্মী অনীগী মরক্তা অচেৎপা লীপুন অমা থম্বগী রাখল মহাক্না মরু ওইনা ফোঙ-দোকপদা মাগী 'ইমা'গী মনুংদা থম্বালবু হাওতোম্বী মানহল্লি অমদি রোহিনীবু চীংমীগী শক্তম লৌহুনা মত কুইনা চীংমীগী মরক্তা শাই-দাংফম লৌহনখি। চীংমীশিংগী অশেংবা থমোয় মীয়োক-মীচানফবা অমদি চম্না হিংজবা পুন্সিগী মশকপু মচেৎ ওইনা ফোঙদোকই শীতল-জিৎকী মীওয়েংদা আদর্শনা হেনখিবনা হেক্তিন্না আদর্শ ওইবা মীওয়েংদা মহাক্কী পাত্রশিংবু শেম্মী। চয়বা রোহিনীগী লাইবক্তা নোংদমখোলনা

১। শীতলজীৎ, 'রোহিনী', (খোঙচৎ) ২ শুবা ফোঙবা কোইজম ইবোবী, ১৯৪৮, লাঃ ১০৯

পুরকপা পুলিসগী অকোয়বদা সমাজগী সমস্যা কয়াবু মচেৎ মচেৎ ওইনা 'রোহিনী' উপন্যাসকী মনুংদা লান্থোকই। মীরৈবাক চৎতুনা জগোই শারিবীশিংগী লীচৎ অমদি মখোযবু হুন্থনা য়েংবা মীৎয়েং, লোয়নবা মমৈ-থংদা জাতিগী ইজৎ মাঙহনবগী থৌরম অমা ওইরে খন্দুনা সমাজনা থিংখিবগী থৌদোক উৎলি।[১] অদুবু শেল তানবগী আশাদা মরবাক জগোই শারীশিংগা লোননা লোননা মপাললোমদা চৎনরম্বা ফিভম য়েকই। মরমসিনা রোহিনীনা গোপালগা মণিপুর থোরকপদা জগোই শাবী ওইরবোই নিংতুনা পুলিসনা ফারুই।[২] তংকক অসিদা শেঙ্গা-থুমজা পামজবা পুলিসশিংগী শাজৎপু করেম্না উৎলি, অইবা অসিনা সমাজদা দায়িত্ব চাউনা লৈরিবা দারোগাগী অরানব লীচৎপু কারেম্লৈ। মতম অতুগী সমাজদা পুলিসশিংনা কদায়ফাওবা চোপথরম্বগে হায়রতু উৎলি।[৩]

উপন্যাসকার অসিনা হিন্দু ধর্ম্মদা লুপবা সমাজ অমবু মপুংওইনা উখিবনা অঙাং ওইরিব রোহিনীবু লান্সাকী ঈশৈদা প্রেম শিন্থজবা ওমহল্লি। লোয়নবা মীনোক মৈপা কল্লব মণিপুর সমাজনা লাইবক থীবী রোহিনাগী লাংলৌ ওইরকখি। মচিন-মৌপরা ওইনা চম্না লোই-নজবা গোপাল অমসুং রোহিনী অনীগী মরক্তা লৈকাই মীনোক চঙ-লকখি। করিগুম্বা মতমদা মীওইবগী অচম্বা থমোয়, শেংলবা লমচৎপু উবিদনা লাঙদবা মীওইবু পাউনীংখোলদা অরাবা পীবসি মণিপুর সমাজগী হৈনজবী ওইনা লৈরকই। অচুম-অরান কুপ্পা থিদনা তোকওাদা হেক্তা থাজবা মীগী পুন্সিগী ইজৎপু খোঙোইনবগী হৈনবীসি অইবনা

১। শীতলজিৎ, 'রোহিনী', কোইজম ইবোবী, ২শুবা ফোঙবা, ১৯৪৮, লাঃ ২৪-২৬

২। মথক্কীসি, লাঃ ২৫

৩। মথক্কীসি লাঃ ২৬

নিন্দা তৌথি। শীতলজিৎনা 'রোহিনী'গী মনুংদা উৎলিবা সমাজগী সমস্যা অমদি সমাজগী পামজবা শকুম অসি অচৌবা থৌরাং অমা নত্রগসু অচম্বা শকুম খরদা পামজবা মচল অমদি উৎলিবনি। অচুম্বগী মফম ফংজবা অশেংবা পুন্সি কয়ানা শাগংপা সমাজ অমগী আশা তৌজখিবনি। তোকঙা, শেঙ্গা-থুমজা থাদোক্লবা অমদি মীগী উপকার তৌহুনা সমাজ অসিগী সমস্যা কয়াবু কোকহন্নবা হোৎনবা হায়বসি শীতলজিৎনা পামজবা লম্বীনি।

অইবা অসিনা পাগী অরোইবা উপন্যাস 'মুংশি রাখৈবাদা মণিপুর সমাজগা চুশিন্নবা ঙমদ্রবা য়াম্না তুররিংবা পুন্সি অনীবু উৎতুনা মখোয়গী অকোইবদা থোরকপা সমস্যাগী মশক অতু উৎলি। নায়ক ওইরবা রাধাচরণ নমথাক লৌনম লৈত্রবা হোংলকলিবা সমাজগী য়াওন্দা শরুক য়াবা ঙমদ্রবা শিনবাংদবা মীশক অমা ওইহল্লি। কলাবু পামজরবা রাধাচরণ দ্রামা য়াওবী চন্দ্রাদেবী অনাগী মরক্তা অচেৎপা লীপুন অমা শাগৎলবসু সমাজ অসিনা অশেংবা পুন্সি অনীবু ইকাইখুম্নবা ঙমখিদে; সমাজ অসিনা লীলা দ্রামা য়াওবাবু হুন্থনা য়েংবগী থাদোকপা ঙমদ্রবা শাজৎনা রাধাচরণ অমদি চন্দ্রাদেবীগী পুন্সিদা অরাবা পুরকখি। অচুম-অরান থিদ্রবা সমাজ অসিনা জগোই ঈশৈ তৌবী লীলা-দ্রামা য়াওবীবু হুন্থনা য়েংবিবগী থাদোকপা ঙমদ্রবা শাজৎনা রাধাচরণ অমদি চন্দ্রদেবীগী পুন্সিদা অরাবা পুরকখি। অচুম অরান থিদ্রবা সমাজ অসিনা শন্দোকই। ঈশৈ তৌবী লীলা দ্রামা য়াওবীবু হুন্থনা য়েংবিবদগী চন্দ্রদেবীনা পামজবা কলাদা থৌনাফনা শরুক য়াবা ঙমখিদে। ঈশৈ তৌহুনা শেলতানবদা থৌনা ফবা ঙমখিদে। নাকল অমারোমদা পুন্সিগীদমক কলাবু শীজিন্নবা ঙমখিদবা শ্রীথীয়েটর রাধাচরণ অমদি চন্দ্রানা তোকখিবদা মুৎপা তারকখি। উপন্যাস অসিদা কলাগী মপাল নাইদ্রবা থৌরাং অমদি মুংশিবগী মুৎনাই-দ্রবা মতৌকপু পামজনা উৎগ্রবসু অইবনা সমাজ অসিনা কলাবু ইকাই-খুম্নবা ঙমদ্রবা অমদি কলাকারশিংবু হুন্থনা য়েংবগী শাজৎপু য়ানীংদবা

উৎখি। শীতলজিৎনা কলা হায়বসি সমাজ অমগী য়াইফনবা লমদা শীজিন্নগদবা অনৌবা খুৎলাই অমা ওইনা পামজনা লৌখি। মীৎয়েং অসোমদা উপন্যাসকার অসিনা উৎলি কলা হায়বসি সমাজগী অচৌবা শক্তয়েং ওইরবনি। মতীক চারবী শ্রীমতিনা চন্দ্রা কায়নহুনা নাইত্তোম তাহোরবা রাধাচরণগী পুন্সিদা তিনজবা পামখিবা অমদি শ্রীথীয়েটরগী মেনেজরনা রাধাচরণগী মফমদা চণ্ডরকপ্সিনা অশেংবা কলাকার অমগী অরাংবা পুন্সিবু ইকাইখুম্নহুনা ময়েক শেংনা উৎলি। অশেংনমক উপন্যাসকার শীতলজিৎনা কলাবু শেনগীদমক শীজিন্নবগী মহুৎ কলাবু সমাজগীদমক শীজিন্নগদবনি হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলি। সমাজগী সমস্যা কয়াবু অশেংবা কলানা শেংদোক্কনি; অমকপ্না থল্লবা মপূং ফাদ্রবা পুন্সি কয়ানা থল্লবা সমাজগী অয়ানবা নীতি নিয়ম শেমদোক্কবা কলাবু শীজিন্নগদবনি হায়বসি উপন্যাসকার অসিগী ফজরবা রাখলনি।

অনীশুবা লাঙ্গাওনা নৈথায়রবা পুন্সি কয়াগী কায়রতোক্তরবা চৈনাখোলনা থল্লবা সমাজ অমবু অচম্বা খুৎয়েক্তা নহা ওইরিবা আর, কে, এলাংবমনা মহাক্কী 'মরূপ অনী'দা উৎলি।[1] শরৎ চান্দনী অঙাং অনীগী পুন্সিগী অকোইবদা লালগী চৈথা ফংলবা সমাজ অমগী চোকথরবা শক্তমবু নাকোয়নমা উৎলকই। মশাগী সংস্কৃতিগী লংলবা মশক্তা ঈংনা চীক্লা পাঙ্গরকপা মণিপুরী সমাজদা অনীশুবা লাঙ্গাওগী হৈনদ্রবা চৈনাখোল ফংলকপদা কাংখোং চাইবগী নুংঙাইদ্রবা সমস্যাশিং মথং মথং লাকখি। অচম্বা পুন্সিগী য়ারী লীরবসু অঙাং অনীগী পুন্সিদা ফংখিবা চৈনা কয়া অসিনা মণিপুর সমাজনা লালগী চৈথা ফরম্না খাওখিবা অমদি অনীনা পুন্সিগী খোঙচৎ অমা লাক্লমদাইদা শেৎনা খাইনবা কয়াগী চৈনাখোল ফংখিবা হায়বসি উৎলি। মমা মপা কায়নরবা মবুং মৌপা শেৎনরবা মরূপ-মপাং কয়াগী পুন্সিবু মুংশি হৈদ্রবা লাকনা

১। রাজনীকান্ত, 'মরূপ অনী', এপ্রিল, ১৯৫১,

লৈরোল চনশিনখিবগী মীকপখোলন। তিল্লবা সমাজ অমগী মশক্তা পুন্সি কয়ানা চৈনাখোল থাঙন। হিংখিবা শক্তম অদু অইবনা মীয়ুংশিগা লোয়ননা য়েকখি। তশেংনমক উন্যাসকার অসিনা লালগী মুংশিহৈত্রবা শাজংপু য়ানিংখিদে। লালকম্না অংশংবা সমাজ অমবু পূরক্কনি হায়বদু থাজবা ঙমখিদে। শরৎ-চান্দনী অঙাং অনীগী অচম্বা রারীদা লালবু পানজদবা উৎলি। লালসে করিগী তৌখিবনো ? চৈনাখোলনা থল্লবা সমাজ অমবু পূরক্লিবা লাল হায়বদি মীয়ুংশি খঙদবা পোংশক্লি হায়বসি অইবা অসিনা থাজখি। কবি ব্রাওনিনস্নু বোনহেমগী লানফমদা অশিবা কয়াগীদমক মুংলাংবা রাখল মগু-মপুগী রারীদা ফোঙদোকখি।

'They say it was shocking sight/After the field was own ; For many thousand bodies here/Lay rotting in the sun ; But things like that, you know must be/After a famous victory '[১]

অমনা অনৌবা পুন্সি কয়ানা শান্তিগী লম্বীদা শেংনা হিংজনবা মীয়ুংশি হৈত্রবা লানফম হায়বসি লাকহল্লোইদবনি হায়বসি এলাংবনা নাকোইননা ফোংদোকই। নাকল অমরোমদা লানফম্না নৈহুৎখ্রবা মণিপুর সমাজবু অইবনা উৎথোকপগা লোয়ননা, মীয়ুংশিন থল্লবা অচম্বা পুন্সিদা হিংলম্বা জাতি অসিনা মশাগী চন্নবা খৌদাং পাঙজরম্বা অমদি মীয়োক মাচান কবা ফজবা মশকপুগ উৎথোকই।

ধর্ম্ম অমদি মশাগী সংস্কৃতিদা লুপচরম্নবস্নু ধর্ম্মগী মিংদা হেক্সিনবা শাজং লেরম্মী হায়বসিদি নোক্লিংবা খ্রাফমগা লোয়ননা ফোঙদোকই। সমাজ অসিনা ধর্ম্মগী মিংদা কান্নদবা মচলদা খ্রাই চিলহনবসিস্নু এলাংবনা নাশোন পিক্লা করেমনৈ। অদুমকপু সমাজ অসিগী অচৌবা খৌদোক

১ | Robert Southey, "(After Bienheim)", English verse, vol. IV, World's Classics, 1971, p. 131.

শুইনা অইবনা শীংথাখিবদি নত্তে। লালগী মৈরীনা রাইরবা, শাররবা মণিপুর সমাজগী মৈশা মরক্তা অঙাং অনীবু লংশিন্দুনা মীনুংশিগী শক্তম অমা শাগৎপনি অমদি লালগী মীনুংশি হৈত্রবা শাজৎনা শোকহল্লবা সমাজবু উৎতুনা লালবু থাদোকপা পাম্বত্থ উৎপনি। লালগী মৈছ্যাং পাইরবা পল্লেপফম খণ্ডদ্রবা মণিপুর সমাজগী মশক অমা উৎখিবা অইবনা ধর্ম্মগী অর্থনীতিগী অমদি রাজনীতিগী কাংথাং চাইরবা মশক কয়াদি শীংথাখিদে লোয়ননা মীওইবগী পুক্কিং ইন্থলা লাকশিনবা ঙমদ্রবা ঈথিলন পুরকখিবা সমাজগী সমস্যাশিংবুস্থ শোক্লবা তৌদে। ওইজবা তানবগী মরম্নাই ংঙাইবা থিবগী অমদি লমচৎ কালবা পুন্সি কয়াবু পুথোক্তুনা উৎপগী মওংদা লালগী চনাখোল মরক্তা তনীক্না খাংলবা অঙাং অনীগী নৌরবা পুন্সিগী রারীবু অইনা ইচম চপা খুংথাদা লীবনি।

অইবাশিংনা মানা মানা পামজবা মীৎয়েংগা লোয়ননা সমাজগী মশকপু শেমদোক্লিংবগী আশা ফোঙদোক্লবা সমস্যা কয়াবু কোকহন্নবা পামজবা মওংদা লমজিং পীবনি

অদুবা রামাসংদা মোং হৌদ্রবা মণিপুর সমাজগী মনুংদা চেৎনা কোনশিন্দুন থম্লিবা ধর্ম্মগী থেন্নবা মীৎয়েংদা চৈনা থাঙলবা পুন্সিশিংগী-দমক নাংঙনদবা পোকখি। লোয়ননা সমাজগী অরানবা চৎনবী অসিদগী লান্থোক্লবা লম্বী থিখি। মহাক অঙাংহল্লগুম্না পোলোইদা লম্মুক্লখিদে; জাতি বর্ণগী পন মখুৎমক্তা নমথায়্না নবকিশর যামিনি অনীগী পুন্সিগী পনথু ফম পীখি; অত্থবু অরা পোলোইগী চৈথা অমা উৎতুনা নোংদম থীরবা পুন্সি অনীগী খাংওথক্কী রারীনা সমাজগী অরানবা চৎনবীদি মুংশি খন্দ্রবা মওংনি হায়বসি উৎনবা লাক্লখি। সমাজ অমতংগী মনুংদা হিংমিন্নরিবা, পুন্সিগী অরা-অনাগী মপাউ হংনরিবা অমদি অমনা অমগী তেংবাং লৌনরিবা পুন্সিশিংগী মরক্তা ধর্ম্মগী মিংদা পুশিল্লকপা অথুবা মীৎয়েং চুমদ্রবা চৎনবা অমদি ওইজবা তানবশিংগী খুৎশেম ওইরবা নীতিনা

সমাজবু চৈনাখোল ফংহল্লি, অমদি পুন্সি কয়াগী শেংলবা আশাদা তেমশিংনৈ হায়বসি অইবা রামসিংনা উৎচখিবা রাখলনি। অসিগুম্বা নীতি অসিনা সমাজ অসিগী শান্তিদা লেপ্পা লৈতনা কায়হৌই; মীগা মীগগী মরক্তা খেন্নবা থমদ্রবা শেংলবা সমাজ অমগীদমক লাংতক্নজবা রামসিংনা হিন্দু ধর্মদা লুপলবা মৈতৈ সমাজ মরক্তা চুমদবা চৎনবী কয়াবু লৌশিন্দুনা থমই, লোয়ননা মীবু মীনা তুকৎচবগী হুন্বনা লৌবগী অপাংবা চৎনবী কয়াসি লাল্লি খঙনা থাদোকপা ওমদে হায়বসি উৎলি। হেন্না পূক্লিং থিংজিনবা য়াবদি মৈতৈ সমাজনা চীংমীশিংবু হুন্বনা খল্লবসু অশেংবা থমোয়, অচুম্বা পুন্সি অমদি মীয়ুংশিংগী শেংলবা মফম অমদি চাংমীশিংগী মরক্তা মরাক চুম্না লৈ অমদি পুন্সিগী মমলবু রাংনা লৌবসি চীংমীশিংনা তম্মাশিংদগী য়াম্না হেল্লি হায়বসি রামসিংনা ময়েক শেংনা উৎখ্রে, পৈক্লবসু মশীং য়ামদবসু পুন্সিগী মমল অমদি মীয়ুংশিংগী মফম চাউনা কল্লিবা চাংমীশিংগী সমাজনি অমদি ধর্মবু লাইনীং ওইহল্লিবা অমদি ধর্মগী মিংদা ভাওজবা মৈতৈ সমাজদদি নাকল অমদা ইহো হোরক্লি হায়বসি রামসিংনা ময়েক শেংনা উৎলি। য়ানীং-দবগী অকনবা চৈথা অমদি পুন্সি কয়াগী আশা খোংগ্লাওনবা তাঙ্গিবা ফিবম অসিদগী নাম্থোক্লবা লম্বী অমা রামসিংনা থিখি, অমদি লম্বী অদুগী মাঙদা পুশল্লকপা অরানবা চৎনবী কয়াবু থাদোকদবনি হায়বসি উপন্যাসকার অসিগী অশেংবা লমতাক্লি। তশেংনমক রামসিংনা ধর্ম অসিগী মনুংদা হিংদুনা হিন্দু ধর্মদা বিশ্বাস থম্লবসু ধর্ম অসিনা কোন্শিল্লিবা অরানবা চৎনবী কয়াদি লাক্নুনা হুদোক্লীংখি। ধর্মগী মিংদা পুশিল্লকপা অরানবা চৎনবীশিংবু হুন্দোকপা পামজবা অইবনা হিন্দু ধর্মবুদি থক নিন্দা তৌখিদে; শরৎচন্দ্রনা হিন্দু সমাজনা ধর্মগী মিংদা পুশিল্লকপা অরানবা চৎনবী কয়াগীদমক হুংনাংবা লাংতক্নবা অমদি য়ানীংদবা কয়া উৎলবসু ধর্ম অসিবুদি থক নিন্দা তৌখিদে। হিন্দু ধর্মগী নীতিবু নিন্দা

তৌবগী মতুং চুমদবা চৎনবী কয়ানা থোকহল্লকপা সমস্যাবু পুথোক্লুনা উৎখিবনি।

"He is certainly crititical of the contemporary society when it is not in argument with his own ideas but he never flouts, the accepted moral of the Hindu society at any time' [১]

য়াম্নসিংগী খুৎইদা হিন্দু সমাজগী মতুংদা কোনশিন্দুনা থম্লিবা ফত্তবা চৎনবী কয়াবু পাক শন্না নৈনহনা চুমদবা কয়া পুথোক্লুনা উৎত্রবসু য়ানিংদবা কয়াগী মতুংদগী মরু হৌরবা শক্তম অমথকপু পুথোক্লুনা উৎখিবনি।

মীখা পোল্লিবা মতমদা পুন্সি হকথেংনবা হৌরকখিবা খাংঙদ্রবা চৈনাখোল, মহাও য়াওদ্রবা পুন্সিদা, নীংতম্বা হায়বা পোৎশক্তু মতৌ করম্না পুরক্লুনা মণিপুরী সমাজবু অমুক্কং মুক্তি ফংগদগে হায়বসিনা অকনবা ঈথিল ওইরকই। মীনাই নাইথাং নাইওইবগী লাকচথীবা কনানা অতোনববু তুহৎপগী শক্তিগী লমজেংদা পুন্সি কয়া অমদি পুন্সিগী আশা কয়াবু খোঙগাওনবদা চিংনবা পোক্লবা চৎনবা কয়াবু থমোয় শোক্না য়ানীংদবা ফোঙদোকখি। অঙম-অথৌ ফম্নাই ফনাইবা কয়ানা কা হেনবা লমচৎ চৎপদা থিংবীনবা নৈতবা ওহাক্তী মুংঙাইবা থিবদা শেংলবা পুন্সি কয়াবু মাংথোকপদা নাচুংবা পোক্লবা অখাবা লীচৎ কয়ানা সমাজবু মশক থীহল্লি অমদি শারমচৎ মাঙওইনরবা ৎৎকন পাঙ্গনবা কয়ানা অতোনববু লাকথুহনা পাম্নরিবা ভাইবংগী সমস্যা কয়াদগী নাম্থোক্লবা লম্বী থিখি। মশাগী সতীত্ববু হাকম্নবদা তমুবীগুম্বী কয়া কয়ানা অরা পোৎলুম পুবদা নাচুংবা পোক্লবসু পুন্সিগী মঙল খঙদ্রবা শেন্নুংবগুম্বা কয়ানা শক্তিবু লাম্না শীজিন্নহনা মীওইববু শক্তি শঙাই তানবগুম খুহুম

১। Dr. Sukumar Sen, History of Bengali Literature', Sahitya Akademi, New Delhi, 3rd edition. 1979, p. 315

চনগে তেমশিংখি। স্বর্গ নরক অনীগী খেন্নরবা মশক্রুম মীওইবগী মন্নংদা অচৌবা খেন্নবা কয়া লৈ:রবসিন' ফত্তবা সমস্যা কয়' থোকহনবদা হালেংবা লৈতে। পুন্সি কয়া খোঙনেংনবদা নাচুংবা পোক্রবা মী-ফত্ত কয়াগী মথুক্তা শক্তি শীন্নরুবনা হৌগ্রবা পুন্সি হৌজিক্কী পুন্সি অমদি তুংলমচত্তম্ কোকপা নাইদ্রবা সমসাা কয়ানা সমাজবু মীকপ মীরাওথোলনা থলহলবা তাখিবনি। মসিগী দমক গুণনা লম্বী থিনবা কন্না হোংনখি। মীনাই ফুঙ্গা মুংথংপা পামজবা গুণনা মীনাই ফুঙ্গা লীংবগী চংনবীনা শোকহনখিবা চাউবা, তোম্বা অনস্থং তমুবীনচিংবা পুন্সি কয়াবু পুথোক্তুনা থমোয় কায়রবা রারীবু থরাই যাওনা 'লমন'দা লীখি। রাজনীতিগী লম্বীদা লমুক্করবা শক্তিগী লমজেন্দা মণিপুর সমাজনা কাং-খোং চাইরকপা মীকুপ্তা য়েক্লবনা খুদোংচাবা লৌহুনা মৈতৈ লৈবাক খুন্তাক লাকশিহনখি। অসিগুম্বা তাংকক অসিদা অচৌবা য়ুম্ফম অমা ওইনা অইবনা লৌশিন্দুনা লীংজেল মান্নদবা, জাতি মশেল য়েংথীনবা হায়বসিমক নংতম্বা হায়বা পোংশক অত্থবু মাঙহন্নবা মরুনি হায়না ময়েক শেংনা উংলি। রাজনীতিগী লমদা কাং-খোং চাইরকপদা শেল-থুমগী ফীভম থমথেংনা শোকচিলহল্লি। মসিবু লাইরবা তোল্ল-তারবা পুন্সি কয়ানা খুদম ওইনরি। চহি তরেং থুন্তাক-তৌদা অচুম্বা অমদি ধর্ম'গী মশক মাঙশিল্লকপা তাংকক্তা জাতি অসিগী ইতিহাসতা অমুবা কালিনা কোকপা নাইদনা ইহুনা লৈহৌবসিনা তুংগী মীরোলশিংনা অফবা পারা অমদি ওইহৌই। উপন্যাসকারনা মীথা পোনবগী চৈনাথোল অত্থদগী নাম্থাক্লবা লীংজেল মাপ্নবগী লীচিং অসি থক থাদোকফদে হায়বসি উংলি। শক্তি তান্নবদা অথুবা মীংথেং থম্বা, অচুম্ববু তুংওইনহুনা শক্তিত্তবু খুঙামন্নংদা পায়শিনগনি হায়বা আশাসি তুংকোইরোইদবা থৌংনি অসিগুম্বা শক্তি তান্নবগী অকনবা লৈরিমথৈ; জাতি অসিনা অরাবা কোক্কদবা লৈতে হায়বসি অইবনা উংখি, মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা হাক্তক্তা নিংথৌ প্রজা চীংমী তম্মীগী মরী থারম্বা অমদি অপুনম্বা সমাজ অমদা ঙমজবা, খুদোল তৌনম্বহু মৈদিংঙু অসিনা

থুপখিবগা কাং-খোং চাইবা ফিভম অমদা লাকখি। নিংথৌমচা মশেল নিংথৌ খুভম মুমবদা অঙম-অথৌশিংনা কাওলুপ নাইনরকপা অমদি নিংথৌ শেম্বা কয়াগী মুকখায়নরকপদা সমাজ অসিদা অরাবগী নোংলৈ হুম্বা হৌরকখি অসিগুম্বা তাংকক অসিদা শেলুংবগুম্বা ফম্নাইবা কয়ানা মনীং হেম্না তম্নকখি, লোয়নন্না চমজরবা পুন্সি কয়াদা ওং-নৈরকখি। মুপী ওইবীগী সতীত্বদা লংজরুবগী নাচুংবা পোকখিদে অইবা গুণনা চেংনা থাজবা অমদি থমদোং য়াইতোংবশিংনা সমাজগী সমস্যাবু থোক-হনবগী মরুওইবা মরমনি ; মখোয়না দায়িত্ব পুক্ম থোকপানি হায়বসিনি। চম্না হিংজরিবা লাইরবা প্রজাশিংগী পুন্সিদা লমজিং পীগদবা অমদি ঙাকশেনগদবা অচৌবশিংনা মশা মশাগী হুংঙাইবা থিবনা জাতিগী ফিভম অসি য়ৌনা য়ৌনা শোকচিনখিবনি। অসিগুম্বা দায়িত্ব লৈবা মীশক-শিংনা পুকচেল ফজনা পুন্সিগী শিন্থা পাঙতুনা লৈবাক্কী থৌ পুরবতদা সমাজ অতুনা হীরম খুদিংদা চাওখৎকনি অমদি মরা তপ্প পানবা ঙমগনি হায়বসি অইবনা ময়েক শেংনা উৎলবনি মহাক্কী লমনগী মগুংদা মুপী কয়াগী লীরি খোইরিবা অমদি অচুম্বা ফজবা লীচত্তা মরা চেংনা হিংজবগী রাখল পর্রাং অমদি ময়েক শেংনা লাম্থোকই, খুল্লাকপীগী অখাণ্ড কনবা, মপুরোইবদু চেংনা নীংজবা অমদি অচুম্বা মশক খণ্ডনা থৌনা ফবগী লংলবা শক্তম্না মুপীগী অরাংবা ফিদম কয়া ময়েক শেংনা উৎলকই। ফত্তবা চৎনবী কয়াগী মায়োক্কা ইচং থৌনা লেপ্পদা চিংনবা পোকখিদে লোয়নননা লংথোকখিবা লমনগী মমল অমুক শীংলুদে। ফত্তবা সমস্যা কয়াগী, অমদি মমা ওইবী অমগী রাংলবা থমোয় অমবু লৌশিন্দুনা শান্তি পাম্বী মুপী অমগী মশক উৎলকই। তমুবীগী সতীত্বগী মশক অমদি মীথাপোম্না হিংবা পামত্রবা শাজৎ অমদি খাঙখিবা অরা-অনা কয়ানা কাউঙমত্রবা মুপীগী ফিদম অমা পীবা ঙমখি। চৌংমী নিংঙোল চংনিং ফাওবগী মফমদা শেংলবা চৌংগী ঈকুৎকুম মক্তম্বা থমোয়গী মশক পুথোক্তুনা মুপীগী লৌজবা পুন্সিগী পান্দম উৎকে হোৎনৈ, উৎমু উৎখি।

অইবা অসিগী খুৎইদা লমচৎ নাইদনা কনাগী মফম পীখিদে। রাজনীতিগী কাং-খোং চাইরব তাংকক্তা মুংশিবগী মউ অমদি চেৎনা লিংখি। অদুবু মরু ওইবা সমস্যা কয়াবু লাম্থোক্কবা লম্বীদি লীংজেল মান্নবা অমদি পুকচেল চাউবগা লোয়ননা পুন্সিগী শিন পাঙবতুনি। অইবনা জাতি অমগী খ্বাইদগী শোক্লবা সমস্যাদি মীখা পোনবগী সমস্যা অসিনি হায়না লৌই। মীখা পোন্না হিংবগী মহুৎ মীকুপ অমতং মনীং তম্না হিংলম্বনা হেন্না ফে। মনীংতম্বা ফংনবা থওায়গী পোম্বাদা নিংগন্নরোইদবনি হায়বসি উৎখি। মরু ওইনা গুণনা মণিপুরী সমাজবু কুপ্না য়েংশিন্দুনা সমাজ অসিনা লৈতারবা লম্বী খুদিংদা মপুংফারবা শক্তম অমা শাগৎনবা চীং-তম অনী খুৎশম্নগদবনি লীংজেল মান্নবতনা মপুংফাবা সমাজ অদু শাগৎকদবনি হায়বসিমদি ময়েক শেংনা উৎখি।

গুণগী রাখলদা মণিপুরী সমাজনা মতম শাংনা মায়োক্লরম্বা মীখা পোনবগী থারবা মহাও অদুবু তরাইনা খন্দোকপা ওমদবতু 'খুদোল'গী মমুংদম্ু অদুমক উৎথোকই। মহাক মশামক্তা শরুক য়ারিবা মণিপুরী সমাজনা মীখা পোন্না হিংলম্বগী চৈনাখোল অদুবু কোকহন্নবা লম্বী থিবদা থরায় য়াওজখি। অদুম ওইনমক গুণনা চেৎনা লৌশিনজরম্বদি জাতি অসিগী মথায় থায়নদগী লৈরক্লবা সংস্কৃতি মশাগী থাদোকফদ্রবা কলাগী মশক কয়াগী লংলবা শক্তম অসিনি। অরানবা চৎনবী কয়াবু অচুমঅরানগী খন্দা ওনবা ওমদবা অমদি সমাজনা হেক্তা লৌশিন্দুনা থম্লিবা চৎনবী কয়াদুনা থমোয়গী মমল ফাওবা খোঙ্গাংনবা তারকপা মুংঙাইত্রবা সমস্যা থরদি ফিভমগী মতুংইন্না য়েকথোকই। লাক্তদ্রবী থম্বালগী পুন্সিদা অসিগুম্বা চুমদ্রবা চৎনবী অসিনা বদনামগী মাহিং কাহল্লি।

চৈন্নাওচীংগী থৌদোক্লা থম্বালবু কাগে তেমশিংখিবা য়াথোক অদুনা থম্বালগী পুন্সিদা মল্লবা দাক্কমনি হায়না লৌবা তারকই মরমাসিমা

গোকুলগী মপানা লাঙজব্রবী থম্বালব মীখুৎ চন্নুরবী [১] নি হায়না পাঙ-থোকই। সমাজনা মুপী ওইবীগী পুক্সিবু তয়াং তশোয়না লৌখিবা অমদি অচুম-অরানগী রাখল লেপ্পা ঙমদ্রবা, সমাজগী মনুংদদি চেংনা কোনশিল্লিবা সমস্যানি। করি অচুক হায়গনি। মণিপুরী সমাজদা তুমন নিঙোলনা পোকপা মচা নিঙোল ফাওবা বদনামগী মাহিং অমদি পুক্সিদা চন্নফম পীবগী রাখল ফাওবা লাপ্পা থম্নরম্মী। মরমসিনা বোকুলগী মপানা মচা রারকপদা তুমন নিঙোলনা পোকপা মুপীবু মমৌ ওইবা ঙম্মোয় হায়না অকনবা রাখল ফোঙদোকই।[২] অসিগুম্বা চুমদবা রাখলশিং অসিবু অইবনা মুংথৎচনিংবগী রাখল উংলি। লোয়ননা শীংনবগী মশকক। লোয়ননা থৌনা ফরবা রতনগুম্বগী আশাবু ফোঙ-দোকই।[৩] সমাজগী চুমদবা চংনবীগা শীংননবা রতন্না সরোবু লুহোংগে তেমশীংলুই অহুবু মরুপকী আশা খঙলকপদা শামায় লৈখিবতনি। সমাজগী মনুংদা অসিগুম্বা সমস্যাশিং অসি পীক্লবা সমস্যানি হায়না উপন্যাসকারনা তয়াং-তশোয়না খন্দোকপা ঙমখিদে। তশেংনমকস্মু মী-ওইবগী থমোয়গী মমলগীদমক অরানবা চংনবী কয়াগা তেংশিংনবা হায়বসিদি উপন্যাসকারগী থৌদাংনি। উপন্যাসকার অমা হায়বসিদি সমাজগীদমক অচেৎপা ব্রত্ত চঙই। শরৎচন্দ্রগী পান্দমস্মু মশাগী পান্দমদি সমাজগীদমক মপুংফারবা ব্রত্ত পাঙথোকপা হায়বসিনি হায়না থাজখি।[৪] অপাম মীহৌবনা খুতুম চনশ্রবা কনানা নমজা নমথেক্লহুনা

১। হিজম গুণ, 'খুদোল', ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৬৮, লাঃ ১৩২

২। মথক্কীসি।

৩। মথক্কীসি লাঃ ১৪৪।

৪। Humayun Kabir, 'Chatterjee is also an artist but he also believed that the artist has a direct social obligation' 'The Bengali Novel', Firma K. L. Mukhopadhyay, Calcutta, First Edition, 1968, p. 73

পুন্সিগী আশা থুংগে তাল্লকপদা নুপী ওইবগী পুন্সিদা কয়াগী মতিক অরাবা নংবা অমদি মতুনা সমাজদা থোকহল্লকপা সমস্যাবু গুণনা তম্বাংনা লৌথিদে। পুন্সিদা শান্তিগী পাওজেল পী। নুপী ওইবীশিংনা থাদোকফদ্রবা নুংশিবগী মশক্তা ভক্তিদি হক্কবা গুণনি হায়না লৌই।

লমনগী মনুংদা শারমচৎনা মাঙওইনবা শেলুংবনা তমুবীবু ফংগে তাল্লকপতুগী অতোপ্পা মশক ওইনা থম্বালবু রত্নাকরনা খুদম চনগে হায়না হন্না হন্না তেমশিংই। অদুবু খুদোলগী মনুংদা লমচৎ মাঙলবী সমাজগী মায়দা অমুবা কালি তৈহল্লিবী নুপীগী মফম পীখিদে। অশেং-নমক মণিপুরী সমাজদা নুপী ওইবীগী অরাংবা ফিদম লৈ। মশাগী ইজৎ ঙাক্না হিংজবী, ফিদমবু মতমচুপ্পা চেকশিন্না শৌজবী মৈতৈ চনুগী আদর্শবু গুণনা কাউথোকপা ঙমদে। সমাজ অসিদা লমচৎ মাঙলবী নুগী কয়ানা থোকহল্লকপা সমস্যা মরাঙ কায়দে। মখোয় অদুনা মফম থরদা লোন্না থুপ্পা হিংলম্লবগু শীংথানবদা তাঙনা থোকই। গুণগী খুয়েক্তা সমস্যা কয়ানা থল্লবা সমাজ ওইনা উখিদে মীনাই য়েংহিলং থাংলবা সমাজ অমগী মশক্তা শাগৎলবসু মণিপুরী সমাজনা মশাগী কলা সংস্কৃতিগী লংলবা মশক্তা লুপচববু পুন্সিগা থায়দোক্কবা ঙমদ্রবা ওইনা শিংথানিংঙাই ওইবনি হায়না লৌই। মরমসিনা মোইরাং লাই হরাওবগী জগোই শাথেক্তা ঙাওজে, চৈরাওচাংগী থোদোকপু পামজনা লৌশিল্লি। আদর্শবু চেৎনা থাজবা গুনন মণিপুরী সমাজগী মপানদা থোদোক কয়া শাগংলকশদা ফিদমগী মশক ওইরবী পুর্ণিমা মমাবু থেংনরুই। ভক্তিগা ইরোয়নরবা পুর্ণিমাগী কংথোকপনা পান্দমফম ওইবা নুংশিবগী মশকতা হেন্না থোনা পীশিল্লি।

মীথা পোনবগী নুংঙাইত্রবা সমস্যাশিং অমদি মতুগীদমক অকনবা লাঞ্ছেংগী রাখল পোক্লকখিব। লোয়ননা অনৌবা যুগনা লাক্লমদাইদা মণিপুর সমাজগী কাং-খোং চাইরবা সমস্যা অদু মহাক্কী উপন্যাস 'অরোইবা পাউদম'গী মসুংদদি যাম্না মঙেক শেংলকই। অনীগুবা লাঞ্ছাগী শব্বক

অমা ওইনা পুন্সি অমদি পুন্সিগী আশা কয়া নৈন্থৎপ্রবা কাং-থোং চাইরবা মণিপুর সমাজগী মশক অমা অইব অসিনা য়াম্না থরায় য়াওনা উৎথোকই। নীংতম্বা হায়বা পোৎশক অসিগীদমক মীওইবনা থরায়না পোম্বা ওইনা লাম্লেনগদবনি। মীথা পোল্লবা সমাজ অমদা হিংলিবা পুন্সিশিং অচুমক হিংবগী মমল য়াওদ্রবা, মহাও য়াওদ্রবা লেমখাক্তি পুন্সিনি হায়বসি গুণনা লৌই। মীথা পোল্লবা সমাজদা নীংতম্বগী লংলবা মুক্তি পুরক্কবা মীওইবনা হনবা লৈতেন। লাম্লেংনবা হায়বসি অথোইবা ধর্ম্মনি হায়না থাজে। মসিগীদমক থরায় কৎপবু অথোইবা পূর্ণাহুতি পীবনি হায়না গুণনা শীংথারি।[1] লিংজেন মান্নবা ইচঙ থৌবা অমদি মনা লৈবাকপু মুংশিবতনা শান্তি অমদি মরাং কায়ববা সমাজ অমবু শাগৎপা ঙমগনি হায়বসি গুণনা উৎলকই। মসিগীদমক মহাক্না লমচৎশিংগী মন্নুংদা থৌনা ফরবা মীশক কয়া চোংথোকহল্লি, চাউঔোপা, শাজৌবা অমদি খুঙ্গংচন্দ্র যমুনানা ইচঙ থৌনা নীংতম লানগী থৌদাং পাঙলকই। মীথা পোল্লবা সমাজবু লাক্তুনা লংথোক্কবা অকনবা লাম্লেং মরক্তা আজাদ হিন্দগী লাম্মী কয়াগা লোয়নননা চাউঔোপানা থরায় কৎখি[2] নীংতম লালগী মৈগাক ফরবা যজ্ঞগী মৈরান্নুংদা পুন্সি কয়াদি অকংবা শীংগুম কেনফম থোকপনি হায়বসি উৎলকই। নাংতম লান্দা থরায় কৎপাদি মপোক মহৈ য়াল্লবনি হায়না শীংথাই। মীথা পোল্লবা সমাজদা য়েক্লবগী মখোঙ কোন্দুনা হিংবগী মগুৎ মুংশিজরবা মমা লৈবাক অচু ফাওবা থাদোকপদা নাচুংবা পোক্রবা অবংবা রাখল শাজৌবনা উৎতুনা পুন্সিগী ওইনা তাম্না চৎখি। অশংনমক অইবনা মীথাপোনবা সমাজ অমদা হিংলিবা পুন্সিশিং অচু য়াইফবা মচেৎ অমতা য়াওদ্রবনি হায়না থাজে। সমস্যা পুম্মক্কগী মীথা পোনবগী সমস্যানা খ্বাইদগী হেন্না তমথীবনি হায়বসি মহাক্না 'লমন', 'খুদোল' অমদি অরোইবা পাউদম' দা মরাক চুন্না উৎলি।

---

১। হিজম গুণ, 'অরোইবা পাউদম' কুমারী হিজম শ্রীমতী দেবী, ২ শুবা ফোঙবা, ১৯৮২, লাঃ ১৬২-১৬৩।

২। মথক্তাসি।

লোয়ননা সমস্যা অম্রিদগী নাম্লোক্লবা অমত্তা ওায়রবা লম্বীদি লান হায়বসিনি হায়বসি উৎনবা কন্না লাক্লখি। মীৎয়েং অমরোমদা গুণ লান হায়বা পোৎশকসিবু শৌগৎপা অইবনি। সমাজগী য়াইফবা পুরক্লবা লান হায়বসি ছন্দোকপা য়াদ্রবা পোৎশকনি খন্না লালবু হরাওনা ওকচৈ। লালবু স্বাগত তৌজবগী রাখলসিমক্তি ফিভমনা পুরকখিবনি। মীখা পোল্লবা সমাজ অমগী মুক্তিগী লম্বী থীবদা অরোইবা উপাইদি লাল হায়বসিনি হায়না লৌক্লবনি।

অনীশুবা লাঞ্জাওনা নৈহৎখ্রবা মণিপুর সমাজগী মশক উৎপগা লোয়ননা অইবনা মুংশিবা, অপাম-মিছোবা অমদি কথোকপগী মক্লবা মশকশিং মাগী উপন্যাসশিংদা উৎথোক্লনা লালফমগা শাগোম্লনা পুন্সিগী মনুংদা থেংনরিব। সমস্যাশিংসু লাম্লোকই। লোয়ননা লাকচখিবগী তমথীরবা রাখলদগী অচৌবা লাঞ্জাও থোরকখিবনি লোয়ননা লাকচখিবগী শাজৎ অসিনা অচম্বা পুন্সি কয়াগীসু সমস্যা ওইদবা য়ারক্কে। পুক্লিং খুতুম চনবা ওমদবা অপাম-মিছোবনা মাওওইনবা পুন্সি কয়ানা নুপীগী সতীত্ববু খোঙ্গাওনগে হোৎনবগী মশক অরোইবা পাউদমগী মনুংদা নবকুমারগী শাজত্তগী উবা ফংই। অদুবু করাম চাউবশিংনা মায়থিখিবা শক্তম উৎতুনা পুন্সিগী ইজৎ ওাক্লা হিংজবী মৈতৈ নুপীগী লংলবা পুন্সিদি মসিনি হায়না লেন্নজবগী মশক অমা উপন্যাসকারনা মাগী উপন্যাস খুদিংদা লাম্লোকই। লমচৎ কাংলবী নুপী কয়াগী অমদি লনগীদমক পুন্সি য়োম্লোক্লবী কয়াগী শাজৎ অইবনা পুশিল্লকখিদে। মণিপুরী সমাজদদি অসিগুম্বা সমস্যা অসিদি অতাওবনি। ফিদম ওাক্লা হিংজবী নুপী ওইবীশিংগী ইকাইখুম্নববু ওাকচবগী রাখলসি অইবদা চেৎনা লৈ। অদুবু মহাক্কী সমস্যাশিংগী মনুংদা অওম অথৌ অমদি শেঙ্গাও পায়বশিংনা নুপীশিংগী মফমদা লংজবা অমদি মথোয়গী সতীত্বদা অমকপা ওইহন্নবা হোৎনক্লবদগী খোরকপা থেঙ্গায়নবা শক্তম অসিদি হেক হেক উৎলকই।

অইবনা অসিগুম্বা কা হেনবা শাজৎ অসিগী মায়োক্তা, অশেংবা পুন্সি লম্বীদা খোঙ থাংনবা রাখল উথোকই। সমাজ অসিগী শান্তিগী রাখল খঞ্জবা অইবনা অসিগুম্বা লমচৎ নাইদবা পুন্সিশিংদি শোয়দনা মায়থিগনি হায়বসি উৎলি। নুপীগীসু অকনবা অমদি চেৎলবা থমোয় লৈ হায়বসি অইবনা য়াম্না মরীক চুম্না ফোঙদোকই। অসিগুম্বা রাখল পরীং অসিগী মখাদা মহাক্কী অপীকপা উপন্যাস 'ঐখোয় তাদা' হায়বসিগী য়ুমফম থোল্লকই। থৌবা অমসুং নীংথেম কৌবা অপীকপা অঙাং অনীগী পুন্সিগী ফিভমগা মখোয়বু পোকপিরম্বীগী মশাগী কলঙ্ক অমদি শীংনবগী থারবা লীংজেলগা মরী লৈনহল্লি। অহুম জাতি অসিগী মনুংদা থাদোকপা ঙমদনা লৌশিল্লবা শোক্ক-শম্নবা য়াদবগী, মীবু মীনা হুন্থনা খনবগী ফত্রবা সমস্যানা থাদোকহল্লকপা পুন্সিগী অরাবা কয়াতুনা হেন্না মরূ ওইবনি। কৌক্রক নিংঙোল অমবু মাগী মমৌ ওইনা লৌশিনবা পামদ্রবা ইম্ফালগী নুংঙাই য়াইফবা ইমুং অমগী মমৌ য়ুম্বরেনগী শাজংনা মশামক্কী অমত্তা পোকচবা মচানুপাগী পুন্সিগী অরা পোলোই অহু পুরকপা তাখি। সমাজনা হুন্দোকপা ঙমদনা লৌশিল্লম্বা মীবু মীনা হুন্থনা লৌবগী চৎনবী শাজৎ অসিনা সমাজ অসিগী লায়নানি। অহুগুম্বা চৎনবী অমনা লাঞ্জদ্রবা পুন্সি কয়াদা অরাবগী সমস্যা ওইরকই। মুকথায়নবা কয়াগী মরক্তা নৌনা য়েন্নীং হুনখিবা অপীকপা অঙাং থৌবা অমসুং নীংথেমনা পুন্সিগী হিংবগী লানফম অহু ইচঙ থৌনা থেংনবা তারমই। মচাগী অরা পোলোই তাল্লকপা মীকুপ্পা ইনাক খুনবা মপুনা মশাগী অরানবা রাখল থঙলক্কুনা অঙাং ওইরিবা নীংথেমবু মপাগী কম্ম পাঙনবা থীরকখি। মতম কুইনা ইন্থোকলুরবা অঙাং অনীবু মম মপা অনীনা থুপগ্রবা মতুংদা লৌখৎখিবসিনা সমাজগী মনুংদ। ফত্তবা চৎনবীবু শোগৎলুবা কয়াগী মমিং পাঙহল্লকপগী রাখলনি। অনাঙবা লাঞ্জাওগী তথৌরব। শাজৎ অমদি নীংতম লানফমগী মমল লেপখিবা উপন্যাসকারনা মীখা পোনবগী শোক্লবা সমস্যাবু মহাক্কী অতৈ উপন্যাসশিংদা নৈনহুনা উংখিববু মহাক্কী "ঐখোয়

তাদা' গী মনুংদদি সমাজগী লাইনা ওইরবা অরানবা চংনবী কয়া, মীবু মীনা লাকচথীবগী অশোনবগী মরল অকনবনা মুন্দুনা চাবগী ফত্তবা লীচংনা থোকহল্লকপা সমস্যা কয়া অত্থদা পূক্লিং থিংজিন্দুনা য়েংখিবনি। অত্থবু তেল্লবা অশিবনা রাখৈরগদবা পুন্সি অসিদা অসিগুম্বা লন-থুমগী অমদি লাকচ-থিবগী খুরবা রাথল অসিমক কান্নদবনি। সমাজবু শান্তিগী লম্বী পীনবা ইশানা অচুম্বা মশক খঙনা হিংগদবনি হায়বসি অইবগী অশেংবা রাখলনি। রাথল অসি উৎপদা অইবনা আধ্যাত্মিকী স্বর অমগা ঈরোইনৈ। পাপ্পু নাইবা পুন্সিদা কল্লবা মিহৌবগী কান্নদ্রবা লীচংনা হৈনরিবা মীওইবগী থৌরাং অরেম্বনি। অসিদা করিস্থু অরেপ্পা লৈতে; তেল্লবা পুন্সিনি, কান্নদ্রবা মীওইবগী শাজংনি হায়না অইবনা শীংথাখি।[১] অত্থবু গুণ মণিপুর সমাজগী মনুংদা অরা-মুংঙাই খায়না হিংবা অমদি ফত্তবা সমস্যা কয়া ওইজবা তানবশিংনা থোক-হল্লকপবু মুংনবা রাকং লানখংলি। মাগী খুয়েক্তা অরানবনা মমৈদা হেক হেক মায়থীহনবসিনা অচুম্বনা মমৈদা জয় ওই হায়ববু উংপানি।

লমচং মাংলবী পূক্লিংগী ঈল্লনা হুমহুনা পুন্সিগী লংলবা আদর্শদা কাইরক্লবী অমদি মখোয় খরা অত্থগী লমচংনা সমাজগী অরোল-অফোং কয়াগী সমস্যা ওইরকপগী ফিভমশিং অত্থ ইবোহলনা মহাক্কী উপন্যাস 'ইমানা ঐবু মাঙহনবনি' অমসুং 'ঐদি ওক্কবীনি' অনীদা পুথোক্কুনা নৈন-রকই। অচাওরম পামজবী লনবু মীহৌবদা অচুম-অরান হুন্দোক্লবী মুপী খরনা সমাজগী তিলগুম নোংম নোংমগী চিকশিল্লক্লুনা সমাজগী লাইনা কয়া পুরকপা য়াবগী ফিভম অত্থবু ইবোহলনা পুথোরকই। অত্থম ওইন-মক উপন্যাসকার অসিনা লৌশিল্লিবা সমাজগী মশকসি থুনাম হানৈনা থল্লবা ইরাংদা লুপগ্রবা ওইদবা লৌনমনা থল্লবা, শেঙ্গা থুমজাগী উজার মেলা অমদি লমচং নাইদবী কয়াগী য়াকাবুং ওইগ্রবা সমাজগী মশক্কু

---

১। হিজম গুণ, 'ঐখোয় তাদা,' ২শুবা ফোঙবা, ১৯৬৮, লা: ১১৮।

নত্তে। মীৎয়েং অমরোমদা লমচৎ নাইদবী কয়াগী পুন্সিবু চন্নফম লৈত্রবা, লোয়ননা মখোয়গী পুন্সিনা পোলোইদা মায়থীরকপগী নুংঙাইত্রবা ফিভম অত্তুনি। চীংলন্নবা, পুন্সিগী মমল খঙনা হিংজবদা অপেনবা থিরিবা মণিপুর সমাজদা লমচৎ নাইদবীশিংগী মফম থিবদা রানা থোকই। মখোয়বু লাপ্পা ইন্থোকপা মণিপুরী সমাজনি। মরমসিনা মেম্মনা 'ইমানা ঐবু মাঙহনবনি' হায়বা উপন্যাস অসিগী মন্নুংদা মফম কয়াদা মায়থীবা ফংবা তাথি। লোন্না থুপ্পা পুক্নিংগী ইহুলনা শন্দোরকপা লাইনানা চকা ফোংলকপদা মমায় ফিরুপ খুমকপী নুপী খরগী লমচৎপু উপন্যাসকারনা চেকশিন্না লৌশিন্দুনা মোং হাদ্রবা মণিপুরী সমাজগী মন্নুংদস্ন অসিগুম্বা মচল অসি মফম কয়াদা লৈরি হায়বসি উৎলকই তত্তুবু অইবনা সমাজ অসিগী মন্নুংদা মখোয়গী মমলদি লুপাকলাগুম লৌথি। মখোয়গী পুন্সিবু ইকাইখুন্নফম পীদবা শক্তম অসিনা মণিপুরী সমাজদি চাংনুংগী ঈফুংকুম শেংলবা সমাজ অমবু মতম চুপ্পদা আশা তৌজবনি থমোয় মক্লবা লমচৎ নাইদ্রবা কয়াগী য়াকাবুং ওইহনফম থোক্তে হায়বসিদি ময়েক শেংনা উৎথি। মৈবু ফিনা কুপ্পুনা থম্বা য়াদবগুম মীকুপকী নুংঙাইবা থিবদা হুকথ্রবা দাকফম কয়া নোংম নোংমকী ময়েক শেংলক্লনা সমাজগী অরোনবা সমস্যা ওইরম্বদগী সমাজগী অফোঙবা সমস্যা ওল্লকথি। মসিগীদমক রায়েলশংদা মেম্মনা বিচারপতিমক্কী মমাঙদা মহাক্কী পুন্সিগী অরোনবা রারীবু মকা ফোঙনা লিথোকপা তাথি।[১] অইবা অসিগী মফমদা পুন্সি হায়বসি ফোঙদোক্তনা খুমজিল্লিবা রাথোক কয়াগী মফম ওইনা লৌরকই। মপালথোংদা ফোংদোরকপা সমাজগী সমস্যা খরতনা সমস্যা কৌবা য়াদে। সুংগী সমস্যা কয়া অসিবু সমাজগী সমস্যানি হায়না শীংথাবা পামথি। দি এইচ, লোরেন্সনা সেক্সকী মরী কোমথরকপা

১ | খুমনথেম ইবোহল, (পুন্সিগী অহানবা থোঙথাং), 'ইমানা ঐবু মাঙহনবনি' অহানবা নম্বা, ১৯৬২, লাঃ ৭৮

অমদি অরোনবা লায়না কয়া নারবা সমাজ অমগী মশক উৎলম্বগুম উপন্যাসকার অসিনস্তু সেকসকী লায়নানা নাবগা পুন্সি খরগী অরোনবা থৌদোক্না ফোংলকপা শক্তম অত্তুবু উৎথোকপনি উপন্যাসকার অসিনা পুক্কিংবু লাকশিনবা ওমদবা অ.দি খুদক্কী মুংশাইবা থিখিবা পুন্সি কয়ানা মমৈদা ফিরুক খুম্বা উৎতুনা লমচং নাইদবশিংনা পোলোইদা মায়থীবগী রাখল পবীং লান্থোকই। সমাজগী সমস্যা কয়া অসিগী দায়িত্ব লমচং নাইদবীশিংগী এফমদা হেঙ্গৎলি, মসিবু কোকহন্নবা পাম্বৈদি থমোয়গী মমল খঙবা অমদি পুন্সিগী অচুম্বা লম্বী খিবা হা বসিনি হায়না হবো-হলনা লৌই। অত্তুবু অইননা অচাউরম পাম্বী, লন মাহোবা মুগী খরগী পুন্সিবু পথোকপা সমাজগী অমকপা সমস্যা কয়া নাচুংবা লৈতনা থোকহল্লিবা শক্তমবু করেম্নতুনা মণিপুর সমাজদা অসিগুম্বা ওক্ত-ক্সমচত্তা লায়চুরবা অমদি কারবারগী লমদা মকা ফোংলবী ওক্তেবী কযাগী মকমদি পীখিবা লৈতে। তশেংনক অচৌবা লৈবাক কয়াদা চাওখৎলবা সহর কয়াদা ওক্তবীগী মফম লিংতুন হিংনবা কারবার পাওথোকপবু মণিপুরা সমাজদদি ওইথোক্তে নমসিনা শাজৎ অসিবু য়াম্না হম্বনা লৌবগা লোযননা সমাজগী অমকপা মাহিংনি হায়না লৌই। অমরোমদা ইবোহল সমাজগী মনুংদা সমস্যা ওইনা লৈরবা শেঙ্গা-থুমজা হরাও-কুম্মৈদা মতম অমদি চাদিং হেন্না তৌনরিবা সমাজগী সমস্যাশিংবুদি কাউথোকই। অমরোমদা মহাক্তি লমচং নাইদবী অমদি ইন্দ্রিগী ঈহুল লাকশিনবা ওমজ্রবা মুপা মুপীনা সমাজগী অমকপা সমস্যা কয়া থোকহল্লকপা অমদি লমচৎ নাইদ্রবীশিংনা পুন্সিগী লানফমদা মাইথীবগী রারীক্ষ ইচম চম্না লীজবনি।

কুমারী থোইবীগী মীংয়েংদা মণিপুরী সমাজদা মায়োক্নরিবা মখল মথেলগী সমস্যা কয়াবু থিদুনা মতুবু কোকহন্নবা লম্বী থিবগী মহুৎ ইচম চম্বা পুন্সি খরা পুথোক্তুনা পামজবা রারী লীজবনি। মণিপুর সমাজদা মায়োক্নরিবা সমস্যা কয়ানা মুংনোংবা লাংতক্নবা অমদি নীংবা

কায়বা রাখল কয় থোইবীগী মফমদা পোকহনখিদে। অহোইনহৌম মণিপুর সমাজগী চাক্লা লেমনা হিংজরিবা শক্তমদা পেনজবা ভস্মী, অদুবু থমোয়গী ওইবা মরীদা মুংশিবা অমসুং থাদোকপগী মমলবু লৌজবগী অচেৎপা মথল অমা অইবীগী থাজনা থমজারিবা সমাজ অসিদা অচৌবা সমস্যা কয়া থোকহল্লকপা য়াবা ফত্তবা চৎনবী কয়াগা থেঙ্গায়নবগী মশক্লা মহাক্কী উপন্যাসকী সমস্যা ওইহনখিদে। অদুমকপু সমাজ অসিগী মনুংদা নিঙোল ওইবীশিংগী থমোয়গী মমলবু খঙবিদবা মথোয়গী পুন্সিগী অচুম্বা আশাদা খুং থিংজিনবিহনা তাইওন্নবা থৌরম কয়া মমা-মপা ওইবশিংনা পাংথোকপিরকপদা নীংবা কায়বা তারকপগী ফিভম মহাক্কী 'রাধা'গী মনুংদা নৈনহনা উৎলি। অহকপা সমস্যামক নত্রবসু পুন্সিগী অচুম্বা আশা থমোয়গী মমলবু ইকায়খুম্নফম থোকপনি হায়বসি অইবী অসিগী রাকৎনি। লোয়ননা মুংশিবগী মমলবু খঙদ্রবদি নীংবা কায়বা কয়া থোকহন্নবা থৌরমনি হায়বসি উৎলি। মীৎয়েং অমরোমদা রাধারাণী অমদি কৃষ্ণচন্দ্রগুম্বা মীশক কয়া শেমগৎতুনসু জ্ঞান লৈরবশিংনা সমাজগী সমস্যা কয়াগীদমক পায়থৎলকপা য়াবা থবকশিং অদুদি উৎনবা তাঙ্গা পীখিদ্রে। অদুবু থোইবীগী মীৎয়েংদা মীওইববু য়ান্না মীনুংশিংগা লোয়ননা য়েংজবা পুন্সিগী অরা-অনাবু লুনা খঙবগী রাখল য়াওরি। মহাক্কী 'চৌংদা শাৎপা ঈঙেল্লৈ'দা চীং-তম অনীগী থাদোকফদ্রবা মরী অমদি অমতা ওইবা সমাজ অমা মতম চুপ্পা কায়দনা থাজবগী আশাবু ইচম চম্না ফেঙদোকচবনি। মীওইবনা মীওইববু ইকাইথুম্নবনা সমাজগী সমস্যাশিংদগী নাম্থোক্নবা খুৎলায়নি হায়বসি কুমারী থোইবীগী ইচম চম্না শাগৎচবা রাখলনি।

তোকপম ইবোমচানা মীওইবনা মীওইববু ইকাইথুম্নদ্রবা অমদি কান্নদ্রবা রাখলদা মীবু মীনা হন্থনা খনবদগী থোরকপা সমস্যা অমনা মরুওইনা লৌহনা মহাক্কী 'মোংফম'গী মনুংদা শেৎন-থাইনবা অমদি পুন্সি অমগী অরা পোংলোইগী রারী লীররি। ইনাকখুনবা খুৎকন

পাঙ্গনবশিংনা লাইরবা মীচঙ রাংপা কয়াবু লাকথুহনা থম্বীরিবা অমদি মথোয়না আশা কয়া থুগায়বদা নাচুংবা পোক্রবা মচোরিংনা অরাবা সমস্যা কয়। থোরক্লবা মরুওইবা থৌরমনি। অসিগুম্বা অরাবগী সমস্যা অসি থোরক্রিকৈদা পুন্সিগী অচুম্বা লম্বী হায়বহ মশক খঙগদবনি অমদি মীনা মীবু লাকচপিবগী তমথীরবা শাজং থাদোক্কদবনি হায়বসি উপন্যাসকারনা ফোঙদোকই। অচুম্বা অমদি ফজবনা মপুংফারবা সমাজ অমবু শেমগৎপা ঙমগনি হায়বসি ইবোমচানা ইচম চম্না থাজখিবা রাখলনি। অচুম্বা হায়বা পোৎশকসি মুংশিবা অমসুং কথোকপগা থাদোক্লবা য়াদ্রবা পোৎশক্কি হায়বসিসু অইবনা উংলি। সমস্যা কয়াগী মখল মথেলগী কল্লবা থৌদোক্লা মুকখায়নবগী মশক উত্রবসু উপন্যাসকারনা মুংশিবা কৌবা পোৎশক অহুবু ইকাইখুম্নখিদবা অমদি লাকচখিবগী শাজংনা মাঙওইনহনা ইনাকখুনবা, খুংকনবা ইমুংগী নিঙোল শখিতোম্বীগী অশেংবা আশাদা থাজখিবনা মহাক্কী মোংফমবু শেম্বিনবা লম্বী ওইখি। নিংঙোলশিংগী য়াইফনবা খনবা রাখলদা শেরান্নরকপা অমদি থমোয়গী মমলবু কাউথোক্লবদগী অরাবগী সমস্যা অসি পুরকখিবনি হায়না লৌবা তারকই। মুংশিবা হায়বা পোৎশক অসিবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নহনা সমাজগী সমস্যা কয়াবু লান্থোক্লবা নহা ওইরিবা ইবোমচানা লম্বী থিরম্বনি। মহাক্কী অনীশুবা উপন্যাস 'মঙ লৈবাক'তা মঙলৈবাক্কী মশক ওইরবা অনৌবা সমাজদা চীংমুংগী নিংঙোল চম্নবী অমবু পুশিল্লকপদা চুশিন্নবা ঙমদনা মাঙখিবা মুংঙাইত্রবা সমস্যা অমবু মীমুংশিগা লোয়নননা লীথোকই। খরা হন্দোক্লগা য়েংবা মীৎয়েংলোমদগী ইবোমচানা প্রিমিতিভ সোসাইটি অংগা অনৌবা সমাজ অমগগী মরক্তা লৈরম্বা তমথীনা খেন্নবা শক্তমবু উংথোকপনি হায়না লৌবসু য়াই। অহুবু অইবা অসিনা অসিগুম্বা সমাজগী মমুংদসু মুংশিবা কৌবা মক্রবা পোৎশক অহুমক হাকথেংনহনা মুংশিবগী মমল থমোয়গী থাংঙমদ্রবা তেংথা অমদি মসিগী মমলবু নৌহৌননা লেপকে তেমশীংখি। মীংয়েং অমহোমদা চীং লৈবাক্কী ওইবা

মীকোক তানবদা (হেড-হুনতিং) অমদি হাৎনবদা হালেংবা লৈত্রবা প্রিমি-তিভ সমাজ অদুদা মীনুংশি উৎলবসু অকিবগী মশক ফংলবা সমাজ অদুবু লৌশিনদুনা অনৌবা সমাজ অমা শাগৎনিংগী রাখল অইবনা ফোঙদোকই। অনৌবা আইন অনৌবা চাওখৎলবা সমাজগী মুংশিংনা য়ৌবা ঙমদ্রবা পুন্সি মমলবু থৌশাদনা হাৎনবদা হালেংবা লৈত্রবা সমাজ অদুদগী মক্রুবা থমোয়না মহাক্কী ওইজবী মুপী অমবু মুংশিবগী লৌচিংনা মরম ওইদুনা অনৌবা সমাজদা পুশিল্লকখি। অদুবু নমথাক লৌনমগী লাকচ-থিবনা পল্লবা লমচৎ নাইদ্রবা সমাজ অদুদা চুশিন্নবা ঙমদনা খাংঙু থক্কা কেম্বা তাখি। অনৌবা যুগনা পুরকপা চাওখৎলবা সমাজনি হায়না থন্নরিবা সমাজ অসিদা লমচৎ নাইদবগী অমদি মীকুপকী মুংঙাইবা থিবগী, লোয়নবা মশা মশাগী ওইবা রাখলদা লুপ্লদুনা শেংলবা পুন্সি কয়াবু মাংথোকপগী মীপাইবা পোকত্রবা শক্তমবু উৎলি। মুংঙাইত্রবা থৌদোকশিং অসিনা অচৌবা সমস্যা ওইদুনা সমাজবু লৈতাহন্দে লাকচ-থিবগী হৈনবা কয়া অসিবু থাদোকত্রিমখে সমাজ অসিবু য়াইফবা মশকতা শেমগৎগা ঙমখিরোই। মীওইবগী থমোয়বু মশক থৎবা অকনবনা অশোনবগী ইজৎপু ভাকপীবা হায়বা ধর্ম্ম অসি কাওথোক্লবদি কাংথোং চাইরবা সমাজবু শেমগৎপা ঙমখিরোই হায়বাস অইবনা উৎতুনা লমচৎ নাইদ্রবা শাজৎপু শাদোক্লবা দাবা তৌই। চাংমুংগী মীহাং মীপূনগী অমদি মীকোক তানবগী সমাজ অদুদগী লমচৎ নাইদ্রবা অনৌবা সমাজ অসিনা কারস্তু হেন্না ফগাত্তে হায়বাস ইবোমচাগী মাংয়েংদা থেংনরি। লমচুইগী শাজৎ চৎনুবা থমোয় শেংদ্রবা অমদি শারমচৎনা মাওওইনবা মীওচ কয়ানা মপুঙওইবা অনৌবা সমাজগা হৌথ্রবা অকিবগী মশক ফংলবা মীকুপ থুদিং হাৎন শুনবা অমদি চাওখৎত্রবা সমাজ অদুগা থল থানদুনা ওল্লি। লোয়নবা অনৌবা সমাজ অসিবু মুক্তি পীনবা অশেংবা থমোয় অচুম্বা রাখল তঙাইফদে হায়বসি ইবোমচানা উৎলি। মসিগা-দমক্তা লাইবক থীবা চাংমুংগী মুপামচা অমগী অরাবা পোলোই উৎলি।

পাচানা মন্নুং হোরবা মপানগী কুয়োমতনা ফজনা উরিবা ঐখোয়গী সমাজবু নৈনহ্লনা মায়কৈ খুদিং নীংবা কায়বতন। থল্লবা অনৌবা যুগগী মথোং হুক্রুবা মণিপুরী সমাজগী শক্তম্বু 'না তাথিবা অহল অমা'দা য়াম্না মরীক চুম্না ফোঙদোক্লি। অনৌবা যুগনা অনৌবা আশানা থল্লবা সমাজ অমবু শাগৎলককনি থাজরম্বা মণিপুর সমাজনা লম্বী লম্মুক্করক্তুনা লমচৎ মাঙলবা মীওইবগী থমোয়দা অচুম্বা পক্রুবা নমথাক লৌনমতনা থল্লবা জুং চাদ্রবা পুন্সি কয়াগী য়াকাবুঙ ওইরক্লবদা পাচানা থমোয় শোক্লা নিন্দা তৌরি। মায়কৈ অমগুদা নত্তে, মায়কৈ খুদিং হীরম খুদিং লৈখা তারবা শাল্লমচৎনা মাঙওইনরবা অমগা অমগা থাজনদ্রবা থাজ-ফমস্থ খোক্রুবা হিংহৈদ্রবা শক্তম অমদা মণিপুরী সমাজনা খোঙ থাঙলি হায়বসি উৎলকই। মশাগী নৈতিক মথৌনা অমদি অচুম্বতনা পান্দমফম ওইনা পাঙ্গল ফুদোক্তুনা হাইনা হুমনা পাল্লম্বা মণিপুরী সমাজ ঙসিদি লৈখা তাখ্রে।[১] কাংথোং চাইরবা মীনুংশি পক্রুবা, মীওইবগী রাখল পোকত্রবা মীশকশিংতগী তুংনফম ওইখিহ্নুনা অচুম্বা থৌনা অশেংবা পাঙ্গল অমদি পারা পুরীগী পুন্সিগী মশকপু ইকাইথুম্নরক্তহনা ঙসিদি চৈনা-খোলতনা থল্লবা, মায়কৈ খুদিং নীংবা কায়রবা সমাজ ওইররে। পাচা হীরম খুদিংদা মণিপুরী সমাজবু কুপ্না য়েংশিল্লি। লমচৎ নাইদ্রবী পুন্সিগী মমলবু থওইদ্রবী নুপী কয়াগী কাওবু ওইরবা তুক্কচরবা সমাজগী সমস্যাবু হুন্দোক্তে। অনৌবা যুগকী সমাজদা সেক্সকী ক্রিদমদা মীওইবগী থমোয় অমদি পুন্সিগী মমল অনীগী শম্নফম লৈত্রবা শক্তমদা নীংবা কায়বা ফোঙদোকই। রাখল চোইরবা জাতিগী শক্তম লৌহ্নুনা সমাজগী[২] সমস্যা

---

১। পাচা, "মীওইবা কাওবু কয়া কয়া মকোক নোল্লখিবা, থৌনা লৈবা মীওইশিংগী তাংলবা ·হৃকচাংগী ঈ মরীক মরীক্লা থোনখিবা নত্তরা ঙসি ঐগী ঈরৈবাক।"
'না তাথীবা অহল অমা' গীতাবুক ষ্টোর, ২ বা থুংনম, ১৯৮২ লাঃ ৫-৬

২। মথক্কীসি লাঃ ১

কয়াবু মথং মথং পুথোকই। উপন্যাসকার অসিগী মীৎয়েংদা মায়কৈ খুদিং হীরম খুদিং নিয়ম নাইদ্রবা, মথোং হুকত্রবা মপৈ মপৈনা পুনশিন্দুনা শাগৎপা সমাজ অমগী শকক্তম্নি হায়না লৌরি। সতীত্বগী রাংলবা আদর্শ অমদি মচুগী মরুম থুপ্পা লংলবা পুন্সিগা শাগোম্নন: যুগ কয়া কয়াগী মকত্রবা ইতিহাস শাগৎলকখিবা মীতৈ নুপীগী থৌনা ঙসিদি মরাম্ন চায়খ্রে। ঙক্কবী লমচৎ নাইদ্রবী শারংথোক কয়াগী নোক খেবা খোঞ্জেন্না নাকোং শীংজা য়ৈথ্রবনি। মীকুপকী নুংঙাইবা থিবদা, কনানা লনগীদমক শাদোং য়োল্লগা মায়থোংদা মথোয়গী লায়না লোংশিংনবদা নাচুংব পোকত্রবা অসি তমথিরবা সমস্যানি। শেঙ্গা থুমজাগী লাকচথীবগী অমদি চীরোল চৎপা কয়ানা অচৌবা ফম কোল্লিবা সমস্যানা থল্লবা সমাজদা শান্তি হায়বতু লৈফম থোক্তে। মরকসিদা অচুম্বা পামজবা অশেংবা সমাজ অমবু শাগৎচনিংবা নহারোলশিংগী লালহৌ অত্তুবু যাম্না নুংশি হৈত্তনা নমহৎলি। নহারোলশিংগী অচুম্বা রাখল উনা উনা উশিন্নদে। হুরানবা নমথাক তৌবা সরকারগী খুয়াদা কুল্লিবা মীনাইনুপা পুলিশ এস, পি, অনা লালহৌবা নহারোলশিংবু মরাল পী। অতুবু পাচানা নীংথিনা খঞ্জরমবদি লালহৌবশিং অছুগী অচুম্বা রাখল উগনি; এস, পি, অত্তুনা তলবকীদমক ওইদবা ঙাংলিবনি হায়বতু ফোঙদোকপনি।[১] তশেংনমক অচুম্বা খল্লবসু নত্রগা খঙলবসু অচুম্বা তৌবা য়াদ্রবা অচূম্বা থৌদাং পাঙলুবদা মতমগা চানদ্রবা মীশক ওইত্তনা সমাজদা মফম ফংলরোইদবগী তানফম অত্তু য়ৌনা শোকচিনথ্রবা সমস্যাত্তনা লাঙ্গোই চল্লবা অনৌবা সমাজনি। অত্তুবু হরাও-কুম্মৈ, ধর্ম্মগী মিংদা ইরাংদা তাউরিবা অত্তুগা অচুম্বা অমদি বিশ্বাসকী মশক্তি য়াওদ্রবা লৈথা তারবা সমাজনি হায়বসি উংলি। পাচানা অসিগুম্বা পামদ্রবা সামাজ অসিদা শরুক

১। পাচা, 'না ভাথীবা অহল অমা', 'মৌনহাগী শাজৎ' গীতা বুক হাউস, ইমফাল, ১৯৮২, লা: ২৬

য়াক্লবদা তমথীনা নীংবা কায়বত্নু উৎলি। লোয়ননা জাতি অসিগী ইপা ইপুশিংনা শাগৎলম্বা লংলবা সমাজ অত্তুবু নোংহৌননা ঈখৌ লাংজবা পোকই।[১] অসুম্না হিংলম্বা সমাজ নত্তে লংলবা সংস্কৃতি, অচুম্বগী তুংনকম ওইবা সমাজ অত্তু যুগকী লৈরোম্না নমশিনখ্রে। অত্তুবু মসি পুন্নমক তানা তানা তাশিন্নদবা তারক্লবা না তাথীরবা অহল অমগী পুন্সিগুম নীংবা কায়বত্তনা লাঙ্গোই চল্লবা পুন্সি অত্তু লেনখিবা তারি। অসিগুম্বা নীংবা কায়রবা সমাজদি মায়কৈ পুন্নমক্তা চাহুৎলবা সমস্যা কয়ানা মকোল শারবা হিংহৈদ্রবা সমাজগী মশক ওইরে হায়বসি অইবনা ফোঙই। পাচানা অসিগুম্বা সমস্যাশিং অসিবু তুকচনা লৌজে। লাক্লুনা হুন্দোকনীংই, অনৌবা সমাজবু থায়নগী অশেংবা লংলবা রাখলবু পুশিন্দুনা শেমদোকনীংবগী আশা ফোঙদোকচৈ। অচুম ওইনমক মহাক্তা সমস্যাশিং অসিবু করম্না কোকহনগদগে হায়বদুগী লম্বীদি পুথোকপা ঙমদে; পুথোক্লবসু হোৎনদে। পাঙ্গল লৈত্রবা, য়ানীংদবনা থল্লবা সমস্যাবু কোকহন্নবা লম্বী থিবসু ঙমদ্রবা নত্রগা ফত্তবা সমস্যাশিংগী মায়োক্তা লালহৌনবা পাঙ্গলসু লৈজদ্রবা মীশক অমা না তাথীরবা মীশক অমগী শক্তম লৌহুনা অত্তুমক তাশিন্নদনা খাঙজবগী শক্তম অসি পাচানা শাগৎলি। অত্তুবু পাচা ফত্তবা সমস্যাশিং অসিবু কোকহন্নবা লম্বী উৎত্রবসু সমাজদা রাকৎ লানথৎতুনা কোকহন্নবা লম্বী থিজবনি।

অসিগুম্বা রাখল পরীং অসিগী মখাদা মহাক্কী 'ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিৎকী ফিভম' হায়ব উপন্যাস অসিসু শাগৎলকই। য়ানিংদবা ফত্রবা সমস্যাশিংগী মশক মথং মথং উংথোরকই। অশেংবা

---

১। পাচা, "অসিগুম্বা মীওইবা কাঙবু কয়া কয়ানা মকোক নোন্নখিবা থৌনা লৈবা মীওইশিংগী তাংলবা হকচাংগী ঈ মরীক মরীক্লা থোনখিবা নত্তরা—ঙসি ঐগী ঈরৈবাক"

'না তাথীবা অহল অমা', গীতা বুক ষ্টোর, ২ শুবা নম্বা, ১৯৮২, লা: ৫

পুন্সি অচুম্বা লীচৎ চৎচবা অমদি ইচম চমজবা নীশক অমনা সমস্যানা থল্লবা অনৌবা মণিপুরী সমাজবু উবদা নীংবা কায়বা নত্তনা করিস্ম ওইখিদে। লাইগী লৈবাকনি হায়নবা ধর্ম্ম অমদি শেংলবা সংস্কৃতিগী মশক্তা ইতিহাসকী লংলবা মফম যুগ কয়া কয়াদগী কন্দুনা লাকখিবা সনা লৈবাক মণিপুরবু অমুক্তং দর্শন তৌজনীংবা মপালগী মীতৈ মচা অমগী মফমদা অনৌবা যুগতা শাগৎলকপা অমোংপনা থল্লবা সমাজবু হাকথেংনকুবদা কয়াগী মতীক নীংবা কায়খিবগে হায়বচু নীংবা কায়রবা পাচানা উংথোকপনি। অচম্বা ওজা অসিনা তেল্লবা মতম খরদং খ্বাইরম্বন্দ বাজারদা ভারা য়ুমদা লৈরকপদা মণিপুর সমাজগী লায়না পুন্নমক উবা ফংলকই। নুপীগী অদর্শ মাঙগ্রে. লৈখা তাখ্রে সতীত্ব লৈত্রে; অতুবু মসিগীদমক ত্থেংথাবীনবা নত্রগা লমজিং মেরা পায়বীনবসু চোং-থোরকএ। অহোইনতুম লমচৎ নাইদবীশিংনা বাজার ময়োনমক্তদা য়াকাবুঙ ওইরে। শক য়োন্দুনা, মশাগী তোংশা য়োন্দুনা শেল তাম্লরে। চুরাচান্দপুরদগী মিজো অমগী মচানা বাজার ময়োনমক্তদা ওক্তবী কারবারদা মহুম শাররে। সমস্যা অসিবু সমস্যানি হায়না খনবা ফাওবা ঙম্লরক্রুবা মোৎলবা সমাজ ওইরক্লে। মসিগীদমক নীংবা কায়বা, মসিগীদমক ত্থেং-থাবীনবা লৈত্রে। অপংবা যুগকী ঈচেলদা তিনবা ঙত্রবা সনা লৈবাক মণিপুর, শ্রীগোবিন্দগী মণিপুরদা ভক্তি কৎচরম্বা ওজা অসি অপংবা যুগকী ঈচেলদা তিনবা ঙমদ্রবা মীরেম ওইবা তারক্লে। লমচৎ নাইদ্রবা সমাজনা চেৎনা লৌশিল্লিবসি মপালগী কান্নদ্রবা অরং অরাকতমক ঙাইরক্লে। শেঙ্গা থুমজা মরম্নাই মুংঙাইবা থিবদা মীয়ামগী খনবা ঙমদ্রবা; মপাল-থোংদা অকবা শাবা থমোয় য়াওদ্রবা কয়াগী লৈবাক ওইররে। শম্না হায়রবদা মমুং অমদি মপালগী লায়না কয়ানা প্রিক প্রিক শৌরবা মণিপুর সমাজনি। মরৈশাক জাতিগী মফমদা অমদি সনা লৈবাক মণিপুরদা ভক্তি থমজরিবা কয়াগী মফমদা অনৌবা যুগকী পাউদম অমা পীবা তারবদি নীংবা কায়বগী বজ্র তারগনি। মরমসিনা অচম্বা ভৌগোলিক

অবস্থাগী ওইবা অমতং শীবা নত্তনা ঙক্কো অসিগী পাঙ্গল লৈখিদে। পাচানা মণিপুর সমাজগী সমস্যা কয়া অসিবু য়াম্না খুত্থুম চেংনা পায়রি। য়াম্না যথার্থ ওইবা মশক্তা সমস্যাশিংসি পুথোকই। লোয়নবা পূন্নমকসি উরুবগা থমোয় শোক্লকই। ফিদম্না থল্লবা মশাগী মতীক মখোনাতনা চীংলেম্না পাল্লম্বা হৌগ্রবা সমাজ অত্থুবু হেক হেক ঈখো লাংলকই। অনৌবা মীংয়েংদা অনৌবা য়াথলদা সমাজগী সমস্যাশিংবু শীজিন্নত্থনা জাতি অসিগী পুন্সি অমসুং সমাজবু য়েকথোক্লবসু অইবা অসিগী য়াথলদা উপন্যাসকার চাউবগী মতৌগুম ইপা ইপুগী হৌগ্রবা চীংলেম্বা সমাজ অত্থুদা অচেৎপা থাজবগী মশক অমদি য়াম্না ময়েক শেংনা য়াওরি। অত্থুবু পাচাদি সমস্যাশিং অসিদগী নাম্থেক্লবা লম্বীদি থক উত্তে। করম্না সমস্যাশিং অসিবু কোকহনগদগে হায়বগী য়াহৎতক হংখিবনি।

'কমলদগী পাচ' ফাওবদা চেম্থরক্লিবা উপন্যাসকী ঈচেনদা সমাজগী ওইবা সমস্যা কয়াগী য়াফম থেংনরি। সমস্যাগী ওইবা ঈচেল অমা শাগৎতুনা য়েংনবা সাধনা তৌবা য়াগনি। সমাজগী ওইবা সমস্যা হায়বসিমক্তবু অপূনবগী ওইবা চৎনবীদগী ওইরকপনি। চৎনবী অসি হৌরকপগী মতাংদদি মতমগী ওইনা অপূনবগী ওইবা য়াইফবগী য়ুমফম অমদা শাগৎলকই। চৎনবী খুদিংমক সমস্যা ওইরকপা নত্তে। মফম মতমগা চান্নরক্লবা থবদি শোয়দনমক ওল্লকই। থবদি য়াম্না হেন্না তমখিবা শক্তম লৌরকই। লৌনবা য়াবা-য়াদবগী লোনচৎ অসি লোইনমক তমথিবদি নত্তে। য়েকী পুদিন-পেন্দিন্নবগী য়ুমফমদা চৎথরকপা মশক্তি হৌজিকসু অচুম্মক য়াইফনবগী মচাক ওইরি। বিজ্ঞানগী ওইবা অচুম্বসু লৈরি। অত্থুবু মতম অমদা চান্নরম্মবসু বামোনগা মৈতৈগা লৌনবা য়াদবা, চীংমীগা-তম্মীগা তিন্নবা য়াদবা হিন্দুগা মুসলিমগা পূনবা য়াদবগী চৎনবী অসিদি যুগ অসিদদি মানবতাগী মীংয়েংদগী চান্নদবা হায়বত্থ ওইরক্রে। অত্থুম্না মাংবা শেংবা, শোক্লবা য়াবা-য়াদবগী লোনচৎ অসিমত্থ মাঙননবগী মচাক

ওইরক্রে। সমস্যাগী শক্তম ওইরে। সমস্যা অসি উপন্যাসনা অপূনবগী সমস্যা ওইনা ময়েক শেংনা য়েক্লি। অসিগুম্বা সমস্যা ময়াম অমা পরীং ওইনা উপন্যাসকী ঈচেন্দা য়াওরে। পনবা য়াবদি সমস্যাশিং অসি উপন্যাসকারনা চয়নগী রারী পরীং শাগৎপদা মতেং মতেং ওইননবা ইচম চম্ন হেক্তুমক কৌশিল্লুবা নত্রি; চুমদে মতমগা মকমগা চান্নরক্রে হায়না উৎপগী রাকম অমা শাগোম্লরি। রাকম অসি অতা-অতাবীগী রাঙাংদা ফোঙফোকুনা খাদোকসি চৎনরগুমসি হায়বদি নাত্তে। সাহিত্যদদি মফোঙ-দোক অসি চৎনদে অদুবু অশেংবদি সমস্যাশিং অসি লৈবনা সমাজ অসি য়াইফদরে হায়বসিমদি অপাননা নক্রবস্তু নাকোয়ননা উৎলবনি। মসিমক সামাজিক চেতনাগী চাউরবা পোৎচঙ অমনি। মণিপুরী উপন্যাস-কারশিং তশেংনমক সমাজগী থক্লি। মখোয়দা সামাজিক চেতনা চপ চানা লৈরে।

# মণ্ডাশুবা শক্কাক

## অরোইবদা

উপন্যাস হায়বা সাহিত্যগী বিধা অসিনা, তশেংনা হায়রঙদা, মীওইবগী মন্নুংগী অমস্তুং মপানগী ওইবা পুন্সিবু ময়েক শেংনা অমদি পাক-শন্না উৎপা ঙম্মী। মীওইবদি পুন্না লৈমিন্ননীংবা জীবনি অপুন-বগী ওইবা পুন্সি অসিস্তু উপন্যাসকারশিংনা অতন্মনা নত্রবস্তু নাকোইননা শোয়দনা য়েকই। অপুনবগী পুন্সি অসিদা মখল মথেল কয়াগী অপান্বা অমদি পামদবা থৌদোক রাথোক কয়া ঈরোয়ননা য়েকই। অপাম্বা থৌদোকশিং য়েকপগা লোয়ন লোয়ননা পামদবা, হাকথেংনদবদি য়াদবা থৌদোক রাথোক কয়া অমস্তু মীওইবগী লমাইগী অমস্তুং অপুনবগী পুন্সিদা মুতিগী থোক্লি। থৌদোকশিং অসি মথক্তা নৈনখ্রিবা উপন্যাসশিংদা ময়েক শেংনা য়েক্লি। মণিপুরী উপন্যাসনা মণিপুরী সমাজগী ওইবা নাক য়েং উৎলি।

সমাজগী ওইবা সমস্যা ময়াম অমগ উপন্যাসশিংদা মতাং মতাংগী ওইনা য়েক্লি অমদি অথন্নবা মতাং থরদনা নৈনরি। হাকথেংনরিবা সমস্যা কয়া ইচম চম্না শিংথাবা উপন্যাসস্তু য়াওই অতুগা অতন্মনা সমস্যাশিং অতু নৈনবা উপন্যাসশিংস্তু য়াওই। তৌবতবু নৈনবা মতমদা পামদবা নত্রগা য়ান্নিংদবা রাফম কয়া পলম্বা নত্তনা সমস্যাশিং অতুগী সমাধানদি ইথেং থেংনদে। অতুমকপু পামদবা রাফম কয়া লাম্বোক্লিবা অসিমক অপাধা লম্বেল পুখোক্লবগী থৌন্নিনশিন পীবনি হায়মনা লৌবা য়াই।

অহানবা ওইনা সমাজগী ওইবা রাফমনা মরুওইবা হীরম ওইনা লৌখত্তুনা ইবা উপন্যাসশিংগী খোঙহৌ অমম্নুং ঈচেল ময়েক শেংনা উবা য়াই। উপন্যাস হায়না খঙনরিবা সাহিত্যগী মচল অসি ইংলিসতা নোভেল হায়না খঙনৈ মচল অসি ইংলিসকী সাহিত্যদা তরানিপাল-শুবা শতাব্দীদা পোকখিবনি পণ্ডিত এল্লেন, রিলিয়ম লোং ডাঃ জোন্-সননচিংবা সাহিত্যকারশিংনা নোভেল অসিবু মীওইবগী লন্নাইগী অমদি অপুনবগী পুন্সি ময়েক শেংনা য়েকপা, কল্পনাগী য়ুমফমদা শাগৎপা অমদি মতম মতমতুগী চৎনরিবা নত্রগা ডাংন-শান্নরিবা লোন্দাদা ইবা রারী অশাংবনি হায়না লৌনখি। হৌরকপা মতাংদা ইংরেজী উপন্যাসশিংদা থমোয়গী ওইবা ঈখিল কয়া হায়বদি সেন্টিমেন্টেল ওইবা ঈখিলগী রাফম কয়া য়েকই। মতুংদা তমজনফমগী ওইবা নত্রগা মুংশিবা অমদি অকল-অথৌগী ওইবা থৌদোক রাথোক কয়া খজিক তুংওইনরম্লগা যথার্থ-বাদী অনগী মাংয়েং অমদি খুংই উবা ফংলকই। রাফম অসি তরা-নিপালশুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক্তা উবা ফংগনি। তরামাপলশুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক্তা রোমান্টিসিজমগী হীরম অমম্নুং খুৎই থোরকই। মতম অসিদা কলম পায়রম্বা উপন্যাসকারশিংনা মীওইবগী পুন্সিদা থোক্লিবা অমদি থোকহন্লিংবা থৌদোক কয়াবু য়াম্লমক মহৌশাগী ওইবা 'নেচরেল' মওংদা য়েরুব লারুখি। শতাব্দী অসিগী অনীশুবা তঙথায়দা ইতিহাসকী ওইবা উপন্যাসশিং অমদি ময়ামদগী তোপ তোপ তাবা মীরমচৎ য়েংকপা উপন্যাসশিং থোক্লকই।

কুনশুবা শতাব্দীদা লন্নাইগী অমদি অপুনবা পুন্সিগী চনৈ-খনৈনবা মওং অমা উপন্যাসকারশিংনা য়েকপ হৌরকই। অতোপ্পা অমন মহৌ-শাগী ওইবা পোৎলম্বু অনৌ-অনৌবা মখলগী ব্যাখ্যা তৌবা হৌরকই। শতাব্দী অসিগী অরোইবা শরুক্তা মীওইবগী পুন্সিবু সিম্বোলিজমনচিংবা খুংলাহোক কয়াগী মতেংন য়েরুবা লারুরকই। মতম অসিদা ষ্ট্রিম ওফ

কনসেসনেস হায়না খঙনবা খুৎলাম্ছোক অমা পুরকই। মতাং অসিমক্তদা যথার্থগী ওইবা মীৎয়েং হেন্না মরীক চুন্নকই; ওসি ফাওবা চথরি।

উপন্যাস হায়রিবা সাহিত্যগী মচল অসি নোংচুপালোমদগী নোংপোক-লোমদা, মরুওইনা বেঙ্গলদা চঙলকখি। তরামাপললশুবা শতাব্দীগী অহানবা শরক্তো বিধা অসিগী মমি বেঙ্গলী সাহিত্যদা তারকই। ভাবানী চরণ পরিচান্দ মিত্রা, বঙ্কিমচন্দ্র, শরতচন্দ্র, রবীন্দ্রনাথ অসিনচিংবা উপন্যাসকার কয়াগী খুৎই অমসুং খুৎলাকপোক্তা সাহিত্যগী মচল অসি হেন্না খুমাঙ চাওশিল্লকখি। ক্রনশুবা শতাব্দীদা হীরম অমদি খুৎলান-থোককী মতাংদা অনৌ-অনৌবা মখলগী চাংয়েং কয়া উবা ফংলকই।

মণিপুরগী সাহিত্যদা ইহান হানবা ওইনা মচল অসি খৃষ্টগী কুম ১৯২০ দা চংলকই। অহানবা মণিপুরী উপন্যাস 'মাধবী' অসিমক সামাজিক চেতনাগী য়ুমফমদা ইরকপা উপন্যাসনি হায়বা য়াই। মারেংদা ইবা ডোরী অশাংবগী লাইরিকশিং– খুদম ওইনা, 'পান্থোইবী খোঙগুন', 'পোইরৈতোন খুন্থোকপা', 'নোংপান পোমপী লুরাউপা,' চোথে থাংরাই পাখঙবা নচিংবা অসি উপন্যাস হায়না খঙনবা মচল অসিদা থম্বা য়াদবনা ডাঃ কমলনা ইবা 'মাধবী'বু মণিপুরীগী অহানবা উপন্যাসনি হায়না লৌবা তাই। মুংশিবা অমদি থাদোকপনা মপূঙ ওইনা উংলবসু অপুনবগী ওন্সি হায়বদি সমাজগী ওইবা পুন্সি নীংথিজনবা য়েকই। সমাজদা চৎনরিবা অপাম্বা অমদি পামদবা খোদোক-রাথোক কয়া য়েকই। সামাজিক চেতনাগী উপন্যাস অমনি মতুংদা খাইরাকপম চাউবগী 'লবঙ্গ লতা' কৌবা ইতিহাসকী ওইবা উপন্যাস অমা থোরকই। মুংশিবা, থাদোকপা, লৈবাক নীংবা অমদি তকল-অথোগী লীচৎপু পামজনা শীংথাবা উপ-ন্যাসনি। মতুংদা সামাজিক চেতনাগী য়ুমফমদা ইবা উপন্যাস, ম্বেংথোম ভাগ্যগী 'চাওবী' থোরকই। মতম অদুদা মণিপুরদা কল্লা চৎনবা অমাং-অশেং লৌনবা খাবা-খাদবা অমদি জাৎ ভাবা-ভাদবগী রাফমু

য়ানিংদবা ফোঙদোকপা উপন্যাসনি। মথংদা হিজম অঙাংহল সিংহগী 'জাহেরা' থোরকই। মতম অতুগী মণিপুরদা ইনক-নক্কা লৈমিন্নবা তীব-তব্ব চৎনবীনা লাপ্তুনগ্রবা হিন্দু অমদি মুসলিমগী পামদবা লীচৎ য়েকপা উপন্যাসনি। উপন্যাসকারনা মীওইবগী মমলদি ধর্ম্মনা লেপকদবা নত্তে; থমোয়গীনা লেপকদবনি হায়বা রাফম অসি উৎনবা লাক্লখি। হিজম অঙাংহলগী রাখল অসিমক উপন্যাসকার শীতলজিৎকী 'থাদোকপা'দা উবা ফংই। থাদোকপগী মকওইবা অতোপ্পা রাফম অমনা তাইবঙ পুন্সিদা মখল কয়াগী থাদোকপা হায়বসিমক পুন্নমক্কী য়াইফনবগী দমক্তা তঙাইফদ্রবনি হায়বসি উংলি। অমুক্না উপন্যাসকার শীতলজিৎনা মাগী 'রোহীনি' অমসুং 'ইমা' উপন্যাসতা মতম অতুগী মণিপুরদা ফংবা শেল-থুমগী সমস্যা উৎনবা লাকনৈ। কুনগুবা শতাব্দীগী ময়াই চনবদা আর, কে, এলাংবম, লৈতাঙ্থেম রামসিং, হিজম গুণ, থোইবী, খুমন্থেম ইবোহল অসিন-চিংবা উপন্যাসকার কয়ানা সমাজগী মুংঙাইত্তবা থৌদোক-রাথোক কয়া য়েক্লবা লাক্লৈ। অরোইবদা এ, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা গুণ অমদি পাচা মীতৈনা সমাজগী যথার্থবু মশা মশাগী ওইবা খুৎয়েক অমসুং খুংলাম্বোক্তা য়েক্লবা লাক্লরি। অমুক্না মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাস হায়রিবা সাহিত্যগী মচল অসি সমাজগী ওইবা হীরম অমসুং সমস্যাদা য়ুম্ফম ওইবা হোৌরকই। মরক্তা মখল-মথেল কয়াগী উপন্যাসশিং লাকখি অতুবু হৌজিক ফাওবদা সমাজগী ওইবা রাফম্মা মরু ওইনা য়েকপা উপন্যাসশিং লেপ্পা লৈতনা থোরক্লি।

মীওইবগী সমাজ অওনবা নাই। লন্নাইগী অমদি অপুনবগী পুন্সিদা মখল কয়াগী অওনবা লাকপা মশানা তাবনি। লাক্লিবা অওনবশিং অসিগী অকক্লবা অমদি নাকোইনবা মরমশিং শোয়দনমক লৈফম থোকই। মণি-পুরগী উপন্যাসকারশিংনা সমাজদা অওনবা পুরকপগী মরম কয়া অপান্না নত্রগা নাকোয়ননা য়েক্লবা লাক্লরি। উপন্যাসকারশিংগী উপন্যাসশিংদা সমাজ ওন্নকপগী মরমশিং মথাগী অমুমনা য়েক্লম্মি হায়না লৌবা য়াই।

অহানবমক্তদা অনৌবা মখলগী মহৈ-মশিং তম্বগী লমদাংদা মণিপুরী সমাজ অসি ওল্লকখি। নোংচুপলোমগী মহৈ-মশিং তম্বগী লমদাংদা থাইনগী মণিপুরী সমাজদু অনৌবা মখলগী লম্বেলদা পুরকখি হায়বা য়াই। থাইনা চৎনরম্বা, হৌজিক ফাওবদা থাজনা থম্লিবা ধর্ম্ম অমদি অনধবিস্বাসকী রাফম্সু বিজ্ঞানগী ওইবা মীৎয়েংদা য়েংলগা মরম অমদি মরু থিনবা অমদি থিহুন্নবা লৌশিং কয়া পুথোরকখি। মশাগী ওইবা ধর্ম্মবু লুনা তৌজবগা লোয়ননা অতোপ্পগী ধর্ম্মশিংবুসু মান্ননা ইকায়খুম্ন-নবগী রাফম কয়া অনৌবা মহৈ-মশিং তম্বনা পীরকখি। নোংচুপলোমগী সভ্যতাবু লম্নাইগী ওইবা মওংদা লৌশিনবা য়ানবগী রাফম কয়া অনৌবা মখলগী মহৈ-মশিং তম্বনা পীরকখি। মদিংঙু নাউথিংখোং অমদি পোং নিংথৌ সুকানফা অনিগী হাকথক্তগী তম্বা অমদি তম্বীবগী তঙাইফদবা অপুনবগী ওইবা লীচৎ অমা থমখি। অনৌবা মখলগী মহৈ-মশিং তম্বনা মণিপুরী সমাজবু বিজ্ঞানগী ওইবা লম্বেলদা পুরকখিবগা লোয়ন লোয়ননা ইন্নাংকী ওইবা লীচৎ কয়াসু মাঙহনখি হায়না লৌবা য়াই। রাফমশিং অসি মণিপুরীগী সামাজিক উপন্যাসশিংদা ময়েক শেংনা উৎলি :

১৯৩০ গী মণিপুরী সমাজদা নৌনা থোক্লিবা নোংচুপলোমগী মহৈ-মশিং তম্ববু ডাঃ কমলনা বীরেন অমসুং ধীরেন্দ্র হাপ্তুনা থমোয়গী মথক্তা লৌশিংগী ওইবা রাফম ময়েক শেংনা উৎনবা লাক্লি। অম্সুম্না গুণগী 'খুদোল'দা অনৌবা মখলগী লাইয়েংদা য়ুমফম ওইবা লায়েংবগী মহৈ-মশিংগী কান্নবা অমদি তঙাইফদবা রাফম পল্লি। অশেংনা হায়রবদা অনৌবা মখলগী মহৈ-মশিংনা মণিপুরী সমাজবু অনৌবা লম্বেলদা পুরকখি হায়না লৌবা য়াই। মহৈ-মশিং তম্বনা লম্নাইগী অমদি অপুন-বগী পুন্সিদা অচুম্বনি হায়না খনবা য়াবা অওনবা কয়া পুরকই হায়বসি উপন্যাসকাশিংগী খুৎইদগী খঙবা ঙমই। মহৈ-মশিংদি মঙালনি। মঙালনা অমম্বা কন্নাবু মাঙহল্লি। মণিপুর সমাজদা লৈরম্বা অমম্বা অমদি অমম্বদা

থাজবা কয়া অনৌবা মথলগী মহৈ-মশিং তম্বনা কোকহনখি। রাফম অসি মাধবী, চাওবী, খুদোল, চীংদা শাংপী ইঙেল্লৈ অসিনচিংবা উপ-ন্যাসশিংদা ময়েক শেংনা য়েক্লি। মহৈ-মশিং তম্বনা সমাজ অমবু কদায় ফাওবা অমদি কয়া য়াম্না ওলনবগে হায়বসি মণিপুরী উপন্যাসকারশিংগী খুৎইদা মরীক চুম্না থেংনৈ।

অওনবা পুরকপশিংগী পাম্বৈশিংগী মঙ্গুংদা লৈঙাক্লোন (রাজনীতি) অসিশু অচৌবা অমনি নিংথৌন পুম্নমক ওইরম্বদগী প্রজানা পুম্নমক ওইরকপগী রাফম অমা উপন্যাসশিংদা উবা ফংই। মণিপুর চীং অমম্বুং তম অনীনা পুমবা লমদমনি চীংগা তম্নগা মতম পুম্নমক্তা খোংচেং হানদুনা লাকখি। ঈংবা নাইদ্রবা মতম পুম্নমক্তা থংনবগী অমদি থংন-হনবগী রাফম অসিনা মণিপুরবু মতম পুম্নমক্তা নৈহৎতুনা লৈহনখি। মরম অসিনা মণিপুরগী মপান্দগী অকনবা শক্তিশিংনা খুং থিংজিল্লদুনা ঈংনা লৈজবা ফীভংবু চরাংহন্নবা লাক্লখি। চহি তরেৎ খুন্তাকপগী রাফম্না চাওরবা খুদম অমা ওইরি। নীংথা তম্না লৈজরবা মণিপুরনা মীতোপকী রায়েল শাসন মথাদা লৈখিবগী রাফম মণিপুরী উপন্যাস-শিংদা ময়েক শেংনা উৎলি। ব্রিটিশকী রায়েল চুপ্লি মথাদা লৈরম্বা মণিপুর নীংথা তম্লকখি। নীংথা তম্লবা মতুংদা মণিপুরী সমাজ মশাগী লম্বেলদা অমদি পামজবা মায়কৈদা চৎনবা লাক্লরকখি, লুরিবা অমনা নীংথা তম্লবা মতুংদা মণিপুর অমদি মণিপুরী সমাজ আদর্শদগী যথার্থরোমদা চংশিল্লকখি। অপাম্বা থৌদোক কয়া হকথেংনরম্বদগী পামদবা কয়া অমা থুরক হাংদনা হাকথেংনরকখি। রাফম অসি পাচা মীতৈগী 'ইমফাল অমসুং মাগী ঈশিং ম্নাশিংকী ফীভম' গুণগী 'ঐখোয় তাদা' অসিনচিংবা উপন্যাসশিংদা ময়েক লানা উৎলি। লৈঙাক্লোনগী ফিভম্না মফম অমদা অওনবা কয়া অমা লৈঙাকলোন্দা পুরকখি। নিংথৌনা অহুম্না ওইরম্বদগী প্রজানা মহুং শিল্লকপা প্রজাগী লৈঙাকলোন্দা অথম্নবা

থরবগী মীওইনা লৈঙাকলোন শেমলকপা মতুংদা প্রজানা পুম্নমক খঙলকপ-দগী শেমদোক্লবা হোৎনরকপা পুম্নমক অসি মণিপুরীগী সামাজিক উপন্যাস-শিংদা উৎনবা লাক্লরি। লৈঙাক থৌরম অমবু পাংথোক্লবা লাক্লবদা পাম্বৈ কয়ামুক চংই। পাম্বৈশিং অতুগী মতুংদা ঈখেংগী লানহৌ (ভাইওলেনস) অমদি ঈংনা তপ্পঃ খন্নবা (ননভাইওলেনস) অনীসিনা মরুওইনা লৈ। মতম অদুগী মণিপুরদা পাম্বৈ অনীসি শিজিন্নখি। কমলগী 'মাধবী'দা য়াও-রিবা মাধবী অমদি নবীন 'লবঙ্গ লতা'দা য়াওরিবা শানোংবা অমদি লবঙ্গ অসিনচিংবা পাএশিংনা শীজিন্নরিবা পাম্বৈশিং অসি ঈখেং ঈরোই-নবা লালহৌনি হায়বা য়াই। দেশ অমম্মুং সমাজবু অনৌবা লম্বৈলদা পুরক্লবা শেমখিবা লম্বৈলনি।

অমবোমদনা গুণগী 'খুদোল' থোইবী দেবীগী 'চাংদা শাৎপী ইঙেলৈ' লৈতাংখেল রা-সিংগী 'ক্লাং ওনবা' অসিনচিংবা উপন্যাসশিংদনা ঈখেং-ঈরোইনদবা মোং হাদবা অমদি খল্লহনবগী রাফম্না মরুওইবা অওনবা পুররুবগী পাম্বৈ অমনি উৎনবা লাক্লরি। লৈঙাকলোনগী থৌদাং পুরিবা মীওইশিংদা পাম্বৈ অনীমক্তা রাফমবু উনবা অমদি উহল্লবা থৌইনশিন কয়া উপন্যাসকারশিংনা পীরি। তশেংনা হায়রবদা লৈঙাকলোনগী মতম পুম্নমক্তা ওল্লকপা ফীভমনা মণিপুরী সমাজবু অনৌবা মায়ওন্দা পুরকখি। পাম্বা অমদি পামদবগী রাফমনা অমনি অতুবু মতম্না পীরকপা থৌইন-শিননা মণিপুরী সমাজবু মতাং মতাংগী ওইনা ওলহনখি।

ধর্ম, মীওইবগী থম্মোইগী ঈথিলনি। লৌশিংনা ফংবা ওয়দবা লীচং কয়া থমোয়না ফংলি। ডাঃ কমলনা মৈতৈগী হান্না চংনরকপা চীঙ্গোয় বাক্লনীনচিংবা কুম্মৈশিংদা হিন্দুগী চংনবী লম্বৈল কয়াগা চুংশিন্ননবা লাক্লরি। মরক অসিদা অখুবা ধর্মগী মীৎয়েং লাম্থোক্লনা মীওইবা অপুম্বগী ওইবা লীচং অমা, উৎনবস্মু লাক্লরি। 'লবঙ্গ-লতা' উপন্যাসতা ধর্মগী ওইবা

থাজবীগী রাফম কয়াবু পুকচেল ফাধবা অমদি থাদোকপগী লমদা পুশিল-লক্তুনা রাখল চোইরবা মীচমশিংবু তম্নফমগী ওইবা লম্বেলদা পুশিল্লক্লবা লাক্লরি। ধর্ম্ম খুদিংমক পোলোইদদি চপ মান্নৈ, লোয়ননা পুন্নমক্কী য়াইফবা হায়বসিনা লংথুংনি হায়বসি উপন্যাসশিংনা উৎনবা লাক্লরি। হিজম অঙাংহলগী 'জাহেরা'দা হিন্দু অমসুং ইসলাম ধর্ম্মগী মরক্তা লৈবা মপান্থোংগী খেন্নবা কয়াবু য়ানিংদবা ফোঙদোক্লি। মমৈথংদা মপান্থোংগী ওইবা খেন্নবা কয়াগী ফিজং মরুমদা মান্নবা অমদি অমত্তা ওইবগী চেং-লবা লীচৎ কয়া ময়েক শেংনা উৎলি। -চান্নবা, অমত্তা ওইবগী রাখল, নুংশিবা অমদি পুকচেল তিন্নবগী রাখলবু শৌগৎলিবা অঙাংহলগী 'জহে-রা'নি/ থাদোকপা উপন্যাসতা থরাই পাল্লিবা জীব পুন্নমক চপ মান্নৈ অমদি নুংশিনবগী লিপুন্না অমত্তগী ওইবা য়ুমফমদা চিংশিল্লি হায়বসি উৎলি। -থায়নগী মণিপুরী সমাজদা লৈরম্বা খৎনবা য়ান্নবা অমদি খোংথ্রেং হানবগী রাফমবু অমত্তা ওইবগী রাখল পুররক্লবা হোৎনখিবা উপন্যাসনি/ অমসুন্না 'নুংশি-রাখৈবা 'রোহিনী'নচিংবা উপন্যাসশিংদসু ধর্ম্মনা পুরকপা অৎনবা কয়া উৎনবা লাক্লখি। আর, কে, এলাংবমগী 'মরূপ অনী' উপন্যাসতসু হিন্দু ধর্ম্মগী অপাম্বা অমদি পামদবা লোনচৎ কয়া উৎনবা লাক্লে। 'জাৎ ওনবা' উপন্যাসতা মণিপুরী সমাজদা চৎনবা জাৎ থায়বী অমদি লৌনবা য়াবা য়াদবগী রাফমগী মায়োক্তা রাকৎ কয়া অমা লানথৎপা থেংনৈ। হিজম গুণগী 'লমন' উপন্যাসতা মণি-পুরদা ধর্ম্মগী শাফুদগী হোংলকপা ফিভম খরা উৎলি। উপন্যাসকার অসিগী 'অরোইবা পাউদম' উপন্যাসতা মণিপুরদা চৎনরম্বা হান্নগী ধর্ম্মনা অনৌবা লাকপা হিন্দু ধর্ম্মদা লুপশিনখিবগী অমদি মসিগী ফল ওইনা পামদবা চৎনবী কয়া লাকপগী রাফম উৎলি। মতৌ অমুন্না মণিপুরী সমাজদা হান্না লৈরম্বা বোম্না পুশিল্লকপা ধর্ম্মশিংগী মরক্তা লৈবা পাম্বা অমদি পামদবা লীচৎ কয়া উৎনবা লাক্লরি।

সংস্কৃতি অসিসু সমাজ অমদা অওনবা পুরকপা মচল অমা ওইনা লৈ। ধর্ম্মগুম্না সংস্কৃতিসু লৌশিংগী মচাক ওইবদগী থমোয় অমসুং থাজনবীগী মচল ওইবনা হেল্লি ধর্ম্মদা লৌশিংগী মরৈ চঙদবগুম সংস্কৃতিদসু অকক্নবা লৌশিংগী মরৈ চঙদে। মণিপুরী সমাজদা মমাংঙৈদগী হৌনা কুম্মৈ কয়া, মীওইবগী নোংমগী অমদি চহিগী পুন্সিদা পাঙথোক্কদবা অমসুং পাঙথোকপা তাবা থৌদাং কয়ামুক মণিপুরী জাতিগী ওইনা লৈজরকখি। খুদম ওইনা, ঈপাল থাবা, চউম্বা, শঙ্গাবা, সনামহি ঈরাৎপা (সনামহি শিধাথিনবা) অসিনচিংবা মণিপুরী জাতিগী লন্নাইগী তোপ-তোপ তাজবা সংস্কৃতিগী চৎনরোল লৈরক্লি।

ফিজেৎ চাকচা অসি ফাওবদা মণিপুরী সমাজগী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা ওইনরি। নুপানা অঙৌবা ফৈজোম অমদি পুময়াৎ লিংপা থৌদোক খুদিংদা চৎনৈ নুপীগীনা লুহোং খোঙদোংবা মঙানি চাকৌবনচিংবদা ময়েক নাইবা অমদি ফীগে লোয়ননা অমুবা নত্তবা মচুগী ইন্নফি ইনবা চৎনৈ। অশি অনাগী মতমদনা পুঙৌ ফনেক অমদি অঙৌবা ইন্নফি শীজিন্নবা চৎনৈ। মণিপুরী সমাজনা মৈহৌরোলদগী হৌনা য়ুমগী লাই (সনামহি লৈমরেলনচিংবা), উমংলাইশিং মতাং মতাংগী ওইনা ঈরাৎলি। অমুম্না চৎনরোল, ঈরাৎ-পূজা য়াখল্লোন অমদি থাজনবী পুন্নমক মণিপুরী সমাজগী মশাগী ওইরম্মা।

খৃষ্টগী ১৮ শুবা শতাব্দী চঙলকপদা মণিপুরী সমাজদা ধর্ম্মগী অওনবা অমা লাকখি। শান্তিদাস গোষাইনা অনৌবা ধর্ম্ম মণিপুরদা পীরবা মতুংদা ইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা গৌড়িয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম শাগোন্নখি।

"ইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌরবা মতুংদা মৈতৈ লৈবাক্তা গৌরীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী উপাল মপুংফানা মঊ চাউনা কনখিরম্মী।"[1]

---

১। ডাঃ আই, আর, বাবু (সম্পা), 'অওনবা য়ারেং', মণিপুর য়ুনিভরসিটি ১৯৮৮, লাঃ ৯১

মণিপুরী সমাজনা বৈষ্ণব ধর্মগী অথন্নবা লম্বেলদা চংগ্রবা মতুংদা অওনবা কয়া পুরকখি। লাই হুবাউবগী জগোইদা য়ুমফম ওইরবা বাসলিলাগী কুম্মৈ পুথোবকখি ঈপান থাবদা ষষ্ঠি পূজাগী রাফম চঙলকখি। ভাতৃ দ্বিতিয়াবু নিঙোল চাকৌবা হায়না ওনখিবা অসিমক সংস্কৃতিগী চাউরবা যাওন অমনি। মণিপুরদি খোংব্রেং হান্নবা অমদি লানগী মফম ওইহুনত্তা লাকখি। চীং অমসুং তমগী কাঙলুপ কয়াগী লালহৌ পুবকখি। লালহৌ অমদি লালথেংনবশিং অসিদা অমাঙ-অতা কয়া থোকখি। লোয়নননা মণিপুরী সমাজবু তোঙান তোঙানবা লমবেলশিং অমদি কাংলুপশিংদা থুগায়নবা লারখি। থাজনবী অমদি চংনবীগী য়ুমফমদা মণিপুরীশিংনা মবৈবাক অমসুং মজাতিবু কন্নবা লারুখি। সংস্কৃতিগী লম অসিদা শান্ন-খোৎনবগী রাফমসু লাকই। য়ুবী লাকপী, শগোল কাঙজৈ, মুক্না কাঙজৈ, মুক্না অসিনচিংবা মণিপুরী সমাজগী মশাগী ওইবা কয়া অমা লৈরম্মী। মসিগী মথক্তা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমদি বৃটিশকী লৈঙাক শাসন লাক্লবা মতুংদা মথল কয়াগী অনৌবা মশান্ন কয়া—ফুটবোল, হোকি, ক্রিকেট অসিনচিংবা য়াওবকখি।

মতৌ অসুন্না মণিপুরী সমাজদা সংকৃতিগী মচলশিংনা অনৌবা মথলগী অহোংবা পুবকখি। অহোংবশিং অসি মথক্তা নৈনখ্রিবা উপন্যাস-শিংদা অপান্নবা নত্রবসু নাকোইননা খবা খরা উংলি।

মণিপুরী উপন্যাসশিংদা সমাজগী ওইবা সমস্যা কয়া নৈনরি। উপন্যাসকারশিংনা মশা মশানা হাকথেংনরুবা অপাম্বা অমসুং পামদবা রাফম কয়া ফোঙদোকই। অইবশিংনা মশাগী নাক-স্বেৎতা থোক্লিবা থৌদোকশিং শীংথাহুনা লন্নাইগী অমদি অপুনবগী য়াইফনবগীদমক পাউ-জেল কয়াসু পীন্নবা লাক্লরি। ডাঃ কমললনা মাগী 'মাধবী' উপন্যাসতা হিংসা অমদি চুমদবা লম্বেলদা মশাগী ওইজবা তানগে লাক্লরকপা মী-ওইশিংগী মায়োক্না ওইজবা থাদোকপা, অতোপ্পগী সেবা তৌবা অমদি

পুন্নমক্পু মুংশিবা (বিশ্ব-প্রেম) হায়বনচিংবা রাখল কয়া মণিপুরী সমাজদা পীনবা লাক্লি। মতম অহুগী সমাজদা লৈরম্বা লন্নাই অমদি অপুনবগী ওইবা সমস্যা কয়াবু মাধবী, কবিরাজ রাজেন অমদি নবীনগী মতেংনা শেমদোক্লবা অমদি শাগংনবগী রাখল পীরকখি। ঐ ঐগী ওইবা অশাম্বদগী অপুনবগী য়াইফ থৌরমনা সমাজগীদমক্তদি হেন্না মরু ওই হায়বসি মণিপুরীগী অহানবা উপন্যাস মাধবীদা উংলি।

উপন্যাসকার চাউবনা মাগী খুংহই অমসুং রাখল্লোন্দা নিংথৌমচাগী মচিং-মশোন নাইবগী রাফম অমা ফোঙদোক্লি। লন্নাই অমসুং অপুনবগী পুন্সিদা চংনরিবা অচাওরম কাবগী রাখল অসি থাদোক্লুনা অমদা অমনা থাজবা অমদি অমনা অমবু তশেংনা মুংশিবগী রাখল্লোন অমা উংনবা লাক্লি। লালহৌ অমদি হিংসা সমাজগী পুন্সিদা মরু ওইবা মতাং লাক্তবা নত্তে। অদুবু থাজবা, মুংশিবা অমদি থাদোকপগী রাখলনা লৈতেংলবা তাইবং লীচংনা পুন্নমক্কী থমোয়বু কোনবা ঙম্মী হায়বসি উপন্যাসকারনা নিংথিনা উংলে। উপন্যাসকার হিজম অঙাংহলনা ধর্ম্ম খেন্নবা অমদি জাৎ-বিজাৎ নাইবগী রাখলবু মণিপুরী সমাজদগী থাপ্পা তাম্থোক্লবা থৌ য়িনশিন অমা পীরি। ইমুং অমত্তগী মীওইগুম লৈমিন্নরবা মণিপুরগী হিন্দু অমসুং পাঙলগী খেন্নবা রাখল্লোন অমদি লোনচৎ অনীসিবু য়ানিংদবা ফোঙদোক্লগা মপাম্থোংগী ওইব খেন্নবা কয়াগী মরুদা মীওইবা হায়বা জীবসি অমত্তনি হায়বগী রাখল অমা অইবনা মাগী জহেরাদা ফোঙদোক্লি। রাজকুমার শীতলজিৎ মীওইবগী ধর্ম্ম অমদি মীনুংশিবু লুনা চান্না তৌজবা অইবনি। অইবসিগী 'থাদোকপা', রোহিনী', 'ইমা' অমসুং 'মুংশি রাথৈবা' উপন্যাসশিংদা অপাম্ব। থাদোকপা অমদি থৌদাং পাংথোকপনা মরুওইবা লোয়ননা অতোপ্পগী সেবা হায়বসি লন্নাই অমদি অপুনবগী পুন্সিদা তঙাইফদবনি হায়বসি উংনবা লাক্লি। আর, কে, এলাংবমগী 'মরূপ অনী' উপন্যাসতা লাঙ্গাওনা নৈহংলবা মণিপুরীগী লন্নাই

অমদি অপূনবগী পুন্সিবু য়েক্লবা লাক্লরি। অইবগী রাখলদা পুন্সিদা মুংশিনবা অমদি মীমুংশি হায়বসি তঙাইফদবনি হায়না উৎলি।

লৈতাম্বেম রামসিংগী 'জাং ওনবা' উপন্যাসতা অনত্তা ওইনা লৈমিন্নরিবা মণিপুরগী মৈতৈ অমসুং বামনগী মবন্না লৈবা মপাম্বোংগী খেন্নববু চুমদবা অমদি পামদবা লৌচৎনি হায়না উৎনবা লাক্লরি সমাজগী অরানবা চৎনবী অমদি থাজনবীনা মীওইংগী পুন্সিবু খাংগুথক্তা লংহল্লি অমদি মতম পুম্নমক্তা মাঙহনগনি হায়বগী রাখল অমা অইবনা উৎনবা লাক্লরি। উপন্যাসকার হিজম গুণনা মহাক্কী 'লমন' উপন্যাসতা মণিপুরী সমাজদা থাইনদগী চৎনরকপা মীনাই ফুঙ্গাগী লৌচৎ অসি তাইবং লৌচৎকা চান্নদ্রবা চৎনবী অমনি হায়বসি উৎলি। উপন্যাস অসি মক্কেদা চীং অমসুং তম অনীগী মরক্তা লৈবা লেন্নবগী লৌচং অতুবুসু থাদোকপা চুম্মী হায়বগী রাখল অমা অমদি মণিপুরী সমাজগী মমুংদা লৈরিবা জাং-নজাং খায়বা অমদি অচৌ-পিশক নাইবগী রাখল অসিবু য়ানীংদবা ফোঙদোক্লি। পাচা মীতৈগী 'হজ্জ' অমদি 'হয়াদ বেগম' উপন্যাসশিংদা মুংশিবা অমদি থাদোকপবু পুন্সিদা পুশিল্লকবা লাক্লখি। উপন্যাসকার অসিনা সমাজবু অপূনবগী ওইবা য়াইফ লম্বেলদা পুরকপা পাম্মী। উপন্যাসকার পাচা মীতৈনা মণিপুরী সমাজনা হাকথেংনবিবা যথার্থগী থোদোকশিংবু ময়েক শেংনা উৎলি; লোয়নবা যথার্থশিং অসিনা লন্নাই অমদি অপূনবগী পুন্সিবু মাঙহনবা নত্তনা য়াইফবা পুরক্কে হায়বসি উৎনবা লাক্লরি। উপন্যাসকার খুমন্তেম ইবোহলগী উপন্যাসশিংদা লন্নাইগী ওইজবা অমদি য়াইফবা পাম্বী অহল-লমনশিংনা অপোকপী মচান্নুপীশিংবু চুমদবা লম্বেলদা খঙনা অমদি খঙদনা পুশিল্লকপগী রাকম ময়েক শেংনা উৎলি। অইবনা তমজনফমগী লৌচৎ ওইওইনগ্রবা মীওই কয়াগী পুন্সিবু চুমজবা অমদি পামফম থোক্তবনি হায়না উৎলি। নীংজবা অমদি মুংশিববু মপাম্বোংগী ঈরাংনা নমথহনবসি চুমদবা লৌচৎনি হায়রনা অইবনা

ফোঙদোক্লি, উপন্যাসকার থোইবীনা মশাগী 'রাধা', 'নুংশিং ঈচেল' অমদি 'চীংদা শাংশী ইচেলৈ' উপন্যাসশিংদা লম্নাইগী অমদি অপুনবগী পুন্সিদা মীনুংশি থাদোকপা অমদি মরামগী সেবা তৌবা হায়বা রাখল অসি ওঙাই ফদনা চঙদবা য়াদবা মীচংনি হায়না থাজবা ফোঙদোকই। উপন্যাসকার ইবোমচাগী 'মোংকম' উপন্যাসতা লাইরবা অমদি ইনাক-খুনবা অনীগী থোং মায়দবা ফীভমনা মীওইবগী মীংথরংবু মথোং-মরম খণ্ডদনা থেম্নহল্লি হায়রবসি উংলি। নুংশিবা অমদি মীনুংশিবু অচাওরম পাম্বা মীওইশিংনা লৈখা তাহল্লি হায়রবসি অইবনা উংলি। উপন্যাস-কার ইবোমচাদি থেন্নবা লৈতবা সমাজ অমা পামজবা অইবনি। অইবা অসিগী 'মঙ লৈবাক' কৌবা উপন্যাসতসু থেন্নবা লৈতবা অমত্তা ওইবা সমাজ অমগী অশা তৌথি। উপন্যাসকার বিনোদিনীনা মশাগী 'বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী'দা নীংতম্না হিংজরম্বা মণিপুরদা মীতোপকী লৈঙাক শাসননা পুরকখিবা অওনবা কয়া উৎনবা লাক্লি। মরৈবাক অমদি মজাতিবু নুংশিবগী রাখল অমা অইবীনা উৎনবা লাক্লি। মীখা পোনবগী ফিভম্না লম্নাই অমদি অপুনবগী পুন্সিবু ঈংনা তপ্না মরা চেংনা লৈহনবা ওমদে হায়র্বসি অইবীনা উৎনবা লাক্লে। ওইদবদা থাজবা মতম অমদি মফমগা চান্নরবা মীচং কয়াগী মায়োক্তা ভাগানা মাগী উপন্যাস 'চাওবী'দা ফোঙদোক্লবা লাক্লি।

মতৌ অসুম্না মণিপুরী সমাজদা থেংনরিবা পামজবা অমদি মাঙ-নিংঙাইগী মশক ওইরবা লোনচং কয়াবু মণিপুরীগী উপন্যাসকারশিংনা অপান্নরা অমদি নাকোয়নন্না য়েক্লি। অরাক্তা মতাংদা সমস্যাজনক উৎলমী। সমস্যাশিং অসিগী সমাধান কোরবগী পাম্বৈদি মরেক শেংনা উৎলম্বা থেংনদে। সমস্যা লৈরে হায়রবা খঙলক্লিবা য়াকম অসিমক সমাধানগী পাম্বৈ খনবা অমদি খল্লবা মতম ওইরে হায়রবসি উৎলিবনি হায়না থাজবা য়াই। মণিপুরী উপন্যাসকারশিংনা অমামদা ফীভমশিংবু মরেকশেংনা

মতাং মতাংগী ওইনা উংনবা লাক্লরি। অশংনমক উপন্যাসকারশিংদা কাওরকপা সামাজিক চেতনানি হায়বা য়াই।

মণিপুরী সমাজদা অহিবা অমদি অনৌবা সংস্কৃতিগী মরুম য়াম্না চাউনা লৈ। সংস্কৃতিনা সমাজ অমবু মযেক শেংনা ওলহনবা ঙমই। হায়রা লৈরবা মণিপুরী সংস্কৃতিদা অনৌবা মপানগী সংস্কৃতিগী মচল কয়া চঙলকখি। ধর্ম চৎনবী অমদি থাজনবী কয়াগী লমদা অওনবা পুরকখি। অওনবশিং অসি থোইবীগী 'চীংদা শাংপী ইচেমে' গুণগী 'খুদোল', চিত্রেশ্বর শর্মাগী 'লৈপাক্লে' অমদি পাচা মীতৈগী 'না তাথীবা অহল অমা' হায়বা উপন্যাসশিংদা মযেক শেংনা উংলি। সংস্কৃতিনা পুরকপা অওনবশিং অসি খরনা মৈতৈ সমাজদা চাম্লে অতুগা খরা অমনা চান্নদে। অদুবু উপন্যাসকারশিংনা মতম মতমগী ওইবা সংস্কৃতিনা পুরকপা কয়া অমা সমস্যা ওইনা উংনবা লাক্লরি। সমস্যা উংলিবা অসিমক সামাজিক চেতনাগী মচল অমনি

উপন্যাসকারশিংনা সমাজগী চেতনা মশক খঙনা শীংথারবদু মমৈদা সমস্যাশিং অসিগী সমাধানশিং পুথোক্লবদি লাক্লখিদে, অদুম ওইনমক মৈত্রোয়োন্দগী হোনা সংস্কৃতিগী চাউরবা য়ুমফম অমা ওইনা। লৈরিবা মণিপুরী সমাজদা মথল কয়াগী অওনবা লৈরি হায়বসি উপন্যাসকারশিংনা শোয়দনমক উংলি।

মতৌ অসুম্না হায়না লৈজরব্বা সংস্কৃতিগী মচল অমদি পোৎশক কয়াদা অনৌবা মথলগী মচল অমা লাকখিবনা মণিপুরী সমাজদা অওনবা খরা লাকখি। অওনবশিং অসি মণিপুরী উপন্যাসকারশিংনা মখোয়গী উপন্যাসশিংদা মযেক শেংনা য়েক্লবা লাক্লরি। অওনবা লৈরে হায়না উত্তুনা ইরিবা উপন্যাসশিং অসিগী য়ুমফমদি সামাজিক চেতনানি হায়না লৌবা তায়।

# ইণ্ডেক্স